# অ মা ই বী ং

## মণিপুরদা সামানিজম



মেমচৌবী
(দা. থৌনাওজম চনু ইবেমহল)

# অমাইবীঃ

## মণিপুরদা সামানিজম

মেমচৌবী

(দা থৌনাউজম চনু ইবেমহল)

অহানবা ফোঙবা ঃ ২০০৬, কালেন।

অফোঙবা ঃ অবাম্বম যোইমযাই

সগোলবন্দ মৈনো লৈবক, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১

মমল ঃ লুপা ৭৫ /-

মখুম ঃ অইবা

কোপীরাইত ঃ অইবা

নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টরস, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।

## কৎচবা

শ্রীশ্রী গুরুদেবগী খুযাখাদা কৎচবি ।

# অইবগী ৱারোল

অঙাং ওইবিৱেদগী হৌনা লাইবুংদা সমজী মমৈ সাংনা থাদদুনা থেক্ক থেক নৌগ নৌ জগোয মকোক চিংলিবী অমাইবীসিং অসিনা ঐবু সুমহৎতুনা লাকখি। মচা লৈমাগী ওফিসনা কোনুংগী মনিংদা হোংজিল্লবা মতুংদা, হনগৎ-হন্দা চৎপদা ৱাকচিংগী অযুক্তা, কালেনগী নুংথিলদা মচু থোকত্রবা পাববা ফি, কোকথরবা লৈতেং খবদংগা. খোংউপ তোংদবা খোংনা হোবে-হোবে, পোলি-পোলি, হনগৎ-হন্দা মখোযনা শ্রীগোবীন্দগী থোঙ্গানলোমদা মাইবী লোয়সঙ লম্বীদা হেক-হেক চৎলম্বদুনা, অমাইবা অমাইবীসিংগী অসেংবা মসক ওইনা ঐগী মীৎমাংদা ইতৎ তৎতনা ঐবু কাযহৌখি। মখোযগী মরক্তা চংদুনা, অমাইবীগী লোইসঙ কাদুনা, মখোয়গী ৱাবী তাদুনা, মখোয়গী তাইবংদা চংনবা হোৎনকপগনি হায়বগী ৱাদি মংদ ফাওবা মংলুদে।

মতাং অসিদা ৱাবী অমতং থমজহৌগে। ১৯৯৮ চহিগী,য়ুনেস্কো (UNESCO) পেবিস, সাহিত্যগী ফেল্লোসিপ, ফংদুনা জেরুসলেমদা লৈবিৱেদনি। মালেমগী অচৌবা লাইনিং লম্বী অহুম ঃ জুদাইজম, ইসলাম অমদি খ্রিষ্টাননিতি অহুমগী হৌবকফম ওইনা, খ্রাইদগী সেংলবা লাইফম ওইবিবা জেরুসলেমগী ওলদ সিতি, খ্রাইস্ট পোক্লিৱেদগী লেংদনা লৈবকলিবা, লিববা কংলাগী চেকপলদু থোংনাউদা ইঙান ঙান্না ইনক নকনা উবে। হেক থংননা লৈরিবা মাউন্ট জিওনগী চর্চতগী কাংসিনা

অমুক খুদিং হৌদোকখি। ঐগী বাবানা ইন্দিয়ান হিস্ট্রিদা মাস্টর তৌখিবগী, অচৌবা অচৌবা থারবা লাইরিকসিংদা উখিবা ভারতকী অমদি মালেমগী ব্রাং চাউরবা ফজরবা লাইসং অমদি ফুরা দোলানসিংনা ঐবু য়াম্না ইকায়হনখি। ওলদ সিতি মনুং অমদি মপান্দা লৈরিবা ঙক থেক্তা ব্রাংলবা, চাউববা, মল্লবা মসিং খংদনা য়ামন্ত্রবা চর্চসিং, অদুগা জিউসিংনা ইজরেল হায়না মিংথোন্দুনা নৌনা সেমগৎচরক্লিবা মবৈপাক অসিদা অমুক খ্রিস্টানসিংগী চর্চসিংদুবু নমহৎপগী মওংদা হিদান্নবগুম হেন্না হেন্না ব্রাং-চাউনা, অনৌ অনৌবা দিজাইনন্দা সাগৎলক্লিবা সিনেগোকসিং, অহানবদা ইঙক ঙক্তুনা মুনা মুনা য়েংলুই। নোংমদি সিনেগোক অমদা য়েংদুম য়েংগে খন্দুনা চংলুই। অদুগদি মনিংদা থোংনাউগী মিংসেল থুংনা পাদব খাজিনবা কা মচা অদুদা ‘তোঙান্না ফমলুচো, মদু নুপীগী ফমফমনি, নুপীনা নুপা মবক্তা ফৌমান যান্দুনা, চপ মান্ননা লাই খুকপ্পা য়াওবা যাদে’ হায়দুনা য়াম্না নোল্লুক্লা তাকপিরকখি। নোংমদি কসিয়ান ওথ্রোদোক্স চর্চ অমগী মথক্তা য়ুম্বী অমগী মতোন্দা ভার্জিন মেবিনা চহি মরি মঙাগী মচানুপা খ্রাইস্টপু মবেংবান্দা থাঙ্গৎতুনা পমদুনা লৈবদু উকবে। মুন্না য়েংলুই, চহিদবু য়ামজদ্রি, পিকলি হাযবগী ব্রানি, মমাগী লেংবান্দা তোংন্দুনা ফমদেংলিবা অঙাংদু, মমিংতগী অঙাংনি। মতিক মগুণ চাউখ্রবা লাইনিংথৌ অমগী হকলবা মতিক মঙন ফোংদোকলিবা মতৌ, মতিক মঙনদু পুবদা, ব্রাববদা লুমমে হায়দুনা থাংথকনবগী হক লৈজদ্রবা সিংহাসন ওইরিবা মমা অদুগী লাংসিল্লবা মায়থোং, মতুংদগী অমুক হন্না চংলুদ্রে। অদুবু ব্রাহং কয়া অমা মবি মরি লোয়বা খম্না নাইদনা হংলকলিবদুদি হুন্দোকপা ঙমখিদে। মতমদুদা সমানিজম কবিনো হায়বা খঙবা ঙমদ্রবসু, হন্না য়েংলকপদা মীগা লাইগা সম্নবিঙেদগী লাংলকলিবা ঐখোযগী লাই (কয়াদ নুংসিহ্রবা!), হৌজিকসু কবিসু হোংবা লৈত্রি মীগা সম্নদুনা অদুম লৈরি। লাই হন্নাওবদা ঐখোয়গী উমং লাই লৈকাই হৌনা, খুল হৌনা নিংথিনা কে মৌনা সেং চাদুনা ইসিংদগী নুংসিংতগী লৌখৎলুবা, লাই লৌখৎলুবদগী লাই তোংলবা মাইবীনা লাইগী মতৌ লৌদুনা অপান্ননা খুলগী লৈকায়গী অফ ফৎত কয়া হেক্তা অমুক তাকপিরকপা, লাই পুবিবা দোলাইনা ঙাওনা ফৈনা সোরোক লমজাওদা হায়দুনা হুমদুনা লাকপা, ইন্নবিবা মীযামসু নুংতি নুংতিগী ওইনা কতিন নাইনা হিংবা পুম্নীগী অবাৎ-অপাগী, লৈত লাইবগী ব্রাংমদা, লাইগী ওইবা তেংবান অমদা চংদুনা মদুগী ময়াইদা তাওদুনা থবায়গী তিং হেনগৎহন্দুনা লাইবুং তান্না লাকপগী চাউখ্রবা লাইরোন অসি, মী খবখক্লা পাদুনা মথন্তা তুম্মীন্না পোথানবা সাহিত্য নত্তে, খুল অমা লৈকায় অমগী লৈবাক অমগী মীসিংগী নুংগী তিং হেনগৎহন্নবা, য়াইফনবা চাউখৎনবা সান্নবা লিলানি। খ্রাইসনা পোক্লিঙৈ চহি ২০০০

গী মতমদা ইজিপ্টা মপাল ফনা পানখিবা, মালেমগী অবিবা মতমদা খ্বাযদগী ওন্না খ্বাইদগী হান্না চাউখৎখিবা ইজিপ্টসীয়ানসিংনা মখোয়গী নহা ওইনা সিগ্রবা লাইনিংথৌ ওসিরিসনা অমুক হিংগৎলকপগী কুম্মৈ অমা, ঐখোয়গী লাই হবাওবগুম্না মীয়াম হৌনা অচৌবা লাইসং তান্না চৎপা খোংচৎ অমদা কুম্মৈ ওইনা পাংথোকপা হন্নাওবগী কুম্মৈ অমা চহিগী ওইনা পাংথোকলম্মী। মখোয়গী তমদুনা অমুক চাউখৎলমগ্রবা গ্রীকসিংনা মনুং মতম চাদনা নহা ওইনা লৈখিদ্রবা লাইনিংথৌ দাইওনিসনা অমুক হিংগৎলকপগী কুম্মৈ অমা উমংদা মীয়াম হৌনা চৎতুনা, লাই তোংদুনা ঙাওনা ফৈনা চৎলবা, অমাইবা অমাইবী য়াওনা চৎতুনা পাংথোকলুই। হবাওবা অদু জগোয় সাদুনা, সান্ন-খোৎনদুনা অমদি লিলা সান্নদুনা পাংথোকপনি। ঙসিগী চাউখৎলবা মালেমনা নৈন্নবগী লোযবা নাইদ্রিবা, থাক ব্রাংলবা, ফাওববা গ্রীক্কী ট্রেজেদীসিং অদু অসিগুম্বা উমংদা পাংথোকপা হবাওবুং অসিদা সান্নখিবনি।

অমাইলোন, সামানিজমদা লৈবিবা লাই অসিদি মীওইবা খুদিংদা চপ মান্ননা য়াওবিবা মীওইবগী থব্বায অসিনি, মসিদা কনাগুম্বা পুরোহিত অমনা অর্থ হন্দোকপগী, রাবী রাখোং মযাম যাওবা, অচৌবা লাইবিকসিংনা ঙাক্কুনা থম্বা, পাংথোকতবা য়াদবা নিতি নিয়ম ময়াম অমা, অচুম-অবান, আইন ময়াম অমা তাকপা নত্তে। অথেংবদা থোবকখিবা, সেমলকখিবা লাইনিংথৌ অমগী মিংগী মখাদা অচৌবা রাবোল মযাম অমা যাওববা, লৈসেম নোংসেম্বগী, ঈসিং ইচাওগী রারী অসিনচিংবা ময়াম অসিগী মমাং থানা, মসক নাইবা লাইনিংথৌ, মমিং নাইবা লাইনিংলম্বীসিং অসিগী অচৌবা লাইনিংলম্বীসিং অসিদি নুপীখক্তা নত্তনা মীওইবদা যাওরিবা মীওইবগী তেলেন্ট পুন্নমক ফাজিন্দুনা পীকহন্দুনা থম্বীবম্বনি। বিনাইসা লাকলবা মতুংদা মিদল এজ লোয়সিন্দুনা, অচৌবা, অব্রাংবা চর্চসিং অসিদগী মীওইবনা মনিং তমজবকপনি। ঙসিদি অসিগুম্বা চর্চসিং অসি ম্যুজিয়ম ওইনা লৈহৌবে। ঐখোয়না যুমলোন্নবা লৈবাকসিংদগী অব্রাংবা, ফজবা, ব্রাংউবোল কয়া লৌনবা হোৎনবমলবসু লাইসং সাবগী কলচর অসি উমংলাইদা হাপচিলমদে, য়েলহৌঙৈগী মীগা লাইগা ফাওনবিঙৈ সমনবিঙৈ মতমগী মওং অদু ঙাক্কুনা থম্বীবম্মী। অদুগা অমুক অচৌবা অমনবা অতেকপা ফুবা দোলান অমতা লৈতবা, অসেংবা নুংসিৎ নুংসানা, মহৌসানা, মনিং তম্না মীওইবগা লোয়ননা চপ মান্নবা লোয়নদুনা লৈজরিবা লমদম অসে, রাখলগী মীৎয়েংদা কয়াদ ইংলিবা! হোয়, অনৌবা মতমগী যুমসা কৈসা অমদি প্লাস্টীক অসি ঐখোয হৌজিক্তি থোয়না ভাপ তাদবগুম্না তৌবে। যুরোপ্তা খ্বাইদগী ইনাকখুম্বা Swizerland না অনৌবা মতমগী অচৌবা অব্রাংবা যুমসাদা থোয়না থব্রায় যাওদবা, মহৌসাগী অপিকপা ব্রাংদবা উনা

সাবা য়ুমসা-কৈসা, নেসনেল আইদেন্টীতিগুম্বা ঙাক্কুনা থমলিবা অসি ঐখোয়না করিগীনো হায়দুনসু খল্লবা য়াই। য়ুবোপ্তা সামানিজমবু ইনৌ-নৌনা য়েংবা পামনরকপগী মবমসু মালেম অসি সাবা হেনগৎলকপদগী অমদি মহৌসাগী খল কায়বকপদগী মীওইববু কন্ননবা 'সেভ ইনভাইরোমেন্ট' হায়বা লাউবা হৌবকপদা সামানিজমগী মালেমবু ইমা ওইনা লৌদুনা, মহৌসাবু নুংসিনা য়েংবা, উ-ৱা, সা-ঙা মীগা চপ মান্ননা থৱায় পানবা ওইনা লৌদুনা মহৌসাবু নুংসিনা ইকায খুম্ননা য়েংবা মওং অদু খংলকপদগীনি। সামানিজমদা লাৎলিবা 'থৱায' অসিদি নুপীসু নত্তে, নুপাসু নত্তে, মহৌসা পুম্নমকপু ওইল্লিবা সক্তি অদুনি। জীব পানবা থৱায পানবা পুম্নমকপু চপ মান্ননা ইকায়খুম্নবা পিবনি।

লাই লৈবা নৎত্রগা লৈতবা অমদি লাইগী অকোয়বদা সাগৎলিবা সুপবটিসনসিং অদু তোঙান্না থমলগা কলচরগী ছাত্র অমা ওইনা, মীওই কাংলুপ অমগী কলচব অমদি কলা নৈন্নরকপদা মখোয়না নৎত্রগা ঐখোযনা লাইবু কবম্না লৌবগে অমদি লাৎপগে হায়বা ৱাফম অদুদি যাম্না মকওইবা, হুন্দোকপা যাদবা ৱাফম ওইবনা মাযকৈ অদুদা য়েংনবা খংনবা হোৎনবকপনি।

সামানিজম, অমাইলোন অসি ঐহাক্না লাইবোন্দা পি ঐচদিগী থেসিস ইবকপা মতমদা থেংনবকপ্রবসু সেংনা খঙবদি ঙমখিদে। থোযনা হেন্না খঙনিংলুবসু লৈখিদে। মদুগী মবমসু লৈতবা নত্তে। লাইরিক খবা পাবগা, নৈন্নবগা, মখোযগা ৱারী খব সান্নবগা খঙবা য়াবোইদৌবা, চংলুনবা লম্বী ইবৈ লৈতবা, কবিনো খঙবা ঙমদ্রবা চৈখন অমনা মখোয়গী তাইবংবু কোযসিন্দুনা থম্বগুম উখি। মতাং অসিদা সামানিজমগী মসক নাইবা অইবী জোআন হালিফেক্স (Joan Halifax) না সামানবু 'Wounded Healer' হায়না মসক তাকখিবদু নিংসিঙবা য়াই। সোক্লবা, হিংনা হিংনা অসিবগী খাববা চৈনা থেংনকবা, সিকবা খক্লা সামান ওইবক্লবগী অমত্তা ঙাযববা লম্বীনি। অসিগুম্বা মতাং অমদা রৈকী অমদি করুন্না বৈকীগী মাস্টব, কাবাতেগীসু মাস্টব, ওবিযেন্টেল কোলেজগী লেকচবব শ্রী লাইময়ুম গোপেশ্বোব শর্ম্মবু থেংনজবকপদগী বৈকীগী লায়য়েং অদু ইসাদা চংথনবগী খুদোংচাবা অমা ফংজখি। লায়য়েং অদু চংথরকপা মতমদা মিস্তীক এক্সপবিয়েন্স হাযবদি সামানগী তননেল নৎত্রগা সুরুং মনুংদা চংপগী থোংচং অদু থেংনরকখি। মদুনা ঐঙোন্দা মিস্তীক ৱার্ল্দ অমগী থোং হাংদোরকপগুম থোকখি। শ্রী গোপেশ্বোর শর্ম্মবু ঐগীসু গুরু ওইনা, রৈকীদা লাইমিং

লৌদুনা, গুরুগী লমজীং মখাদা মেদিতেসন তৌরকপগা লোয়ন-লোয়ননা হায়রিবা তাইবং অসিবু খজিক্তুং খংবগুম তৌরকখি। ইখং খংহৌদনা, ঐনা করি হেন্না হোৎনকদ্রবসু, অমাইবীসিংগী ইমন মমনা উখিবা অবোনবা তেংবান অদু খজিক খজিক ঙানথোরকপগুম তৌরকখি। ঐনা লাইরোনগী ছাত্র ওইবকপা অদুনসু য়াম্না হেন্না খুদোংচাবকখি। মপুং ফাবা সামান অমা ওইবকপদা মাগী মাগী নাৎকী লাইরোন পুম্নমক নিংথিনা মমুৎ তানা খঙবা হায়বসি তঙায় ফবমদে। মসিনা মখোয়গী লমজীং লমতাক্লবা মেপনি।

অদুবু, হৌজিক্কী অনৌবা মতমগী, সাইন্টীফিক ওইবা মীৎয়েংদগী, সামানিজমবু ইনৌ নৌনা, নোংচুপকী মসক নাইবা স্কোলাবসিংনা থিবকলিবা, মসক তাকলিবা মাযকৈ অসিদা চংদুনা ঐখোযগী যেলহৌঙে, খৃ তগী মমাংদগী চকপাসিংগী মতমদগী মপাল ফনা চাউখৎত্রবা সামানিজম, অমাইলোনবু খংননবা থিবকপা মতমদা মতেং অমতসু ফংফম লৈখিদে। কোন্না ইন্টরনেসনেল লেভেলদা লৈবাক অসিগী ম্যাজিকসিয়ান ওইনা সকখঙলবা, পাল (PAL) গী দিরেক্টর শ্রী নাম্মৈবাকপম তিকেনগী মফমদা চংজাখ। মহাক্লা লন্দনদগী লৈবকখিবা, মসিং যামদ্রবসু সামানিজমগী মসক নাইবা, যাম্না মকওইবা অইবা খবগী লাইবিকসিং ঐঙোন্দা পীবিবকখি অমদি মকওইনা খা-নোংপোক এজিযাগী সামানসিংগী মসক সুগাযনা তাকপিবকখি। ঐগী ইচানুপা অহল যোইমযাইনা ইম্যাল বুক ফিযাবদগী সামানিজমগী অফংবা লাইবিক মখৈ লৈ লৈদুনা পুবীবকখি। মদুদা কেলত সামানিজমগী মকওইবা লাইবিক, ইনসাইক্লোপেদিয়া অমা যাওবকখি। মদু ঐঙোন্দা যাম্না কান্নখি। যাম্না থাজদনা কবি লাইশ্রম সমবেন্দ্রনা ঐঙোন্দা মাইবীনা লাই তোংবগী সাইন্টীফিক ওইবা মওংসিদু তাক্তুনা, Osho Meditation গী অমদি Zen Buddhism গী লাইবিকসিং পীবীবকখি। স্রা ইবেম্মা এম কে বিনোদিনীনা নিংথৌ পাম্লিঙে মতমগী অমাইবীসিং অমদি মহাক্লা থেংনবকপা অমাইবীসিংগী রাবী কয়া লিদুনা তাহনবীখি। মরূপ দা লাইশ্রম সুবেসনা ম্যানমাবগী নাৎ লাৎপগী লাইবিকসিং পীবিবকখি। খ্বাইদগী মক ওইবদি ঐবু মচা অতোনবী ওইনা লৌসিনবীখিবী স্নাকোনুং অমাইবী লোইসংগী অসুপ্পী ইমা বাকনী অমাইবীনি।

ঐহাক্লা লাইবিক অসি যাবিবমখৈ তেন্না সম্না ইনবা হোৎনখি। খৃ কুম ৩৩ মমাংদা চীংখোং পোইবৈতোন্না লৈবাক অসিদা লাক্লীঙৈ মতমদগী মপাল ফনা চাউখৎনা পালম্নবা চকপাসিংগী মতমদগী হৌনা তৌজিক ফাওবদা চৎথদুনা লৈবিবা অমাইবীসিংগী রাবীবু পিকত্রবা লাইবিক অসিগী মনুংদা হাপচিন্নবা হোৎনবকপদা, সন্দোক্লা কোয়থোক্লা

হায়বা য়াবা কয়া অমা, লাইরিক অসি য়াম্না চাউখিগদ্রা হায়বগী অকিবনা থাদোকচরে। হৌজিক হৌজিক লৈবাক অসিদা অমাইবী, মাইবী (চাপোকপী অমদি খুৎলি সুবী) কয়া য়াম্না লৈ, মখোয়দা নাবিবা অনাবসি করিনো, মখোয় মতৌ করম্না মাইবী ওইবকই, মখোয় করম করম্বা ইমুংদগী হৌবকই, হৌজিক্কী মতম অসিদা মখোয়দা চপ চানা অমাইবীগী এজুকেসন অসি কনানা পিরিবগে, কবম করম্বা অমাইবীনা স্না কোনুংদা নৎত্রগা লাইনিংথৌ সনামহীগী লাইসংদা কাবিবগে, অমাইবীগী থবক অসিতনা মখোয় হিংবা ঙমলিব্রা, মখোয়গী সেম্লোক কয়ানো, স্না কোনুং কাদবা যুমলক্তা লৈবিবা অমাইবীসিং অসিনা করিনো অমদি মতম খবা য়াম্না ফাওবমলগা অমুক হন্না খিবা অমাইবীসিং অসিনা করিনো হায়বনচিংবা সরুকসিং অসিদি হন্দোকচবমলে। ঐগীদি লাইবোনগা মবি লৈনবা ব্রাফমসিংদা হেন্না মক ওইনা লৌখৎচবে। কনাগুম্বনা চোংথোকপিবক্তুনা মখা তানা হিবম অসিদা থিজিনবীরক্তুনা, ঐগী অবান-অহুই কয়াবু চুমথোকপিদুনা, হেন্না মতিকচাবা মণিপুব অমাইলোনগী লাইবিক পুথোকপিবকলবদি ঐগী হোৎনজমন অমদি লাইবিক মচা অসি ইজবগী মহৈ য়ানজবে থজ্ঞদুনা যাম্না নুংঙায়জগনি।

লাইরিক অসিগী ব্রামাং ইবিরকখিবা ডা এম সি অরুন, এসোসিয়েত প্রোফেসাব, দিপার্টমেন্ট ওফ এন্থ্রোপোলোজি, মণিপুব য়ুনিভর্সিতি কাঞ্চিপুব, লময়ানবা প্রিন্টবগী মেনেজব শ্রী তাওবেম মঙ্গী অমদি শ্রী কক্‌চিংতাবম জয়প্রকাস শর্ম্মগী মফমদা অমদি মওং অমা নৎত্রগা মওং অমদা মতেং পাংবীখিবা পুম্নমক্কী মফমদা তৌবীমল খঙবা উৎচবি।

অবোইবদা ঐঙোন্দা মতিক চাবা যোরেল সর্প্লোত পিবিখিবা ঐগী ইচা মরিগী মফমদা থাগৎপা অমদি তৌবীমল খঙবা ফোংদোকচরি।

অইবা

# ৱাম্নাং

মৈতৈগী 'অমাইবী' হায়বা ৱাহৈ অসিগী তোঙান-তোঙানবা ৱাহম্লোক অমসুং ৱাহম্লোক খুদিংমক্কী ইতিহাস ঐহাক খংদে। অদুগা অমুকসু সামানিজম হায়বসি খংনবা হোৎনবদা লৈরিবা লম্চেল-খুদিংমক লোইনা, তুনা অমসুং চাংদম্নবা খংবা মীওইসু নত্তে। অমাইবী (মাইবী) খংনবা হোৎনবদা অবাম্বম ওংবী যেমচৌবীনা হন্দক লৌখৎলকইবা হিবম অসিদি তশেংনা ৱাখল-লৌশিংদা অনৌবা মচাক পিবা অমনি হায়নিংই। লাইবিক অসিনা অমাইবীগী ফিদা কবিনো খংনবা হোৎনবতা নত্তনা মণিপুরগী ইতিহাস্তা অমাইবীগী শেমগৎলকইবা, ওল্লকইবা মশক অদু খংনবা হোৎনৈ। লাইবিক অসিনা সামানিজমগী অপাকপা মালেমগী লা অমদা অমাইবীবু থম্লগা য়েংনবা হোৎনৈ। অদুগা অমুকসু অমাইবীগী ইতিহাসকী যোঙচৎপুসু খংনবা হোৎনৈ।

সামানিজমগী হিরম অসি কলচবগী ইতিহাস নৈনবা, সমাজগী পোৎলম অমা ওইনা য়েংবা, হৌবকফম অমসুং অহোংবা নৈনবা, চাংদম্নবা অমসুং মচৎ যেংবা, মী অমসুং ৱাখল মওং য়েংদুনা লম্নাই মীশক ওইনা য়েংবনচিংবা মওংদা তোঙান-তোঙানবা মীৎয়েংদগী খংনবা হোৎনবা থেংনৈ। অদুগা সামানগী তাইবংদা লুপ্তনা ৱাখলগী পংখৈ ৱাংমা লান্দুনা লৌশিং থিনবা হোৎনবসু থেংনরি। অদুবু নৈনবগী মচাক অমা ওইনা, সামান হায়বা অসি কবিনো অমসুং কবম-কবম্না লিচৎ লৈবা

লাইগী পাউ পুবা মীওইশিংবু সামান কৌগদগে হায়না লৈখাই তাবা অমা চংই। সামান হায়বা ৱাহৈ অসিগী পংখে অসি কবিনো হায়বগী অকনবা যেৎনবা অমা নৈনবশিংগী মবক্তা লৈতবা নত্তে। লাইবাও পিবা ভম্নবগী শক্তি চেনবা, লম্নাই মীওই অমবু হেক্তা সামান কৌগদ্রা ? ষ্টেট লৈববা মতুংদা, লৈবাক কাংলোনগী এপবেতস অমা ওইনা, শক্তিগী পোৎলম অমা, ওইববা মতমদসু হাযবিবসি শিজিন্নবা য়াবিৱা হাযবসিগী অচৌবা যেৎনবা অমসু লৈ। অমাইবী হাযবসি মী অমা ওইনা য়েংলগদি উবিবা মশক অসি তোঙাল্লি। অদুগা লোইশঙ অমা ওইনা যেংলগনা অতোপ্পা অমনি। মশক অনিমক অসি সামানগী জাগোব মনুংদা অদুমক তাগদ্রা হাযবা - মসিদনি যেৎনবা লৈবিবা অসি।

সামানিজম নৈনবা মীওইশিংনা সামানিজমবু অৱাংথংব এজিযাগী লাইনিং কাংলোন অমনি হাযনা লৌনৈ। অদুবু অৱাংথংবা এজিযাদা নত্তনা মযাইথংবা এজিযা ফাওবদা সামানিজম অসি ফংই হায়বগী বিপোর্ট কযাসু লৈবি। লমদম অশোমদগী খোংশানখিবা মীওই কাংলুপ কযাদসু সামানগী ফিদা লৈ হাযবা ৱাফম কযা ফোংদোক্লবি। লাইনিং লিচৎ অসি হেন্না মসা ফন্দোক্লিবা কাংলুপশিংগী লিচৎলা নৎত্রগা হেন্না মশা ফন্দোক্লবা কাংলুপসিংগী লাইনিংদসু সামানিজম্না মপুং ওইদুনা লৈৱা হাযবসি নৈনবা কয়াগী মক ওইবা ৱাহং ওইবি। অসিগুম্বা নৈনবশিং অসিদা যুম-যুমগী থাক্তা পাংথোকপা লাইনিং-লাইশোল, ইবাৎ থৌনিদা চংবা সামানসিংগী খুনগী ওইবা থাক্তা পাংথোকপা সামানশিংগা চাংদম্নবা, অহান-অকোনগী ৱা ফাওবা সন্দোক্লা নৈনৈ।

মণিপুরগী অমাইবীশিং অসিগী ওইবা মশক মগুণ অমসুং হোংলকইবা মশকশিং অসি নৈনবগী মচাক ওইনা লৌখৎপা ইবৈ লৈতরি। মখোযগী মবমদা ইবা, মশক তাকপা খুৎই অমসুং মখোয়গী মথৌ মঙমগী মতাংদা ইবা, নৈনবা অমসুং শন্দোক্লা তাকপা খুৎই খবদি থেংনবে। অদুবু অমাইবীগী তাইবং অসি মৈতৈ সমাজগী হোংলকইবা ফিভমশিংগী মচাক ওইনা নৈনবদি অবাম্বম ওংবী মেমচৌবীগী লাইবিক অসিনা খুৎমাবনি হাযবা যাই।

মণিপুর ইতিহাসকী থেংখাং কয়াদা তোঙান-তোঙানবা ইনোৎ কযা লাকখিবা, নুপী-নুপাগী শক্তিগী মবিদা হোংলকখিবা, যুমলোন্নবা লৈবাকসিংদগী অনৌবা মচাকসিং চুপশিনবা অমসুং কোক্সিনবা কযানা মৈতৈ কলচবগী খোংচৎ অমা ওইরকপনি। অদুগুম্না কলচবগী মনুংদা অমাইবীগী ওইবা তাইবং অমা করম্না শাগৎলকপা অমসুং চাওখৎলকপা হায়বসিনি লাইবিক অসিনা মপুম ওইনা নৈনবিবা।

মণিপুরগী কলচরনা মশাগী ফিরেপ অমা তানখৎলকপদা, নোংপোক-নোংচুপ্তুগী লাকখিবা ইনোৎশিংনা হেন্নাদুম মচু থোকহন্নবা মচাক ওইখি অমদি মদুগী অচৌবা তিন্নবগী ড্রামাদুদা চকপাশিংগী খুদোলশিং অদু মেমচৌবীনা নৈনবতা নত্তনা মণিপুরী সভাত্যগী ময়ুং ওইনা য়েংলগা অকোনবগী ইনোৎশিংনা মফেল ওইবগা শাগৎলকপনি হায়না লৌবি। অদুনা কলচরগী মপুং ফানবা চৎলিবা থোংজেলদুগী খুদম ওইনা অমাইবীশিংগী রাবীনা পিবা অদুগা অমাইবীগী রাবী লিবদা কলচরগী ইতিহাসনা বেকগ্রাউন্দ ওইনসু পিবি। অইবগী হৈ-শিংবনি হায়না লৌবা য়াই।

মেমচৌবীগী অমাইবী যেংবগী মীৎযেং অসিদা কলচবগী ইতিহাসকী ওইবদা নত্তনা কলচব অমগী মনুংদা মচাক কয়া য়ানশিন্নবগী মবম তাক্লবসু হোৎননবা হোৎনৈ। মদুদা কলচব ইকোলোজিনচিংবগী রাবম শিজিন্নবা হোৎনৈ। মপুং ওইবা অমাইবীগী রাবী ওইবনিনা মক' ফোংনা শিজিন্নদ্রবসু, নুপীনা মপুম ওইবা ইস্টীটিয়ুসন অমা নুপানা খুৎলিংবা কাংলোন অমদা কবম্না লুপশিনবগে হায়বসিসু উৎনবা লাক্লে। মেমচৌবীনা সাংনা ওবজেক্তিব ওইনা অমাইবীবু নৈনবন্নগা খংহৌদনা সবজেক্তিব ওইবা রাঙাং অমা লাইবিকী ইবোই লোইবদা হাযবকই "মখোযদা (অমাইবীশিংদা) মতিক চাবা ব্যাভাব পিবিদবগুম তৌরি। অযাম্বনা লাই হবাওববু মণিপুবগী কলচবগী ইফুৎনি হায়দুনা যাম্না পাক চাওনা পুখৎতুনা অখং-অহৈশিংনা পুক্লিং পিববসু অমাইবীশিংদদি নুংসিনা পুক্লিং পিবিদ্রি।"

**দা এম সি অরুন**
এসোসিযেত প্রোফেসাব
এনথ্রোপোলোজি দিপাটমেন্ট,
মণিপুর য়ুনিভর্সিতি, কাঞ্চীপুর।

# য়াওরিবশিং



## অহানবা সরুক



## অনিসুবা সরুক



## অহুমসুবা সরুক

অহানবা সরুক

১

# রাহৌদোক

ইমাগী সিযোমনুঙ্দগী মালেম অসিদা অহানবা খোঙ্দাবকপদা, সিবা চংবা মাযোক্ক বিবী ইমাবু সেন্নবীদুনা, ঐবু ওকপিদুনা খোয ককপিবগা, খোয়বি নাওফম অদু চফু অমদা হাপত্লুনা যুমগী যেনখাদা ফুমনবা তাকপা, ইক-সান্দেং ঈসৈ সকপিদুনা ইকজবীবগা মপানগী তেংবান অসিদা হায়বদি ঐগী ইপাদা, ইপু-ইবেন্দা ঐবু মখুৎমক্তা সিন্নবীখিবা অসি মাইবীনি।

অঙাং অমা পোকলে হাযবগী, অনৌবা তাইবং মী অমা মালেম অসিদা থুংলবগী মযাম্না ওকপা অমদি মী অম ওইনা মযাম্না মসক শঙবীবগী থৌবম অসিদি তবক্কী সুবগী যুপান থাবা অসিনি। অযুক অঙনবদা নুমিৎনা তবং তবং থোবকপা মতমদা, অঙাংগী মঙ্গলগী নুমিৎপু ওকচবা অমদি খুকমজবা ওইনা ফৌ সংবাই অচোনবা, ঙাবী পবেং অচৃম্বা, থুম কাগুপ, সিং, ঈসিং পুন অথনবা, ধুপ-থাংমৈ, অথেন-পোৎ, হৈ মনম নাইবা, কবোক অফাবা, কবোক অথুম্বা, ক্বা তাংগা, দখিনা অসিনচিংবা পোৎলমসিং নিংথিনা সেমদুনা থমলগা মাইবীনা অঙাং অদু ঈসিং অসাবদা সেংনা ইকজবীগনি। ইকজবা লোযসিলকপদা, খুদেংদগী লৌখৎলমদাইদা অঙাংগী মনিংদা মাইবীগী খুবামনা পোপ পোপ অনিবক অহুমলক ফুদুনা ইক-সান্দেং ঈসৈ শকই -

তিং তিং চাউবো  
ইপা মচুম তাবো  
ইপু মচুম তাবো  
নুমিৎনা কাবিঙৈদা কাহৌরো  
থবিনা রাংলিঙৈদা রাংহৌরো  
তিং তিং চাউবো।

**অমাইবীঃ মণিপুরদা সামানিজম**

ইকজবা লোযবগা য়াংকোক অমদা থেন্দুনা থমলিবা, হৈবী মনা, চেং অমদি ঙমু অপেৎপগী সিংজু, অঙাং অদুদা পিজ-পিথকপগী চাগুম্বগী, থৌ পাংথোকপদসু ঈসৈ অমা য়াওবি -

মম মম মম
কু কু কু
ইপা চাকনি
চাবো
ইপু চাকনি
চাবো
মম মম মম
কু কু কু।

চাগুম্বা লোযবগা অঙাং অদু যাংকোক অমদা হাপলগা ফুঙ্গাগী যেৎথংবা নাক দা মৈনিং কুপ্লিবা মমাদা অঙাং সিন্নবগী থৌবম অমা পাংথোকই। মাইবীনা ওইথংলা নাকন অদুদা লেপলগা ফুঙ্গাগী মৈফম অদুগী ব্রাংমদগী মমাদা অঙাং অদু সিন্নবকপদ ঈসৈ অমসু যাওবি। মসিগী ইবাং-থৌনিগী ড্রামা অসিদা মমা অদুসু যাওনা, মাইবীনা হংলক হংলকপা ব্রাহংদা পাউথুম পিবি -

মাইবী - হা নুপী
সনা পাম্ববা নচা পাম্ববা?
মমা - ইচা পাম্মী।
মাইবী - হা নুপী
লুপা পাম্ববা নচা পাম্ববা?
মমা - ইচা পাম্মী
মাইবী - হা নুপী
সনা পাম্ববা লুপা পাম্ববা
নচা পাম্বরা
মমা - ইচা পাম্মী।

ইপান থাবা হাযনা খঙনববা যুপান থাবগী লাইথৌ অসিদা হৌজিক্কী মতমদা যু হাপ্পসি উবা ফংদ্রে অমদি য়ু অসি মওং মতৌ কবম্মা সিজিন্নবগে হাযবা অদুসু খঙবা ঙমদ্রে। যু খবা নুমিৎতা কৎলম্মসু যাই অমদি চগুম্বদা য়াওবম্মসু যাই। অদুম ওইনমক

নুমিৎ ১২ নি সুবা, যুম সেংবা নুমিৎতা অঙাংগী মবেনপোক্লা অযুক্তা নুমিৎ তরং তবং কাখৎলকপা, নুমিৎ যুংদ্রিঙৈ মতমদা চুবি তাফমদা ফমদুনা অঙাং অদু পামলগা অঙাং অদুনা নুমিৎতা কৎচবগী মওংদা মবেন অদুনা অঙাংগী মহুৎ ওইনা পুন্সী নিজদুনা পাত্র অমদা সঙ্গোম অনৌবা খবগা লফোই অখোকপা অমা থাদবগা চুবি অদুদা হৈথবগী থৌবম অমা পাংথোকলি। সঙ্গোম অনৌবা অসি কোন্না সিজিন্নরকপনি, হান্নদি যু মচিন ওইনা সিজিনবগ্বনি হায়দুনা তাজবা ফংই। লফোই অসিনা সা মচেৎ অমা, সজি অরৌবা মচেৎ অমা ওইবগ্বা য়াই।

মী অমনা তেংবান অসিদা অহানবা হেক খোংদাবকপদা মাইবীনা পাংথোকলিবা লাইথৌসিং মতাং অসিদা থমলিবা অসিগী মরুওইবা ৱাফমদি মণিপুরগী মরুওইনা মৈতৈনা পুথদুনা ঙসি ফাওবা লাক্লিবা অমাইলোন ঃ সামানিজম অসিগা মবি লৈন্নবা যাম্না মরুওইবা ৱাফম খবা য়ুপান থাবগী থৌবম অসিদা যাওদুনা লৈবিবা সরুক অদুদা মীৎযেং চিংসিন্নবনি। য়ুপান থাবগী লাইথৌ অসিদা খুকমজবিবা লাই অসি নুমিৎনি। অদুগা ইক-সান্দোং ঈসৈদা যাওবিবা 'তিং' অসিদি নুমিৎকুম্না মসক উবা, মসক নাইবা পোৎ নত্তে। তেংবান পুম্নমক্তা ওইহল্লিবা হৌবকফম ওইবা, কোসমিক অসিগী হৌবকফম অদুগী মমিং অদুনি (মখা তানা অমাইলোন ঃ সামানিজমদা যেংবিয়ু) মসি মী খুদিংমক্তা চাংদি মান্নদনা যাওই। নুংগ তিং অসি মপুংফানা সাৎকাইবা নৎত্রগা সাৎকাইদবা অদুনা মী অদুগী মতিক মগুণ লেপ্পী। থিং নৎত্রগা তিং, পুম্নমক্কী হৌফম অদুবু তুবি থিং কোক লাইবেম্মা হায়না **নুমিৎ কাপ্পা** পুয়া দা পিবি। লাইবেম্মা অসি খৃ কুমগী মমাংদা মণিপুরগী চীংযা তমযাদা মণিপুরগী অহানবা সিভিলাইজেসন সাগৎলকখিবা চকপাসিংগীনি। মখোযগী মতুংদা লাকাখবা খাবসিংগী লাইরেম্মদি থিং নাউ তাউবীনি। অথেংবদা খৃ কুম ১১ অমদি ১২ দা বেঙ্গোলদা মপান ফনা চাউখৎখিবা তন্ত্রগী প্রভাপতা মৈতৈগী লাইবেম্মা পানথোইবীবু সক্তিগী মসক ওইনা সাগৎলকপদা থিং নাউ তাওবীগী অমাইবী লেং নৌ মোনবীগী মসক্তা য়ুমফম ওইনা সেমগৎলকখি।

অমাইবীসিংগী পুকোক্কী হায়না লৈবিবা চকপা লম্নাং অমাইবী অসি তুবী থিংকোক লাইবেম্মগী অমাইবীনি। চকপাসিংনা নুমিৎ লাংলম্মী হায়বদু **নুমিৎ কাপ্পা, সৌবোল লাইবেম্মা লৌতাবোল** অমদি য়ুপান থাবগী থৌবম অসিনসু তাকলি। নুমিৎ লাংপা অসি মণিপুরগী অমাইলোনগা হৌদোকমিন্নবরুবা পোৎ অমনি হায়বা অসি য়ুপান থাবগী থৌবম অসিদা তবং তবং উবা ফংলি। খৃ. কুম মমাংদগী হৌনা ওবেল ওইনা চিঙ্খাং য়ৈনা ৱাহৈনা পুথবকলিবা অমাইবীগী সাংলবা সাহিত্য অসিদা ৱাফম

কয়া অমা মকা ফোংদনা য়াওদুনা লৈরি। য়াম্না ওল্লিঙৈগী মতমদা ময়াই থংবা এজিয়াদা নুমিৎ লাৎপগী কলত লৈরম্মী। অদুবু মতমগী মতুংইন্না মপা মপুগী থৱায় লাৎপা ওইনা ওন্থরকখি। মসিগী ফল ওইনা অহানবদা নুংগী তিং য়াম্না কনবা অসিনা সামান অমগী মগুণ ওইবম্বা অদুদগী মমৈদা লাই তোংবগী মসক অসি ওইবকখি (Sidney Spener . 1963, 11)।

মণিপুব তম্পাক্কী মপুং ওইবা নাৎকী সক্তম অসি অঙনবা মতমদা লৈখিবা চকপাগী নাৎতা য়ুমফম ওইদুনা, য়াঙ ওইনা সেমগৎলখিবা, তোঙান তোঙানবা কাংলুপ কযাগী লাইনিং অমদি লাইবোন কয়া যাওসিনখিদুনা ওল্লকখিবা অপুনবা মসক অমনি। তম্পাক্কী, নুপীনা মকোক থোংবা, অমাইলোনগী নাৎ অসিগী মপুং ওইবা য়ুমফমদি চকপানি। য়ুপান থাবদা মাইবীনা থিং কোক লাইবেম্মাগী সক্তম লৌদুনা অঙাং অদু যাংকোক্তা হাপতুনা মমাদা খুৎসিন্নবী। যাংকোক অসি খোংনা সোকহৈদে অমদি পোৎ হাপত্রবদি লোংনা থম্বা য়াদে হাযদুনা অশেংবা পোৎ ওইনা থমলি। চকপা অন্দ্রোগী লাই হবাওবা অমদি মী সিবগী থৌবমদা যাংকোক অসি য়াম্না মক ওইবা পোৎ অমসু ওইরি। চকপা অন্দ্রো হবাওবগী লাই লৌখৎলুবগা যাংকোক্তা হাপতুনা পুবকই। চকপা ফযেংনা লাই হবাওবগী লাইবৌ সাবা মতমদা লাই অদু যাংকোক্তা হাপতুনা পুবি। মসিদা যাওবিবা নুপীমচা অমনা সক্তম লাংদুনা য়াওবিবা লাই অব্রাংবী অসি তুবি থিং কোক লাইবেম্মগী মসকনি। চকপা লোন্দা সব্রাং অসি খ্বায়গী মকোক হায়বনি। ব্রাহৈ অসিগী ব্রাক (root) ‘ব্রাং’ নি। অব্রাংবী অসি কোন্না চাউখৎলকখিবা পাখংবগী নৈসেমলোন্দা (**পাখংবা ফম্বাল**) দা য়াম্না মকওইবা লাইবেম্মা অমনি। মৈদিংঙু চুবাচাঁন্দ সিংহ গী সনা হাক্তক ফাওবা ‘লাইমপী’ হায়না খঙনবী অমাইবী মকোক অমা লৈবম্মী। মহাক অসি উন্নবদা নিংথৌনা খুকমদুনা ইকায় খুম্নবা উৎলম্মী (এম কে বিনোদিনীদগী ফংজবা ৱারী)। লাইমপী অসি লাই ব্রাংপীদগী থৈথরকখিবা ওইগনি। লাই অসি পাখংবগী তালোয়নি। লাই অব্রাংবী অসি পোইবৈতোনগা লোয়নন্না খুম্হোরকখিবী, পোইবৈ মৈতৈগী পুকোক ওইবী লৈমা (অমাইবী) লাইনৌ তাবী লাইসরা নৎত্রগা লাইস্রা হায়না কোন্না খঙনখিবী লাইসব্রাংগুম্না চকপা কাংলুপ অমগী লৈমা অমাইবী ওইগনি। **নুমিৎ কাপ্পা** পুয়াগী মতুংইন্না নিংথৌ হায়বা ব্রাহৈ অসিদি কাংলুপকী নৎত্রগা লৈবাক্কী ফমনাইবু খংনৈ। চুরাচাঁন্দ মহারাজগী মতম ফাওবদা ককচিং নিংথৌ হায়দুনা লৈরম্মী। **নুমিৎ কাপ্পাদা** নিংথৌ পোংবা তবাদা নুমিৎ মনাওবু থিরুচো হায়দুনা থৌসিরকখিবী অসি লৈমা

তরাননি -

লৈমা তরামানা থৌসিবকএ
নিংথৌ পোংপা তবামনা
থৌচংলকএ ।

তম্পাক্তা মৈতৈনা মযেক সিজিন্নদুনা চিহ্নাং যৈনা পুথবকপা সাহিত্যবু লা চনবা হৌবকপদা, মখোযগী নিংসিঙবদা লৈহৌবা, খ্বায়দগী অঙনবা অমদি অবিবা লৈমা নৎত্রগা নিংথৌ অসি কাঙবনি । মখোযনা লাইবোন অসি সেমগৎলকপদা পাখংবগী লাইবোনসিংদা হাপচিন্দুনা সেমগৎলবসু তসেংনা কাঙবা অসি নুপাবা নৎত্রগা নুপীবা হায়বসি ভাপ তাদবা অমা ওইনা থেংনৈ । কাঙবলোন্দা য়াওবিবা পবেং খবা অসি যেংবা যাই

''হৌজিক্তি হযিচক্কী নিংথৌ কাঙবগী বাবোলবু হায়বক্কে । লাইগা মীগা তাইনবদা পানবা নিংথৌনে । কুমসিংলখা তবানিপাল সুবদা নিংথৌ ওইএ । সিনবী লৈমা লৈহৌ নিংথৌ চনুনা পোকপা তাংজ লিলা পাখংবনা যেনবা নিংথৌনে । কৌব্রুগী সুকং লৈখুননুংদা পোকএ । লৈমাদি চেংলৈ চনু ললৈমনা যেনবী নোংপোক নাবংসুনা সনা লাই হুইবীনে । কোলোয মমিংথোংদি লৈমা তাবিংনু মিংহুন্না নিংথৌ কাংখল ওইনা পাল্লমএ ।'' অমবু ওইবে অমবু ওইবে, মতম অদুদদি নিংথৌ হায়বসি লৈমগী মখাপোনবা ফমনাইবা অমনি ।

অঙাং পোকপা অমদি যুপান থাবদা মাইবীনা মফম চাউনা লৌদুনা লৈববসু, নুপীনা অমেৎপা লোযসঙ কাদুনা থাঙ্গেসেংনা অনা-লাযেংবগী মাইবা সাবা অসিদি অথেঙবদা লৈখিদ্রে । অদুম ওইনমক মতম অমদদী অমেৎপা লোযসঙ হায়না খঙনবা মাইবা লোইসঙ অসিগী মকোক্তা মৈতৈ লৈমনা ফমদুনা লৈরম্বা অসিনা মাইবীসিংনা অনা লায়েংবগী থবক অসিদা চাউনা সবক্ক য়ারম্মী হায়বা তাকলি । **চৈথারোল কুম্বাবা** (মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ঃ ১৯৮৯, ২৮) দা য়াওবিবা মৈদিংঙু মুংয়াম্বা (১৫৬২-১৫৯৭) গী মতমদা ''মৈতৈলৈমা সেবেস্বীনা অমেৎপা লোয়সঙদা ফমএ'' । হায়দুনা ইরি ।

হৌজিকসু সিনফম অসিদা মখোয় সুকয়াও য়াওদে হায়বদি নত্তে । মওং অমা নৎত্রগা মওং অমদা মখোয় অদুম য়াওদুনা লৈরি । অদুগা অমাইবী হায়রগা লাইগা সমনদুনা তিনখোং (তিংখোং) লাইখোং সুদুনা লৈরিবা অসিতবু খঙনদুনা থাক অমদা

লৈদুনা চংথরক্কি। লাইরিক মচা অসিদা মপুং ওইনা নৈন্নবিবা অসিসু অমাইবী অমদি মণিপুরগী অমাইলোন্দা লৈরিবা অমাইবীগী মসক অদু থিদোক্লবা হোৎনবনি।

অমাইবী হায়রগা অহুম থোক্লা সণ্ডলেন, লংমাই, ফুরা হায়দুনা খায়দোকলিবা অসিদা সণ্ডলেনগী পুকোকক্তি চকপা লম্লাং অমাইবী, লংমাইগীনা খাবী লেং নৌ মোনবী অমদি ফুরাগীনা তুবী ঙাং য়েক চনু তমপা পানপা ফাবী পানথোইবীনি। মসিদা চকপা লম্লাং অমাইবীনা চকপাগী অমাইলোনগী নাৎপু মসক তাকলি। মাগী মকওইবা মসক্তী লাইরোন সুদুনা লাইগা তাইনদুনা লৈবনি। চকপা অন্দ্রোনা পনম নিংথৌ হবাওবা মতমদা অমাইবী য়াওদে। অসৈবম সাগৈগী পিবানা লুচিংদুনা সাগৈ হৌনা চৎলগা নোংমাইজীং চীংগী চীংসা নাপোম অমদগী লাই লৌখৎলুই। হবাওবা মতমদা মপুং ওইনা খুলগী পাখং লৈসাবীসিংনা জগোয সাই, অমাইবীনা জগোয সাবগী থবক যাওদে। চকপা অন্দ্রোগী পুবৈবোম্বা হবাউবদা সাগৈ ১৩গী মৌসিংনা ফিঙৌ সেৎতুনা পাংথোকই। নুমিৎ কাপ্পা পুয়া অসিদা ইবিবা মক ওইবা ৱাবোলসু মতৌ কবম্না হবাওবগী লাই লৌখৎপা চৎপদা মীয়াম পবেং অমা হৌদুনা 'মালেম খোংবাই সেমদুনা' থৌগল লাংগন য়াওনা 'লাকসাবনা লাকসা নোং' চৎপা হৌখিবগে হাযবদু তাকপনি। চকপাগী হবাউবদা অমাইবী যাওরমদবগী মরমসু লৈতবা নত্তে। মতম অদুদা লৈরম্বদি উ মঙ লাই লাৎপনি, হবাওবা নত্তে। উ মঙ লাই লাৎপা অসিদি মরুওইনা মপা মপুগী থৱায় লাৎপগা মবি লৈনৈ। অদুগা হবাওবদদি মপুং ওইনা চাকহোং-ঙাহোং অমদি মীহোঙ কুম্মৈ ইংলিসতা ফবতেলিতি রাইত (fertlity rite) নি। উ মঙ লাই লাৎপদা উবিবা মপুং ওইবা মসক অসি উক্রোং হোঙবা, নুং হোঙবা অমদি য়ুম হোঙবা অসিনি। হায়বিবা হোঙবসিং অসিগী থৌবুদি নুপা মাইবীসিং অসিনি। মখোয়সিং অসিদি অমরোমদা চকপা নত্তবা অতৈ কাংবুসিংগী ওইবা য়াই। হিন্দু অমদি খৃষ্টান লাইনিং লাকত্রিঙৈদা মসি মপুং ওইনা চীং অমদি তম অনিমক্তা মৈতৈ য়াওনা কাংলুপ কয়ানা চৎথদুনা লৈরম্মী। চকপাগী অমাইলোন্দা নুপা মাইবা চঙলকখিবগী মতাং অসি চকপাগী হামেং মেল্লোংমিংনা লাইরৈপাক্তগী লাইগী জগোয় পুথবক্তুনা মাগী মরোই মনাওসিংদা তম্বীদুনা সামিন্নখিবগী মতাং অসিনা তাকলি। জগোয় অসি নুপা মাইবীনা লুচিংদুনা সাবা জগোয়নি। মাও মরামগী নুঙ হোংবগী জগোয়দা নুপী য়াওদবা অদুনি। চকপা লম্লাং অমাইবীদি জগোয় সাবা য়াওখিদে, সরিক চোম্লাংসু পায়খিদে অমদি সেনমীৎ লংদুনা খুৎলৌসু য়েংখিদে। মথন্ত তুম্মীন্না মেদিতেসন তৌদুনা মঙ চঙদুনা নুংগী তিংগা সমনদুনা ফাওনরগা তুবি থিং কোক লাইরেম্মগী অমাইবোন সুবীনি। মহাক্তী য়োইময়াই তাওদনবা নুমিৎকী অমাইবীনি।

মপা মপুগী মঙদা উ অমা যুংদুনা মপা মপুগী থৱায় অসেংববু লাৎপদা যুমফম ওইবা উ মঙ লাই লাৎপা, নুপা মাইবনা লুচিংদুনা পাংথোকপা থৌনি অসি সা তানদুনা হিংবা, মপানা মকোক থোংবা, অঙনবা মতমদা খা নোংপোক এজিয়াদা চাইনা খুন্দারম্বা কাংলুপ মচা কয়াগী মনাংনি। অঙনবা নুঙগী যুগতগী সমথরকপা মমানা মকোক থোংবা সমাজ, অনি অসিগী মরক্তা থোরকপা জেন্দর পোলিতিক্সকী সাহ্নম মায়কৈ অসোমদসু লাকখিদবা নত্তে। **পোইরৈতোন খুন্থোককী** পুয়া অসি অতৈ কবিসু নত্তে। লৈমা লাইনৌ তাবী অমাইবীগী মফম মতৌ করম্না তাখিবগে হায়বদু উৎপা ঝারিনি। অদুম ওইনমক তম্পাক্কী সিভিলাইজেসনদি ফৌওইবীদা হায়বদি ফৌ থাবদা য়ুমফম ওইবনি, মালেম লৈমা লাৎপা তাবনি, ইমাগী সক্তিবু খঙবা তাবনি। মসিগা মবি লৈননা থিং নাউ তাউবী (তুবি) না মবুং থিং লাইরেনবু য়ু কৌবগা মবুংগী তুং ইন্দুনা জগোয় তম্বগী মিথ অসি য়েংবা নুংঙায়গনি। নাউ হায়বা ঝাহে অসিনসু মহাক অসি তুবি থিং কোক লাইরেম্মগী মতুংদা কোন্না লাকপা লাইবেম্মনি হাযবা তাকলি। থিং নাউ তাওবীগী অমাইবী খাবী লেং নৌ মোম্বীনা অমাই জগোয়গী (trance dancing) মকোক চিংদুনা সারকপা অসিনা তম্পাক্কী সামানিজমদা মসক অমা হাপকংলকলে। চকপা লম্লাং অমাইবীনা চকপাগী নাৎপু মসক তকই অদুগা খাবী লেং মোম্বী অসিনা লংমাইগীনি। তুংদা অনি অসি সঙলেন অমসুং লংমাই হায়না খঙনবি। চকপা লম্লাং অমাইবীগী নুমিৎ অসিগী তোতেম, লাইস্যা অসি হান্না কবি ওইবম্মী হাযবা অসি চপ চানা খঙবা ঙমদ্রি। অদুবু ওইনমক চকপানা সজি সঙাইবু মখোয়গী তোতেম ওইনা হৌজিকসু চেকসিন্না থমলি। পোইবৈতোন্না নুপা অমাইবীগী কলত, তোতেমনা সন না ওইবা খানিং মীকোন অমগী মীহুৎনি (ইবেমহল ২০০০)। খাবী লেং নৌ মোম্বীনা জগোয় তমলিবা মবুং অসি লিননা লাইসা ওইবা লোইদাম থাজ পাখংবনি। লিন অসিগী মকোক্তা সঙাইগী চিবোং হাপচিনখিবা অসিনা চকপাগী অবিবা নাৎ অদুগা অতোপ্পা লিলনা লাইসা ওইবা কলত অমগা অনি পুনসিনখিবগী মসক অদু উবা ফংই। মতাং অসিদা পাখংবনা মমাদা চংজবগা লাইগী নিংথৌ ওইখিবগী মিথ অদু নিংসিঙবা য়াই।

হৌজিক মথংদা লাক্লিবদি ফুবা হায়না খঙনরিবা অমাইবীগী নাৎ অসি কবি করম্বনো হায়বা অদুনি। ঐখোয়গী **চৈথারোল কুম্বাবা** অসিদি হক্লা হিন্দুঝাইজ তৌব্রবা সাহিত্য অমনি। অদুম ওইনমক অমাইলোন অমা লৈজরমলিবা অসিদা চংসিন্দুনা ফুরা হায়বা ঝাহে অসি থিবনা অচুম্বা ওইগনি। ইনক নক্লা য়ুমলোন্নবা ম্যানমাবদা ফুরা অসি ফয়া নংত্রগা কিয়োং হায়দুনা পোগোদাবু অদুগা অমুক সম্না ঐখোয়না কৌতুম

মুনি হায়না খঙনখিবা ভগবান বুধবু খঙনবা ঙাহৈনি। ঐখোয়না ফুরা হায়রগা চেক্লা সাবা লাই লেঙসিন্দুনা লাইসঙবু খঙনরম্বদগী হৌজিক্কী মতমদা চেক্লা য়ুম-কৈ সাগৎনবকপদগী ফুবা-দোলান হায়বা ঙাহে অসি লাকখিবনি। মণিপুবগী অমাইলোন্দা চকপাদগী হৌদুনা নুমিৎ লাংলম্বগী, লংমাইগী লোইদাম থাজ পাখংবা অমদি ফুবা লাই কৌতুম মুনি ভগবান বুধ লাংলম্বগী লাইবোনসিং যাওদুনা লৈরম্মী হায়বদু খঙবা ঙম্মী। মণিপুব অসি অচৌবা খা থংবা সিল্ক রুতকুম্বা ইন্টবনেসনেল ট্রেদ রোদ অমনা চীনাদগী য়ুবোপ যৌনা চংনরম্বা লম্বী অমদা লৈরুবনা মালেম অসিগী অচৌবা লাইনিং, খানিং মিকোন পুম্নমক বৌদ্ধ, ইসলাম অমদি হিন্দু ধর্ম্মনচিংবা চংখ্রবনি। অদুবু ধর্ম্মশিং অসিনা হান্নদগী লৈজবমলবা অমাইলোন্দা য়ুমফম ওইবা লাইনিং, য়ুগ কয়া লান্দুনা পুথবকলিবা অসি পুবা হুমদোক্তুনা মখোযনা খুন্দাসিনবা ঙমখিদবা অসি, চকপাগী কলচবনা য়ুমফম ওইদুনা সেমখিবা হান্নগী য়ুমফম অদু কাংথোং নাইবা, মখোং চেৎপা, ফজবা পুম্নমক চুপসিম্বা অমদি হাপ্পা চনবা, অচৌবা, অপাকপা ওইখিবননি।

ঐখোয়গী অমাইলোন অসিগা হুইয়েন-লানলোংগা লৈন্নবিবা মখি ঐখোযগী সবীৎ-সবাৎ, চীংখৈলোন, থাংলোন-তাবোন, থেঙ্গৌ মাপন, অসিনচিংবা অসিদি লাইবিক অসিনা কোনজবন্দে। মখোযসিং অসিদি অমাইবসিংগী পোখোকনি। মখোযগী খুদোলনি। ঐখোয়গী খৃষ্টান চৎত্রিঙৈ মতমগী, চীংগী অমাইলোনদসু থোযনা চংসিনজকন্দ্রে। চীংগী অমাইলোনসু অমাইবনা লুচিংবনি। লাইবিক অসিদি অমাইবীদা য়ুমফম ওইবনি। অদুম ওইনমক কনাগুম্বনা চীংগী অমাইবোনদা য়ুমফম ওইবা লাইবোনসিং খংবীনিংলবদি **হাওবৈমা সম্বুবী** (ইবেমহল ২০০০) গী অহুমসুবা পন্দুপ্তা য়েংবিয়ু।

অমাইলোন অসি নৈন্নবকপা মতমদা প্রাইমারী সোর্স ওইনা ওবেল ওইনা চিন্দা চীনথাং য়ৈনা ঙাহৈনা পুথবক্লিবা 'ইদ্রিবা সাহিত্য' দা অয়াম্বা য়ুমফম ওইনা সিজিন্নখি। মসিগী মবম কয়ামুক লৈতবা নত্তে। মণিপুবী সাহিত্য অসি পৌনা ইদ্রিবা সাহিত্য অমদি ইরবা সাহিত্য হায়না খায়দোকপা য়াই। চকপা লম্লাং অমাইবী অমদি লংমাই নুরাবী খাবী লেংনৌ মোম্বীগী অমাইরোনগী লাইবোন অসিদি চিন্দা চিঙ্ছাং য়ৈনা ঙাহৈনা পুথবকপা লাইবোননি। মতম মতমগী মতুংইন্না সমাজদা অহোংবা লাকপা, মরু ওইনা লাইনিং হোংলকপা খানিং-মিকোন হোংলকপা মতমদা হান্নগী লাইরোন অদু হোংদোক-হোংজিন, সেমদোক-সাজিন কয়াগী মথৌ তারকই। খানিং-মিকোন্দা

লাকপা অহোংবা, লাইবোন হোংলকপা, সেমদোবকপদা মরুওইনা অইবা লাইবোনসিংসি থোরকপা ওইনা তৌই। অমাইবীগী ফুবা হাযনা খণ্ডনরিবা লাইবোন অসিদি অইবা লাইরোন্দা যুমফম ওইদুনা সেমখ্রবনি। অইবা সেমদোকলবা লাইবোনসিং অসিগী যুমফমদি হান্নগী চীন্দা পুথবকপসিং অদুনি। লাইবোনসিং নৌনা ইদুনা অমুক সেমদোবকপা মতমদা অমাইবীসিং যাওহনখিদে। মখোযদা মযেক সোকহনখিদে। মসি মালেমগী অমাইলোনগী ইতিহাসতা পাক্লা উবা ফংদবা অচৌবা জেন্দব পোলিতিক্সকী সক্তম অমনি। অইবা লাইবোনসিং অসিসু অমাইবসিংনা সেমদোক-সেমজিন দবকাব লৈ হাযনা খনবা অদুতনা অযাম্বনি। অদু নত্তবসিং অদুদি মখোযনসু সোকখিদে। অমাইবীগী অঙনবা মতমগী ইতিহাস, লাইবেম্মসিংগী ৱাবী, লাইবোন অযাম্বদি চিঙ্খাং যৈনা থাজনবী ওইনা, প্রমান ওইনা, পাউবৌ ওইনা, ঈসৈ ওইনা, ফুঙ্গা ৱাবী ওইনা, ঈসৈ ৱাবী ওইনা কবিগুম্বদনা মচেৎ খজিত্তং ওইনা, কবিগুম্বদা পুবা মপুং ওইনা, হৌজিকসু কনানসু থৌসাবীদনা ইচাই চাইনা চীংযা তমযাদা লৈবি। মসিদগী থেংনজবা খবদং, লৌবা ঙম্বা অদু খকতং লৌখৎচবগা **অমাইবী ঃ মণিপুবগী সামানিজম** অসি ইনবা হোৎনবনি।

# অমাইবীগী তাইবং

(মখাগী ৱাবেং অসি তাং ১৬-৮-০৩ ইং, দা লৌখিবা উন্নবগী পাউদমনি)

ঐগী ইমিং বাবনীদি (বাব্নী) অমাইবী। বাবনী অমাইবী অসুপ্পী স্নাকোনুং অমাইবী লোইসং, হৌজিক চহি ১০০ সুগদবা ১৫ দা ঙাইবে। চহি ১৮ সুবকপদা কমেংদা লান চেল্লি। মফমদুদা কুইনা নাদুনা লৈরুই। নাব হাযবসি কন্না নাম্লবা জাৎনি। নাবিঙৈ অদুদদি মীনা ঙাংবা অমতা তানিংদে। ৱাসু ঙাংনিংদে। (কনানো অমনা কবিনো হায়বম্বদা) সাওনিংলক্তুনা মীদু তান্নরুবা ফুরুবা যাওই। চাককা অমতা চানিংদে। চাক অসি ইবেম্মা (লাইনা) সুকপি পিজদে। কবিগুম্বদসু অয়ুক হৌগৎলগা মী অনি অহুমগী চাক অসি ইতোমতা হেক চাথোকই। কবিগুম্বদসু ইথন্তা নোবাপ অনি অহুমকা মেৎতুনা চাথোকই। চাক অসি ইবেম্মা, তবানি কুননি কবিমতা চান্দবা যাওই। ইসা পুন্নমক অসি পুমইং ইংদুনা মিহুন লোযনা চেনখৎতুনা অশিবগা চপ মান্ননা যামফক তাদুনা ন্যাবিবনি। ন্যাবা অসিদি লৈসাবিঙৈদগী হৌবর্বনি। চহি ১৬ তা লুহোংই। পোকফমদি থাংমৈবন্দ গুরুকুল হিজম দেৱান লৈকাইদনি। ইপাগী মমিংদ লাইস্রম নিংথৌজাও। ইমাগী মমিংদা খাঙেনবম নিঙোল লাইস্রম ওংবী মাইপাকপী কৌই। ঐখোয ইচিন ইনাও তরুকনি। ঐনা খ্বাইগী অহল, নুপী ইতোমতনি, ইখাদা ইপুৱা মঙানি লৈবিবা। ইমা ইপা অমদি ইপুৱাশিং অদুনা ঐবু লুনা তৌই। ঐগী নুপাগী মমিং সোবাইসম মোইবাং নিংথৌ কৌই। থাংমৈবন্দ মোজি লৈবক্তগীনি। মাগী চহি ২৭ তা, অহানবগী নুপী লৈখিদ্রবা মতুংদা ঐখোয অনি খংনবক্তুনা কোয়নবগা, ইমাগা পাজিগনা থাজবীদুনা লুহোংবনি। ইচানুপী অমথক পোকলগা, লুহোংবা চহি অহুমগী মতুংদা ইসাগী চহি ১৮ সুরকপদা মহাক লৈখিদে। কমেংদা লৈখিদবনি।

ঐগী অনাবা অসি লৈসাবিঙৈদগী নারবসু হেন্না হেঞ্জীলকপদি ইমাখোয়গা লোযননা কমেংদা লান চেল্লবা মতুংদনি। ঐনা লাইওং খংদনা মীরোন মীবি খংদনা নাবকপা অসিদা ঐগী অপোকপী ইমানা ৱাজবসিদি মহানি। মহাক্না ৱাববনি নুংঙাইত্রবনি

হায়দুনা কপলিবদু হিংচাবীদুম মাল্লি। মাগী মসক সুকয়েং য়েংনিংদে, মত্রা সুকতা তানিংখিদে। ঐনা নাবিবনি হায়দুনা লৈবিবদু ইসা অসি মংওই হাওই তবং অমদা ইতাও তাওদুনা লৈ। কবিগুম্বদা লাইরৈবাকনি হায়দুনা পাইগুম করিগুম তৌদুনা লৈনুংগী সুকং লম্বী অমদা চৎলি। তুরেল অমা লানথোকলগা, মফম অদুদা লৈসু ফজ ফজবা, মখল মখল সুনা সাৎলি, হৈবাং কয়া কয়া পাল্লি। মদুদা লৈবমলিবা লাইশিং অদু কয়া ফজত্রে, মফম অদু হাযনিংঙায় লৈতনা নুংসি, ফজে। কবিগুম্বদসু অসিবগী লৈবাক্তা চৎলিবনি হায়দুনা অমুক তৌই। অসিবগী লাইনিংথৌ অদু ফিঙৌ ঙাক্তা, লুনা ফজনা সেৎলদুনা লৈবম্মী। মাগী মনাইসিংদুদি মরৈ খুনিংমুক সাংলদুনা যেংবদা কিব কিববা থিববা ঙাক্তা যাম্না লৈহৌই। অদুগা অসিবগী লৈবাক্তদি লাইদা যাম্না কৎলকপা মীঙোন্দ যাম্না পিজ পিথক তৌজখিবা মীগী মরল অসিনা যাম্না লৈহৌই। মদু ঐখোযনা সোকলুবা যাবা নত্তে। হযেং মীদুনা লাকলগা সিবকলগা চান্নবগী হায়দুনা লৈহৌই। সম্ত্রী অমমমনা মদু নিংথিনা ইসিন খোৎচিন্দুনা থম্মী। লাইগী লৈবাক অসিদদি দযা মযাকা লৈবা নত্তে। অমনা অমগী থমজখিবদু কবিমতা সোক্লকুবা লৌকবা যাবা নত্তে।

অসুম্না মংওই হাওই ইতাও তাউনা অসিবগা চপ মান্ননা মতম সাংনা নাবক্লবা মতুং অদুদদি নেম্মদি মগুদা ঐগী ইপা গুরু অসি লাক্লে। ইপানা 'ঐদি লাংমৈদোং হাযবা মফম অদুদা লাই হবাওদুনা লৈবি, লাকপা যাদে, মফম অদুদা লাক্লো' হাযববদা ঐ হৌগৎতুনা চোল্লেবনি। নুংদাং অদুদি ঐ অসি সিবহনি যাববোই হাযদুনা সঙ খন্নবা উ-রা যানবা হৌরবনি। ঐবু চেনখিনি হাযদুনা সংদুনা লৈবিবা অদুক যাম্না মীযাম অদু কমদৌননো লোযনা সুমদুনা তুমথক্লবদা, নুমিৎ তবানি কুননি চাক চাদ্রবা, সোনখ্রবা ঐ অসিনা কমদৌননো হৌগৎতুনা, ইপাগী মনাক তান্না, কমেংদগী লাংমৈদোং তান্না চেল্লে। ইসা অসি ইতাও তাওনা লাই মযাম অদুনা থাংদুনা পাইবগুম্না ঐ অসি চেল্লে। মাইল অমগা মখাই হেন্না, পৌরামুক চেল্লবা মতুংদা ঐবু সংলিবা মীযাম অদুনা তান্নবক্লুনা ফাবে। ইবোন অসি লোযনা খোযগৎলক্লুনা 'ঐগী ইপা গুরুদি লমদেং তোম্বানি, মহাক্কী মনাক্তা লাংমৈদোংদা চৎলিবনি' হায়দুনা ফ্রং ফ্রং চোংলবদা, ঐগী ইপুরা অতোনবা অদুনা হযেং নোং হেক ঙানবগা ঐ চৎলগা কৌবীকরগে হাযদুনা থেমলগা ঐবু পোদুনা যুম তান্না অমুক পুবকখি। অদুদগীদি ঐহাক অমুক রা ঙাংবা ঙমখিদরে। ঐগী ইপুরা অদুনা কোয়থি থিবক্বগা নুমিৎ খবনি লৈবগা গুরু পুদুনা লাক্লে। ঐগী ইপা গুরুনা কমেং যৌরকপদগীদি ঐ রা ঙাংবা থোকললে, নাবা ফবদুনা হবাউবদুনা হৌগৎলগা, কোম্লোংদা থোক্লুনা ঙায়দুনা লৈরে। গুরু যৌবকলগা

‘ঐদি কোনুংদা লৈবনি, সিদা লৈদুনা লায়েংবা ঙমলোয় কোনুংদা পুখৎপিবকলো’ হায়বদগী ঐ কোনুংদা পুখৎলকখি। অসুম্না ঐহাক ইসাগী চহি ২১ হায়বকপদগী কোনুংদা (অমাইবী ওইক্নবা) লাকখি।

অহানবদা উবিকসিবী মনা লুজদুনা ঐগী পাৎলম্বা পোমলম্বা পুন্নমক ফহনখ্রবা মতুং নুমিৎ ১৫ নিমুক লৈবগা লাই চাক খাংলগা লাই সোস্তী সোল্লি। লাই চাক খাংবা হাযবসি ঐঙোন্দা যেৎসিন্নদুনা লৈবিবা লাই মযাম অদু মাগী মাগী পীফম থোকপা পিদুনা খায়দোকপনি। ঐগী ইপোক নুমিৎ, নোংমাইজিংদগী থিবগা ইপান নুমিৎ ইরাইদা ইপা গুরুন্না লাই চাক খাংদোকপিখি। লাই চাক খাংবদা চঙবা পোৎলমদি ধূপ, থাংমৈ, কবোক, লফোই চং থোকপা, ক্বা মনা, হৈ মখল অহুম-হৈতুপ, হৈনিং, হৈকু, যাম, হৈবী মনা, চেং, মতম মতমগী অনৌ অপেন সুনা হাপকনি। হৈবীমনা হাপতুনা সিংজু অমা সোযগনি। অনৌ অপেনসিং অদু পুলপ সোযবগা সবোই খাংগনি। থাংজিং সবোই ৬১, মাবজীং সবোই ৬১ ব্রাংব্রেন সবোই ৬১কৌব্রু সবোই ৬১ নোংচুপ সবোই ৬১ অমদি নোংপোক সবোই ৬১ অসিদ নত্তনা লম্মাবা তুমাবা, লমসেনবা, হনু লৈখম, হনু কোকচাউ, লাইপুংথৌ মপন, লাইনুবা তবেৎ, থক্তা লৈবা সোরাবেন, খাদা লৈবা থোঙাবেন, মীসু লাইসু, কাসা, সোবেন অপুন্বী অসিনচিংবা পুন্নমক কৎকনি। সরোই ময়াম অসিদা কৎত্রিঙৈদা ইপা থাংজেং নিংথৌ, ইমা থাংজেং লাইরেম্বী, ইবুধৌ পাখংবা, খুমন, মঙাং, লুৱাং, গুরু অহুমদা হান্না তায়গনি। সোনগদবা লাইসোনদি, ‘ঙসি হাযবা নুমিৎ অসিদা, লাই নখোয মযামগী তবা য়ু খাংজরে, হৈসোয কৎচববনি, ব্রাকোং সিংকোংজবে। মসি চাবগা নয়ুম নয়ুমদা হনবীখ্রো। নহনফমদা হনজীনখবো নতেফমদা তেসিনবীখ্রো। তাইবং মীগা খোইয়ুম লাইগা কুইনা যেৎনবা হৌনদে। লাই ঐখোয়সু ইহনফমদা হঞ্জবে। মীনা মীদা, লাইনা লাইদা হঞ্জরে। ওইনা থাবা পবৈনা ওইদা হল্লবনে, যেৎনা থাবা পরৈনা য়েৎতা হল্লবনে’।

অসুম্না লাই খায়দোক্লবা লোয়বগা মাইবী লাইনৌগী যুপান থাবা সোস্তী অসি পাংথোকই। পেনা লোইসং অমদি মাইবা লোয়সংদা অথেনপোৎ অমমম কৎলুরগা ইমা লৈমরেন শিদবীদা অথেনপোৎ অমা কৎকনি। নুমিৎ অদুদা মাইবী লাইনৌ অদু ফিঙৌ সেৎলগনি। লাইমাংদা ফমহন্দুনা লৈরগা ইমা গুরু নৎত্রগা ইপা গুরুনা সন্নিক চোমজাও পায়দুনা লৱায়দা খিং খিংদুনা লাই থেমগৎকনি। লাই থেমগৎপগী লাইরোন-

হুম হুম হুম
মালেম সনা লৈময়োন
অমম্বদা উং উং লৈখা তরাতরক্কমক
লৈহৌরোন লোন মঙা মক
লৈমুবোন লোন তরক্কমক
নরান্নুং লৈয়েং নুং
থম্না লাকোন্নুং চমু চঙৌপান
মালেম সনা তম্পাক অনেম্বদগী
লংসুংনা লিহৌনরক্রে এ এ এ
খোইয়ুমদনা মৈ ইশিং নুংসিৎ অহুম্মক
খাবী ঐসু ইপন হৈনা
নতুং ইল্লকলে এ এ এ
চিংগু নিংখৌ খোইয়ুম
থাকন্দনা লৈনা কাংজরকলে
খোইয়ুমদনা হৌবো হৌবো ও ও ও
সীঙেলদনা লৈহুন ওইবী
চামলৌদনা লাথা ওইরকপীনিদো
লোইসং ফাকনবিবী
চেগপ মক ইন্না ও ও ও
ফম্ফম বায়েল ফরকপী
মদাইবেম ওইবকপীনিদো
খাবী ওইয়ু নোংদমলমলে এ এ এ
ঐবুদনা লোয়বা ইপুরোয়বা
নদাইরেমনি এ এ এ
লবাই যায়া কোয়রেন কোয়বী থক তোং
সমলাংদনা তুরক খায়না
ফৈজাদনা পোপতেক লৈনা
ঙাহিক ফম্ফমবীরো ও ও ও
ঐগীদবু য়াফম ওইবীয়ু
চনিংদনা বা কাননরবো ও ও ও

**অমাইবীঃ মণিপুরদা সামানিজম**

খোইদৌদনা ঐ মরু লেম্নীররোদো
পলেম পঙ্খোগী অমৃত ও ও ও
অথুম্ববু তোংনরকপীনে
পলেমদনা ইমা সিদবী
নদাইরেমগী লৈয়েং মক্তা
অমম্বা লৈসা খায়বীররো ও ও ও
অঙানবা পাউচেনবীরো
লৈবাকপু ফা ইমা কৌরমগে
নোংথৌবু খুং ইপা কৌরমগে এ এ এ
উং সোরো মানবী
খোইয়ুম লাইয়ামদি তিলে তিলে এ এ এ
হয়ুম হয়া হে।

৩

# সামানিজম ঃ অমাইলোন

মালেম অসিদা লৈবিবা মসক নাইবা অচৌবা লাইনিংলশিংসিং -হিন্দু, বৌদ্ধ, তাউ অমসুং কনফুসিয়ান, গ্রীক অমসুং হেলেনিস্ত, হিব্রু অমসুং জিউ, খিষ্টান, অমসুং ইসলামগী খুইদগী অৱাংবা থাক্ত লৈখ্রবা ঈশ্বরগা হকথেংনরকপা, মিস্তিসিজমগী থাক অসি, মীওইবগী য়েলহৌভেদা লৈখিবা অওনবা মতমগী অচম্বা লাইনিংদসু মতৌ অসুম্না ঈশ্বরগা হকথেংনবকপগী থাক অসি লৈপ্রে হায়বসি হৌজিক্কী মতমদা সামানিজমবু নৌনা অমুক নৈনরকপা মতমদা খঙবা ঙমপ্রে। সামান হায়বা ৱাহৈ অসি ময়াইথংবা অমদি নোংপোকথংবা সাইবেরিয়াদা খুন্দাবা এক্সিমো কাংলুপ তুংগুসেস (Tunguses) না সিজিন্নবা প্রোফেত নংত্রগা উদুনা খঙলবা (seer) বু খঙনবা ৱাহৈ সামান হায়বা ৱাহৈ অদুদগী লাকপনি। সামাননা মকোক থোংবা লাইনিং সামানিজম অসি অহানবদা কসিয়া অমদি আমেরিকাগী রেদ ইন্দিয়ান হায়না খঙনবা নেতিপ আমেরিকানশিংগী মবক্তদা লৈ হায়না থাজনরম্মী। অদুবু হৌজিক্তি মসি মালেম সিনবা থুংনা কোরিয়া, চীনা, জাপান, তিব্বত, খা নোংপোক এজিয়া, ওসেনিয়া, অফ্রিকা, অস্ট্রেলিয়া অমদি খা এজিয়াদা লৈবম্মী হায়বা খঙনরে।

সাম্যানিজম অসি লম লমগী ওইবা তোঙান তোঙানবা নাংকী মওং মওংদা লৈরবসু হৌজিক্কী মতমদা সামানিজম অসি চপ চানা করিনো হায়দুনা তাকপা মতমদা মিরসেয়া (Mircea Eliade) না মাগী ফাওরবা ক্লাসিক ওইরবা লাইরিক Shamanism Archaic Techniques of Ecstacy (1964) তা ইরিবা - খোঞ্জেল থোকহনবা যন্ত্র অমগী মতেংনা, মপানগী তেংবান অসিদগী নানথোকহন্দুনা অতোপ্পা তেংবান অমদা, মীওইবগী হকচাং অসি য়াওদনা, মঙ ওইনা থৱায় খক্তনা লৈনুং লশী সুরুং অমা ফাওদুনা লৈখা নংত্রগা লৈথক্তা, কনাগুম্বা লমজীংবীবা থৱায় অমনা সা নংত্রগা উচেক্কী সক্তমদা লমজিংদুনা চৎলগা, মাগী কাংলুপকীদমক কান্নরবা ঈ-পাউ অমদি পাউতাক কয়া লৌরুনবগীদমক চৎপা ঙমলিবা মীওই অদুবু সামান কৌই, হায়বা ৱাফম অসিনা হৌজিক্কী মতমদা সামানগী চপ চাবা সক্তাক ওইরে।

সামান হায়বা অসি মীত্রং তৌবা, ভুত সান্নবা, জাদু তৌবা, লাই পূজারী নৎত্রগা পুরোহিত, কিথুম পুবা, খুৎলি সুবা, খুৎলৌ য়েংবা অসিনচিংবসিং অসি নত্তে। সামান অমগী চপ চাবা মসক্তি কাংলুপকী অমদি লৈবাক্কী য়াইফনবগীদমক অতোপ্পা তেংবান অমদা মঙ চংলগা মপানথোংদা উবিবা মহৌসাগী সক্তম অসিগী হৌরকফম ওইরিবা মহৌসাগী তিং (Cosmic energy) অদুগা ফাওনবনি। মসি ঙম্নবগীদমক সামান অমনা মাগী থবায়গী তিং নৎত্রগা সক্তি হেনগৎনবগীদমক অকনবা সাধনা চংই। মরম অসিনা সামান অমনা য়াম্না মক ওইরিসি পোৎচঙ অহুমনি হায়বা য়াই অতোপ্পা তেংবান অমদা মঙ-চংবা, লৈবাক্কী য়াইফনবগীদমক মহৌসাগী তিং অসি মাগী সক্তিনা সিজিন্নবা ঙম্না অমদি মহাক্কী থবায়গী তিং হেনগৎনবা সাধনা অসিনি।

লম লমগী মতুং ইন্না তোঙানবা নাৎসিংগী সামানসিংগী তোঙান তোঙানবা মমিং লৈজবগা লোয়ন লোয়ননা মখোয়গী তোঙানবা হৈসিংবা, তোঙানবা মীৎয়েং অমদি মওং মতৌ লৈজবা নত্তে। সাইবেরিয়া, য়ুরোপ অমদি আমেরিকাগী সামানসিংনা সাগী মউন মচি সিজিন্নদুনা ফি সেৎলি, মখল কয়াগী কোনমাই অমদি পুং মখল কয়ামুক সিজিন্নৈ। অদুম ওইনমক খা নোংপোক এজিয়া মরু ওইনা পেসিফিক আইলেন্দগী পোলিনেসিয়া অমদি হবাইগী সামানসিংনা অসিগুম্না ফিজোল, কোনমাই অমদি পুংনচিংবা যন্ত্র অসি সিজিন্নদে। মরু ওইনা হবাই আইলেন্দগী সামাননা পুং নৎত্রগা সরীক্কুপ্পা তাল নাইবা যন্ত্র সিজিন্নদুনা অমদি ঈসৈ সক্তুনা মঙ চঙদে। মখোয়গী পুক্লীং অসিখক সিজিন্নদুনা মঙ চঙবগী থবক অসি পাংথোকই। **নুমিৎ কাপ্পা, পোইরৈতোন খুন্থোক, থবানথাবা হিরাননচিংবা** পুয়াসিংদসু ঐখোয়গী সামান নৎত্রগা অমাইবীনা সা মউন, কোনমাই অমদি পুং, সবীক সিজিন্নদুনা মঙ চংলমদে। অদুম ওইনমক **পোইরৈতোন খুন্থোকতা** নুপা অমাইবীনা সা মউন সেৎতুনা, সন মচি মকোক্তা থেৎলম্বগী বা য়াওরি।

মালেমদা লৈরিবা অমাইবীগী ট্রেদিসনসিং অসি মপুং ওইনা অনি থোক্লা খাইদোক্তুনা নৈন্নরে। য়াম্না পাক-চাউনা খ্বায়না খঙনরিবা ট্রেদিসন অমদি মরুওইনা আমেরিকাগী রেদ ইন্দীয়ানসিংগী হুইয়েন লানলোংগী পুন্সীরোন way of the warrior অসিনি। খুদোংথিবনা ইতৎ তৎতনা লাঙ্গোয় চল্লবা পুন্সী অমদা মীওইবনা য়েক্লববু মায়থিবা পীদুনা মসাবু অমদি মাগী কাংলুপপু হিংদুনা থম্নবা পুন্সীরোল অমদা য়ুমফম ওইদুনা সেমগৎখিবা কলা ঃ সরীৎ-সরাৎ, সাদা লান্দা থৌবা অমদি হৈ-সিংবা, য়েক্লববু করম্না মায়থিবা পিগদগে অমদি য়েক্লবনা ঙমন্নবদা করম্না ফিরেপ লৌগদগে, অসিনচিংবা মওংসিংগী সা-লানগী কলা অসিবু মপুং ফানা খঙনবা হৈনবা

হোৎনবকপদা চঙবা অকুপ্পা অমদি অরুবা থকসি-খাসি অসিনি। অসিগুম্বা সামানিজমদা য়ুমফম ওইবা অকুপ্পা হুইয়েন লানগী পুন্সীবোল অসি জপানগী সমুবাইদসু উবা ফংই। অমদি ১৮৯১ দা খোংজোম লান্দা মৈতৈগী অথৌবসিংনা বৃতিসকী মখুৎতা মায়থিবগনি খঙলবসু নুপা থোক্লা যেক্লবগা মায়য়োক্নবা লানফমদা মায় নৈদনা থব্রায় কৎখিবদু ঐখোযগী সাংলবা হুইয়েন লাল্লোংগী কুপলবা পুন্সীরোলনা তম্বীবকখিবসিংগী মনুংদা যেক্লববু ঙম্বা নৎত্রগা যেক্লবনা ঙমত্তবদা চৎকদবা লমচৎ অমা, অকনবা থকসি-খাসি অমদা মথং মথং পুথবকখিবা কলা অদুননি হায়বা যাই। কলা অসি অফবা অমদি অচুম্বদা য়ুমফম ওইদুনা মীওইবগী অমদি মালেমগী য়াইফনবা সেমগৎখিবনি। লাম্মী খুদিংমক সামানগুম্না কাংলুপকী যাইফনবগীদমক খুদোংথিববা মঙগী খোংচৎ অমদা মথক থোংবা সামান অমাইবী অহল অমগী অকনবা ট্রেনিং অমগী মনুংদা অকনবা সাধনা অমদা হোৎনদুনা চংবগুম্না লাম্মীগী পুন্সী অদুনা মাগী কাংলুপপু ঙাক্লবা, কন্নবা অকনবা থকসি-খাসি অমদা চঙজদুনা মখুৎতা খুৎলায় পায়বিবনি। অমাইবীগী মঙগী খোংচৎ অসি মসা মসাগী কান্নবা য়াইফনবা নত্তে। মদু চপ চাবা সামানগী দিসিপ্লিন মনুংদা চন্দে। কনাগুম্বা সামান অমা খুদোংথিবা নংলবদি মাগীদমক অতোপ্পা সামান অমনা মঙ চঙবীবদি যাই। মণিপুরগী সা-লানগী থেঙ্গৌ মাপন অসি লাম্মী মসাগী নুংঙায় যাইফনবা নত্তে, লৈবাক নিংথৌগী য়াইফনবনি।

পেসিফিক মহাসাগবগী ঈথৎসিংদা মথক্তা পনখিবা হুইযেন লানলোংগী পুন্সীবোন অসিগী ওন্ন-তৈন্নবা মওংদা ফংবা অতোপ্পা সামানিজমদা য়ুমফম ওইবা পুন্সীবোন অর্মাদ অবাইওই (Anoi) হায়না খঙনবা, কোযনা চৎপা ঈসৈ-নোংমাই অর্মাদ জগোয় সাবা অমাইবী কাংবু অসিনি। অহানবগী অসিদি মসাবু অমদি মাগী কাংবুবু খুদোংথিন্দগী কনবা অমদি ঙাকপা তাবনা মসা মউ ফবা, পুক্লীং অমদি হকচাংগী পাঙ্গল কনবা অমদি খুৎলায সিজিন্নবা মতমদা সুংসোয় সোযবা যাদবা খোংফম অমদি খুৎফমগী অকনবা ট্রেনিং চঙই। অদুগা ঈসৈ-নোংমাই জগোযদা য়ুমফম ওইবা, খাংজেং লাইবেম্বীনা চানবীবগী মতুংইন্না নোংম নোংমগী হৈনিং-সিংনিংবগী মতুংইন্না থোকল থোক্লবা মওংদা পাংথোকপা কুম্মৈগী মওং ওইনা লৈবা the way of Advanture হায়না খঙবা অমাইবীগী কলা অসিগী মপুং ওইবা মসক্তি কাংলুপ মসেন অমগা অমগা নুংসি চান্নৰা ইংনা নে তানা হিংমীন্নবনি। হরাই আইলেন্দগী অবাইওইগী নাৎ অসিগা মণিপুরগী অমাইলোলগী লাই হরাওবগী থৌনি অসিগসু যেংবা যাই। তেংবান অসিদা মীওইবনা সুজ-নোমজবগা ইংনা নুংঙায়না পাঙবা য়াই হাযবদু উৎপনি।

হবাই আইলেন্দা ব্লেগ মেজিক তৌবা, পোৎসেম জাদু অমদি লাই ফওবা সান্নবা মীবু অনা-অনা (ana-ana) হায়না খঙনরম্মী। অদুবু ব্রাহে অসি সিজিন্নবা তোকখিদুনা মখোয়না অমাইবীবু খঙনবা কাহুনা (Kahuna) হায়বা অসি ওইনা খঙনখিদুনা কাহুনা অমাইবীবু য়াম্না হংগোয়নখিবা মতম অমা লৈখি। মসি মালেমগী অতৈ মফমদসু থোক্কবা নত্তে।

হবাই আইলেন্দা তেংবান অসিবু লেঙহন-পালহল্লিবা পুন্সী পীবীরিবা মহৌসাগী অথুপ্পা সক্তি অদুগী মমিং মানা (mana) হায়না খঙনবিবা অসি চাইনাদা চী (ch'i), জাপান্দা কী (ki) ইন্দিযাগী হিন্দুনা প্রান (prana) হায়না খঙনরিবা অসি মণিপুরদা মকওইনা মৈতৈনা তিং হায়না খঙনরকই। ব্রাহে অসি অঙনবা মতমদা চকপাসিংনা থিং হায়না খঙনবম্মী। নুমিৎ কাপ্পা পুয়াদা নুমিৎ ময়াম্না তাউহুইবেংবু খ্বাই নোংচেংবম সাগৈগী তম্না নুপা অমনা তেননা কাপথল্লবদা নুমিৎ মনাওনা কিদুনা চেনখ্রগা তুবী থিং (তিং) কোক লাইবেম্মগী ময়া মনুংদা চঙদুনা লোৎখি। অনোইবোলদা অসুম্না ইবি ঃ-

> লহালনোং হয়িঙৈদা
> পামা মচল থিং নাউ তাউবীনা
> মথিং লাইরেন পাতুবু য়ুকৌএ।
> ইথিং লাইরেন তাউবোইনাই ও
> তুবি নউল হুবিবম ও
> লাইবেল নতাংমাবু সিৎপীরমও ।।১।।

লৈথক লৈখাবোলদা (মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ১৯৬৭) অসুম্না অমুক ইবিঃ-

"হৌজিক্তি তাইবংপানবা অসিবু সেমলঙৈগী ব্রাবু (ফাওনা) হায়গে। তাইবংপানবা মপুনে, অতিংকোক্লে, অমম্বনে লাই সিদবা অহুমক্তি লৈবাক, নোংথৌ, মৈ, ঈসিং, নোংসিং, সজিক, থাবা, নুমিৎ, থা, থৌব্রানমিচাক, খোংচোননুপি, লাই লৈবা খিবিক্লা চিংনা মাঙলবসুং মাঙফদবা সিদবা লাইনে। ... তাইবংপান মপুনা মরু অকোয়বা থবিয়িমগী মসক অদুবু চুমিথাংগী মসক কুমনা অনি ওইনা কোয়দুনা মতোন চোংলে। মতোন মহাক্তি সন্নচিং ওইরে। ... সন্নচিং মহাক্তি অতিংকোক্লে, সন্নচিংগী মখাদা অমম্বা লৈত্র। .. অমম্বগী মখাদা অতিংকোক্লা লৈএ, অতিংকোক্কী লিনফুদি

তাইপং পানবাগী মপুনে। ... অতিংকোক্কী মখাদা তাইপং পানবাগী মপুনা লৈএ। . লিনফুগী মতোম্দা তাইবংপান মপুগী ফমবীনে, মউদি সন্নচীংনে। সন্নচীং মহাক্তী অতিংকোক্রে। ... অমম্বগী মথক্তা অতিংকোক লৈএ। অতিংকোক্কী মথক্তা তাইবংপানগী মপুনা লৈএ মহেদি সুননে। সুন মহাক্তি তাইবংপান মপুগী ফম্বীনে। মসাদি সুননে, সুন মহাক্তি অতিংকোক্কী ফম্বীনে, মসাদি অনচিনে। অনচি মহাক্তি অমম্বগী ফম্বীনে। অসিনে লেপ্পা খঙ -ও।"

চাইনিজ লোন্দা চী (ch'i) হায়বা ৱাহে অসিগী অর্থদি নুংসিৎ হায়বনি। নুংসিৎতা যাওবিবা নুংসিৎপু সাবিবা মচাকসিং অদুদি নত্তবা নুংসিৎকা লোয়ননা ঐখোয়না সোব হোঞ্জীনবদা যাওখ্রিবা পুন্সী পীবীবীবা পাঙ্গল অমদি তিং হাপপিবিবা সবব্ক অদুনি -

ch'i, which literally means air Ch'i is in the air, but it is not the air nor one of its chemical componets We may consider it as the life giving principle or vital cosmic force

(Hu, C N 1988)

হৱাইগী মানা, জাপানগী কী, ইন্দিয়াগী প্রান পুম্নমক অসিগী ৱাহন অমদি মসক অসিগা চাইনাগী চী অমদি মণিপুরগী তিং অসিগী ৱাহনসু অমতনি হায়বা যাই। সুন নৎত্রগা সুন তবং হায়বগা অহাংবা অতিয়া অসিবু খঙনৈ। অতিয়া অসিসু অ তিং ঙা হায়বা ৱাহে অসিদগী লাকপনি। **লৈথক লৈখাবোনগী** মতেক অমা মথক্ত থমলিবা অসিদা সেংনা হায়বি মদুদি সুন অসি তাইবংপান মপুগী ফম্বীনি, অতিং কোক্কী ফম্বীনি। তাইবংপান মপু অসি অতিংকোকনি। অতিংকোক্কী মশক্তি অমম্বনি। মিস্তীক্কী ৱাহনদা অঙানবা অমদি তেংবানগী তিং পুম্নমক অসি অমম্বগী মসক ওইনা লৈ। বাইবলগী জেনিসিসতা গোদনা অমম্বদগী নুমিৎ, থা, থৱানমিচাক পুম্নমক পুথোক্তুনা সেমখি। অমম্বা অসি লৈসেম নোংসেমদ্রিঙৈগী, সৌব জগৎ অসিগী মক পুম্নমক লোৎতুনা লৈবিবা, অহাংবা অমম্বনা মাগী মসক ওইবা সিয়োম অদুনি -

"These realms are often found in a wider circle of a "Great spirit," and this divine entity is in some cultures preceded and embraced by Great Grandmother Space, a primordial emptiness that gives birth to all phenomena "

(Joan Halifax, 1987)

মৈতৈনা তিং কোক সিদবা হায়বা, লৈসেম-নোংসেম্বা মপূ অসি তিংগী হৌরকফম ওইবা মরু অমদি পোকপা সিবা নাইদবা, সিবা লৈত্রবা সিদবা হায়না মিংথোন পিবম্বা অসি অৱাংবা থাক্কী ৱাখনলোনগীনি। কবুইনা তেংবান মপুবু তিং কাও (কোক ?) বখোং হায়না কৌই। সামানিজমদা সামানসিংনা তিং অসিবু খঙনা তিং অদুগা ফাওনরগা, খঙনবগা তেংবানগী য়াইফনবা হোৎনবনি। লাই নুপা নৎত্রগা নুপী অমগী মমিং পিদুনা, নিতি নিয়ম ময়াম অমা, লৈসেম-নোংসেম্বগী ৱারী ৱাখোং মযাম অমা হাপকৎলকপা অসিদি কোন্না অথেংবা ইতিহাসকী পাকথোক চাউথোবকপা মতমগী পোৎথোকনি। তেংবান অসিদা পোক্লবা জিব পুন্নমক্তা তিং অসি লোযনা যাওই। অথোই অহেনগী ৱানি। ঐখোযনসু হাযনবি - মতিং পান্দবা নৎত্রগা মতিং যাওদবা মী। মসি অসোনবা মসাগী ফিবেপ লৈজদবা মীদা হাযনবনি। সামানসিংনা গুরু নাইদুনা, অকনবা ট্রেনিং অমদা, মসাদা যাওবিবা তিং অসি হেনগৎহন্দুনা, তিং পুন্নমক্কী হৌফম অদুদা, থৱায়গী খোংচৎ অমদা চৎতুনা সমন্নবা হোৎনবনি। থাঙ্গেসেংবা বিলিজন (religion) হাযদুনা খঙনবিবা, কাংথোং নাইনা চাউখৎলবা লাইনিং লম্বীসিং অসিগী মসক্তী হাযবিবা কাংথোং নাইবা ৱাখললোন নৎত্রগা থাজবা অদু নত্তে, অমবোমদা থম্মোয়দা খংহৌদনা ফাওরকপা, খংলকপা অদুনি -

" the fundamental factor in religion is not belief or thought, it is rather intuition or feeling - the sense of the 'numinous,' the awe inspiring, the Transcendent

(R Otto, 1920)

কনাগুম্বা মী অমা নুপা, নুপী, অঙাং, অহল খাযবা লৈতনা অমাইবী ওইবা যাই। মসি লম্বী অনিদা হাযবদি 'কৌরকপা'গী মতুংইন্না নৎত্রগা মসানা পামজদুনা হোৎনজরগা চঙবা যাই।

অঙনবা মতমগী সাইবেরিয়া অমদি আমেরিকাদা খুন্দাবম্বা সাদানবা ত্রাইবেল কাংবুসিংগী চহি নৌবিবা ১৩।১৪ গী নুপামচাবু থৱায় অসেংবগা ফাওনদুনা অহেনবা সক্তি ফংনবগীদমক লমহাংদা মথন্তা চাবা হেলহন্দুনা অসিবগী মতৌগুম্বা তাদুনা লৈরগা নুমিৎ কয়ানি ঙায়বদুনা লৈবগী মওং অমা লৈবম্মী। মখোয়না অসিবগী পাংথককুম নুমিৎ কয়ানি মতোমতা লমহাং মচি অমদা খাংপোক অমদা য়ামফক তাদুনা ঙায়রবা মতুংদা, থৱায় অমনা মাগী মঙদা মী নৎত্রগা সা ওইনা উচেক ওইনা লাক্তুনা সক্তি পীবিরম্মী। মতুংদা মহাক্কী মঙদা লাকখিবা অদু মহাক্কা ফাওনরগা মাগী তুংগী

পুন্সীদা কান্নবা কয়া হায়বদি ঃ অমাইবী ওইনা অনা লায়য়েংবা, সা কয়া সুমহৎতুনা সাসিং হেন্না হাৎপা ঙস্বা, মতিক লৈবা অচৌবা লাম্মী অমা ওইবা অসিনচিংবা ঙমজে। কনাগুম্বা সামান ওইগদবগী কন্না হোৎনরক্লিবা অমগী মফমদা অসিগুম্বা থবায়গা থেংনবা মিকুপ অদুদা খংহৌদনা মাগী নুংদা নৎত্রগা থবায়দা মৈরা অমগী মতৌগুম্না খংঙান ঙানথোরকপা - মদুদা মহাক্না মী অতৈগী অচম্বা, মপানথোংগী মীৎনা উবা ঙমদবা, ফাওবা ঙমদবা কয়া, তুংদা থোক্লগদবসিং, অথাপ্পদা লৈরিবা, চৎলিবা অতৈ থবায়সিংগা ফাওনবকপা অসিগুম্বসিং অসি ওইথোবকখি। সামান অমগী থবক অসি অবাইবা নত্তে। মহাক্কী মথক থোংবা অহল সামানসিংগী মনাক্তা ফমদুনা মখোয়দগী অকনবা ট্রেনিং চংই। মহাক অসি চুম্নগী অবাংবা থবায় অমগা ফাওনরগা মবক্তা লৈদুনা ঈ-পাউ পিবা খক নত্তে। মহাক্না মহাক্না থেংনবিবা সক্তি অদুগী মপু ওইদুনা সক্তি অদুবু সিজিন্নগদবনি। সিজিন্নবা অসি মাগী কাংলুপকী য়াইফনবনি। মসানা পামজদুনা, ওজা গুরু খন্দুনা, চংজদুনা সামান ওইবা অসি মণিপুবদদি হুইযেন লাল্লোং, অমাইবা হায়না খঙনবা ইবাৎ-থৌনিগী থবক পাংথোক্লীবা অমদি অনা লাযয়েংবগী থবক ওইনা চৎথবা মাইবা সাবা হায়না খঙনবিবা ট্রেদিসন, পুম্নীবোল অসিনি হায়বা য়াই।

'কৌবকপা' গী মতুংইন্না চঙবা অসিদি অহানবদা মী অসি অনাবা মওং অমা ওইনা হৌবকই। মসি ৱাখল লায়না schizophrenia হায়বদি মোন্দ্রং চুদুনা, ময়ামগা তিন্ননিংদনা মতোমতা তরং অমদা, মসানা অমদা ৱাখলনা অমদা, অনি অদু সমনদনা লৈবগী মওং অসিগা হায়ফেৎ মান্নবা অমনি। মসি য়াম্না অৱাবা ফিভম অমনি। সামানিজমগী মবমদা ইবা য়াম্না ফাওখিবা লাইরিক -Shaman The Wounded Healer (1982) ইবা Joan Halıfax না সামানবু wounded healer হায়বদি 'নাৱম্বদগী হৌগৎলকপা' হায়না পৌনা ৱাহন পিরিবা অসি য়েংবা য়াই। সামান, অমাইবী হায়বসি য়াম্না সাথিবা ৱাখল লায়না, ঙাওদ্রং-ফৈদ্রংবা, চানিং-থকনিংদবা, ময়ামগা তিন্ননিংদবা, ইকায়-ইকি খংলক্তবা, পুক্লীং হকচাং সাথিনা সোত্থরকপা, মথন্তু সিজবা পামলকপা অসিনচিংবা পুক্লীংগী অমদি হকচাংগী অনাবসিং অসিনা নারবা সোকহল্লবা মীওই অমখক ওইরম্বা ঙাকসু নত্তে, মহাক অসি অসিগুম্বা অনাবা অসিগী মনুংদা ৱাবা পন্দোন লোয়্না ৱারম্বগা, খংহৌদনা থাক অমা লানথোকখিবা - হায়বদি অসিবগী লমদম য়ৌরম্বগা তীং পুম্নমক্কী হৌরকফম অতিংকোক অদুগা ফাওনরম্বগা মথন্তা অমুক হঙ্গরকলবা অদুগা অতোপ্পগী অৱা-অনা কয়াবু কোকহনবা, লায়েংবা

ঙম্বগী গুণ যাওনা অমুক হলক্লবা মীওই, Joan গী ৱাহৈদা "healed healer" হায়বা অদুনি (Joan Halıfax, 1987)।

অসিগুম্না মাইবী চংবা হৌবকপগী মতাং অসি যাম্না মরুওইবা সরুক অমনি। মসিনা মপানথোংগী তেংবান অসিগী ৱাংমদা, খণ্ডদবা লমদম অমনা কৌবকপগী মতুংইন্না মদুদা চংনবা হোৎনবকপগী, হেক্তা পুমওন ওল্লবা তাংকক অমদা চংলকপগী মতাং অমনি। মসিগী অৱাবা মতাং অসিবু dark night of the soul, হাযদুনা সিংথানৈ। মসিদা থেংনগদৌবিবা অসি মহাক মসাগী সিবনি-

"Through the process of suffering, dismemberment, and death, the mythic world opens up and a mystical union occures with a sacred order of being that ushers the initiate into worlds far beyond the local boundaries of the profane world she knew so well   The aim of this journey is to affect self healing, gain wisdom and empowerment, and return to the community as a new person, a healed person, more whole than before "

(Karen Berggren, 1998)

অমাইলোন্দা অসুম্না লাইগা নৎত্রগা সক্তি অমগা ফাওনবা অসি মীওইবগী পংখৈ নাইবা জ্ঞান্না, লৌসিংগী মীৎযেংনা খঙবা অদু নত্তে। মসিদি থম্মোযদা ফাওবগা খঙবা intuition গী থবকনি। অচৌবা লাইনিংসিংদসু মিস্তিকী থাক অসি যৌবকপদা জ্ঞানগী পংখৈ অসি লোয়খি। মিস্তিক অমদা ফাওবিবা সক্তি অসিদি খঙবা অমদি খঙদবগী ৱাংমদা মপান নাইদ্রবা সক্তি অমদা তিনজবনি-

the supra concious experience which characteristic of all developed mysticism, in which the distinction between known and unknown is transcended and man is thus lifted into the union with the infinite

(Sidney Spencer  1963, 20)

মণিপুবদা লৈরিবা অমাইলোন সামানিজম অসি কুইরবা মতমদগী হৌজিক ফাওবা লেপ্পা লৈতনা চংথদুনা লাক্লবা, মসাগী তোপ তোপ্পা মরমচং লৈজরবা একাদেমী অমনি। অমাইবীগী সাংলবা ইতিহাস অসিদা অকা অকুম কয়া অমা লৈব্রে। হোংদোক হোংজিন কয়া অমা থোকখ্রবসু মওং অমা নৎত্রগা মওং অমদা চংথদুনা

লাক্লি। সাংলবা অমাইলোনগী ইতিহাস অসিদা অমাইবীসিং অসি ইরাৎ থৌরম কয়া পাংথোক্তুনা মীচমগা তোৎসিনদুনা লৈরবসু তসেংনমক্তী মখোয়গী তোঙানবা পুন্সী অমদা মখোয়তগী ওইবা তেংবান অমদা মীচমদগী খজিকতং থাপ্লা, থুপ্লা মখোয়গী পুন্সী চৎথবক্লি। মখোয়দি 'কৌবকপগী' মতুংইন্না অমাইবী ওইখিবনি। লাই তোংলকলবসিং অসি তোঙান্না মহৌসা যেলহৌঙেদগী লৈজরকলবা অমাইবীগী একাদেমী হাযবদি মমা গুরু থিবা হায়না চৎনবকপা অমগী মতুংদা গুরু অসিগী মখাদা চংদুনা চহি কয়া চংনা অকনবা ট্রেনিং অমগী মতুংদা অমাইবী ওইবকই। লাই তোংবা অসি নুপাদা তোংলবসু মহাক নুপী ওইনা হায়বদি নুপা অমাইবী ওইনা লৈ। মণিপুব তম্পাক্তা সাংলবা মতমদগী হৌনা 'নুপীখক্তবু' অমাইবী ওইনা সকখঙলকই। জীউগী কলচবদসু নুপা অমাইবীনা নুপীগী ফি সেৎপগী মওং অসি লৈ।

মণিপুবদা তন্ত্র হিন্দু অমসুং বৌদ্ধ অনিমক্কী প্রভাব য়ৌবকত্রে হায়বা মসি হৌজিক্তি নৌনা থিজিল্লুবা কাংবুনা খঙবা ঙমলে। অমাইবীনা লাই সান্নবকপদা, লাই কৌদুনা মঙ চঙবা মতমদা কোক্কী লৌব্রাই কোইবেনথক, চনিং অমদি খোইদৌ অহুম অসি যাম্না মকুওইনা পল্লি। তন্ত্রগী মীৎযেংদা হকচাংগী কোকতগীনা নিংগোং ফাওবদা যাংলেন পবেং অসিদা চক্র তবেৎ লৈ হাযদুনা থাজনবা অসিগা মবি লৈন্ননা যেংবা য়াই। মসিদি মখা তানা কুপ্পা নৈন্নগদবা ব্রাৎলিবা তাংকক অমা ওইবি।

হৌজিক্কী সাইন্স অমদি টেক্নোলোজিনা খম থেংনা চাউখৎলবা মতম অসিদা মীওইবনা মসাগী, সমাজগী অমদি অকোযবগী ফিভমগী সান্তি লৈতবা, লাংতক্লবা, পুক্নীংগী অইংবা, নুংঙাযবা যাওদবা ফিভম অমদা হিংলি। অসিগুম্বা মতম অসিদা সামানিজম, যোগ, তাওইজম অমদি বুদ্ধিজমদা অমুক হন্নত্তুনা সান্তীগী লম্বী যেংনবক্লে।

অনিসুবা সরুক

৪

# চকপা লম্লাং অমাইবী

মণিপুরদা কুইববা মতমদগী লৈবক্লবা অমাইবীগী ইস্টীটিয়ুসন অসি চিঙ্গাং অমদি অইবা বেকোদকী মতুংইন্না চকপা কাংবুনা খ্বায়দগী হান্না কাংথোং নাইনা নিংথিনা লিংখৎতুনা লাক্লে। হৌজিক হৌজিক লৈরিবা অমাইবীগী ইস্টীটিয়ুসন অসিদা অমাইবী অসি কাংলুপ অহুম খোক্লা থাইদোক্তুনা লৈরি। মখোয় অদুদি মথংসিৎনা সঙলেন, লংমাই অমদি ফুরা নি। অহুম অসি খ্বায়দগী লিববা মতমগী অমদি লমগী মতুংইন্না খায়দোকই। সঙলেন অসিনা খ্বায়দগী অহলনি। থাদা নম্বুল তুরেল, অন্নাংদা কৌব্রু চীঙজাও, নোংপোক্তা ইম্ফাল তুরেল অমদি নোংচুপ্তা কাংচুপ চীংসাং অসিনা সঙলেনগী লমনি। লংমাইনা য়াইমনি। মফমনা ইম্ফাল তুরেলগী নোংপোক্তা লৈবা লমসিং অসিনি অদুগা অতোনবা ওইনা লৈরিবা ফুরা হায়বা কাংবু অসিগীনা ইম্ফাল তুরেলগী নোংচুপ অমদি নম্বুল তুরেলগীনা খা থংবদা লৈবা মায়কৈবু খঙনৈ। চীঙ্গাং যৈনা থাজবকপগী মতুংইন্না অমাইবী পুম্নমক্কী পুকোক্তী চকপা লম্লাং অমাইবীনি। সঙলেন হায়বসি চকপা লম্লাং অমাইবীনা মকোক থোংবা অমাইবীগী একাদেমী অমনি। মৈদিংঙু থবান থাবগী (১১৯৫-১২৩১) মতম ফাওবা চকপা লম্লাং অমাইবীগী একাদেমী অসি মৈতৈ নিংথৌসিংনা ঙাক্তুনা থমলকখি।

লোইসংগীনি হায়দুনা খঙনরিবা লমগী লমখৈ অসিদা হৌজিকসু অয়াম্বা চকপাগী খুলসিং-ফয়েং, খুর খুল, অন্নাং সেকমাইনচিংবা লৈরি। মায়কৈ অসি মণিপুর তম্পাক্কী সিভিলাইজেসন সেমগৎলকপদা য়াম্না মরুওইবা মফমনি। পীরিবা লমখৈগী মসাগী ওইজবা লাইরোনগী চপ চাবা মসকসু লৈজরি। খৃঃ ৩৩গী অহানবা চহিচাদা পানখি হায়না থাজনরিবা মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবগী মতমদা লাকখি হায়না থাজনরিবা চীংখোং পোইরৈতোন অমদি লৈমা লাইনাও তাবীনা লমদেংদা খুন্দাদুনা লৈখি। লমদেং অসিনা কংলা ওইনা (seat of power) লৌরগা অন্নাংদা খোংজোমনুপী

তরুক্লা চঙনা কাখিবা চীং অহুম, তুরেল অহুমগী তিন্নফম ওইদুনা সুমেক ওইনা লৈরিবা কৌব্রু চীংদোন, খাদা অসিবগী লম্বী মথং মথং ওইনা তাক্লুনা খোংহামপাৎ, মকোয় নুংওন চীং, লনহাম পুং, মঙাবক কানবী, অমদি অসিবগী লান্নফম ওইবা থোঙাক লাইরেম্বীগী মসুমাংদা খিনবা খরুং লৈবি। ফৌওইবীনা নুংবান নামোই জাম্বদা ওংদুনা অহানবা ওইনা মায় পাক্লা তম্পাক লৌউ (wet cultivation) পুথোকখিবা মফম মাযকৈ অসোমদনি। সঙায ওনখিবা লুব্রাং পুদাং কোই, হি পুথোকখিবা লুব্রাং নিংথৌ পুন্নীবা, মাযকৈ অসোমদনি। খবা মমাং চখৎনা পানখি হাযদুনা থাজনরিবা নিংথৌ কাঙবসু লৈবি। খৃ. তগী ৭সুবা চহিচাদা পানখিবা মৈদিংঙু নাওথিংখোং (৬৬৩-৭৬৩) না ফম্বাল কাদ্রিঙৈগী মমাংদা লুব্রাং মকুবী চীংদা চৎতুনা পোইবৈ ব্রাবমলেন অমদি খুনুং লাইবোন অকবা তমখি। পুং যৈদুনা জগোয সাদুনা ঈসৈ সক্লুনা লাই হবাওবসু চকপাগী মেলোং হামেংমিৎপু লাইগী সজি অমনা লাইবৈপাক্তা পুদুনা উহনখিবা অদুদগী চকপাসিংনা তমদুনা মথং মথং মীবমলেনদা সন্দোবকপনী হাযবগী মিথ লৈবি। লাই হবাওবা মখল পুম্নমক্তা লাংথ্রে লৈপোপ সিজিনদুনা লৈন্থন তমলিবগী মওং অসি চকপা কাংবুনা হৌজিক হৌজিক চৈবাওবনচিংবা লাইগী মকুওইবা নুমিৎসিংদা ইমুং ইমুংদা তৎপা অমদি কাযবা লৈতনা চৎথবি। মৈতৈ নুপীগী ফনেক ফিবান্দা হাপলিবা খোয়, মৈতৈগী সালাই (totem animal) ওইনা লাৎলিবা লাইবেন পাখংবগী মকোক্তা হাপলিবা সঙাই মচি ঃ খোয় অমদি সজি-সঙাই অসি চকপা অমদি নুংবান সালাইগীনি। চকপানা হায়বিবা সালাই অনি অসি লাৎপগী থৌনি ঃ খোয কৎপা অমদি সজি তানবগী থৌরম হৌজিক ফাওবা লেপ্লা লৈতনা পাংথোকলি।

মপুম ওইনা পুন্না তম্পাক্তা খুন্দাবা মৈতৈ হাযনা খঙনবিবা কাংবু অসিগী লাইরোন অমদি লাইনিংগী যুমফম ওইনা চকপাগী অসিগুম্বা খুদোলসিং অসিগা লোয়ননা চকপানা থুম সুংবা, চফু সাবা, যু সুংবা, ওক-য়েন লোয়বা, লৈম তিন য়োকপনচিংবা পাংথোক্লুনা মণিপুরগী অবিবা মতমগী অরংবা মসক তাক্লি। মণিপুরগী অবিবা সিভিলাইজেসন অসি চকপানা পিবনি। ঐখোয়না পোঙজবিবা তম্পাক্কী অব্রাংবা কলচব অসি চকপাগী অসিগুম্বা অরিবা সিভিলাইজেসন অসিদা যুমফম ওইদুনা সাগৎখিবনি।

খ্বাই নোংজেংবমগী নাইচা অমনা তাওহইরেং অহনববু তেন্না কাপতুনা হাৎত্রবা মতুংদা মসানৌ যোইমযাই তাউতনপানা কিদুনা লোইরেন খুনবীলোক্তা লোৎখিদুনা

## অমাইবীঃ মণিপুরদা সামানিজম

থিবা খংদ্রবদা চকপা লম্লাং অমাইবীনা মঙ চঙদুনা তাউত্তনপাবু থেমলুবা অমদি মীকপ থোক্তুনা নুমিংকী ঈ-পাউ অমুক পিররিবা অসি অৱাংবা থাক্কী অমাইবী অমদি অমাইলোনগী মসকনি। Mircea Eliade (1907-1986) না মাগী ফাওববা ক্লাসিক ওইরবা Shamanism Archaic Techniques of Ecstacy 1964 দা পিবিবা সকতাক্কী মতুংইন্না অমাইবী করিনো হায়বদু য়েংবা য়াই। পুং, সরিক নৎত্রগসু করিনো অমা য়ৈদুনা তান নাইবা মখোল অমা সিজিন্নদুনা থৌওইনা মঙ চঙবা নৎত্রগা মঙ অমা মংবনি। মঙ অসিদা লৈখুন নৎত্রগা সুকং অমদা সাংনা চংলবা মতুংদা খমনুং নৎত্রগা সোরারেন্দা চৎলুরগা অমুক হান্নগী লম্বী অদুদা হল্লক্তুনা হায়বদি মীকপ থোক্তুনা মানা মঙ চংলুবদা, থেংনবকপা উন্নবকপা পুম্নমক অদু তমদুনা কান্নববা ঈ-পাউ পুবক্তুনা মাগী কাংলুপকী য়াইফনবা থবক তৌবিবা অদুবু অমাইবী নৎত্রগা সামান কৌই হায়দুনা ইরি। হৌখিবা চহি য়াংখৈমুক অসিগী মনুংদা হিবম অসিদা কন্না থিজিনবগী থবক চংসিলক্লিবা মীওইসিংনা ৱাফম অসি য়ান্নদুনা লৈবি।

চকপা লম্লাং অমাইবী কবম্বা মতমগী করম্বা মীওইগী কলচবগা মবি লৈন্ননা থোবকখিবা মীওইনো হায়দুনা য়েংলকপা মতমদা **নুমিৎ কাপ্পা** হায়বা পুয়া অসি যাম্না মক ওই। মিথ হায়বসি মতম মতমগী হোংলকলিবা অনৌ অনৌবা লাইনিংলম্বীগী মসক্কা চান্ন চান্ননা সেম সেমদুনা অনৌ অনৌবা ৱাহন পিদুনা পুথবকপনি। মীওইবগী ৱাখল, হিংবগী মওং অমদি সমাজ অসিদি লেপ্পা লৈতে, হোংদুনতা লৈ। হোংলিবা অদুগা চান্ন চান্ননা হোংবা ওম্বা চংথবা ওম্বা মিথ অদুখক হিংদুনা লৈহৌই। **নুমিৎ কাপ্পা** হায়দুনা ঐখোয়না ফংলিবা পুয়া অসিদা যাওবিবা খ্বাই নোংচেংবমগী নাইচা তম্বা (নুপা) অমনা অতিয়াদা মসোং চাউনা ঙাল্লিবা নুমিৎপু তেন্না কাপথদুনা হাৎখিবগী মিথ অসি আ মমাং চখৎনা মীওই কাংবু অমদা, চিঙ্খাং যৈনা পুথবক্তুনা, ইখং খংননা লৈবন্নবা মিথ অমনি। গ্রীক ট্রেজেদীগী ৱারীসিং অদুগুম্বনি। অনৌবা ৱাবী নত্তে। পুয়া অসিদা য়াওরিবা মিথ অসিসু মতৌ করম্না নুমিৎপু কাপথখিবগে হায়বগী ৱাবী অদু নত্তে।

মবম অদু ৱাকমানা ৱাবী অসি হৌরকপদা ময়েক সেংনা পল্লি -

চোয়নৌ সনা সেনকোয়রেন অপানপা
অৱাং চারং খোয়বুং সেনবু নোং সাপা মৈ
যোইবু চকপা লমলাং অমাইবী

খোমলেন মণ্ডচঙ থৌপীনা পাউথেমনোং
তমপা কোরৌ নোং খাই হনবী
তুপি ঙাং য়েক চনুনা
য়োইময়াই তাউতনপা
মবোই নাইবু পাউকৌ নোং
মালেম লয়গা খোংতাই সেমনা
থোপ সাপানা থোপ সা নোং
লাক সাপানা লাক সা নোং
পবয় পানা পবই নোং
থাং থোংপানা থাং থোং
নোং কিবু
হয়া লাউনা তেংথাবককে ।।০ ।।

মতৌ অসুম্না ৱাবী অমা মিথ অমা হৌবমদাইদা লিগদৌবিবা ৱাবী অসি কবিগী কনাগী ৱাবীনো হায়বদু ৱাহৌদোক ওইনা পল্লন্না পুয়া থবা লৈ। **পোইবৈতোন খুচোকসু** পনবা যাই। ৱাহৌদোক অসিদা অমাইবী অনি যাওবি - য়োইবু চকপা লম্লাং অমাইবী অমদি তমপ: কোবৌ নোং খাই হনপী তুপি ঙাং য়েক চনু। য়োইবু চকপা লম্লাং অমাইবীদি খু গী অহানবা চহিচাগী নোংদা লাইবেন পাখংবগী মমাংদা মপান ফনা পাল্লন্না চকপাগী মতমগীনি অদুগা তমপা কোবৌ নোং খায হনবী অসিদি মৈদিংঙু খাগেম্বাগী (১৫১১-১৫৭৮) হাত্তক্তা তন্ত্রগী অকনবা প্রভাপ্তা মপাল ফনা সেমগৎখিবা সিব মহাদেবগী লোযনবী সক্তিগী মসক্তা সেমগৎখিবী কোবৌ নোং খায হনবী হায়বদি মালেম লৈসেম নোংসেমদ্রিঙৈ মমাংদগী লৈবক্লবী অথোইবী লাইবেম্মা ওইনা সেমগৎনলকখিবী পানথোইবীনি (মথংগী চেপ্তবদা য়েংবীয়ু)। অমবোমদা হায়বগা চকপা লম্লাং অমাইবীনা সঙলেনগীনি অদুগা তমপা তুপি ঙাং য়েক চনুনা ফুবাগীনি। মবক্তা লংমাইগী খাবী লেং নৌ মোনপী লৈবিবনি। কবি মবমগী অনি অসি সুপ্রা মিথ অমদা পুনসিল্লিবনো হায়বদু মখাদা নৈনজবক্কে।

সঙলেনগীনি হায়দুনা লৈবিবা চকপা অমদি নুংবান হাযনা খঙনবা, লুৱাং চকপাগী মকওইবা মফম ওইদুনা লৈবিবা মায়কৈ অসিদা নুমিৎ লাংপগী সাংলবা মতম অমা লৈবম্মী। ৱাফম অসিগা মবি লৈননা সৌবোল লাইরেম্বীগী ৱাবীসু য়েংবা য়াই। সৌবোল লাইবেম্বীগী মতমদদি নুমিৎ অসি মসোং চাউনা মতিক লৈনা পাল্লি।

**নুমিৎ কাপ্পা** হায়বা মিথ অসিগী নুংগী মরুওইবা বারোলদি নুমিৎ লাৎলম্বা চকপাগী মতম অদু লোয়খিবা, চকপাবু চায়খায়দুনা অনৌবা লৈঙাক্কী অনৌবা লাইনিং অমা লাকখিবগী ৱাবী অদুনি। চকপা লম্লাং অমাইবী অসি চকপাগী নুমিৎ লাৎলিঙৈ মতমগী অমাইবী অমনি। মৈতৈগী লাইরোন্দা সনামহিবু নুমিৎ, পাখংববুনা থা ওইনা মচিন-মনাও ওইনা লৈবিবা অদুগা লৈসেম্বগী লাইবোন্দা সনামহিনা লৈসেম্বদা পাখংবনা নুংসিৎ অকনবা, হাবাবা ওইনা থুগায়বা অমদি পাখংবনা লৈসেম্বা মতমদনা সনামহিনা সামতোন অযাংবা ওইনা অমুক থুগায়বা (ইবেমহল ঃ ২০০০) অসিনসু মণিপুবদা মতম সাংনগী মমাংদগী মপুং ওইবা কলত অনি লৈবকলে হাযবা উবা ফংই।

চকপা লম্লাং অমাইবীগী মঙ চঙবগী মওং অসি **নুমিৎ কাপ্পা** অসিদা নিংথিনা ইদুনা যাওবি। মসিদা সবীক যাওদে অমদি মহাক্কী থৱাযগী খোংচৎ অদুদা থেংনবিবা পুম্নমক ঈসৈ সক্কুনা পাউ পীবসু তৌদে। মসি ইীবি কোনবা নৎত্রগা যোগগী আসন মওং অমা ওইনা মথন্তা তুম্মীন্না ইংনা মফম অমদা ফমদুনা থেংনবা অমনি -

চকপা লমলাং অমাইবীনা
ফিরোয় মঙ তা রুকতা
মঙপোৎ চাতং সেৎখিয়ে
ফিবোই মঙ তা লুক
ঙাইখোং তেনতা পাউহৌ লুক
তাংখুৎ কাউসুন ঙমনা লুক
সিঙমিৎ লাংমিৎ অথৌবা ফানা
লুক
মনূং খোমওন লুকতা
চামলৌ লারোন ঙাইথিং য়ৈ
মবী খোমকা হান
সিং সিং লা কা য়োম
তরা চেং মচং ফা হাপনা
মবোই য়িনোয় নুকাপনা
ফিমু লয়রুম সীনা
খোমলেন মঙচঙখি য়ে।

*মৈদিংগু থৌব্রান থাবা (১১৯৫-১২৩১) গী মখুৎতা য়াইবী থরায় থাগ্রবী* খৈয়োইরোন চকপা ঙম্বী সম্ফবীবু অসিবা হকচাং ওইনা মপাম খুমন পুন্দা থিলকলবদা মপা খুমন নিংথৌ অদোন পুম্নীবনা মচাবু মতৌ কবম্না সিবিবনো হায়বা খংনবগীদমক চকপা লল্লাং অমাইবীবু কৌদুনা হংখি। চকপা লল্লাং অমাইবীনা মঙ চঙববু মথক্কী অসিগা মান্নবা মওংদা চৎথবা উই -

চকপা লল্লাং মাইবী মঙজম্বীনা
ফিবোয মঙদালুক্তা চাল্লৌ লাবোন
ঙাইথিংয়ৈ
চেংঙৌ ফা হাপনা যেকম কাংখিন্না
তবেৎ সেন্দী মবাই ই
নোইনু থুমদি কাকুপ্না
সিং সিং লাগা যোম্বা
খোমলেন মঙচঙখিয়ে।
যোইবু খৈযোইবোন তাংদ সম্ফবীদি
খম্নুং মথোঙজিন্দা
চকপা লল্লাং মাইবী মঙজম্বীনা
যোইবু খুজেং হংচি পাইনা
পাওহংখিযে।

মৈদিংগু থৌব্রান থাবগী হকতক ফাওবদা অসিগুম্বা মঙ চংবগী মওং অসি কাযদনা চৎথবা উই।

ঙসি ঐখোযনা উবিবা লাই হবাওবগী অযুক্তা নৎত্রগা লাইগী চাকলেন কৎপা নুমিৎকী অযুক্তা অমাইবীনা ফিরুক খুমদুনা, সবীক খিংদুনা, ঈসৈ সক্তুনা লাইবাউ পিবিবা মওং অসি চকপা লল্লাং অমাইবীগী নত্তে। অমাইবীনা মাঙ থাদুনা লাইবুংদা কোযনা লাইবৌ সাবিবা অসিসু মহাক্কী মওং নত্তে। মকওইনা লাইবিক অসিদা তাক্লিবা ব্রাবোলদি মতৌ কবম্না লাই হবাউবগী মাংওইন্না অমাইবীনা মাং থাদুনা 'মালেম খোং ব্রাই সেমনা' হাযবদি মী কাংবু অমা থৌবাং তৌদুনা 'থোপ সাবনা থোপ সাদুনা, লাক সাবনা লাক সাদুনা, পবয় পনা পবযদুনা অমদি থাং থোংবনা লেংবান্দা থাং থোংদুনা' পবেং নাইনা থৌগল লাংগন থৌবাং তৌদুনা মতৌ কবম্না লাই লৌখৎলুবা

অমদি তমপা কোরৌ নোং খায় হনবী অমাইবীনা সবীক খিংদুনা ঈসৈ সক্তুনা লাইবাউ পিদুনা পাংথোকপগী মওং, অনৌবা কলচর অসি মতৌ কবম্না তূবী ঙাং যেক চনুনা চকপা লম্লাং অমাইবীদগী থংথহৌবগে হায়বা তাক্লবা মৈহৌবোলদগী লৈবক্লবা নুমিৎ কাপ্পগী মিথ মতাং অসি হাপচিন্দুনা অমুক হন্না ইথোকলবা পূয়া অমনি ।

৫

# লৈমা লাইনৌ তাবী

মণিপুর হায়বসি নিংসিঙবা থোক্তুবা মতমদগী হৌনা খা অমদি খা নোংপোক এজিযাগী মরক্তা ফাওনফম থোং ওইদুনা লাক্লবনি। মসিদা মী কাংবু কয়া কয়া লান-লান্দুনা চৎথোক-চৎসিন তৌখ্রবনি। কযা অমনা খুন্দাদুনা লৈখ্রবনি। লাইনাও তাবী নৎত্রগা নহা ওইবিবী মাইবী লাইনৌ তাবী অমনা লৈমা ওইবা নোমাদ ওইনা কোইচৎ চৎপা খোংজাই (খোংচাই) নৎত্রগা পোইবৈ (পোই হায়বসি কোযনা চৎবুসু খংনৈ) ওইনা লৈবা ত্রাইবেল কাংবু অমা মণিপুর তম্পাক্তা খুঙ্গোবকখি। মখোযবু কোন্না মৈতৈ হাযনা খংনখি। কবুইনা মৈতৈবু মীতায হায়না কৌবিবা অসিগী ব্রাহন যেংলবদি কাংবু অসি নোংপোকলোমদগী লাকপা তায ত্রাইবেল কাংবু অমা ওইবসু য়াই। মখোযগী কাংবু অসিদা যাওবিবসি অমাইবী তকক্লি। মখোয়গী সিনফম তাকপা মমিং অমদি সিনফম **পোইবৈতোন খুঙ্গোক**তা অসুম্না ইবি -

১। লাইফানপী নঙদি লৈফান চেমরো।

২। লৈরামপী নঙদি লৈবাম চেমরো।

৩। মিযাইনু নঙতি মি পাযচেমরো।

৪। থোঙঙাইনু নঙতি যেল পায়চেমরো।

৫। লৈনুং য়িমাপী লিবি লিফোঙবী<br>মাঙরাই তুংরাযপী নঙতী<br>খোইচু তোললোঙ য়ীকচেমরো।

৬। লৈনুং অসৈপী মচি লাংকাপপী নঙতি<br>রাইসেং ফামনা য়ীকচেমরো।

পোইবৈতোনগী কাংবু অসি লাইগা সম্নবা অমাইবী অমনা লৈমা ওইবা, য়াম্না অঙনবা মতমগী সমাজগী মসক অমা উবা ফংই। তক্কী রাপু (concept) অসিসু

অঙনবনি। থৱায় তকক, ফৌওইবী তকক, খোংজোমনুবী তকক অসিনচিংবা। মতম অমগী মিথ সেমলিবা কাংবু অমগী মীৎয়েংদা হেক নিংসিঙবা ঙম্বা ফাওবগী মতম, প্রি হিস্টবিগী মতম অসি লৈমা অমাইবী নৎত্রগা লৈমা লাইনৌ তাবী অমনা লৈমা ওইবা, কাংবু কাংবু ওইনা লৈবম্বা মতম অমা অমদি মদুগী মতম অদুদা য়ুমফম ওইবগা অবিবা নৎত্রগা অঙনবা মতমগী মসক অমদা য়ুমফম ওইনা লৈখিবা সমাজ অমনা ওইরম্বা যাই। মৈতৈগী লাইবোন্দা লৈমা লাইনৌ তাবী অসি খমনুংদগী অহানবা তেংবান অসিদা থোবকখিবা অহানবা মমানি, অহানবা নুপীনি, ঐখোযগী ইভনি। মৈতৈগীতা নত্তনা নুংবান হাযনা খঙনবম্বা লুৱাং অমদি অঙোমগীসু পুকোক ওইনা লৈবা মবেনধৌনি। নোংদা লাইবেন পাখংবগী লৈমা লাই সৱাং লাইসবা নৎত্রগা লাইস্না অসি পোইবৈতোনগী কাংবুগী লৈমা ওইদুনা খুম্হোবকখিবী লৈমা লাইনৌ তাবীনি। নোংদা লাইবেন পাখংবদি মৈতৈ নত্তে। মহাক্না মৈতৈগী লৈমা অমা লৌবগা মৈতৈগী নিংথৌ লৈবাক অমা সেম্বা হৌখিবনি। পাখংবনা পোইবৈতোনবু লান্দা মাযথিবা পিবগা মতু মচাসিং মবল পুস্বা মুলহৌই হাযদুনা অবিবা লাইবিকসিংদা যাওবি।

ঐখোযগী চিঙ্খাং যৈনা সাংনা পুথবকখিবা সাহিত্য, মিথ পুম্নমক অমত চিংথদনা লোযনমক মৈতৈ মযেক হাযনা খঙনবা মযেক অসিদা মৈতৈ নিংথৌসিংগী মখাদা লৈবিবা অমাইবসিং অসিনা লা চন্দুনা ইসিনখিবা নত্তে। কবিগুম্বা মবম অমনা মবম ওইদুনা মখোযগী পান্দম অমগী মখাদা মবি লৈন্নবা মিথ থবদং অমুক হন্না সেমদোক সাদোক্তুনা ইথোকপনি। অসিগুম্বা মওং অসি **নুমিৎ কাপ্পাদা** উবা ফংথবা অদুগুম্না **পোইবৈতোন খুম্হোক** অসিদসু উবা ফংই। মিথ অসি লৈমা লাইনৌ তাবীনা পুথবকখিবা অমাইলোন অদুগী মখা নুপা অমাইবীনা মহুৎ সিনজল্লকখিবা অমদি ইবাং-থৌনিদসু নুপা অমাইবা অমাইবীনা মহুৎ সিনজিলখিবা অদু উৎপনি। **নুমিৎ কাপ্পা** পুযাদা চকপা লম্লাং অমাইবীনা নুমিৎপু কৌকৎবদা যাবিবক্তবা মদুনা মবম ওইদুনা পাম্হোইবীনা অমুক হন্না নুমিৎপু কৌবা চৎপ' মওং অদুগুম্না পোইবৈতোন খুম্হোক অসিদা লৈমা লাইনৌ তাবী লাই সৱাং লাইস্নানা অমাইবী অমা ওইনা লৈখা তাবা হৌখিবা অদু মযেক লানা ইদুনা থমলি। **দি হোলি বাইবল** হাযবা লাইবিক অসিসু ইভবু লৈখা তাহনখিবা, লাই নুপা লাইনিংথৌ অমনা অমুক মালেম লৈসেমহনখিবা, লাইনিংথৌ গোদ্ লাৎপা হৌখিবগী ৱাবীনি।

লৈমা লাইনৌ তাবী অমদি পোইবৈতোন অনিনা মালেমদা হেক থুংলবগা মনুং মতম চাদনা সিবা অসিবা ঙাক্তা মথং মথং থেংনরে। মখোয়গী মচাসিং ফাওবা মনুং

মতম চাদনা মথং মথং সিরে। মরান্দী লাইনৌ তাবীগীনি। অহানবা মরালনা খমনুংদগী নাববসু সিদবা, সিরবসু পুমদবা সিগুউৎ তাইময়েন কাওদুনা পুরক্লে। অনিসুবা মবালনা মহাক্লা অমাইবী ওইববসু মাগুবাই তুংব্রাইবী, মাগুগী তুংগী ব্রা খগুবা গুন্বী ওইবা গুমদ্রে। মহাক মতিক ময়াই চন্নবী অমাইবী ওইবে। নুপী অমাইবী হায়বা কাংবু অসি কান্নদ্রবা ওইবে। অদুনা নুপানা অমাইবী অমুক ওইদুনা মখা চৎথরকপা ওইনা লৈমা লাইনৌ তাবীনা পোকপা তাবুং সিমিংহনপনা সিববা মতুংদা মাগী থব্রায়না খমনুং তান্না চৎলুবগা লৈনুং থোঙাবেনগা উনদুনা তাইবং পান্দা মীওইনা পোকলগা, মতৌ কবম্লা কবম্না ইবাৎ থৌনি অমা পাংথোকলগা পুম্নী নুংসাংনা পানগদগে হায়বদু হংলুবগা অমুক হন্না তাইবংদা হল্লকলগা পাউ পীববে। মতৌ অসুম্না নুপা অমাইবী অমনা অহানবা ওইনা লুচিংদুনা মেবা থাদা সন অমা হাৎতুনা পাংথোকপা ইবাৎ-থৌনি অমা পাংথোক্তুনা, সনবু সা লাই ওইনা লাৎপগী নাৎ অমা হৌদোকলবে।

অমাইবী কবিনো মহাক্লা মতৌ কবম্লা লাইগা ফাওনবগে অমদি সমাজদা মাগী থৌদাং কবিনো হাযবদু পোইবৈতোন খুদোকতা নিংথিনা উবা ফংই। তাবুং সিমিংহনপা অসি পাখং ফাবাৎত্রিবা নুপা মচা অমনি। মাইবী হাযবসি মতৌ অসুম্না পুংকক চাউবকপা মতমদা নুপা ওইববসু নুপী ওইববসু চংবা যাই। মাইবী ওইনবগীদমক অহানবদা থব্রায অসিনা হকচাং থাদোক্তুনা চৎলুবা, সিকবগী মওং খগুগদবনি। মসি মালেমদা লৈবিবা কলচব খুদিংদা চপ মান্নবা ফংই। থব্রাযগী খোংচৎ অসি থব্রাযনা হকচাং থাদোকলগা লৈনুং নৎত্রগা সুকুং লশ্বী অমদা চৎলগা লাইগী নৎত্রগা থব্রাযগী লমদম অমদা যৌববা মতমদা থব্রায নৎত্রগা spirit অমনা কান্নববা ঈ পাউ পিবকপনি। পাউ অসি পুদুনা হল্লকলগা অমাইবীনা মাগী কাংলুপকী যাইফনবা কান্নবা হোৎনবনি। মসিনি অমাইবী অমগী মওং অমদি মথৌ।

লমদম অসিদা মীওই কাংলুপ মচা মচাসিংনা ত্রাইবেল ওইনা মচি মচিদা লৈবম্বদগী লৈহাও লৈববা পাৎ মপান অমদি তুবেল মপানসিং অসিদা খুন্দাদুনা মাগী মাগী ওইনা লমখৈ নাইনা খুন্দাদুনা পান্নবা হোৎনবা হৌবকপদা নুপাগী মপাঙ্গলগী মশক খগুলকপা অমদি মথৌ তাবকপনা মপা লাই লাৎপা তাবকখি। নুপানা নিংথৌ ওইবকপা মতমদা হান্নগী মমাংগী কলচবদা অমাইবীনা নিংথৌ ওইবিঙেগুম, লাইগা ফাওনবা গুম্বা অমসু ওইবা তাবকই। মসিবু উৎন্নবা অনৌবা মিথ কয়া সেম্বা তাবকই। লিন অসি হান্না ফৌওইবী লাইবেম্বীগী সালাই ওইবম্বনি (ইবেমহল - ২০০০)। নোংদা লাইবেন পাখংবনা পোইবৈতোনবু মাযথিবা পিদুনা অকনবা নিংথৌ ওইনা লেপখৎলকপদা

**অমাইবীঃ মণিপুরদা সামানিজম**

মসামক নুংবানগী সালাই সঙাইগা লিন লাইগা পুনসিন্দুনা হাইব্রিদ ওইনা মকোক্তা সঙাইগী মচি পানবা লিন লাই অমগী সংসংবা মশক, লাই ওইনা মী ওইবসু ঙম্বা লিন ওইবসু ঙম্বা ওইনা থোবকপা তাখি। মহাক্না চকপা নুংবানগী লাইসা সঙাইগী মচি অসি লৌসিল্লীবা অসিনা চকপা কাংবু অমদি মহাক্না মায়থিবা পিখি। অমদি নাৎ অনি অসি পুনসিনখিবনি হায়বা তাকই। মসিগুম্বা মওং অসিদি মালেমগী মফম খুদিংদা থোকপা ঙাক্তনি। তম্পাক লৌউদা তাংজদুনা সাগৎলকখিবা তম্পাকী সিভিলাইজেসন অদুগীদমক লৈহাও ফববা তুবেলগী মপানসিংবু খুদুম চনসীন্দুনা থম্বা, খোং অনৌবা সেম্বা, তুবেল মবিন হোংদোক-হোংজিন, তেংথোক-তেংসিন তৌদুনা য়েক্লবদা লান্দাবা নৎত্রগা ঙাকথোক্লবা থম্বদা নুপাগী পাঙ্গলগী দবকাব য়াম্না লৈবক্লবসু মহৌসা যেলহৌঙৈদগী য়োৎপাক যোৎলৈ কাংদুনা ফৌ পুথোকলিবা, ঙা ফাবিবা, থুম সুংলিবা, চফু সাবিবা, য়ু সুংলিবা, মচু সংদুনা, লং নাইদুনা ফি পুথোকলিবা, তুবেন তুবেন্দা হি নিংথিনা হোন্দুনা কৈথেল কৈথেন্দা পোৎ পুথোক-পুসিন তৌদুনা লল্লোন-ইতিক তৌদুনা খিং খিং হিংলিবী লৈমা লাইনৌতাবীনা লুচিংলিবা ফৌওইবী তক্ক অসিবু চীংখোং পোইবৈতোন্না হেক্তা মফম তাহনখিবা, ইবাই লায়না ওইথোকপা যাখিদে। কদায়দনো য়ান্নবা সিনথেসিস অমা পুবকপা তাখি। মদু খাবী লেং নাউ মোম্বী, ঙাং য়েক চনু পানথোইবী নৎত্রগা পান তুবীনা ওইখি।

৬

# খাবী লেং নাউ মোম্বী

ঙসিগী লাই হবাউবদা অমাইবীনা লুচিংদুনা লাইবৌ সাবিবা অসিগী অহানবা হৌদোকপদি খাবী লেং নাউ মোম্বীনি হায়দুনা অনোয়বোন্দা ইবি। মহাক্না সাখিবা অমাই জগোয় (trance dancing) অসিগী মবি মখোং যেংলকপদা চকপাগী অমাই জগোয় অসি হান্না যেংবনা চুমগনি।

খ্বাই নোংচেং পিবানা তেন্না কাপথখিবা তাউহুইবেং অহনপানা কোবৌ মখলমাতা নাংকোইদুনা লৈখ্রবদা মনাও তাউ তনপানা লোইবেন খুনপীলোক্তা তুপি থিংকোক লাইবেম্মগী তুপি ময়াংনুং লাইবেন মকোননুংদা লোৎতুনা লৈখ্রবদা লৈমা তবানা থৌসিবকপগী মতুংইন্না নিংথৌ পোংবা তবানা চকপা লম্লাং অমাইবীদা অসুম্না হায়জখি -

চকপা লমলাং অমাইবী<br>
খোমলেন মঙতম মঙ চঙ থৌপী<br>
মঙথি মঙলাং চুমপী নঙদি<br>
য়োইময়াই তাউতনপাবু পাউকৌকরো।<br>
পোইরৈ চিনতুম চিললে<br>
খ্বাংঙম মংতুম মংলে<br>
তুপি ময়ানুং লোইরেন মকোননুং<br>
কারকবো হায়না পাউথেমখৎলুবো<br>
থৌসিখিএ হায়তাপারা।।০।।

খ্বাফম অসিগী মতুং ইন্না চকপা লম্লাং অমাইবীনা অথেনপোৎ অমা-চেং, মরোই-মপাং, ইলাং-নাপী মখল সুনা সেম সাবগা মঙ চংখিদুনা তুবি থিংকোক লাইবেম্মগী ময়ানুংদা লোৎলিবা য়োইময়াই তাউদনববু কৌজরুবদা য়াবিরক্তবদগী চকপা লম্লাং অমাইবী মাযথিদুনা হল্লকপা তাখি।

খ্বাই নোংচেংবমগী পিবা (তনপা) তম্বা নাইচা অমনা মসোং চাউনা থক্তা থোক্লিবা নুমিৎপু তেন সাদুনা কাপথখি হায়রিবা অসি তম্পাক্কী অঙনবা লাইরোন্দা

অচৌবা মাইওন অমনি। নুমিৎ অদু মাংখিবগা লোয়ননা মাগী লৈঙাকলোন, লাইনিংলোন অমদি মাগী অমাইবীগী একাদেমী অদুনা চহি লিসাং কয়া চঙনা সেমগৎখিবা ব্রাংউবোন পুম্নমক অদু, নুমিৎ অদুনা অতিয়াদগী কেনখিবগা লোয়ন্না মাংমিন্নখ্রবনি। চকপা লম্লাং অমাইবীদা নুমিৎ নাওথেমগৎলুচো হায়দুনা থৌসিরকপী লৈমা তরা, নুমিৎপু মযানুংদা লোৎতুনা থমখিবী তুবি থিং কোক লাইরেম্মা, নুমিৎপু চৎখিগনু হায়না থৌখামখিবী অসৈ ব্রাংপী লাই পুম্নমক অসিগা লোয়ন্না চকপা লম্লাং অমাইবীগী একাদেমী অদু তাউহুইবেংগা লোয়ননা পুম্নমক অদু মাংমীন্নখ্রবনি।

চকপা লম্লাং অমাইবীদগী ইবাই লাযনা হেক্তা খাবী লেংনাউ মোম্বীদা অমাইবীগী একাদেমী অদু থংথবকখিবা নত্তে। মবক অদুদা সাংলবা ব্রাবী, থৌদোক অমা লোৎতুনা লৈবি। লোৎলিবা ব্রাবী অদুনি পোইবৈতোন খুম্লোকতা ফংলিবা নুপা মাইবীগী ব্রাহৌ অসি। লম অমগী লৈঙাকলোন অমদি লাইবোন অসি লমদম অদুগী মহৌসাগী সক্তমনা পীবা পুন্সীবোন অদুগী খুদোলনি। মদু মতম সাংনা মীওইবনা হোৎনজবকপগী মহৈনি। ইবাই লাযনা যাম্না থুনা থুনা হেক্তা ওম্লোক-ওনসিন যাবা নত্তে। নৌনা মসক খঙলক্লিবা নুপাগী মতিক মথৌনা অদুগী মতুংইন্না অওনবা খবদি ইতিহাসকী ওইবা তৌবৈ অমদা চেঙ্বক্লবসু মীওইবনা নোমজদুনা ফংজখিবা খবদি হুন্দোকপা পামদে। নুমিৎ খুদিংগী সু-নোমদুনা, ইচম চম্না হিংলিবা অচম্বা মীযাম হাযবসিমক্তসু ইবাই লাইনা হোংবা যাগন্দে। নৌনা চংলক্লিবা নুপা মাইবী অদু নিংসিঙবা থোক্ত্রবা মতমদগী, মমানা মকোক থোংবা সমাজদা হিংদুনা লাকখিবা, নুপীগী মাইবী একাদেমী অমদা সাগৎলকখিবা পুন্সীবোন অদুনা যাবা ঙমখিদে। অতিংঙা সিদবা অমদি মচানুপা অসিবনা সেমলিবা লৈবাক অদু মহৌ মহৌ থুগাযবা তাবনি। হান্নগী মমা লাইবেম্মবু য়ানিংদবা অসিবা, তেংবান মপুগী অথুপ্পা খংবা ঙমদদুনা হঞ্জীন হঞ্জীন নোংখোং কোয়দুনা কোযঙাওনদুনা লৈবা তাবনি। সিনথেসিস অদুনি- নোংলৈ নুংসিৎ অঙাওবগী মসক ওইবা হাবাবনা নোংদা লাইবেন পাখংবা ওইনা মমা লৈমবেন সিদবীদা চঙজবগা লাইগী নিংথৌ ওইখিবগী ব্রাবী অসি।

মমাবু লাইরেম্মা ওইনা লাংনবম্না লাইনিং অদু নোংদা লাইবেন পাখংবনা লৌসিন্দুনা কোনসিনখ্রবসু, মপা খংবগী মপা লাই লাৎপগী কলত অমদা চৎথরকখিবা অনৌবা লাইনিং অদুগী অনৌবা একাদেমী অমা লিংখৎপা মতমদা মদু মহৌসাগুম নুপীনা অমাইবী ওইবা, নুপানা ওইবা তাববসু নুপী সম্বুন পুন্দুনা, নুপীগী মসক্তা সেম্না তাখি। অনৌবা মতমগী নুপী অমাইবীগী কাংলুপ অসিদি অমরোমদা মহ

সৎতোকলগা লোয়বা লিনগুম্বনি। মখোয় অমুক হন্না চকপা লন্নাং অমাইবীনা পুথবকপা, পুক্নীংনা পান্বা মতম অমদা হেক্তা মথন্তা তুম্মীন্না মঙ চঙবগী, মঙজঙ থৌবীগী মথৌ মঙন অদুদি পাংথোকহন্দবা মওং অমদা মাইবীগী কলা অসি পুথরকখি।

চকপা লন্নাং অমাইবীনা নুমিৎপু কৌজরুবদা য়াবিবকখিদ্রবা মতুংদা নিংথৌ পোংবা তবানা তুবী ভাংযেক চনুদা হেক্তা অপান্ননা নুমিৎ কৌরুচো হায়না থৌসিখি। মবক্তসু ঙারী অমা লৈবি। লংমাই হায়না খংনখিবা অমাইবীগী একাদেমী অসিগী, লংমাইবোনগী পুকোক্তা অহানবা ওইনা লৈবিবা অমাইবীদি খাবী লেং নাউ মোম্বীনি। অমাইবী হাযবা ঙাহে অসিগী মহুৎতা খাবী হায়না সিজিন্নরকলিবা অসিগী তোঙানবা ঙাহন লৈতবা নত্তে। খাবীগী অমাইবোন অসি চকপাগী লন্নাং অমাইবীগী অমাইরোন্দগী তোঙানবনি।

চকপাগী মেলোং হামেংমিৎনা সা তানবা চৎপদা মখোয়গী সালাই সজি অমনা পুদুনা লাইবৈপাক্তা লাইসিংনা ঈসৈ সক্তুনা, পুং যৈদুনা, জগোয সাদুনা লৈবম্ববু উকবদগী হল্লকলগা চকপা মবোই মনাওসিংদা মহাক্তা উবকপা পুন্নমক অদু তম্বীখি -

হযিঙৈদা নোইববু সবাবেন্না নোইএ
সবাবেন্না নোইববু চকপবেন্না উবকএ।
চকপা সন্নাংবনা সন্নাং মেলোংবনা
মেলোং হামেংমিৎনা য়াওবৌ তান'দা
উবকএ
সজি তান'দা খঙলকএ য়াওরৌ সজি তানবনা
সজি কুবাং তানবা য়াওবৌ সজিতেংদুবু
লাবা খুমন তানদা যাঙদৌ সাবম লীবদা
কোবৌবোমদা তানখংলে খোইমোম থৌনা
নোইঙমএ।।১।।

লাইয়িংথৌনা নোইএ সরাবেন্না নোইএ
ঙাহোং নোইবু নোইএ পুংফা নোইবু
নোইঙমএ
যাইফ নোইবু নোইঙমএ কোরৌচিন্দগী
উবকএ
কৌবৌ মথকচিন মেলোংমিৎনা নোইরকএ

হায়েংমিংনা নোইরকএ সজি তানবনা
নোইরকএ
চীংগু থংবা নোংনিংথৌ পাখংবনা নোইএ
য়োইরেনবনা নোইএ নোংথৌরেননা নোইএ
সবারেন্না নোইববু চকপরেন্না নোইতমএ
সৱাং মেলোংবনা ময়ুম হেমচেং নাক্তা
নুংনাং নোইবু নোইতমএ ।।২ ।।

চকপা মসাইকোন্দা চবৈ সঙখন্না
ফিঙৌথক্তা খন্না চকপাবেন্না
নোইএ
হেমচেংবনা নোইএ সুপ্লা চিংনা
নোইএ
চকপারেন্না নোইবদি হেমচেং চনুগা
চকপা য়োমলোয হৌনা কোবৌ নোইবু
নোইতমএ
নুংনাং নোইবু নোইতমএ কোবৌ ৱাইনা
নোইএ
নোইনা হৌনা নোইএ ঙমদমহৌনা
নোইএ
খোইযম থৌগী নোইতমএ নোইচুনে সে
সম ।।৩ ।।
(অনোইবোল)

চকপা অনোইবোলগী মিথ অসিসু চহী কয়া লান্না চীছাং যৈনা পুথরকপদা, অতোপ্পা মিথসু য়াওসিনখ্রবনি। অহানবা হৌবকপগী পবেং অনি অসি কোন্না হাপচিলকপনি। চকপাগী ত্রাইবেল ওইনা কাংবু কাংবু ওইনা লৈরিঙৈ, অগুনবা মতমগী খুল্লাকপবু সৱাং কৌই। সবাবেন হায়বা ৱাহে অসি কোন্না খরা থেংথরগা সৱাংলেন হায়বা ৱাহে অসিগী থৈথরকপা ৱাহৈনি। মতাং অসিদা সৱাংলেন নংত্রগা সবাবেন হায়রিবসি চকপাগী নিংথৌবু নত্তে, পোইবৈতোনগী মতমদা ইম্ফাল কংলাদা পানখিবা পাখংববুনি। অনোয়বোল অসিগী অনিসুবা তাংকক্তা চকপাগী সৱাং

মেলোংমিংনা লাইরৈপাক্তা উরকপা, জগোয় সাহৌবা নোংনিংথৌ অদু পাখংবনি হায়দুনা মসক তালকপা অসি কোম্না চকপাসিংবু চায়খ্রায়খ্রবা তুংদা পাখংবনা কংলাদা অমুক মপান ফনা পাল্লকপা মতুংদা, পাখংবনা লাইগী নিংথৌ ওইরবা মতমদা নৌনা অমুক সেমগংলকপা মিথনি। মতাং অসিদা মরু ওইরিবদি মতৌ করম্না চকপা সব্বাং মেলোংমিংনা সা তানবা চংপদা লাইগী সজী অমনা মতৌ করম্না লমজিংদুনা, নোংথক্তা লাই ময়ামনা জগোয় সাদুনা লৈরম্বা অদু থেংনরকপা অমদি মানা অমুক হলক্তুনা চকপা মবোই মনাওসিংদা তম্বীখিবগে হায়বা অদুনি।

সামানসিংগী থব্বায়গী খোংচৎ অসি মতোমতা নত্তে। মখোয়গী খুদোং থিনিংঙায় ওইববা খোংচৎ অসিদা লমজিংবা তেংবাংবা সা নৎত্রগা উচেক অমনা মখোয়বু লমজিংদুনা মাং থাদুনা পুবিবনি। সজি হায়বা সা অসি কুইরবগী মমাংদগী সাইবেবিবা, ইবান অমদি চীনাদা সামানগী মক ওইবা সা ওইনা লৈবকই। চকপা সব্বাং মেলোংবা অসি চকপা কাংবুগী অমাইবী খুল্লাকপা নৎত্রগা নিংথৌনি। অঙনবা মতমগী অপিকপা কাংবুসিংগী লৈমা নৎত্রগা নিংথৌ অসি অয়াম্বনা অমাইবী ঙাক্তনি। খুন্নাইনা পাকথোক-চাউথোকলকপগা লোযনা লোযন্না লৈবাক ঙাকপা অমদি অমাইবীগী থবক খাযদোবকপনি। চকপাগী সব্বাং ওইবিবা সব্বাং মেলোংবা অসি অমাইবীনি। মহাক্কী সামানগী থব্বায়গী খোংচৎ অমদা থেংনবকপা লাইগী জগোয় অদু মহাক্না মহাক্কী মবোই মনাওসিংদা মহাক্না লুচিংদুনা জগোয় তম্বীদুনা জগোয় সামিন্নবনি। জগোয় অসি চুম্নগী পংলাং লাংদুনা পংচোং চোংবা নত্তে। মসিবু অমাই জগোয় নৎত্রগা ইংলিসতা হাযবগা ত্রান্স দানসিং· মঙ-হাগী ওইবা তাইবং অমদা চংদুনা মীওইবগী থব্বায়গী হৌবকপফম ওইবিবা য়াইবী মক সিদবা অদুগা ফাওনবগী, সম্নাবগী লাইগী ওইবা অথুপ্পা অঙকপা নুংঙায়বদা সাবিবনি। অসিগুম্বা পংখৈ য়ৌনা নুংঙাযকবা অদুতনা মীওইবগী থব্বায়দা অনৌবা মতিং হাপ্পা ঙম্মী। মদুনা মীওইবগী ব্রাখল, পুক্নীং অমদি হকচাংদা ময়াই হাপ্পীদুনা হেন্না ফবা মী ওইহল্লি অমদি অফবা খুন্নাই অমা ওইহল্লি। চকপাগী কাংবু কাংবু ওইনা ত্রাইবেল গ্রুপ মচা মচা ওইনা হিংলম্বা পুম্নীদা অসিগুম্বা অমাই জগোয় অসি তঙায়ফদবনি, মী মসিং হেনগৎহন্দুনা খুল চাউথোক্লবা অমদি মহৈ-মবোং য়াম্না পুথোকপা তাবনি। আমেরিকাদা হান্না লৈবম্বা বেদ ইন্দিয়ান হাযনা খঙনবিবা নেতিপ আমেরিকান কাংলুপসিংনা লৈঙাক মপু ওইখ্রবা য়ুরোপিয়ানগী, মপান থোংগী মেতবিয়েলদা হেন্না মরু ওইবা লাইনিং অমদি পুম্নীবোল মতৌ তমলুবদগী নহাবোলদা পোথাফম খংদবা, ঙাওচৎনবা অমদি ড্রক এদিক্কী মসিং অঙকপা ফংনা হেনগৎলকপগী হৌজিক্তি, মহৌসা য়েলহৌঙগী মপা মপুসিগী

অমাই জগোয় অদু অমুক নৌহৌননা সেমগৎতুনা ময়াম পুন্না জগোয় সামিন্নদুনা অসিগুম্বা সমাজগী অনাবসিং অসি থেংনবা মায়োক্নবা হৌখ্রে। অমরোমদা হৌজিক্কী মতমদা সামানিজমগী কান্নবা অমুক হন্না হিংগৎনবা হোৎনরক্লিবসিং অসি থিবা হন্না কনবা, তন্দবা য়ুরোপকী অখং-অহৈ সিংননি।

খ্বাই নোংচেং পিবাগী তেন্না তাউহুংবেবু কাপথম্রবদা য়োইময়াই তাউদনবা সনা খোমদোন অতোনবনা কিদুনা চেনখ্রবদা মহাকপু চঙজফম পিদুনা, লোৎতুনা থম্বীদুনা, থব্রায় কনবীখিবা কাংবু অসি নোংদা লাইবেন পাখংবগী মমাংদা লৈখিবা লিনবু সালাই ওইনা লাংপা কাংবু অমগী লৈমা অমননি। মতাং অসি নুমিৎ কাপ্পাদা অসুম্না ইবি -

নোংপোক তৌবিং লৈমচা
কোবৌ নোংবু খোনপি
মালেম লযবু লুমপী
লৈকু লযবায পানকা
নিংথৌ চনু সনা লিনকোইকী
যোইমযাই তাউদনবা তাউহুইবেং অহানবা
থপী সেনকোয়বেন অপানপা
মালেম লাঙচাখৈ অখৈপা
সনা খোমাতোন অতোনপা
মালেম সনাতি কংলৈপুংপু
লুবাকনানা নোংসাপা মৈতি
নমু পোংপাবচা অ তনপাকী
ব্রাযবা মতেনচা
নাব্রা খোইচু তেন
হংগোয় তাইখাঙলীপু সোঙকীবপাকী
তুপী ময়ানুং লাইরেন মকোনুংতা
সানথুপখিরে
লোয়রেন খুনপীলোকতা
লয়মুবোন মঙামা
লয়হৌরোন তরুকম্যাপু
নাতৈনানা

লাইবেন তাউ রোইনাই
তুপি থিং কোক লাইরেনমানা
য়োইমায়াই তাউতনপা
তুপি মৈকোন ফম্বপাবু
সানথুপখিএ। (লা ২৫-২৬)

নুংবানগী নুমিৎ লাৎপগী লাইনিং অমদি চকপাগী অমাইলোনগী মথংদা তম্পাক্কী লাইনিং অমদি লৈঙাক লোন্দা অচৌবা মফম অমা কলরগদৌবা লিনবু সালাই ওইনা লাৎপা কাংবু অমগী পুকোক ওইনা লাইবেন তাউরোইনাই তুবি থিং কোক লাইবেম্মা হাযবা অমগী লাইবোন নৎত্রগা মিথ অমা সেমগৎলকপা হৌবে। তুবি থিং কোক লাইবেম্মগী মচা অনি মথিং নৎত্রগা থিং লাইবেনপা অমদি থিং নাউ তাউবী হাযবা অনি অসি ওইনা অমুক থোবক্কুনা লংমাইবোনগী পুকোক ওইনা সেমগৎলকপা থেংনবে। চকপা সন্নাং মেলোং হামেংমিৎপু সজি অমনা চিংদুনা পুবীবগা লাইবৈপাক্তা লাইগী জগোয উকই। সাম্মানিজমদা সাসিং অসি লাইগী সায়োন ঙাক্তনি। মখোযনা সামানসিংবু লমজীংদুনা পুই অমদি মখোযনা কানরবা ঈ পাউ কযা পী। ব্রাবী অসি চকপানা মতৌ কবম্না সজিবু মখোযগী সালাই ওইনা লাংখিবগে অমদি মতৌ কবম্না মখোযনা জগোয হৈবর্কখিবগে হাযবগী মিথনি। মখোযগীনা নুপী অমাইবী অমনা লাইগা সমনবা মাংব্রাই তুংব্রাইবগী থবক অসিদা মকোক চিংদুনা লৈবা অদুগী নুপা অমাইবীনা লাইগা সম্নদুনা জগোয পুন্না সামীন্নবগী (trance dancing) থবক্তা লুচিংবা অসি উই। লংমাইবোনগী মতুংইন্না তুবি থিং কোক লাইবেম্মগী মচানুপা থিং লাইবেনপাদগী মচননুপী থিং নাউ তাউবীনা জগোয অসি তমই -

লহাল নোং হয়িঙৈদা
পামা মচল থিং নাও তাউবীনা
মথিং লাইবেনপাতুবু য়ু কৌএ
ইথিং লাইরেন তাউরোই নাই ও
তুবি নাউল হুবিরম ও
লাইবেন নতাংমাবু সিংপিবম ও ।।১।।

লাইবেন তাউরোইনাইনা
ঐদি তাঙজা নত্তে ইকু হুফবোই
লিলা নত্তে ইতাং সিংফবোই এ

সোঙবু কনম ফকতুবু
কংলৈ নসুমাঙদা থাররো
লাইরেম্না ঙৌনা ওল্ল ঙৈ
অঙৌবা কোইচা হৈনা লৌও
লাইরেম্না মুনা ওল্ল ঙৈ
অমুবা কোইচা হৈনা লৌ ও
লাইবেম্না ঙাঙনা ওল্ল ঙৈ
অঙাংবা কোইচা হৈনা লৌ ও ।।২ ।।

খুনবী নোং লৈসংনা
কোনখাবে
লৈখায় তবৈ য়াম্না
হেনমোইবেদা
অসৈ খোংফাং লেংনা
তিন্নলেমলে
তাউবোই পুঙলেন ব্রাকসু
হৈনা লৌনা মথেক হৈনা
লৌত্র
অসৈ খোংফাং তাউবোই
পুংলেন ব্রাক
নেম ব্রাং মাবাক চৈগা
তম
থক খাগা নাই
মকোক মমৈ নাই
চৈবৈ মকা ফোং
মানলৌ মীমাঙ তাক্লা
চুকোই লেপলৌ সাবে ।।৩ ।।

খোংফম খোংথাং মান্ননা
মথেক সানা মকোয় সানা
সমু মাঙ ইন্ননা মবাক নানি

ময়ুংনাইনা সমু খুৎসম্লনা
সমু খুৎসা সম
সমু 'মনা থেক্লা নোই এ
সমু য়েৎলম সম
সমু 'মানা ওইনা নোই এ
লাইবেন মতৌ তম্মা
থিং নাউ তাউবীনা
চুকোক মকোক মঙম তম
লাইরেন হৈনা লৌবদি
নোইচুবে নোইচুবে ।।৪ ।।

লাইবেন তাউবোই লাইগী খোম্বোক্তা
তিং তিং তা তা
নিংসা খোঙকাপ চানা
নোইএ
য়েৎনা থাংলে ওইনা
হাইএ
ওইনা থাংলে যেৎনা
হাইএ
খোঙহাই খোঙথিল খোঙনিঙ
কাঙ
সমু খুৎসম্লা থাদোক্লা খুৎফাং
মাঙইন্না
খুৎচেং লয়না খুৎচা ফন্না
খ্বাং অসি নম্মা থেক্লা
নোইএ
খুৎকা খুৎকা নোইএ।।৫ ।।
(অনোইবোল)

লংমাইগী অমাইবোনগী থিং নৎত্রগা লৈমা ওইনা তুবি থিং কোক লাইবেম্মাগী মথংদা লাক্লিবা থিং নাউ তাউবী অসি খাবী লেং নৌ মোম্বী ওইবকখি -

লমলেন মহৌ চীংদা
মহৌ ফাইবোকচীংদা
হে লাইকনচীংদা পূইতিংঙা
তংকা নুপী হে সাবোনচিংদা
য়োইবু তোইবী (তুবী) কৌবী
তোইবী তংকা নুপী
ফূই তিং ৱাক
খুযোন ফুইতিং লৌবী
খাবী লেংনৌ মোশ্বীনা
মপল লাইবু যুকৌঙৈদা
তাউবোইনাইবু যুকৌঙৈদা

(অনোইবোল)

থিং নাউ তাউবীনা পূথবকখিবা অমাইবীনা অমাই জগোয (trance dancing) গী মকোক ওইদুনা পূথবকখিবা অসিগুম্বী অমাইবীবু পূই তিং ঙা, তং কা নুপী, তোইবী (তুবি), ফূই তিং ৱাক অসিনচিংবা মিং কযা অমনা মসক তাক্লিবী খাবী অসি খাবগী মতমগীনি। মসিনা তোঙান তোঙানবা ত্রাইবেল কাংবু কযাগী অমাইলোনসিং অমদি খাবসিংনা তম্পাক্তা মপান ফনা পাল্লকপদা অমাইলোনগী কলচব অসি ৱাংনা সাগৎখিবা উই। (পূই) তিং ৱাক নৎত্রগা ফূই থিং ৱাক অসিনা অমাইবীনা অমাই জগোয অসিদা মকোক চিংবগা লোযনা ঈসৈ সকপদসূ মকোক চিংবগী থবক তৌবে হাযবা তাকই।

৭

# পান থোইবী

খাবী লেং নাউ মোম্বীগী মথংদা লাক্লিবা অমাইবী অসি তুবি ঙাং যেক চনু, তোইবী (তুবি) তংকা (তিং কোক?) নুপী, তমপা পানপা ফাবী পানথোইবীনি। থোইবী হাযবা ব্রাহে অসি তুবিদগী থৈথবগা তোইবী হায়দুনা লাকপা, অদুদগী অমুক তোইবীদগী থোইবী হাযদুনা লাকখিবনি। মখোয় অনি অসি অমতনি হাযদুনা অনোইবোলদা ইবি -

নোইবী নোইতম চীংদা
সবি ঙাইনোক চীংদা
খাবী লেংনৌ মোম্বী
তোইবী তংকা নুপীনা
থিংলৌ নিঙনা তানা
মপললাইবু যু কৌ এ
তাউবোই নাইবু যু কৌ এ
তুবি ঙাং যেক চনু
তোইবী তং কা নুপী
খাবী লেং নৌ মোম্বীনা
অমাই মবাং হৌনা
সালোনচীং।।০।। (লাঃ ১১)

চকপাগী লম্লাং অমাইবীনা পুথবকখিবা অমাইলোনগী একাদেমী অদুবু লোইসং, খাবী লেংনৌ মোম্বীনা পুথবকখিবা একাদেমী অদুনা লংমাই হায়দুনা লৈবে। অদুগা তমফা পানপা ফাবী পানথোইবীনা পুথবকখিবা অমাইলোনগী একাদেমী অসিনা ফুবা হাযনা খঙনবিবা অসিনি। মৈদিংঙু খাগেম্বাগী মতমদা পানথোইবীবু হৌজিক্তী কালিমাইগী মন্দীর সাবিবা মফম অসিদা পানথোইবীগী খুবম সেমদুনা (ফুরা অমা সাদুনা) লাৎপা

হৌখি। চকপাগী অমাইলোন্দগী লংমাইগী তোঙানবা মসক অমা লৈজবগুম পানথোইবীনা মকোক ওইদুনা পুথবক্লিবা অমাইলোন অসিগীসু তোঙানবা মসক অমা লৈজে।

অনোইবোল্দা খাবী লেংনৌ মোম্বীবু পানথোইবীনি হায়বগী মবমদি অমাই জগোযদা লেংনৌ মোম্বীনা মকোক চিংবগুম ফুবাগী অমাইলোন্দসু পানথোইবীনা অমাই জগোযদা মকোক চিংই। খাবগী মতমদা লৈবিবা খাবী হায়বিবা অমাইবী অসি পানথোইবী নত্তে। চিঙ্গুংদা ফংবা ব্রাবীগী মতুংইন্না খাবনা ফাগদবগী তানবদা পানথোইবীনা নুবাবী ওইনা মসাবীগা লোযনা কোযনা কোযনা চীংযা তময়া কযাদা লোং লোংতুনা লৈখি। কোন্না ইকম নিংথৌগীদা মসক লোংতুনা লৌ সুদুনা লৈখ্রবদা ইকম নিংথৌগী লমদি চাক হোংনা ঙা হোংনা নুংঙাযনা পানখি। খাবগী লৈবাক্লা চাক তাংলবদা ইকম নিংথৌদগী চেং নিদুনা চাখি। মমৈদা ব্রাবী অদু তাববদা খাবনা ইকম নিংথৌদা হাযজদুনা অনি অদু মাগীদসু থাবীবকউ হায়বগী মকুপ সাদুনা মসক লোংলিবা পানথোইবী অমদি নোংপোক উপায় লৈতনা পামদ পামদ খাবগী লবুক্তা কুমখি। (ইবেমহল ঃ ২০০০)।

তম্পাক্কী লাই হবাওবদা যাওবিবা সবম তাংখুল নুবাবী ওইনা যাওবিবা পানথোইবী অসি অঙনবা মতমগীনি। মতম অসিদা মহাক **নুমিৎ কাপ্পাদা** অমদি **পানথোইবী খোঙ্গুলদা** যাওবিবা 'কোবৌ নোংমাই হনপী, মালেম নোংমাই হনপী' অমদি **অনোইবোলদা** যাওবিবা তুবি ঙাংযেক চনু, তোইবী তংকা নুপী, তৌবা নোংতং লেংপী, খুযোন ফুই তিং ব্রাক অসি ওইদ্রি। পানথোইবী অসি খ্বাযদগী অঙনবা মতমগী মসক ওইনা উখ্রুল, কমজোং, চসাৎ, চকু, সৈজাং, চীংনুংকোক, যাইঙং পোকপী, সৌবুংখোক, লৈমখোং, মপাও, মকোকচীং, চীংদাই, খোংবান, পিদোন্নু, নোংদম, লমলাং, লমলাই লাইবোক, লাইকোম, লাইবৌ, সদু, নোংমাই পুক্মনচিংবা অব্রাং অমদি নোংপোক্তা অযাম্বা তাংখুলনা খুন্দাবা মফমদা হাওবৈমা সম্নুবী ওইনা নোংপোক যাওদনা লাংলি। তাংখুলনা কুমগী ইবাংপা মতমদা সম অমদা পান্নাও সিংনাও, য়ু, লসিং মক হাপচিন্দুনা মায়কৈ অসোমগী অতৈ খুলসিং হন্দুঙ, সিংকাপ, মপাও থংগাল, মুখোং, মোইবাংপুবেন, ইথম, মোম্বৌনচিংবা মফমদা নোংপোক মথক্তা পানথোইবী যাওদনা লাংলি। কুম অমগী ইবাংপদা পোংকংতি চপ মান্নে। লৈহাও লৈববা থৌবাল তুবেলগী নোংপোক থংবা তোবর্বান যৌবকপদগী পানথোইবী অমদি নোংপোক পুন্না পুন্না মতৈ-মনাও ওইনা লাংপা হৌবে। লোযননা

খাবগী ৱাসু য়াওবক্লে। তম্পাক্কী লাই হরাওবদা য়াওরিবা পানথোইবী অসিদি খাব য়াওদ্রিবঁগে, অঙনবা মতমগী নুরাবীনি। চকপা অন্দ্রো হবাওবদা চুম্নগী মসক মমিং পন্দনা হাওবম পাখং অমগা নুবাবী অমগা য়াওই। চকপা ফয়েং হরাওবদা পানথোইবী ওইনা মশক মমিং নাইনা লাই হৌদ্রিবঁগে নোংমা ৱাংলিঙঁদা সুমবলগী মৈহৌবোল সক্তুনা লাইগী য়ু সুংনবা ফৌ সুবা হৌরে। নোংপোকতি য়াওদে। নোংপোক পানথোইবী পুন্না মসক মমিং নাইনা থোবকপদি মোইরাং, ককচিং অমদি কংলৈ হবাওবদনি।

পানথোইবীবু কোবৌ অমদি মালেম অনিদগী হনবী, নোংমাই হনবী তুবি তিংকোক লাইবেম্মা ওইনা সেমগৎলকপা মতমদা, অমাইবী অমা ওইনা চকপা লম্লাং অমাইবীদগীসু হেন্না মতিক লৈবী অমাইবী ওইনা, অনৌবা লাইবোন অমা নৌনা সেম্বা তাবনি। অমদি চকপা লম্লাং অমাইবীগুম তাইবংমী ওইনা পোক্লক্তুনা অমাইবী ওইবক্লগা লাইগা ফাওনবদা নৎতনা মসামক লাই ওইনা তুবি লাইবেন তাউবোইনাইগী হেক মচা মচনমক ওইনা খবী লেং নাউ মোশ্বীগী অনৌবা সাযোন অমা ওইনবা তাবনি। মবম অসিনা **নুমিৎ কাপ্পা** হাযবা লাইরিবক অসিদা চকপা লম্লাং অমাইবীনা যোইমযাই তাওদনববু কৌজক্কবদা যাবিবক্তুবদা পানথোইবীনা কৌবা মতমদা কোবৌ হনবনা যাদবা ঙমদদুনা যাবা তাখিবানে।

তুবি ঙাংযেক চনু তমপা পানপা ফাবীবু **নুমিৎ কাপ্পাদা** অসুম্না সৈথাবি -

তুবি ঙাং যেক চনু  
তং কা নুপী  
ফুই তিং ৱাক  
কোবৌ নোংমাই হনবী  
মালেম নোংমাই হনবী

তৌবা নোংতং লেংবী  
তৌ চেংফা সনা হায়পী  
খুযোন ফুই তিং লৌবী  
(লাঃ ৩৫-৩৬)

খবানা ফাগদবগী কোইতান তানবদা মসাবী নোংপোক্তা লোয়ননা কোযনা কোযনা চেন চেন্দুনা চীংযা তময়া থুংনা লোৎলুবগা মমৈথংদা মতৈ-মনাও অনিমক খাবগী নাই ওইদুনা খাবগী খাবি লৌবুক্তা লৌবাং সুদুনা মহৈ মবোং ৱাৎতনা পিখিবী

নুবাবীবু (থৌনাওজম চনু ইবেমহল, ২০০০) কোবৌ নোংমাই হনবী মালেম নোংমাই হনবী লৈসেম নোংসেম্বী পানথোইবী ওইনা সাগৎলখিবদি অথেংবদা **পানথোইবী খোংগুল** ইখিবা ১৬ সুবা চহিচাদা, তম্পাক্তা মবা চেৎপা নিংথৌ লৈবাক অমগী সক্তী মপুং ফানা সেমগৎলবা মতমদনি। মতম অসিদা মণিপুবদা তন্ত্র লাইনিংগী লাইবেশ্মাবু সক্তী ওইনা লাৎপগী অকনবা প্রভাপ লৈবে।

তুবি ঙাংযেক চনুদা যোইমযাই তাউদনববু কৌকচো হাযবদা লাক্লিবা অসি লৈমা তবা নত্তে নিংথৌ পোংবা তবানি। মতম অদু লৈমা তবাগী মতম লোযখ্রে। পানথোইবীনা মতৌ কবম্না নুমিৎপু কৌখিবগে অমদি মতৌ মওং কবম্না মঙ চঙখিবগে হাযবদু **নুমিৎ কাপ্পাদা** মযেক সেংনা ইবি -

নিংথৌ পোংপা তবামানা
ঝা তা থি খিযে
তৌয়িকিতি
তুপি ঙাং যেক চনু
তং কা নুপী
ফুই তিং ঝাক
কোবৌ নোংমাই হনপী
মালেম নোংমাই হনপী
ঝো
নপল লাইবেন তাইবোই নাইপু
পাউথেমলুঝো
হায়না থৌ নেকখিপাতা
তুপি ঙাংযেক চনু
তৌবা নোংতং লেংপী
তৌ চেং ফা সনা হাযবী
খুযোন ফুয় তিং লৌপীনা
পাউখুমলকএ
নিংথৌ পোংপা তবামাঝো
নাগোইবৈনা চিনতুম তিন
নঝাংগুম মঙতুকম মংপা তাকিপু

থৌপী নৈমচা লাইবেন সাফপাবু
তূপী ময়ানুং লাইবেল মকোনুং তাকিপু
ঐনা পাউথেমলূকে
যিপাল লাইবেল তাউবোইনাইবু
পুনেমনাপা ফিবোই মঙ তালুকতা
চামলৌ লাবোন ঙাইথিংয়ৈ
সিং সিং লাকা যোম
চেঙ ঙৌ ফা হাপনা
কাযবৈ যেনলুম কাং খিননা
নোইনু কাকুপনানা
হাওফি ফিমু লৈকম
সিপিয়ো
যিপাল লাইবেন তাউবোইনাইবু
পাউথেমনপা
মচেং পাউতাক য়েনবু তযনা
সেমব্রো
অঙানপা নুমিৎ সনা
পুরুমযেন
মচেঙ কায়বৈ
নোংতম যেনবু
যেনপা খুবৌ থাংপিব্রো
নুকী নুবম তাপী
মোমনু তাঙচা লুনা
মায় খঙপী নঙতি
পথোম তকক থোমব্রো
থোপসাপা নঙসুং থোপ
সাব্রো
লাকসাবা নঙসুং লাক
সাব্রো
পরয়পা নঙসুং পরয়ব্রো

থাং থোংপা নঙসুং থাং
থোংব্রো
মালেম লয়পি খোংবাই
সেমনা
য়োইময়াই পাউথেম হললাপদা
তুপি ঙাংয়েক চনুনা পাউহোম
খোনকিপু
থোপসাবনা থোপসারে
লাকসাবনা লাকসারে
পাবয়পানা পবয়বে
থাং থোংপনা থাং
থোংলে
নুকি নুবম তাপিনা
পাথাম তকক থোমসিললে
পাকি পাবম সকপীনা
পারাক মঙা তালএ
মালেম খোবাই সেমনা
ঙাই খম লাপাতা
খাপী লেং নাউ মোনপী
খুয়োন ফুই তিং লৌপীনা
মঙপোৎ লুতা থোং
মচেং কায়বৈ অঙৌপাবু
নাকতা য়েপনা
খোংলেন মঙচঙ খিপাবু
তপি ঙাংয়েক চনুনা
লাইবেন মকোননুং
তুপি ময়া নুংতা
বাইথুংখিযে
তামফা পানপা ফাপীনা
মপল লাইরেল তাউবোইনাইপু
পুনেমখিএ।

খাবী মচিল লেং-লেংনা
ঙকসম তোংদম পৈরপনা
অমাই ময়াথংকিবু
যোইময়াই তাউতনপা
তুপি মকোন নুংকিপু
লাইবেন ময়া নুংকিপু
যাঙনা লমহৌখৎ লকএ।

মতাং অসিদা ঐখোযনা উবিবা অসি লাই হবাউবা হৌবমদাইদা লাই লৌখৎপা চৎপদা উবিবা, মীযাম অমা থাং, তা থৌগল চংদুনা পবেং ওইনা চৎলগা অমাইবীনা লাই লাইগী মওং মতু ং ইন্না ঈসিং নৎত্রগা কংফালদা ফিব্বক খুমদুনা, ঙক পৈবপনা, সবিক খিংদুনা, ঈসৈ সক্তুনা লাই লৌখৎপা ঐখোয়না ঙসি উবিবা সক্তম অসিনি।

চকপা লম্লাং অমাইবীনা অথেন পোৎ অমা সেমলগা মথন্ত তুম্মীন্না মঙ চঙখি। প্যানথোইবীনা মীযাম অমা থৌগল ওইনা চিংদুনা পুবগা মীয়াম মাংদা মঙ চঙবগী মওংদি মথক্তা উবিবা 'খাবী মচিল লেং লেং চৎ, ঙমসম তোংদম লৈবপনা' মওং অসিনি। মসি ঐখোয়না ঙসি লাই লৌখৎপদা অমদি লাই হবাওবগী অযুক্তা লাইমাং ফম্বা অমদি সাগৈগী লাই চাকলেন কৎপদা লাইমাং ফম্বদা উবিবা মওং অসিনি। অসুম্না লাইগা তাইনবগী মওং অসিদা মাইবীনা সবীক অমা খিং খিংদুনা ঈসৈ সক সকতুনা হৌজিক্কী তাইবং অসিদগী লাম্থোকখিদুনা 'লাই লম' sacred zone অমদা চংথ্রগা লাইগা সমনরগা পাউ হংলবিবগী পাউখুম পিবনি। লাইগা সমনবা, ফাওনবিঙে অসিগী খোংচৎ অসিদগী হল্লক্তুনা, সমনবা অসি লোয়সিনখ্রবা মতুংদদি সমনবিঙে মতমদা উখিবা অমদি ঙাংখিবসিং অদু লোয়না কাওথোকখিবা মওং অসি ঐখোয়না ঙসি ২০সুবা চহিচা অসিদা থেংনবি। **নুমিৎ কাপ্পাদা** য়াওবিবা চকপা লম্লাং অমাইবীগী অমাইলোন্দদি মঙ চঙলুবগা হল্লক্তুনা পাউ পীবৈ। অদুগা পানথোইবীগী অসিনা মঙ চঙবা লোয়ববা মতুংদা লোয়না কাওথোকখি।

অমাইবীনা ঈসৈ সক সক্তুনা মঙ চঙলুবগা হলকলবা মতুংদা কাওথোকখিবা অসি অতৈ মালেমগী নাৎ অতৈদসু ফংদবা নত্তে। মসিদা লৈবিবা মওং অসি অমাইবীনা সবিক নৎত্রগা যন্ত্র অমা সিজিন্নদুনা ঈসৈ সক্তুনা লাই অদু হৌদোকচবনি। লাই অদুনা য়াকাইবক্তুনা মাইবী অদুদা তোংলগা লাই অদুনা মাইবী অদুগী মসাদা চঙখিদুনা

লাই অদুগা মাইবী অদুগা অমতা ওইখিদুনা মাইবী অদুগী খোঞ্জেলদা লাই অদুনা মাইবী অদুগী অকোয়বদা লাইবাও হংলবিবা মীয়াম অদুগী পাউখুম পীবনি। মসিদসু নত্তনা লাই অদুনা লৈকায় অদুগী খুল অদুগী অমদি লৈবাক্কী ওইনা অৱা অনা তাগদবা কযা মাংজৌন্না হায়বগা লোয়ননা মদুদগী কোকন্নবা ইবাৎ থৌনি থৌবম তাকপগী থবকসু পাংথোকই। লাই অদুনা মাইবী অদু থাদোক্তুনা চৎখ্রবা মতুংদা মাইবী অদু মিকপ থোবকপনি। মবম অদুনা মাইবীনা মঙ চঙবা মতম অসি মাইবী লাই তোংবা হাযদুনা খঙনৈ। মাইবী অদুনা লাই কাপ্রবা মতুংদা করি অমতা নিংসিঙদবা, লোয়না কাওথোকখিবগী মবমদি মহাক্না হাযখ্রিবা পুম্নমক অদু মহাক খংনা মহাক মসানা হাযবা নত্তে। অমবোমদা হাযবগা মঙ চঙখ্রিঙৈ মতম অদুদা মহাক কবম্না ফিভমদা লৈবগে, কবি উথিবগে, কবি হাযখিবগে হায়বদু মহাক কবি অমতা খংদে, পুম্নমক লাইনা হায়খিবনি হায়বনি। মসিগুম্বা অমাইলোন অসি আমেরিকা, আফ্রিকা, ব্রাজিল অমদি অতৈ হিমালযগী লমদমদসু ফংই। অদুম ওইনমক অমাইবীগী অসেংবা নাৎ, অসেংবা অমাইলোনদি অসি নত্তে। তসেংনা হাযবা তাববদি অমাইবী হাযবসি লাই অমনা তোংদুনা থৌদুনা সান্নগদবা নত্তে। অমবোমদা অমাইবী অদু লাইবোন তিনলোন নিংথিনা খঙবা, মখোযবু তায়নবা ঙম্বা, সম্না হাযবা তাববদি মীওইবগী, মালেম অসিগী য়াইফনবগীদমক লাইসিংবু সিজিন্নবা ঙম্বা, ওইগদবনি। মখোয়বু সিজিন্নবগী কলা অদুবুনি অমাইলোন (Shamanism) হাযদুনা খংনবিবা অসি। কলা অসি হেক্তা ইবাই লায়না মপু ওইবা ঙম্বা নত্তে। অমাইবীগী লোইসং অমা, একাদেমী অমা নাইদুনা লৈরমলিবা অসি, কলা অসি মপুং ফানা নিংথিনা তমদুনা সিজিনবা ঙমনবগীদমকনি। মসিগুম্বা চপ চাবা অসেংবা অমাইলোন হায়বদি লাইগা উন্নকবগা মিকপ থোকলগা তাইবংদা অসেংবা ঈ-পাউ পুবকপা ঙম্বগী নাৎ অসি চকপা লম্লাং অমাইবী অমদি তপুং সিমিংহনপাদা উবা ফংই।

পানথোইবীনা মহৌসা নিংসিঙবা থোক্তবা মতমদগী হৌনা, মমানা লাইগী-তিনগী অমদি লৈঙাকলোনগী মকোক ওইদুনা লৈবিঙেদগী, চংথবকপা নাৎ অমগী মসক তাক্তুনা, লাইগী ঙমথং ওইনা, লাইগা সম্নবা অমাইবীগী সক্তম ওইনা, তিং কোক ওইনা, ফুবা হায়না খংনদুনা, তুংদা পুথবক্লিবা অমাইলোন অসিদা অমাইবীসিংনা লৌরিবা থৌদাং অসিদি মকওইনা লৈকায় অমা খুল অমা পুন্না লাই হবাওবা হায়বা লাইথৌ অমা পাংথোকলিবা অসিনা হেন্না মকওইনা পুথবক্লি। মসিগী মবমসু লৈতবা নত্তে। চকপা লম্লাং অমাইবীগী মতমদগী লৈবকখ্রবা অসেংবা অমাইলোন অদুসু মওং অমদা ঙাক্তুনা পুথবক্লি। মদুগুম্বা অৱাংবা নাৎ অদু কনানা মখা তানা পুথহৌববগে

হায়বদুসু অমতা লোৎপা অমদি অথুপ্পা লৈতনা মযেক সেংনা **নুমিৎ কাপ্পাদা** ইরি। হবাওপুংদা অমাইবীনা নিংথিবা ফিরোই-ফিগুাম সেৎতুনা সমজি মমৈ সাংনা থাদদুনা খাবী লেংনৌ মোনবীগুম্না অমাই জগোয়গী মকোক চিংবী ওইনা, তন্ত্র লাইনিংগী মতুংইন্না, শিব মহাদেবগী মপান থোংদা ফোংদোকলিবা শিবগী সক্তি ওইনা উহনজববসু, শিব মহাদেব ওইদুনা, সক্তি অদুগী হৌফম ওইবা মপুগী মসক অদুদি অমাইবা হাযদুনা থোরকলিবা কাংবু অসিনা, মণিপুর তম্পাক্কী অসেংবা সামানিজমগী কলা অদুগী মপু ওইখ্রে। **নুমিৎ কাপ্পাদা** মতাং অসি নিংথিনা ইরি। নুমিৎ অদু তুবি থিংকোক লাইবেম্মগী ময়া মনুংদা লোৎতুনা লৈবা অদু পানথোইবীনা কৌরুবদগী থোকলকই হায়বদু মমিংদনি। থবি মমাই মক্লা থোরকলবদা নিংথৌ পোংবা তবানা পোইবৈ অমাইপা কোন্দে নাকথংচাদা চৎতুনা হায়জরুই। মতাং অসিদা লাক্লিবা অসি নিংথৌ পোংবা তরানি, লৈমা তবা নত্তে। লৈমসিংগী মতম লোযন্ত্রবা মতম অমদনি। কোন্দে নাকথংচানা মতৌ করম্না নুমিৎ মমাই মকপা ফনবা ইবাং-থৌনি পাংথোকখিবগে হায়বদু **নুমিৎ কাপ্পাদা** ইরি -

নুমিৎ হাংনা কা
থপী হাংনা তানলকলপাতা
নিংথৌ পোংপা তবামানা
তয়ম পোইরৈ অমাইপারো
য়োইময়াই তাউ তনপা
সনা খোমাতোন অতোনপাবু
নুমিৎ মমায় মকলকএ
থাপী মমায় তাইএ
নুমিৎ মসেক লুকনা
থপী মমায় হেনাপা
নুমিৎ মচুপ সাপু সাপিকে
হায়না পাউমেললাপাতা
পোইরৈ মমাইপা
মতাইরেম কোনতে নাকথংচাদি
সারেন য়েৎলম ফম
খুয়োল মমাইপা
থিংকোল মোবিপীয়াচা

লাংচেং লাং মাইপা
য়ুংপা সোয়পা মৈ
অমাই কোইচাপ
লাংচেং কোংয়ি শকপা
খুয়োল মরোল সকপা
য়াঙপা মরোল ফাউপানা
সমু ব্রোইরম ফমনা
য়োমময়াই তাউ তনপাপু
পুকম য়িনা সানতেংপিবে
পুরুম তাইবি য়ি
থংচি কোকপা য়ি
চীংয়াই সানতেংয়ি
কুরেক কুবেক কোকসোক য়ি
চেকলা পোনপি থিককাবি অমুপানা
খুংফাং লয়চেঙ ফামনা হোং
লযমু তুংহনানা লাইচা যিখঙখোং
কেকে থিনপীসুনা যিতম খোং
মোইবাং ব্রানপিসুনা য়িতম খোং
কেকে নানপা সানতেং য়ি
ব্রায়খু খুংলোঙ য়ি
থরাউ লমসং য়ি
খুমন তিকতা সনমৈপী সনমৈপা
তিমেন খোকলাং চাকব্রায়পা
নোংয়াই হাইচুী হাইচুপা
ফানা য়ি
মমায় অব্রাং লাযনা পাংনা
চেনপায়ি
লাইচা য়িরীক লাইসেং থোইপানা
সানতেংপিখিয়ে
কায়রৈ ময়েন লুমনা

য়েনপং ফায়বগু পোকপা
পুংফাই তোনলোঙপা
হাপনা
নাপু নাসেনপা সিদ নাতাপানা
সিঙলেন চীংয়াং থি
থিংনা তাংনা কাই
নাখায় নাতাংপানা
য়োইময়াই তাউ তনপাপু
সানতেংপিখিএ
নুমিৎ মচুপ সাপু তমপিবাপাতা
নুমিৎ মমায় লুবে
নোংপোক লৈমচাতি
থপি হেনমোইবকলে।

নুমিৎ মমাই লুনবা পাংথোকপা অসিদা য়াওরিবা মাইবা অসি অনিনি। কোনতে নাকথংচা অমদি খুযোল মমাইপা থিংকোল মোবিপীয়াচানি। খাবী লেংনৌ মোম্বীনা মবুং তাউবোইনাইদগী মতুং ইন্নদুনা অমাই জগোয সাখি। ফুবা অমাইবোনগী মতুংইন্না পানথোইবীনা খাবী লেং নৌ মোম্বী ওইবকপা মতমদা কোনদে নাকথংচা অমাইবা অসিনা তাউবোইনাইগী সক্তম লৌখি। হৌজিক্কী মতমদা লাইবৌ সাবা মতমদা খূৎতা পেনা চৈজিং সুদুনা অনোইবোল সক্লিবা অমাইবা অসি কোন্দে নাকথংচাগী মহুৎ সিনবনি। মহাক্না সক্লিবা ঈসৈগী মতাং মতাংগী মতুংইন্না অমাইবীসিংনা জগোয সাবনি। জগোয় অসিবু মকোক চিংলিবসি অমাইবী নত্তে। সেংনা হায়বা তারবদি পেনা খোংলিবা অমাইবা অসিনি।

অঙনবা মণিপুরী সাহিত্য অসি চিহ্নাং য়ৈনা চিন্দা পুথবকপা অমদি ময়েক সিজিনদুনা ইবকপা হায়না অনি থোক্না খায়দোকপা যাই। অঙনবা মতমগী চিন্দা পুদুনা সাগৎখিবা সাহিত্য অসি নুপী অমাইবীসিংগীনি। অদুগা ময়েক সিজিন্নদুনা লাইসোন তিনশোন নৌনা সেমদুনা ইদুনা পুথরক্লিবা লাইরোনগী সাহিত্য অসি অমাইবসিংগীনি। অমাইবসিংনা ময়েক সিজিন্নদুনা সেমলকলিবা লাইবোন অমদি লাইথৌসিং অসি সেমগৎলকপগা লোয়ন লোয়ন্না অমাইবসিংনা লাইনিং লশ্বীগী মকোকসু ওইরকখি। মরম অসি লৈবনা মখোংনা অমাইবীসিংবু ময়েক অমদি ময়েক্কী

সাহিত্য অসি সোকহনখিদে। মসি মপানা চাউবা সমাজ, পোত্রিয়ার্কি মপুং মরৈ ফারকপগা লোয়ননা থোবকপা জেন্দব পোলিতিক্সকী মসক অমা ওইনা, নুপানা নুপীবু মখোযগী খুদম মনুংদা ফাজিন্দুনা, নমথদুনা থমলক্লবা হোৎনরকপদু মপুং ফানা মায় পাকখিবগী মতাং অমনি। মসি মালেমগী মফম পুম্নমক্তা, ইতিহাসকী ওইবা তাংকক অমদা, থোকপা ইযান মান্নবা থৌদোক অমনি। চাং খেনবগী ৱাতনি।

মতৌ অসুম্না ফুবা হায়না ইকোন কোন্না থোরকপা অমাইলোন অসিগী মতমদদি তমপাক্কী অমাই লাইনিং অসিদা অমাইবীশিং অসিনা মমিংতগী ওইনা কুইববা নাৎ অসি পুথদুনা লাক্কি।

৮

# অমাইবা

লৈমা লাইনাউ তাবীনা খুম্বোরকপা মতমদা অমাইবা অমা য়াওবকই। মাগী মথৌবু অসুম্না তাকলি -

লৈনুং য়ীমাইপা
থীকনেম ফোইনেমপা নঙতি
সনচী নাবোং য়ান্না
মিকোন চেমব্রো।

অঙনবা মতমগী অযাম্বা অমাইবীসিং অসি সাগী মউন, মচি অমদি কোনমান সিজিন্নবম্বগী চপ চাবা মসক অদু 'লৈনুং য়ীমাইপা' অসিদা উবা ফংলে। ইবোই অমদি সনবু লাইসা নংত্রগা সালাই (totem animal) ওইনা লাংপা কাংবুদা মখোযগী মচি, মউন অমদি কোনমাই অসি যাম্না মকওইবা অমদি অসেংবা পোৎসকনি। কসোমগী সন লাই মানবগী মচি অদুনা সুকপগী নুংথোঙ অদু ইনথোক্লুনা থম্বীববদা লাইনাউ তবী অমদি পোইবৈতোনগী কাংবু অদু তেংবান্দা থোবকখি। মখোযদা তেংবানগী পুন্সী পিবিখিবা সন অদু হাৎতুনা মাগী সদোং অদু চামীন্নবগী ইবাৎ-থৌনি অমা তাপুং সিমিংহনপানা অমাইবী মকোক ওইদুনা পাংথোকলগা তাইবং মীওইবনা তেংবান অসদা মতম সাংনা পুন্সী নুংসাংনা নুংঙায় যাইফনা পানবা ফংজখি। চকপাগী সব্বাং মেলোং হামেংমিংপু লমজিংদুনা লাইবৈপাক্তা পুবিখিবা সালাই সজি অদু হাৎতুনা মাগী সেংলবা সদোং অদু মযাম য়েন্নদুনা চামীন্নবগা মেলোং হামেংমিংনা অমাইবী ওইনা মকোক চিংদুনা চকপা মবোই মনাউসিংদা লাইগী জগোয় সাবা তমবীখি।

সালাই, তোতেম লাৎপাগী নাৎ অসিগী মমাংদা ঙনখৎনা লৈবম্বা ইবাৎ-থৌনি মখল অমদি অহোং কুম্মৈসিং অসিনি। অহোং কুম্মৈদা মকওইনা যাওবিবা অসি নুঙ খিনবা, উক্রোং হোংবা, খোংনাং হোংবা, উরোং খিনবা অমদি যুম হোংবনি। অহোং কুম্মৈ মখল যামজববসু মনুংগী লাইবোনদি অমতনি। অহোং কুম্মৈসিং অসি

অয়াম্বনা সাদানবা খুন্নাইদা নুপানা অমাইবী ওইদুনা পাংথোকপনি। নুপাসিংনা পুন্না সা তান্দুনা সা অচৌবা হাংপা ঙমলকলবা, অঙনবা মতমগী অপিকপা ত্রাইবেল খুন্নাইসিংনা নুপাগী মপাঙ্গল অমদি মথৌনাদা তাংজবক্লবা অমদি মপানা চাউবা খুন্নাই পেত্রিয়ার্কি সেমগৎপা হৌবকপা মতমদা মসি উবা ফংই। সেমী এগ্রীকলচব অমদি সেমী হনতিং তৌদুনা হিংলিবা, খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎত্রিবা অয়াম্বা চীংগী কাংবু অয়াম্বদা অসিগুম্বা নুপা অমাইবী অসি হৌজিকসু লাইনিংগী মকোক ওইদুনা লৈরি।

তম্পাক্তা খুন্দাদুনা লৈবিবা কাংবুসিংগী মনুংদা মৈতৈসিংগী লাইনিংদা থব্রায লাৎপা, উ, নুং নৎত্রগা কবিগুম্বা পোৎ অমবু লাইগী মসক ওইনা পাদম লাক্তুনা লাৎপা অমদি সালাই লাৎপা অসিগী থেংথাংসিং অসি লান লান্দুনা অবিবা নুঙগী যুগকী মতম, ঙসিদগী চহি লিসিং ৩০ মুক্কী মতমদদি হৌনা চৎথবক্লিবা পুন্সী অসিদা অহোংবা লৈতনা নুপী অমাইবীনা লাইগা হকথেংনবী ওইবগী মসক অসিদি লেংদনা পুথবক্লি। নুপানা অমাইবী ওইদুনা সনবু সালাই ওইনা লাৎপগী নাৎ, পোইবৈতোন্না পুসিলকখ্রবসু তম্পাক্তা মৈতৈ হাযনা খংনদুনা লাক্লিবা কাংবু অসিনা লাইগা হকথেংনদুনা, অয়াম্বা মীচম মীয়ামগা সম্নবগী থবক অসিদদি নুপীনা অমাইবী ওইদুনা লৈবকখিবা অদুমদি হোংবা ঙমদনা লাক্লি। অদুম ওইনমক তম্পাক্তা পেত্রিযার্কিনা মরা তাসিলকপগা লোযননা নুপাগী মতিক লাৎপগী নাৎ অমসু তপ্না তপ্না চাউখৎলক্লি। পানথোইবীনা কৌবদা লাক্লিবা নুমিৎ অদু, মমাই মমিৎ ইমক মক্রা কিনা কিনা থোক্লবদা, অমাইবা কোন্দে নাকথংচা অমদি খুয়োল মোরি অনিনা য়েৎ ওই অনিদা ফমদুনা নাহৈবোল সক্তুনা তাইবেন, পুংফাই, নাতং, নাখাই, নাসেল, য়েনবং, ফাইবংনা মফম তরেৎতগী সোক্লবা ঈসিং অসেংবদা লুপ লুপতুনা নুমিৎপু হায়দোকপিবা তাবনি। মদুতদা থবি মমাই লুবা তাবনি।

মযেক সিজিন্নদুনা সেমগৎলক্লিবা লাইবোন অসিগা লোযন লোয়ননা থোবক্লিবা অমাইবা হায়বা কাংবু অসি তুংদা য়াম্না মক ওইবকখিবা কাংবু অমনি। মখোযনা অমাইবীসিংবু মীয়াম মাংদা মখুৎতা সবিক অমা পায়হন্দুনা লাইমাং ফম্বগী থৌ অসিখক্তা, লাইগা সমনদুনা লাইবাউ হাযবগী থবক অসি পাংথোকহনখ্রবসু থাঙ্গেশেংবা চকপা লম্নাং অমাইবীনা সবিক য়াওদনা দরকার ওইরকপা মতম নৎত্রগা মাগী পুক্লিংগী অপাম পামদগী মতুং ইন্না মনিং তম্না মঙ চঙদুনা লাইরৈবাক্তা হনগৎ-হন্দা চৎতুনা মীওইবগী অব্রা-নুংঙাই অমদি অনা-অযেক লায়েংবগী থবক্তা সিজিনখিবা থাঙ্গেসেংবা অমাইলোন অদুদি অমাইবা হায়রিবা কাংবু অসিগী ওইখ্রে।

লৈবাক মাইবা, নিংথৌ মাইবা হাযদুনা মতমগী মতুংইন্না অনি থোকখি। লৈবাক মাইবা হাযবগা অনা লায়েংবগী থবক তৌখি। নিংথৌ মাইবা হাযবগা ইরাৎ-থৌনি পাংথোক্তুনা তিনলোন লাইবোন নৈনদুনা, সেমদুনা কোনুংদা নিংথৌগী য়েৎথংবা পাম্বোন ওইদুনা লৈখি। কাংবু অসিনা অমাইলোন্দা যুমফম ওইবা অকুপ্পা, সা-ল্যনগী, হুইযেন লাল্লোংগী ব্রাংলবা কলাবিদ্যা অসি সেমগৎলকখি।

অহনসুবা সরুক

৯

# উমং লাই

হৌজিক্কী মতমদা উমং হায়না খঙনবিবা লাইবোনগা মবি লৈনবা ৱাহৈ অসি উ ময়ামনা কুংনা ইমঙ মঙনা হৌবা উমং নৎত্রগা উমাং (উবম্বদগী উখিদবা নৎত্রগা মাংখিবা) হায়বা নত্তে। উমংদা যাওবিবা খোঙ্হোক উ অমসুং মং (মঙ) অসি ৱাহৈ অনিনি। লমদম অসিগী অযাম্বা অবিবা লোনসিং অসি মোনোসিলেবিক হায়বদি খোঙ্হোক অমখক্তা ওই। খুদম ওইনা মৈতৈলোনগী মক ওইবা হকচাংগী কযাৎসিংগী মমিংসিং অসি পনবা য়াই। মসিদা য়াওবিবা উ অসি পোৎ অমগী মমিংনি, কমন নাউননি, ভার্ব ওইনা বাওন্দ কত ওইনা সিজিন্নবা নত্তে। উ পাম্বী অসি মালেমগী অযাম্বা মফম পুম্নমক্তা যাম্না ঙল্লিঙৈগী মতমদা, লিববা লাইবোনগা লোযনক্লবা যাম্না মক ওইবা অমনি। লমদম অসিদা কুইববা মতমদা উক্রোং হোংব', খোংনাং হোংবা, উবোং খিনবা চৎনদুনা লৈবম্মী (থৌনাওজম চনু ইবেমহল ২০০০, ৭৭-১৪০)। উমং লাই হায়না খঙনবিবা অসিদা যাওবিবা উ অসি উ হোংবা অমদি উ খিনবগী নাৎ অদুনি। উ হোংবগী নাৎ অসি নুঙ খিন্দুনা পাংথোকপা নুঙ হোঙবগী নাৎ অসিগা যাম্না নক্লা মবি লৈনৈ।

অৱাং নোংপোক ভাবতকী লমদম অসোমদা চাইনা সন্দোক্তুনা লৈবিবা নুঙজাওসিং - নুঙপাক (Doleman) অমসুং নুঙ অযুংবা (Menhir) অসিনা মাযকৈ অসোমদা নুঙ হোঙবগী নাৎ লৈবম্মী হায়বা তাকই। যুবোপ অমসুং মেদিতবনিয়ানগী লমদমদা ইবাৎ থৌনিগা লোয়ননা মোংফমদা নিংসিঙ খুদম ওইনা নুঙ খিনবগী চৎনবী লৈবম্মী। মোন খেমব নৎত্রগা মোন অনম হায়না খংনবা ভাবত্তা খুন্দাবিবা আস্তিকসিং · হো, মুন্দা, খাসি অমদি জয়ন্তীযানচিংবগী অসিবগী মোংফমদা নুঙ খিনবগী চৎনবী লৈরম্মী। মণিপুবদসু অঙনবা মতমদগী খুন্দাবক্লিবা প্রোতো মৈতৈ, কবুই, মবাম, মাও, তাংখুলনচিংবদসু নাৎ অসি লৈবম্মী।

ফিজি অমসুং সোলমোন আইলেন্দগী মরক্তা লৈবা মালেকুলাদা নুঙগী যুগকী মীস্যাচাবা মীসিংনা মাকি (Maki) হায়না কৌবা নুঙজাও খিনবগী ইরাৎ থৌনি অমা মীকোক অমসুং সাকোক কৎতুনা পাংথোকলম্মী। থৌরম অসি মাকি পাংথোকলিবা মীওই কাংবু অদুগী সাহোং-মী-হোংনবা, লোয়ননা মরুওইনা থৌবু ওইদুনা পাংথোকলিবা থৌবু অদুনা হিংলিঙৈ অমদি সিরগা মীংচৎ ফংদুনা অসিবদগী নানথোক্ল বা নৎত্রগা অসিববু মায়থিবা পীনবা পাংথোকপা থৌরম অমনি।

মাকিগী ইরাৎ-থৌনি অসি মালেকুলাগী অসিবগী লাইবোন অমগা মরি লৈননা পাংথোকপনি। মালেকুলাগী লাইরোন্দা অসিলমগী থোংগান, সুরুং অমগী মচিন্দা লাইরেম্বী অমা ফমদুনা লৈ। অসিবা মী অদুনা অসিলমগী সুকংদু হেক লানসিনবদা লাইবেম্বী অদুনা মী অদুগী মমাংদা, চংখ্রগা পাক থোকপা ঙমদবা মবি মবি অমগা অমগা ইসম সমজিন্নবা লম্বী অমা য়েক্কনি। যেকপা হেক লোয়বগা অসিবা মী অদুনা অয়েকপা লম্বী অদু তংথায় অমা সৎ মুৎথৎলগা অমুক হন্না হান্নগী মানা মুথৎখ্রিবা অদুগা চপ মান্ননা অমুক যেক্কদবনি। যেকপা ঙমদ্রবদি লাইবেম্বী অদুনা অসিবা মী অদুগী থৱায অদু চাথোকই অমদি মহাক অমুক হন্না মীওই মপোক্তা পোক্তুনা মালেমদা হলকপা ঙমলবোই। লাইবেম্বী অদুদগী মসাগী থৱায়বু কঞ্জনবগীদমক মহাক্না মুৎথৎখ্রিবা লম্বী অদু হান্নগী অদুগা চপ মান্ননা য়েকপা ঙমগদবনি। ঙমদ্রগনা ওক লাবা অমুবা অমা লাইবেম্বী অদুদা পীগদবনি। ওক অসি চুম্নগী ওক অমনা হেক্তা যাবা নত্তে। চহি কয়া চঙনা মহাক্কী মখুৎমক্না পিজ পিথক্তুনা য়োকলবা, ওক অদুগী যাথাগী ময়া অদুনা থাগুম্না নিংথিনা কোযদুনা মপুং ফাববা, পুন্সী অমগী নোমজমন ওইববা অদুগুম্বা ওক ওইগদবনি। ওক অসি চুম্না চাবগা পুক থননবা হকচাংগী অরাম্বা কোকনবা নত্তে, মসি থৱায়গা ওন্নবা যারবা থৱায়গী চিঞ্জাকনি। অসিবা মী অদুনা মাগী মহুৎ নৎত্রগা মমল ওইনা পীবিবা ময়ানা থা মচেং সাববা ওকলাবা অমুবা অসি সিবা মতমদা থা ওইরবনি। লাইরেম্বী অসিনা ওকসা অদু চাথোকপ্রগা লেমহৌবিবা ময়া অসি থানা সিবগা অমুক হিংগৎলকপগুম অসিবা মী অদুনা অমুক হিংগৎলকপগী খুদমনি। অসিবা মী অদুনা ওক অদু পীদুনা লাইরেম্বীবু মীনমলগা মাগী থৱায়বু কঞ্জনবগী লাইথৌনি।

মাকিগী যাম্না মক ওইবা সক্তমদি নুঙপাক খিনবা অসিনি। নুঙপাকসিগী মমাঙদা উ অমা মাকি পাংথোকখিবা মপা মপুসিংগী খুদম ওইনা যুংই। নুঙপাক অসিগী মথক্তা যুমথক অমা কুপখৎলকপা মতমদা উ অসিনা ময়াই যুম্বী ওইনা লৈ। উযুং অসিগী

মথকথংবা মতোনগী অরোইবা মচিন অদুদা খুনু খরংগী মসক অমা হাপ্লী। উচেক অসি মাকিগী লাইথৌবু য়েংদুনা য়াওরিবা লাইওইদ্রবা, হিংলিঙৈগী মতমদা মাকিগী ইরাৎ-থৌনি পাংথোকপা ঙমদ্রবা সিবা নাইদ্রবা মপা মপুসিংগী থৱায় ওইনা হক্তুনা হাপ্লনি।

মাকিদা খিল্লিবা নুঙপাক অসি নুঙগী মোংফম, অসি থোঙ্গালগী নুঙগী সুরুং অমদি মীওইবনা অমুক হন্না পোকচনবগী মফম ওইবিবা, খ্বাইদগী হেন্না চেকসিল্লবা, য়েক্লবা অমতনা মাংহনবা ঙমলবোইদবা পলেম মমাগী সিয়োমগী খুদমনি।

উমং হায়বা ব্রাহে অসিদা য়াওরিবা মীওইবগী হকচাং লোয়সিনখিবা মফম-মঙ নৎত্রগা মোংফম ওইনা লাক্লিবা অসি মখা তানা অমুক য়েংবা নুংঙায়গনি।

মৈতৈলোন্না অকম অয়াংগী মতুংইন্না অর্থ কযা লোংবা লোন ওইবনা ব্রাহে অসিগী অর্থ কয়া লৈগনি। লুমনা অমদি য়াংনা হাযবগী মতুংইন্না ফংবা অর্থসিংদি - মী সিবগা লৈবোন চনখিবা নৎত্রগা মৈ থাদুনা থৱায যাওদ্রবা হকচাংগী অবোইবা মথৌ মঙম পাংথোকখিবা মফম ওইনা খঙনবা মফম-মঙ, হকচাংনা মচি অমদা লেংদনা লৈবগা নৎত্রগা হকচাংগী থবক য়াওদনা ব্রাখলনা, তুমখ্রবা মতমদা কোযনা কোয়না চৎলুবা অদুবু খঙনবা মং, তুম্বা নৎত্রগা পোথাবা মতম নৎতবদা হিংলিবা মপানগী তাইবং অসিগা মবি ইবৈ লৈনদনা ব্রাখল অমদা নৎত্রগা সংসাব অমদা ব্রাখল অসিনা তাউদুনা লৈখিবা অদুবুসু মঙদুনা লৈবা হাযনা খংনৈ। নোংনা লৈচিল ওইনা তাউদুনা মপৈ মপৈ য়াম্না লৈবা মতমদা নোং মঙবা হাযদুনা খংনৈ। অমাইবীনা ধ্যান তৌদুনা হিবি কোন্দুনা পুক্নীং অসি চোযথোক্তনা অমতা ওইনা তাসিল্লগা তোংবানগী ব্রাংমদা লৈবা কবিগুম্বা অমদা চৎখিবা নৎত্রগা চঙখিবসু মঙ চঙবা হায়দুনা কৌনবি।

মথক্তা লৈবিবা ব্রাহ্ন খবা অসি অনিখক্তা পুনসিনবা য়াই। নোং মঙবা হায়বা ব্রাহে অসিদা য়াওবিবা চাং খঙহনবা ওইনা লৈবিবা ব্রাহ্ন অসি অতৈ ব্রাহে খরা উমং, ব্রামং নচিংবদসু ফংই। অদুগা অমনা মীওইবনা কবিনো হায়বা ইবাই লায়না হেক্তা তাকপা য়াদবা, মীওইবগী হকচাং অসিদা য়াওবিবা অমদি তুমথখ্রবা মতমদা মতোমতা মনিং তম্না কদায় কদায়দনো কোয়না চৎখিবা অদুগা অমাইবীগুম্বা মীওই খবনা থৌওইনা তুম্বা নৎতবদা মপানগী তাইবং অসিগী ব্রাংমদা ধ্যান তৌদুনা চৎপা ঙমলিবা, সম্না হায়বগা মঙ মঙবা অমদি মঙ চঙবা অসিনি। মী অমা সিবা হায়বা অসি তম্পাক্কী অঙনবা লাইনিংগী মতুংইন্না মপানথোংগী হকচাং অসিদা যাওরিবা লৈবাক

ঈসিং নুংসিং অমদি অহাংবা অসি মাগী মাগী মফম মফমদা হঞ্জীনজখিবা নংত্রগা মীওইবগী হকচাং অসি করিগুম্বা পোৎ ওইনা লৌরগা খুদম ওইনা পোল্লাং অমা সিদোক্তুনা লংথোকখিবা অদুনি হায়দুনা তাকই। হকচাংবু পোল্লাংগা চাংদমনদুনা হকচাং পোল্লাং হায়নসু খঙনৈ। তোঙান তোঙানবা মচলসিং অদু মাগী মাগী মফম মফমদা সিদোক্তুনা থনমলগা থব্রায় অদুনা হৌবকফম খমনুং নংত্রগা পলেম ইমাগী সিয়োমনুংদা হঞ্জখিবনি। মসিগী ব্রাহন অসি মীওইবনা তুমলিঙৈ মতমদা, মীওইবগী মপানথোংগী হকচাং অসি নত্তবা, মীওইবা মসাগী মনুংদা য়াওবা মহাক্কী মসা অমনা, কোয়না কোয়না চৎপা অসি কবিনো হায়না ব্রাহং হংবা হৌবকপা মতমদগী, য়াইবী থব্রায় অমগী মসক থিবকপা মতমদা মতোমতা ওইজবকখিবা, অঙনবা মতমগী সমাজদা লৈবম্বা মীওইবনা খঙজবকখিবা ব্রাহন অমনি। অমবোমদা মঙ অসি তেংবান অনিগী হাযবদি মপানথোংগী পোৎকী তাইবং অমদি মনুংগী খুৎনা সোকপা যাবা পোৎকী ব্রাংমদা লৈবা থব্রাযগী লমদম অনিগী মবক্তা ফাওদোক-ফাওজিন যাবা অমখক্তা ঙায়বা পাম্বৈ অমখকনি। মী অমা সিবগা অসিবা হকচাং লোযসিনখিবা মফমবু মোঙফম নংত্রগা মঙ মফম হাযনা খঙনবিবা অসি লৈখিদবা মী অদুনা তেংবান্দা মাগী হকচাং অদুগী তোঙান তোঙানবা মচলসিং অদু সিদোক্তুনা হুন্দোক্তুনা থনমনবা মতুংদা মাগী থব্রায অদুনা মঙ ওইনা চংখিবা, খমনুংদা হঞ্জীনখিবা মফম অদুবু খঙনবনি।

মালেকুলাগী মাকি ইবাৎ-থৌনিগী, মীওইবনা তেংবান পুন্সী লোযবগা হঞ্জীনফম অমদি তেংবান্দা অমুক হলকফম ওইবিবা মোংফমগী মসক ওইবিবা পলেম মমাগী সিয়োমগী খুদম ওইবিবা নুংপাক অমদি হিংলিঙৈ মতমদা মসক নাইবা থৌবম (মাকি) পাংথোক্তুনা অসিবদগী নানথোকখ্রবা লাই ওইপ্রবা মপা মপুসিংগী খুদম ওইনা থমলিবা উ, অনি অসি মক ওইনা অঙনবা মতমদগী হৌনা মণিপুরদা খুন্দাবক্লিবা কাংলুপসিংগী উ হোংবা অমদি য়ুম হোংবগী লাইবোনদা যাম্না মক ওইবিবা সক্তম অদু উবা ফংই। অমদি লমদম অসিগী যুমগী মকওইবা লাইবোন অদুসু উবা ফংই। লমদম অসিগী মৈতৈ যাওনা তোঙান তোঙাম্বা কাংলুপসিংগী মীওইনা লাইগীদমক তোঙান্না য়ুম অমা সাবমদে। য়ুম অসিমক পলেম ইমাগী সিয়োমগী মসক ওইববা লাইসঙনি। য়ুম খুদিংদা হাপলিবা সনা যুম্বী নংত্রগা যাত্রা অসিনা ইপা ইপুগী মসকনি।

উমং লাই হায়বা অসিদা যাওবিবা উমং অসিগী মনুংগী ব্রাহন অসি উ হোংবগী অহোং কূম্মৈ অসিদগী খঙবা ঙমলবসু উমং লাইদা য়াওবিবা মকওইনা লাই হরাওবগী

থৌরম অমগা লোয়ননা পাংথোকলিবা অসিগী অনৌবা হাপকৎলকপা মসক অমসু লৈরি। খ্বাই নুংজেং শিবানা তেন্না কাপথদুনা য়াইবী মাংহনখ্রবা য়োইময়াই তাউদনবনা কোরৌদগী ওন্থখিবা, পুলী থমখিবা মফম, লোইরেন খুম্বীলোক্তা নিংবান লুব্রাংনা উ কারোং মীতন্ববু য়ুংনা অহোং কুম্মৈ পাংথোকখি। তুবি ঙাংয়েক চনু পানথোইবীনা মীয়াম পরেং অমা নিংথিনা সেম সাদুনা কোরৌহনবগী মনুং মতম চাদনা, মীসি চুমদনা লৈখিদ্রবা য়াইবী থবায়বু কৌখৎলুরগা কোন্দে নাকথংচা অমদি খুয়োল মোরি অমাইবা অনিনা তাইরেন, পুংফাই, নাপুনচিংবা সেংলবা উনা বানা ঈসিং অসেংবদা লুপলগা নাহেবোন সক্তুনা কোকথোক চামথোকলগা অমুক হিংগৎহল্লকপগী, পাংথোকখিবা লাইথৌ অসি ঙসি ঐখোয়না উরিবা উমং লাই হরাওবগী মমানি অমদি হৌরকফমনি। মীৎয়েং অসিদগী য়েংলগা উমং লাই হায়বসি থবায়বু লাই ওইনা লাৎপনি হায়বা খঙহল্লি।

করম কবন্না থবায়বু উমং লাই ওইনা লাৎপনো হাযবদু য়ুমলোন্নবা ম্যানমাবগী নাৎ লাৎপগী নাৎ অসি যেংবা য়াই। নাৎ হায়বসি হিংলিঙৈদা থৌনাফবা, অকন অথৌ অমদি কৎথোকখিবা মীওই অমনা মতম চাদনা, মীসি চাদনা সিস্ত্রিবা মতুংদা মাগী থবায় অদুবু লাৎপনি। লাৎপগী মওংদি মরুওইনা মানা তেংবান্দা পাংথোকখিবা থবক অদু অমাইবীসিংনা কুম্মৈ ওইনা উৎতুনা ইকায়খুম্নবা উৎপনি। মসি সবম তাংখুল পাখং অমদি সবম তাংখুল নুবাবীগী মতাং অমা উৎলিবা মওং অসিগা চাংদম্নবা যাই। মখোয়গী নাৎ ওইস্ত্রিবা মীওইসিং অসি ইতিহাসকী ওইবা, মযামনা মমিং মথা, লৈফম অমদি মানা পাংথোকলম্বা থবকসিং ইসেং সেংনা ইখঙ খংনবা মীওই ঙাক্তনি। মখোযগী নাৎ লাৎপগী নাৎ অসি মণিপুবদগী তন্না ওইবন্না যাই। অদুগা মুন্না য়েংলগা নাৎ হায়বা বাহে অসি মণিপুব তম্পাক্কী লোননি। ঐখোযনা নাৎ অসি হৌজিক্কী মতমদা কলচর নৎত্রগা মীওই কাংবু অমগী সেৎপা চাবা অমদি হিংবগী মওং মতৌ ওইনা য়াম্না সম্না লায়না খঙনবে। অমবোমদা মাগী মাগী মনাৎ নৎত্রগা নাৎ হায়বিবা অসি মাগী মাগী কাংলুপ কাংলুপকী ওইবা লাইবোন-তিনলোন অমদি লাৎপগী ইবাৎ থৌনি মওং মওং অদুদগী লাকপা বাহেনি। ম্যানমারদা নাৎ হায়রগা উমংলাই নৎত্রগা থবায় ওইনা খংনবিবা অসিগা রাগী বাকুলোমদা য়েংলগা ঐখোয়না সিজিন্নরিবা নাৎ অসিগা য়াম্না হেন্না খেনবা নত্তে, সেল ময়েক্কী মনিং মমাং গু ম্বনি। মতিক মথৌনা লৈবা মাগী মাগী কাংলুপকী মসক নাইবা মীওইবু সা লান্দা মনুং মতম চাদনা য়েক্রুবনা হাৎস্ত্রবা নৎত্রগা মতোমতা সিজখ্রবা মতুংদা লাৎপা অসি তম্পাক্কী অঙনবা লাইবোন্দা ময়েক সেংনা উবা ফংই। খ্বাই নুংজেং পিবানা তেন্না থাদুনা হাৎখ্রবা য়োইমযাই

তাউনববু, মাগী পুন্সী কেমখিবা মফম লোইরেন খুনবীলোক্তা নুংবান লুবাংনা উক্রোং হোংখিবগী ঝারি অহোংলোন্দা য়াওরি। চকপা অদ্রো হরাওবদা থৌদোক অসি কুম্মৈ ওইনা উংতুনা অরুবা লাইরোন ওইনা থমলি। মখোয়গী হরাওবদা নোংপোক পানথোইবী য়াওদে। খাবনা অঙাং ওইরিবা খুইদা ইনসিনবদগী, খংদদুনা খুইনা চৈ অমনা কন্দুনা লিনগী সক্তম ওইনা লৈবিবা মপা ইবুংঙো নোংদা লাইবেন পাখংববু হাংখি। য়োইমযাই তাউদনবা নুমিংৎকী সগোলনা নেৎসিন্দুনা হাৎখ্রবা, সৌবোল লাইরেম্মাগী মপা নিংথৌ পুথিবস্ পনবা য়াই। তবুং পাখংবা, ঈবৈমা, অনাল নানফৌ চনু ঈবৈমা অমদি ইতিহাসকী মনুংদা ফংবদা লাঙ্গোল লাইবেম্মদা তিনখিবী লংমাই পেতংঙা পনবা যাই। ঈসিংদা নুসিংতা লমহাংদা (ইবাক্লবা, মীনা হাৎখিবা নংত্রগা মতোমতা সিজখিবা) তিনখিবা উমং লাই কয়া অমনি। কোন্না অথেংবদা লাইরোনগী ফিলোসোফি ঝাংখৎলকপগী মতুংইন্না তোঙান তোঙানবা লাই মখল হাপকৎলপা, থক, খা, মায়কৈ, অমদি নুমিৎ থাগী খোংচৎ মসিংগা মান্নবা মওংদা উমং লাইগী মসক অমদি মসিং সেমগৎখিবনি।

১০

# লাই হরাওবা

## লাই চিংবা অমসুং হৌ লাউবা

লাই হরাওবদা য়াম্না মরুওইবিবসি লাইবৌ অসিনি। মসিনা য়াংলেন ওইবগা মকোক মমৈ অমদি মতোং মথক্তা হাপ্পনি। লাই হবাওবা অমা পাংথোকপা মতমদা মীয়াম কাংবু অমা 'মালেম খোংবাই সেম্বা' চৎতুনা লাকসাবনা লাকসা নোং, . চৎতুনা লাইগী থবায় লৌখৎলুবা অসি অমবোমদা মীয়াম চঙনা নুঙ নৎত্রগা উ চিংলুবগুম্বনি। নুঙ অমদি উ হোংবা মতমদা অমাইবনা মঙ চঙদুনা নুঙ অমদি উগী থবায অদুগা হান্না ফাওনবগা থবায় অদুগা যানবগী মতুংইন্না চৎলগা নুঙ অমদি উ চিংলুবনি। লাই চিংবগীনা অমাইবীনা ঈসিংদা নুংসিৎতগী হবাউগদৌবিবা থবায অদু থেমজদুনা হাযজদুনা কৌখৎচক্কবনি। হবাওবগী লাই চিংবগী মসক অসি নুমিৎ কাপ্পাদা পানথোইবীনা নুমিৎপু থেমগৎলুবা অমদি মাইবনা নাহৈবোল সক্তুনা সেংদোকলিবা অসিনি। অমবোমদা মসি লৈবাক কুম্মৈ নুংঙায়নবা পুগদৌবা পোৎ, কৎকদবা পোৎলম, কৎপগী মওং মতৌ, ফি সেৎপগী মখল মথেল, মচু মবাং, সেম্বা সাববোমদা যাম্না হেন্না পুক্নীং পিদুনা, অচৌবা ফোক বিচুয়েল ড্রামা অমা ওইনা যাম্না চঙখোম্না সেমগৎল্ত্রে। অমবোমদা হায়বগা মসি লাইবৌ সন্নাবা অসিগা য়াম্না হেন্না মবি লৈনবা নত্তে। মতৌ অসিগুম্না কুপ্না য়েংলগা লাইবৌগা য়াম্না হেন্না সমনদবা, মথন মথন্তনা মপুং ফাজববা ইবাৎ-থৌনি মওং কয়া মখল কয়া লাই হবাওবগী সাংলবা থৌবমসিং অসিদা য়াওবি। লাই চিংবা অসিগী হেক মথংদা লাক্লিবা হোই লাউবগী থৌবম অসিসু মথন্তনা মপুং ফাজববা, মসাগীত ওইবা তোঙানবা লাইরোন অমা লৈজবা লাইথৌ অমনি।

লাই হবাউবগী অহৌবদা, লাই চিংবগী চাউববা মহা উসোপ অসিগী হয়েংনি হায়বা অদুদগী হৌনা লাংবা হৌবকপদুনা নুমিৎ অদুগী ওইনা চৎনবা সেম্বা সাবা, চৎপা, লাই চিংখৎলমদাই, চিংখৎপা, কারকপা, লম্বীদা অমুক হল্লকপা, লাইবুং

যৌরবদা হঙ্খীনলকপগী থৌরমসিং, লাই লাইবুংদা লেংসিনবা, মসিগী মতুংগী থৌরমসিং অসিনচিংবসি অসি য়ামন্নবা অমদি কুপন্নবা থবকসিংনি। মসিদ ইবদা তোঙানবা লাইরিক অচৌবা অমা ওইগনি। মথং নোংঙানবদগী লাই য়াকৈবা, লাই-মাং ফন্বা, লুক চনবা, সরোই খাংবা অসিনচিংবা অমুক্কী থবক লোয়রগা নুংথিলগী মী তিনখৎলবদা মীয়াম অদুবু ওক্তুনা অমাইবীনা জগোয় কৎলবা, অমাইবনা মীয়ামবু লৈমন য়েন্দুনা মীয়াম ওকপা লোযরগা চৎথরক্লিবা থাঙ্গৈসেংবা লাই হরাওবগী থৌরমদি লাই 'হোই' লাউবা অসিনি। অনোইরোলদা হোই লাউবগী মরোল অসি মরি থোক্লা খুম্লোং, খুনুং, কংলৈ অমদি চকপাগী হায়দুনা পিবি। অদুগা লাইবিক ওইনা ফোংদোক্তুনা লৈরিবা ওজা ব্রাহেংবম লুখোই অমদি ওজা কুমার মাইবীগী লাইরিকসিং অসিদা পিবিবা হোই লাওবগী মবোলসিং অসিসু খেন খেন্নন ফংই। অদুগা পুয়া ওইনা লৈবিবা লৈথক লৈখাবোন্দা য়াওবিবা হোই লাওবগী মবোল অসিগসু খেনৈ। মসি চিঙ্গাং য়ৈনা পুথবকপা, অইবা লাইবিক অমগী মতুংইন্না চপ চানা পুথবকপা নত্তবনা মসিগুম্বা খেনবা অসি লৈরকপনি। মসিগুম্বা মওং অসি চিঙ্গাংদা পুথবকপা সাহিতৎগী মবমচৎনি।

হোই লাউবগী হৌজিক ময়াম্না থাজনদুনা লৈবিবা লাইবোন অসি মকওইনা লৈথক লৈখাবোন্দা ফংলিবা গুরুনা অসিবদা লৈসেমলবো হাযনা থৌদাবা মতমদা অসিবনা গুরুগী ময়া মনুংদা লৈবিবা ময়াম অসি ওইনা হোইদোকলগে খন্দুনা হোইদোবকপা, গুরুনা অমুক মসামক্লা অনি থোকহন্দুনা, ময়া কাথোক্তুনা হোইদোবকপা ময়াম অদু য়াদুনা ওকপগী লাইবোন অসিনি। হোই লাউবগী লাইসোন অসি অসিবনা গুরুগী ময়া মনুংগী হোযদোকপা মতমদা হোইদোকপগী ঈসৈনি। হোই লাউবগী ময়েক অসি মথং মনাও থরা থরা থনা খেননা ফংলবসু ঈসৈ খুদিংদা য়াওবিবা খোঙ্গোকসিং হাযবদি - হোই, হা, হোইবৌ, হোইয়া, হে-বি-লে, হো-বি-লা, হাই-য়ু তে, খু-লাই-তে হাযবা ময়েক নৎত্রগা খোঙ্গোকসিং অসিদি থাদোকপা লৈতনা খেনবা লৈতনা য়াওবি। 'হৌ' অসি তেংবানগী থুপলবা লৈসেম্বগী তিং, তিং কোক্কী তিং অদুবু যাকাইহনবা খোঙ্গোকনি। মসি কবম্বা মতমদগীদনো খংদনা লিববা, লৈবাক অসিদা লৈবম্বা তোঙান তোঙানবা কাংলুপসিংনা থব্রায় লাৎপা লাইথৌগী য়াম্না মকওইবা অকবা অসেংবা খোঙ্গোক ওইনা সিজিনরকলবনি। তম্ব্রগী লাইনিংগা লোয়ননা অতিং কোক সিদবা গুরু হাযনা, তেংবানগী সকনাইদবা থুপলবা লাইনিংথৌ অমগী মসক সেমগৎলকপা অমগী লাইবোন অদু হৌ নৎত্রগা হোই লাউবগী মতাং অসিদা উবি। হৌ হাযবা খোঙ্গোক্কী লাইবোন অসিদি, গুরু সিদবাগী

লাইরোন অসিমক্তদগী হেন্না লিরবনি। মসি নুঙ অমদি উ হোংবগী লাইথৌসিংগী ওইনা সিজিন্নরম্বনি। মসি তন্ত্রগী গুরু লাৎপগী অনৌবা লাইনিংগা হান্নগী অমাই লাইনিংগা পুন্সীন্দুনা সেম্বা অরি অনৌ য়ানসিন্দুনা সেম্বা য়াম্না ফজরবা অনৌবা লাইরোন অমনি। হৌ লাউবগা লোয়ন লোয়ননা সকলিবা ঈসৈসিং অসিদি লাইরোন অসিগা থোয়না মবি লৈনবা নত্তে, ভাবুক্কী নুংঙায়নবা কুম্মেগী ওইনা থম্বনি। লাই চিংবগী তোঙানবা লাইরোন অমা লৈজবগুম হৌ লাউবগী লাইরোন অসিসু তোঙানবনি। অদুগা হেক মখাদা থংননা পাংথোকলিবা লাইবৌ সাবা অমদি অনোইরোল অনিমক তোঙান-তোঙানবা মতমগী তোঙান-তোঙানবা লাইবোন অমমমনি।

## লাইবৌ

উমং লাইসিংগী লাইবুংদা পাংথোকপা ইবাৎ-থৌনি মওং অমা ওইনা লৈজববসু লাই হবাওবা হায়বা লাইথৌ অসি হোঙনেম্বদি নত্তে। চহি লিসিং কুন্থ্রাবোমগী মমাংদা লৈখিবা অরিবা নুঙগী যুগকী মীওইনা সাহোং-মীহোংনবা পাংথোকলম্বা ইবাৎ-থৌনি (fertality rite) দা সিনুং (sex) লাৎলম্বা লাইথৌ অদুদগী মীওইবনা মাংদা চাউখৎপগী লম্বীদা কাখৎলকপগা লোযন হাপকৎলকপনি। মসিদা হিন্দু তন্ত্র অমদি বৌদ্ধ তন্ত্রীক লাইনিংগী মসা ওইনা নোংপোক ভাবত্তা য়াম্না চাউখৎখিবা ব্রাজয়ানা অমদি সাহাজিয়াগী সাহুম চাউনা তাবা উবে।

অদুম ওইনমক লাই হরাউবা হায়বসি নুং, উ অমদি যুম হোঙনেম্বদা য়ুমফম ওইদুনা সাগৎখিবনি। হোঙনেম্বা অমা পাংথোকপা তাববদি চহি অমরোমগী মমাং চখৎনা চিংলুগদবা নুঙ অমদি উ অদু হান্না মসক খনদোক্তুনা, ককতুনা, কংহন্দুনা থৌবাং লোয়দুনা থমগনি। যুম ওইববদি যুম সঙকাবগী থবক ওইবনিনা হান্না সাদুনা থমলগনি। হোঙনেম্বগী চপ চানা হৌবগী য়াম্না মকওইবা থবক্তী নুঙ অমদি উ চিংলুগদবা অমদি য়ুংবগী থৌরম অদুদা লাক্লিবা মীয়াম অদু চাক অমদি য়ু খাংবনি। চাক থোংনবা, য়ু সুংনবা ময়াম ফৌ সুবা তাবনি। কুম্মেগী সরুক ওইনা খূলগী পাখং লৈসাবীসিংনা নিংথিনা ফিজেৎ লৈতেংন্দুনা লাকলগা থৌবুগী সুমাংদা সুম্বল পরেং পরেং থাদুনা ময়াম চঙদুনা ফৌসু ঈসৈ সত্তুনা ফৌ সুমীন্নগনি। মাওগী নুঙ য়ুংবগী থৌরমদা ফৌ সুবা অসি খূলগী নুপীসিংনা পাংথোকলবসু কুম্মেগী সরুক অমা ওইনা থমদে। মখোয়গী নুঙ য়ুংবা অসি মালেকুলাগী মাকিগা য়াম্না নকনৈ। মসি নুপা ঙাক্তনা নুপী য়াওহন্দনা পাংথোকপা, মসক নাইবা মপা মপুগী মতিক লৈবা থৱায়বু

লাৎপা অমদি নুপাগী পা ওইবগী মতিক থিং নৎত্রগা তিংবু লাৎচবা লাইথৌ অমনি। নুংবান লুৱাং নিংথৌ পুন্সীবনা লোইরেন খুনবী লোক্তা য়োইময়াই তাউদনববু হোঙনেমখি -

হোঙনেম লুৱাং নিংথৌ
পুন্সীবা

লোইবেন খুনবী লোক
মানথক থযাই লোন
খানিং লোনবা চীংদা
যাওবৌ সাবম লীনা
অহিং-মিৎ কুবাং সানা
যোইমযাই তাউদনববু
সবেন কৎনা হোঙনেমসে
নুংবাল সাকৎ চীংদা
খাবী লেংনা তিললেদো
নুংবাল হূপনা তিললেদো।

হোঙনেম্বা অসিদা নুপা পাখং ভাক্তনা শৈ সুখি -

তনবা নিপা ফুকপ্রা
চৈবৈ খাংখোম মচি-নাই
লুবোই তাবুল য়েং
সুকলেন ফেন থা-তম
সুম যেং-ওই হাইনা হুপ্লা
খূনিং মোইতোন কাঙ
লোইমোন কুবোল হুঙৈগী
সবিক খিং খিং থাংনা
চৈপুল খুৎতা সু
সুম খোঙথাং মান্নবা
চৈপুল ফেনথা ফেনথা
থাংএ।

**অমাইবীঃ মণিপুরদা সামানিজম**

কবুইগী অহোংয়ুম তলংকাই অমদি তাংখুলগী উ হোংবগা য়ুম হোংবগা অনিমক পুনসিনবা মবান কাসা সিমদা ফৌ সুবা অসিদি নুপীঙাক্তনা পাংথোকই। চকপা ফয়েংগী হযেং লাই হৌগনি হায়বা নুমিৎ অদুদা হবাওবগী য়াম্না মরুওইবা সক্ক অমা ওইনা অমাইবীনা পানথোইবীগী সক্তম লাংদুনা সরিক খিংদুনা লাইগী য়ু সুংনবা যাম সুরগা সুম্বন মৈহৌবোন সকই। মসিদা চুম্না মযামগী অমদি ইবাৎ থৌনিগী য়ু অমদি চাক খাংনবা ব্রাফম অদুগী মথক্তা সিম্বোললিক ওইবা মসক অমা সেমগৎলকপা উবে। মসিদা উবিবা অসি মীওইবনা ঙল্লিঙে লৌসিং ব্রাৎলিঙৈদা মমা থক্তনা মীওইবগী হৌবকফম ওইনা খংলম্বা অমদি মপাগী থৌদাং খংলবসু মরুওইনা লৌদ্রিঙৈ, মমানা চাউবা খুন্নাইগী লাইবোন ওইনা ফৌ সুবা অসি পা-পি তিন্নবগী মালেম, মীওইবা, জীব পানবা পুন্নমক্কী লৈসেম্বগী মরুওইবা সক্তমদু ফোংদোকপা উই। চকপা অন্দ্রো হবাওবদা মসি মপুং ফানা ফোংদোকপা উই। হবাওবগী য়ু অমদি চানবা অসি মযুম পাল্লিবী মৌসিংনা তোঙান্না হবাওবা যাওহন্দনা লাংই। হবাওবগীদমক্তী পনম নিংথৌগী লাইবুংদা লৈবিবা অসেংবা সুম্বল অনি অদুদা হঞোক অমদি হলেঙগী তবেৎ তবেৎনা সাবা পাখং তবামবিনা সেংনা থম্বা সুকসিং অদু পাযদুনা তান নাইনা সু সুদুনা নুংসিবা ঈসৈগী খোম্ছোক অমা থোকহনলি। মদুদা লৈসাবী তবামবী অমদি লাইনূবা তবেৎনা জগোয় সাবনি। মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা উ হোংনেম্বা অমা পাংথোকখিবা অদুদা উ মপুম অমা মযাইদা সাংনা হুৎতোকলগা পাখং লৈসাবী মযাম চংনা সুক সুদুনা নুংসিবা মখোল থোকহনবা অমদি জগোয় সামীন্নীখিবা অসি অনোইবোন্দা যাওবি। কংলৈ হবাওবা যৌকপদদি অমাইবীনা লাইমাং ফম্বা হৌবকপদা লাইহৌবোল সকপা লোযবগা লাইবাউ পিদ্রিঙৈ মবক অদুদা লাইবেম্মা তোংবা হৌববা মতম অদুদা সবিক্কা কোন্ননা ফৌ ঈসৈগী তান্দা ফৌ ঈসৈ অমা সকলম্মী -

ইতৈ ইবুংঙোদি
ব্রাংলেন কৈকুংহনবগী
চংবি মকৈবেন্দগী
লোইমোন ফৌবু খাযরগা
চেংজা মাইঙৌ তাললমগে
লোইমোমনা ফৌবু সুরমগে
খ্বাংচেৎনা মচি নাইদুনা
চেংজা মাইঙৌবু তললমগে

নপেম্মদি কো হো হোই
চীংদা লৈবে হাউ ওইবী
তমদা লৈবে লাই ওইবী
ইদুনা নোংথাং লৈমা
ইয়েংনা পানথোইবীনে
ইবানা লৈমরেন ওইবীনে
ইখোংনা হাউখোং তাবিনে
ইনমনা হাউনম নম্বীনে
লাইফিনা চাংদোম সেত্ত'না
উথাউগী সুক্তি নামিবী
মিসিগী সুন্বল মাইপাকপী
লোইমোম কুবোল সুবমগে
চেংজানা মাইঙৌ তাল্লমগে
ব্লাংলৈ যুবু সুংনবা
নাপেম্মা তামা হোই
হোই। (খুলেম চন্দ্রসেখব, ১৯৮২)

চকপা অন্দ্রোগী খোং সুবা অসি পেনাগী মমানি হাযবা য়াই। খোং সুবদী সুন্বল অমদি সুকপু 'প অমদি পাগী পাদম ওইনা, পি পা অনিমক সুপলবা থিং (তিং) কোকনা তেংবানবু পুথোক্লুনা, সাংথ লেম্বনা পুথদুনা থমনবগীদমক সান্নবিবা লৈসেম জগোযগী মসক ওইনা উৎপগা লোযননা জিব পুম্নমকপু সুমহৎতুনা লৈসেম জগোয় সাহল্লিবা থুপলবা সুবগী মসক ওইনা পুংলোন অদু ফোংদোকপনি। মসিমক ফোংদোকপনি পেনাগী খোৎলবা নৌববা সুবগী খোম্বাং তরুক অসি। মসিমক্লা লাই হবাওবগী লাইবৌ সাবকপা মতমদা পেনা খোংবা অমাইবনা পেনা খোংদুনা অনোইবোল সকলিঙৈ, অমাইবীনা পলেমগী সিয়োমনুংদা তাইবং মীনা মক হুনখিদুনা হকচাং মথং মথং সাগৎলকপগী জগোয সাবি। মৈতৈনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম লৌববসু সংকৃতনদা মসি থাদোকপা লৈতনা হাপলি। মেন সাবা অসি হকচাং সাবা অদুনি অমদি মেনজাওগী সাথেক অসি ফৌ সুবনি (খুমল্লম্বম যাইমা সিংহ, ১৯৭৩)।

## ***থবায় মি কোনবা***

অঙনবা মতমগী থবায লাৎপা অমাইলোন্দা থবায মি কোনবা অসি য়াম্না মরুওইবা লাইথৌ অমনি। **পোইবৈতোন খুম্বোকতা** লাইনিংলম্বীবু 'খানিং মিকোন' হায়দুনা মমিং পিবি। থবায় অসি কবিগুম্না হকচাংদগী মপান থোকস্লগা হঞ্জীনফম খংদনা কোযঙাওনদুনা চৎতুনা লৈস্লগা হকচাংদা অনাবা অযেকপা থোকহল্লি। থবায় হায়বা মসি লেংদবা অচুম্বা পোৎ অমনি। হিংলিঙৈ অমদি সিববসু তুংগী মাঙগী য়েংদুনা চৎকদবনি। তাইবং পুম্সী লোযখ্রবা মতুংদসু য়াম্না থুনা অমুক হন্না তেংবান্দা হল্লক্লবা, হিংলিঙৈদা অফবা কযা পাংথোকলম্না তাবনি-

To lose one's soul ıs the gravest occurrence of all, sınce ıt would elımınate any manıng from lıfe, now and forever Much shamanıc healıng ıs to nurture and preserve the soul, and to protect ıt from enternal wanderıng (Jeanne Achterbeg 1987)

থবায মি কোনবা অসি যাম্না অকুবা সকক অমা ওইনা লাই হবাওবগী লোযসিলকপা সকক্তা হাপনি। লমদম অসিদা অঙনবা মতম চকপাগী মতম, খাবা লংমাইগী মতম অমদি পোইবৈ মৈতৈ ফুবাগী মতম হাযনা অহুম থোক্লা খাযদোক্লগা তোঙান তোঙানবা মীওই কাংবুসিংগী তোঙান তোঙানবা থবায মি কোনবগী মওর্সিং অদু লাই হবাওবদা পুন্না হাপচিন্দুনা থমখি। লাই হবাওবদা লিদুনা থমলিবা থবাযমি কোনবগী মক ওইবা লাইবোনসিং অদুদি ঃ ঙাপ্রুম তানবা, লোংখোনবা, ওগ্রী হংকোন অমদি হিজিং হিবাউনি। থবায় মি খোনজিনবগী থৌ অসিদা সান্নবিবা লাইবোন অসিনা নোংদা লাইবেন পাখংবগীনি। খাবনা ইনসিন্দুনা অঙাং ওইবিবা খুইনা লিল ওন্দুনা লৈবিবা মপা ইবুংঙো পাখংববু চৈনা কন্দুনা হাংলগা নুংজেং পাংতা লংথখি। লংথখ্রিবা লিল অদু মমা ইবেম্মা লাইস্নানা পয়া চেপসি লোং, সংগাই য়াইনপ লোং, ফুমথি হামৎ লোং, চোমলাং খোঙথিল লোং পাযদুনা থিবকপনি। মফম খংদনা লমহাং তুহান্দা হঞ্জীনফম খংদনা চাইদুনা লৈবিবা থবায়বু থিরুবগা অমুক মফম চানা থমজিনবগী লাইরোননি। থবায় মি কোনসিনবগী লাইথৌ অসি অমাইলোনগী য়াম্না মরুওইবা সকক্নি। খম্বনা মীবোন-মীরি খংদনা য়ামফক তানা নাদুনা লৈস্লবদা কবুই সলাং মাইবনা খম্বগী হকচাংদা মসিং সুনা য়াওব্রবা থবাযসিংবু কোয়না থিরুরগা, থেমদুনা, নৌদুনা পুবক্লগা খম্বাগী হকচাংদা হাপলবদা খম্বা অনাবদগী ফগৎলক্তুনা হিংগৎলকখি। ককচিং হবাওবদা লোং খোনবগী মতাং অসি ঙাপ্রুম তানবা ওইনা

পাংথোকই। ঙাপ্রুম অদু তাইবং থব্রায়নি। ফাব ফারগা তুংগোলদা চংলিবদু লাইবক ফরবা, সিন্নবা মতুংদসু অমুক পলেমগী সিয়োমদা হলক্তুনা তেংবান্দা অমুক হন্না পোকচরগদবা থব্রায়সিংনি। চকপা ফয়েং হরাওবদনা হৈক্রু ওইনা চাইথরকই। মদু মী খবদনা খুনবা ফংই। মী লোয়না ফংদে। তাংখুলগী উ হোং য়ুমদসু মসি য়াওই (ইবেমহল, ২০০০)। করম করম্না থব্রায়না লাইবক ফবনো হায়বদু অঙনবা খুন্নাইগী ওইবা ব্রাখলদা ময়েক সেংনা লৈজে। হিংলিঙে মতমদা, সা লান্দা থৌবা, থৌনাফবা অফবা থবক থৌরমসিং পাংথোকপা ঙমজখিবা  মীওইসিংদু অমুক হন্না মালেমদা হলক্তুনা পোকচবা ফংই। হন্না হন্না অফবা তৌজরনবা খুদোংচাবা ফংজে। মালেম লৈমবু ইমা ওইনা লাৎচবা, মীওইবগী মপোক অমদি থব্রায়বু লুনা ব্রাংনা থম্না অসি অমাই লাইনিংগী থবায়নি।

কংলৈগী লোং খোনবদা মাইবীনা উপলৈ অমদি লোংলৈ সাবিবা জগোয় অসি থিং লাইবেন পানা থিং নাউ তাওবীদা তম্বীখিবা লাইগী জগোয অদুনি। লোং খোনবা লোয়রগা লাইবেন মথেক চৎলিবা অসিনা থব্রাযগী সিবা নাইদবা মতিক মগুণবু সকখংনবা অমদি য়াওবিবসিংগী থব্রাযবু অমুক অনৌবা তিং হাপ্পীবা অকবা অমদি অব্রাংবা লাইথৌনি।

লৈমা লাই সব্রাং লাইসবা লাইস্নানা নোংদা লাইবেন পাখংবগী থব্রায়বু কোনখৎপগী লোংখোনবা লোয়বগা থিং কোক লাইবেনপানা পামা মচল থিং নাউ তাওবীদা তম্বীখিবা উপলৈ লোংলৈ জগোয় অদু অহ্মলক কোয়দুনা সাগনি। লাইগী লাইবুং অসি মাযকৈ মবি লৈবা কোসমিক অসিগী মসকনি। মখাদা চৎথবক্লিবা অসি চোংখোং লিৎপনি। চোংখোং মরি অসি মালেমগী চিথেক মবিনি। চোংখোং মরি অসিদা ফি অমগী ফিজিন মবি অদু মী মবিনা পাযবগা ফি অদুনা মালেমগী মসক ওইবে। চোং মবি অসিগী মবি লৈন্ননা সান্নরিবা কুম্মৈসিং ঃ ফিবুল হাবী অমদি চোংখোং লিৎপনি। চোংখোং লিৎতুনা চৎলিবা লাইবেন মথেক অসি লৈসেম্বা নোংসেম্বগী তোঙান তোঙানবা লাইরোনসিংনি। ফিবুল হাবী অসি লমদম অসিগী মহৌসা য়েলহৌঙেদগী লৈরক্লবা লাইনুরা তরেৎ অমদি লাইবুংথৌ মপন্না লৈসেম নোংসেম্বগী মিথ অদুনি। কংলৈ হরাওবদা মসি ফিবুল হাবী সান্নবগী মতাং অমা ওইনা হাপ্পী। চকপা অন্দ্রো হরাওবগী মপুং ওইবা সরুক্তী লাইনুবা তরেৎ অমদি লাইবুংথৌ মাপননা লৈসেম্বগী লাইবোন অসিনি। ফিবুল হাবী লোয়রগা লাইবেন মথেক্তা সমথরিবা অসি তেংবান অসি লেংদবা সিদবা মপু অমখক্লা সান্নবা কুম্মৈনি

অমদি লেংদবা সিদবা থবায় অদু নোংদা লাইরেন পাখংবনি হায়বা তাকপা ফুরাগী লাইরোন্না, সমথরকপা লাইবোন অমনি। ফিবুল হাবী সান্নবা মতমদা মাইবীনা লুচিংই অদুগা লাইরেন মথেক চৎলকপা মতমদা মাইবনা লুচিংগনি-অদুগা য়েৎনা য়েৎনা চৎকনি। চোংখোঙ মরি অসি মায়কৈ মরিগী চুপ ওইনা খঙনৈ। অসুম্না মথং মথং চৎলকপনা লাইবৌ লা থারম্বগী মফম, ফি খললিবা অদুগী ময়ায়দা মমৈগা মকোক্কা হেক হেক থেংনগনি। মসি মমৈগা ময়াগা চিক্কবা কৌই। (বাহেংবম লুখোই সিংহ : ১৯৮৯)

লাই হরাওবদা মরি মখোং খঙবা ঙমদ্রবা মখা তানা থিখিগদবা লাইরোন কয়া অমা মতাং মতাংগী মতুংইন্না য়েৎসিন্নদুনা য়াওবি। মদুগী মনুংদা রাকোন লাওবা, লাই নুপী থিবা অসিনচিংবসিং অসিসুনি। চোংখোং লিৎপগী মতাংদা লাইনুরা তবেৎ অমদি লাইবুংথৌ মাপন্না লৈসেম-নোংসেমখিবদগী হৌরগা লিন লাইগী মসক ওইনা লৈবিবা সালাই অসিগী মসক্তা লাইয়িংথৌ পাখংবগী মতিক মগুণ উৎতুনা লোয়সিনখিবগুম, ঔগ্রী হংগেলগী মতাং অসিদা সান্নবিবা লাইরোন অসি চকপাগী নুমিৎ লাৎপগী লাইবোন অমনা হৌববসু নুমিৎ অসি নুমিৎ ময়াম্বা অদু নত্তে, নুমিৎ মনাও অদুনি। মথংদা পাখংবনা লৈসেম্বগী লাইবোন্না লোয়সিনবনি। ঔগ্রীগী লাইবোন অসিবু লুচিংলিবদি মাইবনি -

ঔগ্রী সকপা হৌবমদাইদা মাইবনা ময়ামবু কৌবগা নখোঙ নখুৎ লেঙগনু ঔগ্রী লাইবোন সক্কসি হায়না তাক্কনি। অদুগা ঈসৈ হৌগনি।

লাই লোয়বা নুমিৎতা ঔগ্রী সকলিবা অসি খুঞ্জাও-লৈচাউনবা সকপনি।

হোইবৌ হয়া হোইবৌ হযা হৌইরৌ হয়া
হয়া সোয় হয়া সোয় হয়া সোয়।

ইংসো ইংসো ইংসো
হে হুপ হে হুপ হে হুপ।

মসি মাইবনা পবেং অমমম সক্কগা ময়াম্না খুমগনি। হকচাং লেঙদনা অদুমক খুমগনি। মথংদা মখাগী (লাইবোন) অসিনা সমথগনি। (অদুগা) ময়াম্না "হংগেল কোল্লে" হায়না খুমগনি।

কংলৈয়োন্দা পুঙময়োন্দবু
কোললো এ ।
য়োইমাইবু তাউদনববু
কোললো এ ।
তাউবোইনাইবু অঙানববু
কোললো এ ।
মালেমখৈবু লাংজখৈবু
কোললো এ ।
সমাতোনবু খোমমদোনবু
কোললো এ ।
থবিবেংবু সেংকোয়রেংবু
কোললো এ ।
অপানববু চবংসেনবু খোইবুংসেনবু
কোললো এ ।
নোংসাবা মৈবু নোংপোক লৈমচাবু
তোংবিং লৈমচাবু কোলো এ ।
মালেম মহৌ লৈবাই পাংগা
নিংথৌ চনুবু কোললো ।
লৈমগীদি লিনগোযগীদি
কোললো এ ।
পলেম সিননা পীথাঙ সিননা
নাউয়োকপা মৈবু কোললো ।
মপল লোনবু কোবৌ খোম্বা চনুবু
কোললো এ ।

নোংবা খোনবা চনুবু
মালেম লুম্বা চনুবু
লৈবু লুম্বা চনুবু
কোললো এ ।

সনাগীদি লিনগোইগীদি

য়োইমায়াইদি তাউদনবদি
কোললো এ।
নুমিৎ ওল্লবদা ঈমি ওল্লবদা
কোললো এ।
থবি চায়ববদা দোলাই চায়রবদা
কোললো।
মিবেল লৈযরবদা চেপ্রা লৈরববদা
কোললো।
হেমপা থারবদা মাদা থাববদা
কোললো এ।
লোইজিঙ লুমবদা চিঙজাও লুমলবদা
কোললো
য়োইময়াইদি তাউদনবদি থাবি লৈজহনখিসূনো
কোললো এ।।০।।

হয়িঙৈবু কোল্লো
মালেম হৌঙৈগী লৈগা হৌঙৈগীদি
কোললো।
পোইরৈ সেমঙৈগী লৈগা সেমঙৈগীবু
কোললো এ।
ওংলৌতোননা লৌথিবনা
কোললো।
পুকনুং থাগী হবাই থাগী থাঙপাক থাগীবু
কোললো।
সংলৌ লেক্লবদা মনা লেক্লবদা
কোললো।
যেলাং লামলবদা মতা লামলবদা
পুকনুং ওল্লববু মিতম ওল্কবু
কোললো।
মহয় অংগো পাল্লববু
কোললো।

সামদোন অয়াংবনা পুক্লিবু হরায়মরিবু
কোললো।

মরিরেদা নেংথংলেদা মরাব্রাইগী
নেথংব্রাইগীবু হৌনখিয়ে কোললো।
ওংলৌতোন্না লৌথিবনা কোললো।
যাইবী হৌরে মনুং হৌরে কোললো
তিললাং সাউরে মখোই সাউরে
কোললো
সামদোন অয়াংবগা ওংলৌতোনগা
লৌথিবগা কোললো
হাও মুক্রবে লেংফাই চললেদো
কোললো।
মোংবা যেংলে তাজিল য়েংলেদা
কোললো।
সামদোন অয়াংববু হুন্না থুবে
কোঙ্গোয় থুরেদা কোললো।
ল্যাংঙম লৌবে লীগা লৌবে
কোললো।
সামদোন অযাঙববু মসা কক্লা
মবেং কক্লা বারক থৌবাউ
তমখিয়েদা কোললো।
।।১।।

মতু ফোয়বেদা মমাল ফোইবেদা
কোললো।
মকোয ফোইবে মবাঙ ফোয়বেদা
কোললো।
খোয়নৌ মৈবু মবাং মৈবুদা
কোললো এ।

লাংজেং সৎনা কোংবা সৎনদা
কোললো
লৈসংচীংদা চীংলঙমৈদা
কোললো এ।
সবা চীংদা কোইফোইচীংদা
কোললো এ।
থাঙমৈহনগা মারহনগা
কোললো এ।
ওংজাবগা চীংমাবগা
কোললো এ।
মমোম্বীগা অব্রাংবীগা কোললো এ।
ঔবি থাঙদা থাঙমৈ থাঙদা
কোললো এ।
লাংজন ব্রাইনা লিতোন ব্রাইনা
কোন্নবম এ কোললো।
মকোনথোক্কীবু কোললো এ।
হংগেন কোললো হংগেন কোললো হংগেন কোললো।

ঔগ্রী অসি মতাং অনি থোক্লা যেংবা য়াই। অহানবগী মতাং অসি নুমিৎকী লাইবোননি। অনিসুবা মতাং অসিনা সমাতোন অযাংবগী মসক ওইবা অসিবা সনামহিবু মায়থিবা পিদুনা পাখংবনা লৈসেমখিবগী লাইরোন্নী।

মমোম অব্রাংবীনা মতেং পাংদুনা কোংলৌতোন লৌথিবনা সমুদোন অযাংববু ফাদুনা লাকখিবা ঔগ্রীগী লাইবোন অসিগী মনুং চন্না লাকলিবা সকক অসি মতৌ কবম্না পাখংবনা লাইগী নিংথৌ ওইখিবগে হাযবদু সমথবক্লি। পাখংবনা লাইবেম্মা লৈমবেন সিদবীগী মফমদা চংজদুনা অতিংকোক মক সিদবগী অথুপ্পা খংজরবদা সিদবনা মপাবু খংই হায়দুনা পাখংবা মিংথোন্দুনা লাইনিংথৌ ওইহন্দুনা ফম্বাল তোংদুনা লৈপ্পবদা, অসিবনা লৈখোং নোংখোং কোয়রুরগা কোন্না মপা সিদবগী অথুপ্পা খংলকলদুনা হলকলবদা তৌরমলিবা অদু খংলদুনা পাখংববু হাৎলগে হায়দুনা চোংসিলকলবদা লাইরেম্বী তবেংনা পাখংববু কোয়সিন্দুনা সকখিবা ঈসৈ অদু মতাং অসিদা সমথরক্তুনা সকলি -

কে ক্রেক কে মো মো
য়াঙ্গোই সাম্বা স্যাউ স্যাউ
তোকপগা কাম্বগা
কৈগ্যা য়েনগা
য়েনখোং ফত্তে চাসিল্লো
লাইগী য়েননি চাফদে।

ঔগ্রীগী লাইবোন অসিদা য়াওবিবা মিকোন থাকোনবগী মওং অসি অহুমনি। অহানবদা অমাইবনা লোক্তাক্তগী হৌনা নম্বুল তুরেল মরিন মতুং ইন্না থব্রায় মি অসি মথং মথং কৌখৎলক্তুনা হবাওরিবা লাইবুং অদু য়ৌনা ঔগ্রী হংগেল সান্নরিবা মীয়াম অদু যৌনা পুখৎলকপনি। মসিগী মথংদা হুইথি য়েনথী য়েপ্পগী লাইথৌ অমদি সন্নি লিৎপা সবি হনবা অসিসু যাওবিবা ময়াম অদুগী পুক্নী নুংসাংননবা লাক্কদৌবিবা মথংগী চহি অদুদা অসি অনা নংদনবা পাংথোকপা মিকোন থাকোনবগী থৌনি অমনি। মসিদা ঔগ্রী লাইবোন সান্নবা লোয়সিল্লে।

সবি লিৎপা সবি হনবা লোয়রগা অমুক চৎথরিবা খেনচো, লাইরেম্মা পাউসা অসিদা অমুক লাকলিবা অসি চকপাগী লাইনুবা তরেৎকা লাইবুংথৌ মাপনগনা লৈসেম নোংসেম্বা লোযবগা তাইবং চাবা সন্দোক্তুনা মালেম অসিদা জীবসিংনা সান্নরিবা তেংবানগী কুশ্মৈ অদুবু খুবাক খু খুদুনা অচম্বা তাম্দা সাবা খোংগী জগোয় অমগা লোযননা ঈসৈ সক্তুনা ফোংদোকপনি। খ্বাযদগী অরোইবা ওইনা লাইবোই নুমিৎ অসিগী অথেংবদা থব্রায মি কোনবগী লাইবোন অমা সান্নবিবা অসিসু চকপা নুংবানগী হিজিং হিবাউনি।

লাই হবাওবগী লাইথৌ অসিদা চকপা, খাবা, অমদি মৈতৈগী মরুওইবা লাইবোন পুন্নমক মথং মনাও নাইনা পুন্না পাখংবগী মতিক মগুণ সকপগী লাইবোন মপুম অমা ওইনা সেমগৎতুনা মমৈনা মযাবু চিকলিবা মসক অসিদা থমলি। মসিদা লিববা মতম, মণিপুব তম্পাক্তা লৈখিবা সাংলবা সিভিলাইজেসনগী পবিং অমা মথং-মথং চাউখৎলকপা অমদি অপুনবা লাইবোন অমগী মসক উবা ফংই।

১১

# ফুরা

ক

ফুবা হায়বা ৱাহৈ অসি য়ুমলোন্নবা ম্যানমাবদা কৌতুম মুনি ভগবান বুধনা লেংশিন্দুনা লৈবা পেগোদাবু ফয়া হায়না খঙনরিবা ৱাহৈ অসিদগী লাকখিবনি। ৱাহৈ অসি **চৈথাবোল কুম্বাবা** (মণিপুরী সাহিত্য পাবিষদ ১৯৮৯) দা মৈদিংঙু খাগেম্বাগী (১৫৯৭-১৬০২) মতমদা ইহান হান্না যাওবা থেংনৈ-

''লোইতোংবম ময়াংগী কুম সক ১৫২৪ ক্যাং ঙমএ। ক্যাং লাই সাবসুং থোকএ। চনম্বা খাবোইগী কুমদি সক ১৫৩৯ দা ৱাঙ্গোন্দা ফুবা লাইযিম সাইএ চোংথাম তেনবগী কুম সক ১৫৪৯ দা ফুবা লাইয়ুম সাইএ। ঙাঙোম কবোগী কুম সক ১৫৫০ চুকিসুং (যোগীসুং) থোকলকএ। চকপবম চনুবু যোগীদা থাজেএ। যাইবিপোক্তা খুন তাহনএ। থিযাম খোমমাগী কুম সক ২০০১ ফুবা লাইয়ুম সঙ্গাযএ।. ঙাঙোম তোনবগী কুম সঙ ১৫৫৮ মৈতৈলৈমা তাইপোম্বীগীদমক ইথায়দা স্না লাইয়ুম সাবিএ।. যেনখোইবম মুৱাগী কুম সক ১৫৬৯ মুংযোংসুং ক্যাংসু ঙমএ। স্না ক্যাং লাইসাবসুং লোকএ। থিয়াম খোমমাগী কুম সক ১৫৫১ উত্রা সঙ্গায সাইএ। ফুবা লাইয়ুম সঙ্গাযএ (লা ৩৭-৩৮)।

অদুম ওইনমক মৈদিংঙু কিয়াম্বা (১৪৬৭-১৫০৮) না বিষ্ণু লাৎলক্ষ্মী হায়বিবা লম্মাংদোংগী ফুবা অসিগী মতাংদা **চৈথারোন কুম্বাবাদা** কবি অমতা পলমদ্রে। বিষ্ণু লেংসিন্দ্রীঙৈদা ফুরা অসি ঙাংঙোম ফুবা হায়না কৌবম্মী-

''মৈতেংঙু কিয়াম্বা হাকথক্ত ঙাংঙোম চিঙসোম্বগী লম লম্মাংদোংদা লাইদা ফুবা অমা কৎলি। মৈতেংঙু কিয়াম্বগী য়াথং না লাই লেঙসিললমই (বাজকুমার শ্রী স্নাহল সিংহ ১৯৮১, সেমিনার পেপর 'মণিপুরগী অরিবা ফুরাশিং'' ফোংবা ইউনিভসেল লিটবরি এসোসিয়েসন)।

মসিদা ভাপ তাবা ঙমদবা ৱাফম খবা য়াওউই লৈবাক নিংথৌনা লাৎপা লাইবু লন্নাই মীওই অমনা সাজবা ফুবা অমদা কবয়া লেংশিল্লীবনো, ঙাংঙোম চিঙসোম্বা

হায়বিবা নুপা অসিনা ফুরা অসি শ্রীবিষ্ণুগীদমক সাখিবা ফুরা অমরা নত্রগা মৈদিংগু কিয়াম্বনা ফংখি হায়না থাজনরিবা শ্রীবিষ্ণুগী চক্র (মসিসু চৈথারোল কুম্বাবাদা য়াওদে) অসি ফংলবা মতুংদা নত্রগা মমাংদা সাখিবা ফুরা অমরা অসিনচিংবা। মৈদিংগু চীংথংখোম্বা (১৭৫৯-১৭৬১) দা সেমখিবা বীজয় পঞ্চালী দা যাওবগী মতুংইন্না পোং নিংথৌনা শ্রীবিষ্ণুগী চক্র অদুনা (মসক খংদদুনা) ফুবি খোংনরুবদগী লাইথুং ওইব্রদুনা কপলে। নিংথৌগী মমঙদা ইমিং বিষ্ণু কৌই মণিপুবগী নিংথৌদা লাংহল্লু হায়না তাকলম্বদগী কিয়াম্বা নিংথৌদা সিন্নরম্বনি। খৃ· তগী অহানবা চহিচাদগী হৌনা ব্রাহ্মনিজম অমদি বৌদ্ধিজম অসি খা নোংপোক এসিযাদা চংখ্রবনি। মকওইনা খা ভারতকী লম্লোনবশিংনা সমুদ্রা মপান মপানশিংগী লমদমদা চংথোক-চংশিন তৌবদগী মমৈথংদা হিন্দুগী অচৌবা লৈবাক কয়া কয়া ফাওবা থোকখ্রবনি। অদুম ওইনমক বীজয় পঞ্চলীগী ৱাবী অসিগী মতু° ইন্নদি পোং নিংথৌ অসি বিষ্ণু মশক খঙবা, বিষ্ণু লাংপা নুপা অমা ওইদ্রে হাযবা অদুমদি মযেক শেংলে। অতোপ্পা অমনা মণিপুববু মণিপুব কৌবকপদি মতুং কাযনথংদনি মৈদিংগু কিযাম্বাগী মতমদা নত্তে। মৈদিংগু চীংথংখোম্বানা ''থাইনা মবুধৌনা তৌরম্বা মৈহৌবোনবু লানমল্লে'' (লা ১৫৪) হাযনা চৈথাবোল কুম্বাবা অসি ইনৌ নৌনা ইথোবকপা মতমদা মতাং অসি কুম্বাবাদা লা চলমদবসি অঙকপা অমনি। অদুবু কুম্বাবাদা কুপ্পা য়েংবা মতমদা ফংবদি হৈস্রাম খুঙমগী কুম সক ১৬৯৮ দা শ্রীগোবীন্দ নির্পন তৌখ্রবা মতুং চহি ৬ লৈবগা তাইমজম তাংখোম্বগী কুম সক ১৭০৪ গী লাংবন থানিন্দা বিজয় পঞ্চালী হাযবা লাইবিক অসি সেমলে। মতম অদু ফাওবা বিষ্ণুপুব হাযবা লম অসি লম্মাংদোং হাযদুনা অদুম ইরম্মী। অদুগী মতুং কোন্না চহি তবামাথোই লৈবগা ৱাইখোং খোইদোংগী ''কুম সক ১৭১১ . ইংঙা ৫ নি ইবাইদা মহাবাজনা ঠাকুব মহানবায়ন ওকপা বিষ্ণুপুরদা কুমএ।'' হায়দুনা অহানবা ওইনা পনবা হৌই। হায়বিবা চহি অসিমক্কী ''ফাইবেন ২০ নি সগোলশেন্দা থাইনা মবুধৌনা তৌবম্বা মৈহৌবোলবু লানমল্লে হাযদুনা শিন্দোকএ' হায়দুনা য়াওবি। কুম্বাবাগী মতুংইন্না লম্মাংদোংগী ঙাঙোম ফুবাদা শ্রীবিষ্ণু লাংপা হৌখিবা অমদি লম অসিবু বিষ্ণুপুব হায়না থোনখিবা অসি বৈষ্ণব ধর্ম্মদা থৱায কংখিবা ৱাজর্ষি চীংথংখোম্বাগী মতমদা ওইফম থোকই।

মৈদিংগু খাগেম্বানা সাবিবা ফুরাশিং অসি কবি করম্বা লাইগীনো হায়বা অদুদি সেংনা তাকলমদে। মতুং চহি তবামুক্কী মনুংদা লাইযিংথৌ নোংসাবাগী অমদি লাইয়িংথৌ কাসাগী কংলা হোংবা পম্লম্মী। মথংদা মৈদিংগু পাইখোম্বা (১৬৬৬-১৬৯৭) গী মতমদা 'ৱাংখৈরাকপম লোনতাইগী কুম সক ১৬০০ কালেন থাদি ঈবাইনা হনএ

১৪ নি সগোলসেন্দা লাই কাসাগী ফুরা সগু শগুকায়এ। হায়না ইরিবা অসিনা মহৌসা য়েলহৌঙেদগী লাংলকলবা লাই কাসাগী ওইনা সাবা ফুরা অমগী ৱাফম খংবা ঙম্মী। মৈদিংঙু পাইখোম্বগী মতমদা ফুরা সাবা হৌখিবা অতোপ্পা লাই অমদি পানথোইবীনি। মথংদা অমুক পানখিবা মৈদিংঙু চরাইরোংবা (১৬৯৭-১৭০৯) না অমুক ৱায়েন থৌদা খৈবিকপু নুংদা লাইবিক ইবমদুনা লাই কাসাগী ফুবা মমাঙদা য়ুংলম্মে হায়দুনা ইবি। লাই কাসা অসি ফুবা মনুংদা লাংপা হৌরবসু মুর্ত্তি সাবগী ৱাদি থেংনদ্রি। ফুবাগা লোযন-লোয়ননা মুর্ত্তি সাবা হৌবকপা অসি পানথোইবী অমদি লাই ৱা হায়বনি। মৈদিংঙু অসিগী মতমদা লাই অনি অসিগী মুর্ত্তি সেম্বা হৌবে-

''৬ নি ইরাইদা পাম্ভোইবীগী মুর্ত্তি হৈগদবগী অহৈবা হঞ্জবা তারিনা লৈনি তমএ। ১১ নি যুমজকৈশাদা পাম্ভোইবীগী মুর্ত্তি হৈএ। . ৪ নি ঈবায়দা লাইৱা হায়বগী মুর্ত্তি হৈএ। ১৬ নি য়ুমজকৈসাদা পাম্ভোইবীগী ফুবা সগুকায়এ।'' **(চৈথাবোল কুম্বাবা)**

কুম্বাবাদা য়াওবগী মতুংইন্না মৈদিংঙু অসিগী মতমদা শ্রীকৃষ্ণগী কিয়োং ফুবা অমদি কালিকাগী সঙসু সাদুনা লাংলে হাযবা খঙই। লাই ৱা হায়বা অসি মৈদিংঙু পাইখোম্বাগী মতমদা পনবা হৌরকপদগী লাই কাসা হাযবা মসিং অসি পনখিদবে। মতুংদা মৈদিংঙু পামহৈবগী (১৭০৯-১৭৪৮) মতমদা লাকলিবা অসি নোংসাবা, লাই ৱা হায়বা, কালিকা, কৃষ্ণ অমদি পাম্ভোইবীগী ফুবা সাবা, নুপী থিবা, নুং খিনবা, পুথ্রী হোংবা অসিনচিংবা মৈদিংঙু পাইখোম্বা অমদি মৈদিংঙু চবাইবোংবগী মতমদগী চংথবকখিবা অদুনি। মতুংদা মৈদিংঙু পামহৈবনা লাইনিং হোংপ্রবা, হিন্দু ধর্ম্মদা মযেক সেংনা গুরু অমা নাইনা লাইমিং লৌদুনা চংপ্রবা মতুংদা কুম্বাবদা ইবিবা অসি য়েংসি-

''ৱামনবা মেবাগী কুম সক ১৬৪৫ লাংবন থাদি লৈপাকপোকপনা হনএ। উমংলাই ৯ মাগী সঙ্গাযসু লম্মাবী ২ মাগী সঙ্গায়সু লাই যাগনুসে হায়দুনা সীদোকএ। . হিয়াঙ্গৈ থাদি থাঙজনা হনএ। থানিন নোং ঈবাইদা লাইনিংথৌ নোংসাবা, যিমথৈ লাই, পাম্ভোইবী, তাইবং খাইবা (লাই ৱা হায়বা ?) ৪ মাদা বামোন ইবাংপা চগুহল্লে।'

অদুদগী অমুক চহি ৪ লৈরগা-

... ইঙা থাদি ইরাইনা হনএ। উমং লাই ৯ দা মোংবহনবদা তিলহলএ। ... ২৩ নি নিংথৌকাবদা লাইয়িংথৌ পাল্লোইবী, লাইব্রা হায়বা, লম্মাপি ২ মা সোরারেন, হোইদোন পোকপী ৭ মা থুগায়এ।

অদুদগী অমুক চহি ৩ লৈরগা-

সাইদোকপম সাইপুগী কুম সক ১৬৫১ . . থবান ২ নি সগোনসেন্দা লাইয়িংথৌ লাই ব্রা হায়ববু য়াসে হায়দুনা য়ুমথৈদা লাইফম য়ারে। ব্রাকচিং ১১ নি লাইব্রা হায়বগী ফুবাদা মূর্ত্তি সঙ্গায়এ। সবাইসম পাঙনগী কুম সক ১৬৫২ .. ফাইরেন থা . থানিন নোং য়ুমজকৈসাদা অঙোম চনু লৈমখুবী হঞ্জবীবু লাইব্রা হায়বদা থিনথৈয়ে। চিবোম ওম্বগী কুম সক ১৬৫৩ ইংঙা .. ১৮ নি য়ুমজকৈসাদা লাইব্রাহায়বগী লৈসাংখোংদা লাইসঙ সঙ্গাযএ। নুংসু থিনএ। অমোম ব্রাকোংগী কুম সক ১৬৫৪ কালেন থা .. ৩ নি লংমাইচিংদা লাইব্রা হায়বদগী ফুবা হৌএ। .. লাংবন থা ১৭ নি লংমাইচিংদা মৈতৈ লাইবিক মাঙহনএ। মোংবাহনবদা লাইব্রা হায়বসুং মাঙহনএ। সাইখোম লুব্রাংগী কুমদি সক ১৬৫৫ থৌব্রান থাদি নিংথৌকাবনা হনএ লাইয়িংথৌ কালহৌখোম্বা (লাই ব্রা হাযবা ?) মাঙলববু ১ রক লিংলৌএ।"

থৌদোক অসিগী মতুং চহি তবা হুমদোইগী মতুংদা মৈদিংঙু খাগেম্বাগী মতমদগী মথং মথং ওইনা অকোযবদগী বৌদ্ধগী অমদি হিন্দুগী সাহুমদগী চংসিলকলিবা সাফুসিং অসিগা লোযন লোযনা লাকলিবা অহোংবসিং অসিদা পাখংবা অমদি সনামহি হাযবা মিং অসিসু অহানবা ওইনা মতাং অসিদা যাওবকলে-

"শ্রসম মাইচৌগী কুম সক ১৬৬৭ . লাংবন থা . ৬ নি য়ুমজকৈসাদা পাখংবা নোংথৌদগী (নোংথক্তগী) থাওবৌ মচা ওইনা ফিফৌ মমাংদা তাবকএ। . মেবাগী ১৭ নি য়ুমজকৈসাদা পাখংবাগী সঙ্গায় য়ুমজাও মনুংগী লাইসং মথোল নাইবা ইংগ্রি তৈবা হৌএ। . ভাইবাংবম মুংযাংগী কুম সক ১৬৬৮ . লাংবন থাদি য়ুমজকৈসানা হনএ। অদু নুমিৎতা ফমদৌনা য়ু থক্লগে হায়দুনা সনামহি (লাইব্রা হাযবা ?) য়ুপান থাইএ। ২৬ নি লংমাইচিংদা মহাবানী য়োইবু য়োইহৈ পুম্নমক ফিবেন সেত্তুনা সনামহিবু কৈথেন্দা য়ু থকনৈএ। . . কোনসম মাইমুগী কুমদি সক ১৬৬৯ . কালেন থা ২৩ নি য়ুমজকৈসাদা লাইয়িংথৌ পাখংবানা হনচিংদগী ফম্বাল কাযএ। . . ৭ নি লংমাইচিংদা থব্রানগী . তাইবং খাইবগী (সনামহি ?) খাংপোক কুমএ।"

**অমাইবীঃ মণিপুরদা সামানিজম**

মথংদা মৈদিংঙু চিংসাই, মৈদিংঙু ভবত সাই, মৈদিংঙু ময়াম্বা গৌরস্যামনচিংবগী তুংদা লাকখিবা মৈদিংঙু চীংথংখোম্বাগী মতমদা সনামহি মুর্ত্তি হৈবা, মুর্ত্তি হোংবা অমদি মৈদিংঙু লবম্মচন্দ্র (১৭৯৮-১৮০০) গী তেল্লবা চহি অহুমগী মতমদা পাখংবগী মুর্ত্তি হৈবা হৌখিবগী ৱাফম থেংনৈ। অদুম ওইনা মখা তানা মুর্ত্তি অসি লোয়সিন্দুনা হোংবা অমদি সংকাবগী ৱাদি থেংনদ্রে। অসুক যাম্না ৱা ময়াম অসি চিংথোকলুবগী মবমদি ফুবা হায়না খণ্ডনবিবা অমাইবী কাংবু অসি কবম্বা ফুবা লাইগীনো হায়বা অদুগীনি।

মৈদিংঙু খাগেম্বাগী মতমদগী হৌনা ফুবা শাদুনা মুর্ত্তি হৈদুনা লাৎপা হৌবকখিবা লাইদি কোন্না সনামহি হায়না খণ্ডনবকখিবা লাই-ৱা হায়বা অমদি পানথোইবীনি। ফুবা হায়দুনা খণ্ডবিবা কাংবু অসিনা মপুং ওইনা কংলৈ হৰাউবদা সান্নবিবা লাইবোন অসিগা লাই-ৱা হাযবা সনামহিগী অমদি পানথোইবীগী লাইবোনগা কযা যাম্না নক্না মবি লৈন্নবগে হাযবদুদি লাইবুংদা কুমথদুনা যেংবা তাবকই। মসিগী মমাং ওইনা লাই ৱা হাযবা অসি কনা ওইবা যাবগে হাযবদু যেংবা নুংঙাযগনি। চকপাগী মতমদগী হৌনা অমাইবীনা মণ্ড চণ্ডদুনা লাইগা ফাওনবগা তাইবং মীনা হংজবা পুম্বগী পাউখুম পীদুনা লাকই। লাই অমতনা অপান্ননা তাইবং মীদা ৱা হাযবদি লৈতে। অদু ওইববদি লাই ৱা হায়বা-মসামক্না তাইবংমীদা ওনসিন্দুনা অচুম-অবান, অফ-ফত্ত তাকপা তাইবং খাযবা লাই অসি কনানো হায়বা তাববদি মদু ফুবা লাই ভগবান বুধ ওইফম থোকই। লাই-ৱা হায়বা অসি মমাংদা লৈখিবা লাই কাসা হাযবা অসিদগী লাকপা ওইবম্বা য়াই। কোম কাংলুপনা য়ুমগী যাত্রা স্না য়ুম্বীবু মপা মপু পোকপা লাই কাসা ওইনা লৌই। মসি কোম কাংবুদগী নত্তে। উ মণ্ড লাই ওইনা, মপা মপুগী খুদম ওইনা লাৎলিবা উ অসি কাসানি। চীং অমদি তমগী অহোং য়ুমশিংদা য়াম্না মক ওইনা হাপলিবা স্না য়ুম্বী অসি উ মণ্ড লাই লাৎপদা য়াওবিবা উ অসিনি। লাই-ৱা হায়বা অসিদগী সনামহি হায়না লাকলিবা ৱাহৈ অসিসু তন্ত্রীক বুদ্ধিজমগী মীৎয়েংদা য়েংলবদি ভগবান বুধবু লৈসেম-নোংসেম্না লাই ওইনা লৌবগা তেংবান অসিবু ওইহল্লিবা ভগবান্নগী ফম্বী অদুবু ফোংদোকপা ৱাহৈনি। ভগবানগী ফম্বীবু সনামহি হায়না মমিং পিবনি।

মণিপুর অসি অণ্ডনবা মতমদগী হৌনা লল্লোনবা অমদি ধর্ম্ম সন্দোকপা কয়ানা ফাওদোক-ফাওজিন তৌদুনা চৎখ্রবনি। খা থংবা সিল্ক রুতনা মণিপুব ফাওদুনা চীনা, খা-নোংপোক এজিযা, খা এজিয়া অমদি য়ুবোপ য়ৌনা চৎথোক-চৎশিন তৌবম্মী হায়বদু চীনা অমদি ভাবতকী অখং-অহৈ কয়ানা নৌনা অমুক প্রমান তৌদুনা উৎখ্রে।

বৌদ্ধ ধর্ম্মগী খ্বাইদগী অঙনবা স্কুল হিনায়ানা নত্রগা থেরাভেদিন অসি অনিসুবা চহিচাদা ম্যানমার য়ৌরকপ্রে। ৩ সুবা চহিচাদসু অসামদা ধর্ম্ম অসি লৈরমপ্রে (S Sasananda 1986) বৌদ্ধ ধর্ম্মনা ভারত্তা মরাই চায়থরক্লবদা, ভারত থাদোক্তুনা চৎত্রিঙৈদা অবোইবা চংজফম ওইনা বেঙ্গলদা পালশিংগী মতম ৭৫০-১১৭৫, ৮ সুবা চহিচাদগীনা ১২ সুবা চহিচাগী মনুংদা য়াম্না চাউখৎনা লৈখি। মতম অসিদা মহায়ানাগী স্কুল অমা ওইনা তান্ত্রীক বৌদ্ধিজম অসি চাউখৎলকখি। তান্ত্রীকী স্কুল অসি মসা অহুম অমুক থোবকখি· ব্রাজয়াবা, সাহাজিয়া অমদি কালচক্রা অসিনি। তন্ত্র লাইনিং অসি ভাবত্তা বেদগী মমাংওইনা লৈরকখ্রবা লিববা লাইনিং অমনি। মতম সাংনা মচি ময়াদা লৈরুবা মতুংদা তান্ত্রীক বুদ্ধিজম ওইনা চাউখৎলকপা মতমদা তান্ত্রীক হিন্দুইজমগী মসকসু চাউখৎলকখি। তন্ত্র লাইনিং অসি মশক থোক্লা চাউখৎলকখিবা মফমদি হৌজিক্কী বঙ্গলাদেস যাওনা লৈবম্না অঙনবা মতমগী বেঙ্গোলদনি। অঙনবা মতমদদি ত্রিপুরা অমদি বেঙ্গোলদি ঐখোয়গা যুম লোন্নবম্মী। যুমলোন্নবা ভাবতগী থোবকখিবা ব্রহ্মানিজম, বৌদ্ধিজম অমদি হিন্দুইজমগী সাহুমসিংনা অকোয়বগী লৈবাকশিংদা সন্দোবকপদা মতমদা মণিপুর কান্দুনা চৎখিবা নত্তে। সাহুমসিং অসিনা চংলকপা মতমদা হান্নগী লাইসিংগী মসক্তা অমদি লাইবোন্দা অহোংবা অমদি অনৌবা মসক কয়া ওল্লকপা উই। মসক ওল্লকপগী মওং মতৌ অসি থেংখাং অনি থোক্লা লৈবা উই। অহানবগী থেংখাং অসিদি মতম যাম্না সাংনা চংনা, তপ্পা, ভাপ তানা হান্নগী লাইবোন্দা দবকাব ওইবা, মথৌ তারকপা সরুক অদু লৌদুনা, মফম চানা, লমদমসিগী হান্নগী ওইজবম্না মহাও অমদি মসক অদুদা হাপচিন্দুনা হেন্না ফজহনবা ওইনা উই -

"Each of the South-East Asian cultures adapted the Indian forms according to its own particular character, for their art was not a slavish imitation but geninely creative (Paul Hamlyn 1967)

ঐখোয়গী হান্নগী অমাইলোন অদুগী হান্নগী যুমফমদা মতমগী মতুংইন্না হোংলকপা মওংদা হাপখিবা খবা অদুদি ঐখোয় ইসানা য়ানা খংনা লৌখিবনি। অনিসুবা থেংখাং অদুদি মৈদিংঙু পামহৈবগী মতমদা ল্যাইরিক ফাওবা মৈ থাদুনা নমদুনা হাপচিনবা অদুনি। মদুদা য়ানিংখিদবা নুংঙায়খিদবগী চৈনাদি ওসি ফাওবা কোক্তবি।

ঋ

ঐখোয়গী অমাইলোন্না ফুরা হায়বা মতাং অসি য়ৌরকপা মতমদা হাপচিলকলিবা লাইরোনদি অতিংকোক কুক সিদবনা অপকমা সেমলকপা অসিনি। লৈসেম নোংসেম্বগী মরুওইবা লাইরিক লৈখক লৈখারোন য়াওবিবা লৈসেমলোন অসি পুন্না মরীনি। লাইবিক অসিদা ইরম্বগী মতুংইন্না অতিংকোক কুক সিদবা মথন্তনা সেম্বা, অতিয়া সিদবনা (সনামহি) সেম্বা, কোংলৌতোন লৌথিবা (পাখংবা) না সেম্বা অমদি লাইবংথৌ মপন অমদি লাই নুবাসিংনা সেম্বা অসিনি। অতিযা সিদবনা সেম্বা মতমদা পাখংবনা নুংসিং হাবাপা ওইদুনা থুগায়খি অদুগা পাখংবনা সেম্বা মতমদনা সনামহি অসিবনা সমাতোন সগোল ওইদুনা অমুক থুগায়খি। মমৈদা মমা লাইবেম্মাদা চঙ্জবদগী পাখংবনা লাইগী নিংথৌ ওইখি। লাইবিক অসিদা হাযরিবা লৈসেম্বা মওং মবি অসি পুন্না হাপচিন্দুনা ইবনি। পান্দমদি অতিযা সিদবা সনামহিগী মতিক-মগুন উৎনবা হোৎনবা অমদি লাই অসি গুরুমক্কা চপ মান্নবা খ্বাইদগী মরুওইবা লাই অমনি হাযবা তাক্রবা হোৎনবনি। লাইবিক অসি অবি মাইবশিংনা ইবা ওইবদ্বা যাই। ইবগী মওংদি অতৈ লোনগী তন্ত্রগী লাইবিকশিংগী মতৌগুম্না, লায়না ভাপ তাবা ঙমদবা, অর্থ খংবা ব্বাবা, মবি মখোং সম্নদবা, লাইলোন তিনলোন ঙাক্ত মমৈ-মকোক লোৎতুনা থমলগা থৌওইনা ভাপ তাহন্দবা, থৌওইনা যাম্না লুহনবা মওংনি। অসিগুম্বা খুৎই অসিবু অসুম্না তাকলি -

" the composition of a new vast canoniacal literature of Tantras, which are secret documents destined only for a chosen few who are properly initiated by a Guru, or teacher, and which are phrased in a deliberately mysterious and ambiguous language, meaningless in itself without the oral explanations of a teacher who had been properly initiated into its secrets The secret has been well kept and although thousands of Tantras are still extant, modern scholars seldom have a clue to their meaning, party because, hypnotized by the "Scientific" assumptions of their own age, they have little sympathy with magical modes of thinking

**the Tantric authors no longer link their scriptures with Sakyamuni**

**লৈথক লৈখারোন** দা অতিয়া সিদবা মসামক্লা মহাক্কী মমিং অসি অরিবা কৌই হায়দুনা তাকচরি -

''নপাদি কনানো হংয়ে, মচা অতিয়া সিদবানা য়িপাদি নংনে হায়না খুমএ। নংনা ইপাবু খংলবদি ইপা অরিবানে।'' লা

বিহার অমদি বেঙ্গলদগী পাল নিংথৌশিংগী মতমগী বুদ্ধিজম (তান্ত্রীক বুদ্ধিজম) না ম্যানমার য়ৌববা মতমদা অবি ('অর্য্যা' হায়বা ৱাহৈ অসিদগী লাকপা, অর্থনা ইকাযখুম্নবগী মসক ওইববা) হায়না খঙনবা য়াম্না সক্তি লৈববা বৌদ্ধ লম্বোইবগী কাংবু অমা সেমগৎখি। 'ইপা অবিবা' হাযবা ৱাহৈ অসি অবি হাযনা খঙনখিবা অসি ওইবসু যাই। মহাযানা স্কুলগী অবিশিং অসিদি অমবোমদা হিনাযানা নৎত্রগা থেবাভাদিন হাযনসু খঙনবা হান্নগী ম্যানমাবদা লৈপ্তবা বৌদ্ধ ধর্ম্মগী অঙনবা মতমদা লৈখিবা অদুদগী পুমতোপ তোপ্পনি। হাযবদি অবিগী লম্বোইবা কাংবু অসিদি সা চাই, য়ু থকই অমদি লাইদা সা হাৎতুনা কৎপা ইবাৎ-থৌনিগী থবকসু অদুম পাংথোকই। খৃ: কুম ১০৫৭ তা পগানগী নিংথৌ অনাৱাবথা (Anarwrahta) না থাতোন থৌসিল্লবা তুংদা সিলোনদগী থেবাভাদিনগী সাহিত্য অমদি লম্বোইবশিং পুথোবক্তুনা, অবিশিং অসি তাপ্লোক্তুনা, থেবাভাদিনগী স্কুল অদু অমুক হিংগৎহনখি। অদুম ওইনমক মহায়ানাগী অবি লম্বোইবা নৎত্রগা মাইবশিং অসি ১৮ সুবা চহিচা ফাওবা ম্যানমাবদা অদুম হিংদুনা লৈখি। মসি ম্যানমাবদা বৌদ্ধ ধর্ম্মগী হিনায়ানা নৎত্রগা থেবাভাদিন হায়বদি অঙনবা মতমগী অহলশিংনা চৎলম্না লাইনিং মওং অদুগা লোযন লোযন্না নাৎ লাৎপা থৱায লাৎপা সামানিজম অসিসু অদুম লেংদনা চৎথদুনা লৈখিবা অদুনা মরম ওইরম্মসু য়াই।

তান্ত্রীক নৎত্রগা মিস্তীক বুদ্ধিজম হায়না খঙনখিবা স্কুল অসিগী ওইবা বুধগী মুর্ত্তিশিংদি মাগী হৌফম ওইখিবা বিহাব অমদি বেঙ্গোলদা ইবৈ লৈখিদে। মতুং চহি খবা লৈবগা মসিগী সাহ্মদগী লাকপা কলাগী সকওংদি অতৈ লৈবাকশিংদা থোরকখি। গুরু নৎত্রগা কুরু অমগী মখাদা সিয্যা খবা অমগা লোয়নবা, অথুপ্পা জ্ঞ্যান ফংনবা হোৎনবা, মন্ত্র অমদি পাঞ্জীদা থাজবা অসিনা হায়রিবা বৌদ্ধ ধর্ম্মগী স্কুল অসিনা লম্বোই খোংনাংখোঙ নৎত্রগা মোনাষ্ট্রীদা অহোংবা লাকখি। হায়বদি মোনাষ্ট্রী লিংবা থোয়না দবকাব লৈরকখিদে। বুদ্ধিজমগী সাহিত্য অসি ভগবান্না লৈখিদ্রবা মতুং

কায়নথংদা থোরকখিবনি। ধর্ম্ম অসিগী অইবশিংদা অইবা মীগী মমিং হাপ্তবা অসি ভগবানগী ৱাহৈসিংনি, অইবা অদুগী নত্তে হায়বা উৎপনি। তন্ত্রগী অইবশিং অসিসু মখোয়গী মমিং হাপতে-

the Tantric authors no longer link their scripture with Sakyamuni, but frankly assign them to some mythical Buddha, who is said to have preached them at some remote and distant past (Edward Conze 1980)

মহাযানা স্কুলগী তান্ত্রীক বুদ্ধিজমগী মকুওইবা মসা অহুম হায়বদি ৱ্রাজবাযানা কালচক্রাযানা অমদি সাহাজায়ানা অহুম হাযবা অসি লোযনমক ফুবা অমাইলোনগী যাম্না মরুওইবা সাহিত্য ওইবিবা লৈথক লৈখাবোন দা যাওবা থেংনৈ। তান্ত্রীক নৎত্রগা তান্ত্রাযানা বুদ্ধিজম অসিদা মন্ত্রয়ানা হাযনা খঙনবা অমসু লৈখি। মন্ত্রযানাদা মরুওইবিবা অসি মন্ত্র, ধাবিনী, মুদ্রা অমদি মন্দালা অসিনি। পালি সাহিত্যদা লৈবম্না থাঙ্গৈসেংবা মন্ত্রগী অর্থদি ৱাহৈসিংগী খোঙ্হোক অদুনা লৈপবেংগী মতৌগুম্না সেমলকপা মতমদা ঈশ্বরগী সক্তি অমা ওল্লকই অমদি মদুগী সক্তি অদুনা মন্ত্র অদুবু সিজিন্নবিবা মীওই অদু খুদোংথিবা নংগদবদগী নানথোকচবা ফংই হাযবনি। মন্ত্রগী পবেং অদুবু ধাবিনী কৌই। মুদ্রাগী থাঙ্গৈসেংবা অর্থদি ভগবান বুধগী তোঙান তোঙানবা খুৎকী অমদি হকচাংগী সাথেক অদুনা পীবা তোঙান-তোঙাম্বা অর্থ অমদি সক্তি অদুনি। মন্দালা অসিদি ভগবান্না সনা খোংনাং মখোংদা ফমদুনা লৈবগা মঙাল ফংখিবা, সনা খোংনাং অদু মালেমগী মযাই ওইবা, সিম্বল ওইনা লৌবগা ওইবকখিবা, লাইগী ওইবা অকোয়বা, মপুংযাইনি (mystic circle) নি। তান্ত্রীক বুদ্ধিজমদা মন্ত্র, মুদ্রা অমদি মন্দালা হাপচিলকপা মতমদা গুরু অমগী মনাক্তা ফমদুনা থৌওইনা চংলকলবা সিষ্য খরদং দরকার ওইবকই, মী খুদিংমক য়াওবা য়াবক্তে। মসিদা সিজিন্নবিবা ৱাহন অসি মীচম্না ভাপ তাদদুনা অতোপ্পা ৱাহন অমদা চৎলকই। অসিগুম্বা সন্ধ্যাভাসা (twilight language) অসিদি কলা অসিবু সেংনা ঙাক্তুনা থম্লবা থৌওইনা তঙায়ফদনা ওইহনবনি। ৱ্রাজরায়ানাগী স্কুল অসি তন্ত্রীক বুদ্ধিজমগা অমতা ওইনসু লৌনৈ। অদুম ওইনমক স্কুল অসিদা হেতেরোজেনস হায়বদি তোঙানবা খেনম্ত্রবা মচাক মওং কয়া অমসু হায়বদি মসিগী মন্ত্র, মুদ্রা অমদি মন্দালা অসি শিজিন্নরগা মী সুমহৎপা, ঙাওহনবা অমদি হাৎপা ফাওবদা সিজিন্নরকখি।

ব্রাজরায়ানা হায়বা ৰাহে অসিদা য়াওরিবা 'ব্রাজরা' হায়বা ৰাহে অসিগী অৰ্থদি লেংবা অমদি হোংবা নাইদ্রবা, পুম্নমক্কী হৌরকফম ওইবা অহাংবা (void) অদুনি। ঐখোয়না 'তিংকাংকোক' পুমহাং হাংবা হায়না হন্নিবা অদুগা চপ মান্নে-

The ideal of Vajrayana has been summed up as follows "I am of the adamantine nature, which is Sunyata, and 'all the dharmas are of the adamantine nature, I am also of the adamanntine nature, The fundamental principle of Vajrayana is thus based on the void nature in the name of vajra which is synonymous with the Sunyata principle (Gayatri Sen Majumdar 1983)

লৈথক লৈখাবোনদা গুরুগী মসকসু অসুম্না তাকলি -''সুন মহাক্কী তাইবংপান মপুগী ফম্নীনে। মসাদি সুননে, সুন মহাক্তি অতিংকোক্কী ফম্নীনে (লা ৬)

তান্ত্রীক বুদ্ধিজমগী অনিসুবা মসা কালচক্রা অসি মৈতৈলোন্দা য়াম্না অঙনবা মতমদগী হৌনা 'মতমগী খোঙলৈ' হায়না চপ চাবা ৰাহন পিদুনা লৈজবমলে। মসি ১০ সুবা চহিচাদা বিহাব অমদি বেঙ্গোলদা মপুং ফানা চাউখৎখ্রে। ব্রাজবাযানাদগী কালচক্রানা খেনবকপদি হীরি কোন্দুনা, মেদিতেসন তৌদুনা হেন্না অথুপ্পা সাধনা অমদা চংসিনখিবনি। স্থূল অসিগী মতুংইন্না পিক্কবা কুপথ্রবা খোংনাং মক অমদা চাউথ্রবা খোংনাং পাম্বী অমগী মসক থুপতুনা যাওবগুম, মীওইবগী হকচাং অসিসু অপিকপা 'অপকমা' অমা ওইদুনা, থৱায় পানবা, পান্দবা, লেংলি-পাল্লিবা পুম্নমক য়াওবিবনি। মতম হায়বা অসিনা পুম্নমক লেপ্পী। হায়বদি মতম অসিগী খোঙলৈ অমদা মীওইবা পোকলকখিবগুম মতম অসিগী মনুংদা মীওইবা অমুক সিরিবনি। মীওইবনা হোঞ্জিল্লিবা নিংসা অসি মসক খঙনা, পুক্নীং অসি মসক খঙনা হীবি কোঞ্জরবদি, মীওইবনা পোকঅ শিব পোকঅ শিব তেকথোক-তেকসিন তৌদুনা, হিংলিবা 'খোঙলৈ' চক্র অসিদগী নানথোক্তুনা অৱান খুবম ফংবা ঙম্মী হায়বনি' লৈথক লৈখারোনদা মতমবু অসুম্না তাকলি-

'. চহী লখা অমা লিসিং নিপাল্লা চহী অমা সানৈ, চহি ১৫ না থা অমা ওইনৈ। থা ৬ না নুমিৎ অমা ওইনৈ। নুমিৎ অমগা য়ুথক মরিগা য়ুথক অমা ওইনৈ। নুমিৎ নিনি য়ুথক তকক ৬ পুং ৮ না পুং অমতা ওইনৈ। য়ুথক অনি পুং ৬ কোংকাই মিৎকুপ অমত ওইনৈ, পুং ২ কোংকাইগা মিৎকুপ অমগনা নিংসা অমা ওইনৈ, মিৎকুপ অনি কোংকাই নিংসা অনিগা কোংকাই, নাহুম মরিগনা নাহুম অমত ওইনৈ।

নিংসা অনি কোংকাই নাহুম অনি কোংকাই, পুকনিং মরিনা পুকনিং অমতা ওইনৈ (লা: ২৬)।

স্থূল অসিদা থব্রানমিচাক কাংলোন, লৈচিললোন অমদি পাঞ্জীকানা মরুওইবা সরুক ওইনা য়াওই। মতাং অসিদা মতম অদুগী অহলসিংনা হীরি কোনবগী, যোগগী মেদিতেসনগী থাক অসি কয়া য়াম্না ব্রাংনা চংসিনলম্বগে হায়বা অসি 'মতমগী খোংলৈ তাকপা' পুয়াদা মখোয়না তুংদা লৈবাক অসিদা থোক্লগদবা অফ-ফৎত কয়াবু তাক্কুনা থনম্বা হায়বদি ''কংলাগী সা মমাংদা অঙৌবা মকোক কেনগনি, চীংঙা কৈথেন কাবনি, লসিং লুপত্রগা নুং তাওবগনি' অসিনচিংবা কয়া ইদুনা থনম্বা অসিদগী খঙবা ঙম্মী। 'লৈবাক মাইবা চিরাই তাং নিংথৌ মাইবা খুরাই তাং' হায়দুনা লৈবমলিবা ব্রা অসিনা তাকলিবদি মখোয়না লৈবাক নিংথৌগী য়াইফনবা, চাউখৎনবা খুবাই তাংবমখৈ ফমদুনা হীরি কোন্দুনা, নুংসিৎ নুংস্যাদা চিবাই তাংবমখৈ চৎতুনা চংস্লিবা সাধনা অমদি হোৎনজখিবা অদু তাকপনি।

সাহাজায়া হায়বা স্থূল অসিদি ব্রাজবাযাগী মন্ত্র যন্ত্র ময়াম, ইবাৎ পূজা ময়াম অমদি মপানথোংদা উবিবা তেংবান অসিগী ব্রাংমদা লৈবা সক্তি অমবু যাকাইহন্নবা হোৎনবদা হেন্না থব্রায় যাওসিনখিবা অসিদা য়ানিংদদুনা থোবকপা কাংবু অমনি। কাংবু অসিনা মীওইবগী জ্ঞানগী কুপলবা মীৎয়েংনা পোৎ অমবু থুগায়দুনা, মবি মখোং তাক্কুনা খঙনবা উনবা হোৎনবা অদু য়ানিংদে। 'সাহাজ' হাযবা ব্রাহে অসিগী অর্থদি 'পোকমিন্নবকপা' হায়বদি পোৎ অমগী মপানথোংদা উবিবা মওং অসি পোৎ অদুগা লোযননা পোকমিনরকলবনি, হায়বদি উরিবা মওং অসি পোৎ অদুগী অচুম্বা অদুনি। হাযবদি পোৎ অদুগী মকমদা লৈবিবা পোৎ অদুবু ওইল্লিবা মবম ময়াম অদু জ্ঞানগী মীৎয়েংনা কুপ্না থিদোকলগা খঙনবা হোৎনবা অদু য়ানিংদে হাযবনি। উরিবা তেংবান অসি অচুম্বনি, মীওইবগী নুংসিবা অসি লেংদ্রবনি, মীওইবগী হকচাং অসিদা ফাওরকইবা থম্মোয়গী ইথিল পুমনমক অসি অচুম্বনি হায়বনি। সম্না হায়রবদা সাহাজায়া স্থূল অসি মখাগী অসুম্না তাকপা য়াই-

Sahajayana's approach to Reality is intuitive and not intellectual The distinctness principle of Sahajayana is therefore the substation of intellect by intuition In other words, the adherents of Sahajayana look upon Man not only as an intellectual being, but also as an emotional one and tend to emphasize that the emotitive meaning of anything whatsoever is of greatier importance for

moulding the life of an individual than its mere intellectual connotation They are not inclined therefore to destroy the sex passions or subdue any human instincts, but they try to sublimate them To them any sort of suppression of natural propensities in human beings or the identity of Reality and Appearance Sahajayas, therefore, try to realise the secret truth (tattva) by transforming and sublimating the inform propensities of human character, including the sex impulses (Gaytri Sen Majumdar 1983,106)

সাহাজিয়া স্কুল অসিদা খ্বায়দগী মরু ওইবদি অসি কুরুনি। কুরু অসি আদি বুধ, মসাদগী গুন মঙাগী হীরি কোন্দুনা লৈবা বুধ মঙা অমগা মখোয়গী লাইরেম্মা মঙা অমসু পুথোকখিবা কুরুনি। অতোপ্পা অমনা মীওইবগী হকচাং অসিমকনি। মরম অসিনা তান্ত্রীক বুদ্ধিজম অসিদগী হকচাংগী তিং য়োকপা, সবীৎ-সরাৎনচিংবা কলা অসিসু য়াম্না চাউখৎহনখি।

তন্ত্রগী মতুংইন্না মীওইবগী হকচাংদা মসক উবা ফংদনা, খুৎনা সোকলুবা ফংদনা যাম্না কুপ্পা মওংদা পুক্লীং হাযবা অমা লৈরিবা অসিগী মতৌগুম্না চক্র তবেৎ লৈ। মৈতৈলোন্দা মসি পুক্লীং মখল তবেৎ লৈ হায়না হনবনা খঙবদা লায়গনি হাযনা খল্লি। মহৌসাদগী থাজনবকপদি পুক্লীং তবেৎ অসি থম্বালগী মওংদা মচু অমদি মনা মসিং মান্নদনা পাল্লি। মখোযশিং অসি য়াংগী অবোইবা সকক্ক নিঙোং অসিদগীনা লৱাই লেম্ফু ফাওবগী মনুংদা পবেং ওইনা লৈ। চক্রগী মওংদা লৈবা পুক্লীং থম্বাল অসি নিংথিনা ফজনা মথৌ পাংথোক্তুনা, নিংথিনা সাৎতুনা লৈবা মতমদা হকচাংদা অনা অযেক লৈহন্দে অমদি তুমদুনা লৈবা থৱায়গী তিং অদু নিংথিনা সাৎতোবক্তুনা ঈস্বরগী থাক য়ৌবা ঙম্মী, অমদি মী খুদিংমক ভগবান বুধ ওইবা ঙম্মী হায়বনি।

অহানবা চক্রনা য়াংগী অবোইবা সকক্তা অমাংথোং অমদি ইশিংথোংগী মবক্তা লৈ। মমিংনা মূলাদর নৎত্রগা সিনুং চক্র কৌই। মসি চাদ-নাউদবা অমদি মীওইববু হিংহন্নবা পুক্লীংগা মরি লৈনৈ। অনিসুবা চক্রনা খোইদৌ মখাদা লৈ অমদি অপাম নুংশি নুংওন পুক্লীংগা মরি লৈনৈ। অহুমসুবা চক্রনা খোইদৌগী মথক থজিন্দা লৈ অমদি মীওইবগী মতিং হায়বদি মী মীদুগী মতিক মথৌনাগা মরি লৈনৈ। মরিসুবা চক্রনা থবাক ময়াইদা, থম্মোয়দা লৈ অমদি মীনুংশি থৌজালগা মরি লৈনৈ। মঙাসুবা চক্রনা খৌনাউ ময়াইদা লৈ অমদি মীওইবগী কলা বিদ্যাদা হৈসিংবগা মরি লৈনৈ। তরুক্কসুবা চক্র অসি মিৎ অনিগী কারক্তা অহুমসুবা মীৎকী মতৌ ওইনা লৈ অমদি

নুংগী মীৎয়েং, খঙবা উবা অমদি ফাওবা ঙম্বা পুক্লীংগা মরি লৈনৈ। তরেৎসুবা চক্র সাহ্যসরার, ঐখোয়না লবায় লেম্ফু হায়না খঙনরিবা অসিদা লৈ অমদি মীওইবগী অরান খুবম ফংনিংবা পুক্লীংগা মবি লৈনৈ। তরেৎ অসি নত্তবা চক্র মসিং কয়া অমসু লৈবিবনি। অদুবু তবেৎ অসিনা খ্বায়দগী মকওইবনি। খোইদৌ অসিদা মণিপুর হায়না কৌবা চক্র অমসু লৈবি। মসিগী চক্র অসি তান্ত্রীক বুদ্ধিজমদা য়াম্না মরু ওই। চক্র অসি বৌদ্ধিচিতা নৎত্রগা প্রাজনা (a mental state in which the sadhaka in firmly determined for the liberation of all suffering beings of the world) গী তুংনফমনি। কুক অমগী লমজিং মখাদা, হিরী কোন্দুনা, নিংসা সোব অসি সান্নবগা চক্র অসিদা তুংদুনা তুমদুনা লৈরিবা তিং নৎত্রগা প্রাজনা (Prajna) অসি হৌদোবকপা মতমদা, তিং অসি মথন্তো কাখৎচরক্কুনা লবায় লেম্ফু য়ৌবক্কুনা উপায়া (Upaya-Universal Compassion) গা উন্নবকপা অমতা ওইবকপা মতমদা ফংবা অপেনবা, মহামোক্ষা অদুনা সাধক অমবু অবান খুবম ফঙবা ঙম্মী।

বুদ্ধিচিতানা থক্তা কাখৎলকপগী ব্রাফম অসি হিন্দু তন্ত্রগী কুন্দলিনী কাখৎলকপগী থিওবি অদুগা চপ মান্নবনা তান্ত্রীক বুদ্ধিজম অসি হিন্দু তান্ত্রগা অমতনি, সৈব্যাজমগা অমতনি হায়না অকনবা মোৎ পিনবকখি। বুদ্ধ ধর্ম্মগী কাংবুনা হাযবদি থক্ত বুদ্ধিচিতা কাখৎলকপা অসি পুক্লীংগী ওইবা নুংগী ওইবা মওংনি। অদুগা হিন্দু তান্ত্রীকীনা ইরাৎ-থৌনিগী মসক ওইনা থাঙ্গেসেংবা নুপা অমদি নুপী হকতিন্নবু তন্ত্রগী ইবাৎ-থৌনিগী মসক অমা ওইনা (the use of five ma-karas madya (wine), mamsa (meat), matsya (fish), mudra (women)and maithuna (sexual intercourse) ওইনা হাপ্পা অদু নত্তে। হিন্দু তন্ত্রদা অহানবগী চক্র, মমিংনা মূলাধবদা, তেংবান অসিবু পোকহল্লিবা, সিব মহাদেবগী তংখায় ওইবিবা লাইবেম্মবু তিংগী মসক ওইনা কুন্দুনা লৈবা লিন অমা ওইনা, কুন্দালিনী অসি যাম্না মক ওই। অদুগা তান্ত্রীক বুদ্ধিজমদা প্রাজনা নৎত্রগা জ্ঞান (wisdom) অসি য়াম্না মক ওই। কুন্দালিনী অসি তেংবানগী সক্তিগী মসকনি। অমবোমদা মায়াগী মসক ওইনা জীব পুম্নমকপু সুমহৎতুনা পোকপা অমদি শিবগী খোংলৈদা মীওইববু চহি কয়া উংদুনা লৈদুনা লৈবিবা, মপোক মপোক্তা হন্না হন্না পোকহল্লিবা, সক্তি অদুনি। অসেংবা বৌদ্ধগী সাধক অমগী পান্দমদি মালেমগী সক্তি অদু ফংবা নত্তে, মায়া অসিগী ব্রাংমদা লৈবা অসেংবা লৌসিং অদু ফংনবা হোৎনবগা মায়া অসিদগী নানথোকচদুনা পোকপা শিবগী খোঙলৈ ব্রাংমদা চংখিদুনা, খোঙলৈ অসিদা চংদ্রিঙৈদা লৈখিবা, পুম্নমক্কী হৌফম ওইবিবা অহাংবা সুন (Sunyata) অদুদা অতিংকোক অদুদা তিনজদুনা পোকপা-

শিবগী খোঙলৈ অসিদগী লানথোকখিবা অরান (অলান) খুবম ফংজখিবনি। অমবু ওইরে অমবু ওইরে, হিন্দু হায়বা লৈতে বৌদ্ধ হায়বা লৈতে। লম্বী অনিমক লেংলি পাল্লিবা পোকপা শিবা নাইবা তেংবান অসিগী নুংঙা লোৎতুনা লৈরিবা লেঙবা, হোংবা নাইদ্রবা অচুম্বা (the ultimate truth) অদুবু থিরকপগী লম্বী ওাক্তনি।

**পান্থোইবী খোঙুল** (মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ,) হায়বা লাইবিক অসি সৈব্যাগী কলত পুখৎনবা হোৎনরকপদা পুথোরকপা লাইরিক অমনি। লাইরিক অসিদা নোংপোক অমদি পানথোইবীবু শিব মহাদেব অমদি শিবগী শক্তি পার্ব্বতী ওইনা সেমগৎলগা য়েলহৌঙৈদগী লৈরকলবা উ মঙ লাই লাংপা, লাই হবাউবগী নাং অদুগা পুন্না, ইনৌ নৌনা পুথোবক্তুনা অমাইলোনগী অতোপ্পা একাদেমী অমা ওইহন্নবা চংখোন্না হোৎনবকখিবা অমনি। হান্না চিঙ্গাং য়ৈনা লৈরকখিবা নোংপোক পানথোইবীগী ৱাবীদদি (ইবেমহল· ২০০০) খাবা য়াওদে। লাইরিক অসি নোংপোকপু মতৌ করম্না খাব কাংবুনা শিব মহাদেব অমদি মাগী সক্তীগী মসক ওইবিবী পার্ব্বতীবু লাংখিবগে হায়বা তাক্নবা নৌনা সেমগৎলকখিবা মিথ, লাইবোন অমনি। লংমাইবোন্দা য়াওরিবা খাবগী লাইবেম্মদি খাবি থিং নাউ তাউবীনি। তুবি থিং নাউগী সা লাইদি লিন লাই পাখংবনি। খাবী লেং নৌ মোনবীনা সা লাই অসিগী অমাইবীনি। সৈব্যাগী শিব মহাদেব লাংপগী কলত অসি তম্পাক্কী অমাইলোন্দা চংবা ঙমখিদে। লাইবোই নুমিৎতা নোংপোক পানথোইবীগী য়াম্না অকবা লাইরোন ওইনা, তাংখুল সবম পাখং অমদি সবম লংমাই নুরাবীগী মতাং অসিদা য়াওরিবা সরম পাখং নোংপোক অসি পাখংবনি শিব মহাদেব নত্তে অমদি সরম লংমাই নুরাবী অসি, খাবী লেং নৌ মোনবী পান্থোইবীনি।

ফুবা অমাইলোনগী য়াম্না মরুওইরিবা অতিংকোক গুরু সিদবা অসি সুনগী মসক ওইবা (Sunyata) মিস্তীক বুধনি। মণিপুরগী হান্নগী অমাইলোন্দা তান্ত্রীক বৌদ্ধিজম চংলক্তুনা, গুরুগী মসক হাপকৎলক্তুনা, য়াম্না হেন্না মপুং ফাববা ফজববা মসক অমা ওইহনখ্রবসু গুরু অসি মিস্তীক বুধগী অশেংবা মসক, সুন্যা অদু ওইনা লেঙদনা থমদুনা উমংলাই অমা ওইনা কোমাই হাপ্তুনা, লাইবুং অমা নাইনা, হরাউবগী থৌ পাংথোকপদা য়াওহনখিদে।

ফুরা অমাইলোনগী মরুওইবা লাইরোন পুম্নমক হাপ্তুনা ইরিবা অমদি সেমলিবা লাইবোন **লৈথক লৈখারোন** অসিদা কুরু সিদবা অতিংকোক্কী মসক ওইনা অতিয়া সিদবা হায়না কৌবা মচানুপা অমগী মসক অমা সাগৎলকলিবা, য়ুমগী লাইনিংথৌ সনামহি অসিসু ফুবা অমাইলোনগী য়াম্না মরুওইবা লাই ওইনা চংবা ঙমখিদে। ফুরাগী

অমাইলোন অসিদা অতিংকোক কুরু-গুরু সিদবনা পুম্নমক্কী হৌরকফম লোয়সিনফম ওইবা অৱাংবা 'সুপর কন্সসনেস' অমগী মসক ওইনা থমলগা মখাদা পুথরিবা লাইরোন অসিদি চকপা লম্লাং অমাইবীদগী থংথরকপা খাবী লেংনৌ মোম্বীগী পাখংবনা সা লাই ওইবা কলত অদুনি। মরম অদুনা ফুরা হায়দুনা অকোনবদা পুথরকলিবা অমাইলোন অসিগী অমাইবীশিংনা পাখংবগী মশক ওইবা পাখংবগী কলততা তেবু ওইবা, চাহৈদবা-সোকহৈদবা ওইনা লৈবা চিঙ্গাকশিং ঃ লিন, ঙারেন, ঙাবিন, ঙাক্রা, ঙাকিজৌ, সেবোং লিনমানবী অসিনচিংবশিং অসি অমতা সোকলূবা চারুবা লৈত্রি। মসিগী মকওইবা মরম অসি মহৌশানা হাম্না লৈজরমলবা লিনবু লাই সা ওইনা লাংপা কলত অদু, মহৌশাগী মহৌসা ওইনা পুথরকপগা লোয়ন লোয়না তন্ত্র লাইনিংনা মহৌশাগী লিনবু লাংলম্বা কলত অদুদা অমুক অনৌবা মথৌ অমা মতিং অমা হাপকংহনখিবনি। ঐখোয়না খঙই মদুদি হিন্দু তন্ত্র লাইনিংদা অহানবা চক্র অসিদা কুন্দলিনী কৌবা লিন অমা, বুদ্ধিস তন্ত্রগী মীৎয়েংদনা অৱাংবা হায়য়ব কন্সসনেস ওইনা অদুগা হিন্দু তন্ত্রগী মীৎয়েংদনা মালেম অসিবু পোকহল্লীবা লাইবেম্মগী তিংগী মসক ওইনা লৈ। **পাহোইবী খোঙ্গুল** অসি সৈব্যা লাইনিংদা থাজবা সাধক অমাইবা অবি কাংবুগী পোত্থোক ওইনা পুত্থোকখিবা অসি অমাইবীনা লুচিংলিবা মকওইনা লাই হবাওবগী লাইরোন্দা চংবা ঙমখিদ্রে অদুম ওইনমক কুন্দলিনীগী মসক অসিনা মহৌসা যেলহৌঙৈদগী লৈজবমলবা লিন লাই লাংপগী মীৎয়েং অদুদা অনৌবা মসক অমা হাপকংলকখি। মসি মণিপুরখক্কী খাফম নত্তে। ফুরা লাই ভগবান বুধগী লাইনিং অসি লিন অমদি চীংলাই (দেগ্রোন) হাংপনা অকন অথৌ সকপা, লিন লাইবু অপংবা, ফত্তবগী মসক ওইনা লৌনবগী নাং, মকওইনা নোংচুপ্তা সন্দোরকপা মতমদা মায় পাকখিদে। অদুগা মহৌসা য়েলহৌঙৈদগী লিন লাই অমদি চীংলাই দ্রেগ্রোন লাংপা, ফৌ থাবগী নাংকা সাগোনদুনা লৈবা লৈবাকসিং ঃ চীনা, কোরিয়া, জপান, খা-নোংপোক এসিয়াগী লৈবাকশিং অসিদা বৌদ্ধ লাইনিং অসি মায় পাক্তুনা মসা মরেং সন্দোক্তুনা লৈখি। মসি অমুক্কা হেন্না মায় পাকখিবগী মরমদি: লাইনিং অসিগী মহায়ানাগী স্কুল অসিনা লম লমগী তোঙান তোঙানবা লোন, নাং, হান্নগী লাইনিং, চংনবী পুম্নমক কোনসিন্দুনা অমত ওইসিন্বা ঙমখিবা অসিনি। মায়কৈ অসোমদা হেন্না মায় পাকখিবা লাইনিং অসিগী মরুওইবা মসক্তি তান্ত্রীকী মসক অসিনি। মসি মায়কৈ অসোমদা ফার ইষ্ট অমদি খা নোংপোক এসিয়াদা হান্নদগী হৌনা সামানিজম মশক থোক্লা লৈজরম্বা, সামানগী ইন্টেলেকতগী ইন্টুয়েসনদা হেন্না মরুওইবা কলচর অমদা, সারেপ ফারকখিবা খাখল,

*মীৎয়েং অসিনা তন্ত্রগী ৱাখনলোন অসি লায়না চুপসিনবা ঙমখি। অমদি চীনানচিংবা* অসোমদা মরা তানা লৈখিবা ঙমখি –

The people of China have a facility for comprehending Truth intuitively The Hindus, on the other hand, have a facility for acquiring learning, but difficulty comperhending Truth intuitive (Edward Conze 1980,70)

মবম অসিদা তান্ত্রীক বুদ্ধিজম অসিনা চীনাদা ধ্যান (meditation) দগী লাকপা ৱাহৈ Chian হায়না খঙনদুনা অচৌবা স্কুল অমা ওল্লকপা মতমদা হান্নগী তাওগী লাইনিং অমদি ৱাঙুবোল অদুগা লোয়ননা হৌগৎলক্তুনা অচৌবা মশক ওল্লকখি অমদি হুইয়েন লাল্লোংগী মমিং লৈরবা কলা 'তাই চী' নচিংবশিং হেন্না মপুং ফাহলকখি। জপান্দানা Chian অসিনা Zen হায়না লাক্তুনা হান্নদগী সামানিজমগা পুলবা অনৌবা মসক ওইনা, বুদ্ধ লাইনিংগী খ্বায়গী ফজবা অৱাংবা মশক ওইনা ঙসিগী মালেমনা যেংনবি। ঐখোযগী কলচবদা চংখিবা তান্ত্রীক বুদ্ধিজম অদুনা ঐখোয়গী হান্নগী অমাইলোন্দা যুমফম ওইবা ৱাখললোন্দা কবি অহোংবা অমদি অৱাংবা ফজবা লাকখিবগে হাযবদু ঐখোযগী অখং-অহৈনা লৈনুংদগী তৌথোক্তুনা থিরুপ্রি। অদুম ওইনমক ঐখোযগী ৱাংলবা হুইযেন লাল্লোংগী কলা, মতম অমগী ইপা-ইপুশিংগী ৱা খজিত্তুং ঙাংলগা যাম্না ফোংদোকলম্বা, নুপা থোকপা, মতিং লৈবা, হায়খিবা ৱা ঙাকপদা, অচুম্বগীদমক থৱায় থাদোকপদা হালেংদবা, অচুম্বা চৎপা, ঙাকপিহৈবা, তৌবীমল খংবা, অদুগুম্বা মগুনসিং অদুনা ম্যানমাবগুম্বা অচৌবা লৈবাক অমা যুমলোন্নবগা মনিং মখা তম্বা পানবা ঙমহনখিবা অদো অৱাংবা অচৌবা নুংগী পুন্সীবোন অমনা পিবা নত্তে কবম্না হায়গনি।

গ

লৈমা লাইনৌ তাবী অমদি চীংখোং পোইরৈতোনগী কাংবু অদুনা সীংপোৎ লাপোৎ সেম, মুন্না চাবা মরম চামা, সংনা চাবা মরম চামা, ফৌ মরু ফৌ মখল কয়া তরা মথী, তোংনু মথী, থাঙ-তেন, খুৎশু-খুৎলাই, অমাইবা অমা, অমাইবী তরুক, খোইজু-লৈখাম, সীং-য়েন, ঈশৈ-নোংমাইগী মপোৎ খুং, সা-সন, তীন-কাং, খোয়, উচেক-য়াৱানচিংবা তাইবংপান অমা পানবদা চংগদবা পোৎ পুম্নমক পুদুনা লৈনুং লম্বী সুরুং অমা লান্দুনা খমনুং লৈবাক্তগী তেংবান্দা খুঙ্লোবকখি। মণিপুরদা তাবিবা কাংলুপ খুদিংমক্কী লৈহৌ ৱাবী ওইনা অসুম্না খমনুংদগী সুরুং লম্বী অমদগী তেংবান অসিদা খুঙ্লোবকপগী ৱাবী লোয়না লৈরিবা অসি মণিপুরখক্তা নত্তে, খা-নোংপোক এজিয়া অমদি নেতিপ আমেরিকানশিংগী কাংলুপ খুদিংমক্কীনি। ঐখোযনা ঙসি উবিবা তেংবান অসিদা লৈবিবা পুম্নমক অসি খমনুংদগী লোয়না পুথোবকপনি। পুম্নমক অসি হান্না খমনুংদা লোয়না লৈজবমলবনি। পোইরৈতোনগী মচানুপা তাপুং সিমিংহনপনা সিববা মতুংদা খমনুংদা অমুক হনখি। খমনুং হায়বা অসি মীওইবনা তেংবান্দা লাক্ক্রিঙৈদা হান্না লৈরমলবনি। তেংবান পুম্বী লোযবা মতুংদা খমনুংদা অমুক হনখি। মসিনি মীওইবনা সাদগী মী ওলক্তুনা, মী ওইববা মতমদা মহাক কনানো, মহাক কদায়দগী লাকপনো হায়দুনা মহাক্কী হৌরকফম অমদি হঙ্জীনফম থিরকপা মতমদা, ৱাহং হংবা হৌরকপা মতমদা, ফংখিবা অহানবা পাউখুম। (নোংথক্কী লাইবৈপাক অমদি লৈনুংগী পতালগী ৱাফম অসিদি বৌদ্ধ ধর্ম্মনা অহানবা ওইনা হৌদোবকখিবনি) অসিগুম্বা খমনুং অসি অতৈ কবিসু নত্তে পলেম ইমাগী সিয়োম অসিনি। সামানিজমদা অসিগুম্বা লৈনুং লম্বী অমা ফাওদুনা, ঐগী হৌরফম অদু তান্না চৎলিবা থৱায়গী লম্বী অমা য়াম্না মরু ওইরিবা অসি মৱম অসিননি। মরমদি অহাংবা অমম্বা সিয়োম অসিনা পুম্নমকনি, তেংবান পুম্নমক্কী মরূ পুম্নমক লোৎতুনা, থুপ্তুনা, মফম অসিদা লোয়নমক লৈ অমসুং পুম্নমক্কী হৌরকফমনি। সামানিজমদা অহাংবা সিয়োম অসি করিনো, কনানা সেম্বনো হায়বগী ৱাহং লৈতে। কোম্না মোনোথিজমদা তেংবান মপু অমাঃ ঈশ্বর, অল্লাহ, গোদ থোকলক্লবা, সেমগৎলবা তুংদা, মহাক কনানো, মহাক কবম্না ওইবকই হায়বা ৱাহং লোয়খিবা, ৱাহং লৈতবা হায়বদি মহাক

মথন্ত অদুম লেংদনা লৈজরম্লবা অদুনি। মতাং অসিদনি লাইনিং লম্বী রিলিজন অমগী পচ্চুংদি ব্রাহং নত্তে, পাউখুম নত্তে, নোলেজ নত্তে, পুক্নীংদা ফাওরকপা, ঙানথোরকপা ইনতুয়েসন (intution) অদুনা পিবা ব্রিসদম অদুনি হায়না হায়রিবা অসি।

বিহার অমদি বেঙ্গোলদা পালসিংনা পাললিঙৈগী মতমদা মসক নাইবা অচৌবা বিস্ববীদ্যালযশিংনা. নালন্দা, সোমাপুরী মহাবিহারা, মিনামতী, বিক্রমসিলা, ওদান্তপুরী মহাবিহারা, জগতদালা অসিনচিংবা অচৌবা বৌদ্ধ লম্বোইবসিংগী মহৈ তমফম অমদি নৈন্নফম কয়ামুক লৈবম্মী। ফা হিয়ান, যু য়েন সাং অমদি আই সাংনা ৭ সুবা চহিচাদা নালন্দগী লম্বোই সঙ অসিদা বৌদ্ধ ধর্ম্মগী অঙনবা মতমগী মসক, কোন্না হিনায়ানা হাযনা থোবকখিবা অসি য়াম্না চাউখৎনা মপান ফনা লৈবম্বদু পল্লম্মী। বেঙ্গোলদা পাল নিংথৌসিংনা মপান ফগৎলকপগা লোযননা হায়বিবা লম্বোয়সঙসিং অসিদা মমাংগী গুপ্তসিংগী মতৌওম্না যাম্না লিববেল ওইবা মওংদুদা চৎথবকপগা লোযননা তন্ত্রয়ানা নত্রগা তন্ত্রীক স্কুল অসি থোবকখিনি। মুগলসিংনা বিহার অমদি বেঙ্গোল লোই চনখিবদগী হাযবিবা লম্বোইসঙ বিস্ববীদ্যালযশিং অসি মরু ফংনা থুগাযখিবদগী মসিদা লৈবম্বা লম্বোইবসিং অদু থংনবা লৈবাকসিংদা চংখিবনি। মণিপুরগা ঋযদগী নক্লবদা মরু ওইনা সাহাজীয় স্কুল মসক থোক্লা চাউখৎখিবা বঙ্গলাদেসকী কোমিলা দিষ্ট্রকতা লৈবম্বা মিনামতীগী বিস্ববীদ্যালয় অমদি চিতাগোংদা লৈবম্বা পন্দিতা বিহারা অসি পনবা যাই। মণিপুরগী তম্পাকলম অসিদা অঙনবা মতমদগী হৌনা সা-লান্দা থরায যাওবগী মতিক, ঈশৈ-জগোয় অমদি হিবী কোম্বানচিংবা লাইনিং লম্বীগা মবি লৈনবা ব্রাংঙুলোন্দসু থরায় যাওবম্বা মতৌদি লাইবিক অতৈমক যেংদ্রফাওদা চৈথাবোল কুম্বাবা অসিতা য়েংলগসু খঙবা ঙম্মী। লৈথক লৈখারোল হায়বা লাইবিক অসিদা যাওবিবা অসিগী মতুংইন্না মীওই খরদি হিন্দু ধর্ম্মগী সংস্কৃত লোন্দা ইবা লৈসেমলোনগা মবি লৈনবা ব্রাবী পুন্নমক অমদি মরুওইনা পালি লোন্দা ইবম্বা বৌদ্ধগী লৈসেমলোন পুন্নমক যাম্না মমুৎ তানা নৈনদুনা খংলম্মী হাযবা উই। অবিবা বেঙ্গালী লোন্দা ইখিবা, মরুওইনা আধ্যাত্মগী মরমদা কুপ্না খঙলবা মহাযোগী ওইনা সিংথানখিবা মসক নাইবা কবি খবতনা ইখিবা চর্ষা ঈসৈগী মওং কয়া-

- -

অচৌ অসাংনা ময়াইদা
চাকনিবনা মতাইদা

.

## সুমন্ত্রবা সঙ্গোমনা
## হঞ্জিনবা য়াবয়া

(দা সুকুমার সেন: হন্দোকপা হিজম গুন সিংহ: ১৯৮৯,৩৩)

অসিগুম্বা মওংগী ঈসৈসিং লাই হরাউবদা য়াম্না য়াওরি। পনবা য়াবদা নোংপোক পান্থোইবী পাউসা ঈসৈ ওইনা লৈরিবা 'ঈসিংবু সাইদুনা য়োৎপরা, নুংসাবু সাদনা ফৌকংবী নোংবুদ চুদনা সাইচোৎপী' অসিনচিংবা। মসিগুম্বা ঈসৈসিং অসি সেম্বদা বেঙ্গোলগী চর্যা ঈসৈগী সাহম খবা য়াওবন্নসু য়াই। মতাং অসি পল্লবগী মরমদি মীওই খরদি বেঙ্গোলি লোনসু নিংথিনা খঙখি হায়বনি। ঐখোয়গী ময়াই থংবা সাহিত্যগী ইতিহাসতা কৃত্তিবাসকী রামায়ননচিংবা অচৌবা লাইরিক কয়া হন্দোকপগী অচৌবা খোংহৌ অমা লৈখিবা অদুনসু রাফম অসি অচুম্বনি হায়বা তাকলি।

মসি লৈদুনসু য়াম্না পুক্নীং থিংজিন্নীংঙায় ওইবদি ঐখোয়গীত ওইবা লৈসেমলোন অমা, তন্ত্রীক বৌদ্ধিজমগী অহাংবা সুন্যাগী মসক ওইবা, ভগবান বুধগী মসক্তা য়ুমফম ওইরগা, ঐখোযগীত ওইবা তিং কোক সিদবা হায়বা মমিং অমা সেমলগা সাগৎলিবা লৈসেমলোন অসিনি-

''হৌজিক্তি মরম অমা হায়কে। অ তিং কোক কুরু সিতাপনা অপকমা সেমগে নিংলকলে। মচা অতিয়া সিতাপাপু কৌথোক্তুনা  লৈপাক সেমলুও হায়না সিথবকলে . .। অতিয়া সিদবনা লৈবাক অসিবু করম সেমসিবনো হায়না নুংপংনা নিংঙৈতা (মবুক্তা) নিংশিঙলকলে। ঐনা তৌবা অসিদি ওইররোই। গুরুদুম তান্নগে নিংলক্তুনা গুরু তান্না কাখিয়ে। অতিয়া গুরু সিদবাবু গুরুনা করি তৌবা কাবকপনো হংঙমএ। গুরু লৈবাক সেমও হায়বদুবু ঐবু হাক্লা নুংপংলে। গুরুগী নসক উববসু, উদ্রবসুং হক্লা মকিরে গুরুগী নতিকপু খচিক্তা খঙনিংএ তাকপিও হায়না খুরুমচৈএ। গুরুনা হায়এ, ঐগী ইতিকপু খঙনিংলবদি য়েংউ হায়দুনা ময়া কাথোক্তুনা য়েংহনলে। সচিক-থাবা, নুমিৎ-থা, থবানমিচাক, খোংচোমনুপী, নিংথৌ সিদবা, মৈ, ঈসিং, নুংসিৎ অসি খৈবিকপু গুরুগী মপুক মনুংদা ঙান্না লৈরম্ববু উরগা ''গুরু-ও! হক্লা কিরে, খুম্বীরো হায়না (হায়জরবদা) গুরুনা খুমজিল্লবগা অতিয়া সিদবনা মপুক মনুংদা নিংলে, গুরুগী মপুক মনুংদা লৈবা খিবিকপু লৌগে নিংলদুনা গুরুগী মপুক মনুংদা হুনচিনখরে। মপুক মনুংদা অসাইগী লৈবা খিবিকপু হোইগে নিংলদুনা চিথেক মরিদসুং -

আ হৈ হে
হোইরৌ হোইরৌ হোইরৌ
নাকেসে।

হৌইরৌ অসিবু সক্তুনা হোইদোকলে। হোইদোরকপা অদুবু গুরুনা তারদুনা মপুক মনুংদা হনচিন্না য়েংববু অতিয়া সিদবানা লৈরম্ববু উরে। ইপুক মনুংদা লৈবা অসি লৌগে তৌবা ওইরে হায়না নিংলে। ঐনা য়াবিদ্রবদি ফরোই হায়দুনা গুরুনা মহাকুম্বা অমবু গুরুনা সাওইন্দুনা মমাংদা ফমহললে, অদুগা গুরুনা ময়া কাথোকপদা মপুক মনুংদা লৈবা খিবিক্ল্য উরদুনা হী. ঐখোয়না খঙবা অসিদি নত্তবে গুরুদি অসিদদুম লৈরে হায়দুনা জন্না হাথোলকলে। গুরু সিদবনা হাথোক্লকপা অদুসু খৈবিকপু (গুরু মসানা সকচদুনা)-

আ হৈ হে
হৈয়া হৈয়া হৈয়া
নাকেসে।
অসিবু সক্তুনা য়াঙমলে।''

মথংদা লাকপা মরুওইবা লৈসেম্বগা মরি লৈনবা লাইবোনদি পাখংববু লাইবেম্মা তরেৎনা কোয়সিন্দুনা ঔগ্রী সক্তুনা কনবীখিবগী লাইবোন অদুনি। লাইরোন অসিদি লাইবেম্মসিংদুগী মতিক-মগুন সৈথাবনি, তৌবীমন খংবা উৎপনি।

চকপা ফয়েং অমদি অন্দ্রোনা হরাওবদি লাইনুরা তবেৎ অমদি লাইবংথৌ মাপননা লৈশেম্বা (ইবেমহল ২০০০) দা য়ুমফম ওই। মরুওইনা অন্দ্রোগীদি **লৈথক লৈথারোনদা** য়াওবিবা লৈসেম্বসিং গুরুনা সেম্বা, অতিয়া সিদবনা সেম্বা, পাখংবনা সেম্বা অসিনচিংবা লৈসেম-নোংসেম্বগী মতাংসিং অসি লোয়রবা মতুংদা লাই ময়াম অমুক সান্নবিবা অসিদা য়ুমফম ওইবনি-

লাইয়িংথৌ অয়াম্বনা তিংথৌ চিনরে . লাইরেম্মা অয়াম্বনা মায়োন চিলএ। .. সান্নফমদি ব্রাইবং কোনতা সান্নেএ''।

চকপা অমদি লংমাইগী অমাইবোন্দা য়ুমফম ওইবা হরাওবদা তন্ত্রগী মসক হাপচিন্দুনা সেম্বা য়াম্না ফজবা ফুরাগী মসক অমদি লাইবৌ সাবগী মতাং অসিনি। পেনা খোংবনা পেনাদা সকলিবা ঈসৈদি মহৌসাগী অনোইরোল হায়বদি চকপাগী হমেং মেলোংমিংনা সজি তানবা চংপদা উরকপা লাইগী জগোয়, তুবি থিং নাউ

তাউবীনা মবুং থিং লাইরেন পাদগী তমখিবা জগোয়গী ৱারীদা, অমাইবীনা পথাং পুথাং পুথবক্লিবা জগোয়সিং অসিগা লোয়ন লোয়ন্না হকচাং সাগৎলকপগী জগোয় ওইনা তন্ত্রগী মুদ্রাসিং হাপচিল্লকপা অসিনি। মসিনা হেন্না মপুং ফাবা ৱাংউরোল অমগী মসক উৎপা গুম্মী। মীওইবগী হকচাং অসি অপিকপা অপকমা অমনি। খোইদৌ অসিনা মালেম অসিগী সুমেরুনি। সুমেরু অসি লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মসক ওইবা মীওইবগী তিংগী তুংনফমনি। অহাংবা অমম্বা অপকমাগী মসক ওইববা সিযোমনুংদা তেংবান অমগী মসক ওইবিবা অঙাং অমনা মথং মথং মপুং ফাবকপা অদু উৎপনি। সাবিবা সক্তম অসি নুপীনি, তাইবংগী মমানি। সক্তম অসি মপুং ফাবক্তুনা থৱায় হাপলবদা, তেংবান্দা মী ওইনা পোকলবদা ইরু সান্দেংবা লোয়বগা মথং মথং যুমসাবোল সমথবকই। অমাইবীগী জগোয খুৎথেকতনা যুমসাবোল অসিদা চুক যুংই, পবিং হুল্লি, উখুল তৌদুনা যুম্বীবেল হাপতুনা হুমদাং যানবনচিংবা লোযবগা ই কুপ্পী অমদি সাই ককতুনা যুম সাবা লোযশিল্লি। অমাইবীনা হায় হাযবগা মযাম্না খুম খুমদুনা সাবিবা জগোয়, লিবিবা ৱাবী, লাইবোন অসি লৈথক লৈখাবোন্দসু যাওবি -

"লৈয়াইবেন্না লৈ (লৈপাক) হোংজে, লৈককলেন্না লৈ চিংজে। থৌপীলৈমা লৈজাওবীনা লৈপাক চাওজে, পিসিন্নু লৈফুনবীনা নোংপোক পাংনা লৈফনজেএ, ঙাঙোইনু লৈবাম্বীনা নোংচুপ পাংনা লৈ লামজখিযে, লৈতিনবীনা লৈবাক তিনজখি। লৈচিকপিনা লৈবাক চিকচৈ, লৈথম্বীনা লৈপাক থমজেএ। লৈখোম তাওবীনা লৈব্যক তৌজৈ, মালখোম তাওনা ককলু মালু ককসা মানসাজখিএ। মানসারিক্লা যুমহৌ-কৈহৌনা তমজেএ, সিলচালাইনা সিল তমজখিযে। লাংতেমনুনা লৈপাক সেমজ নানজনৈএ। সুমসিললোংনা উয়েল-ৱাযেল তৌজৈএ। চিংনু-চাংনুনা ফুসা-ৱানসাজৈএ। কমপোং ফূবৈফানলৈ কোইপীনা ফুতোং ৱাছেংজৈএ। সিং ইক্লা মৈ যাংবা তমজৈএ। যুকোই সংকোইনুনা হীওই য়াইওইজেএ। লোকনু খোমনুনা ফৌ ওইজৈএ। হৈনু লৈমনা লৌ উবা তমজৈ। অকুবীনা ফৌ সংজৈ। পাউহৈনুনা সল সেনজেএ। পাউ হাইবেন্না সল খোমজৈএ। সুমতেনুনা ফৌ হোনজেএ। চীনখুবী লাইতোংলেন্না পিং পিং খোংনা ইমলক্তা কৈরক্ত থৌজেন লানজৈএ।"

মসি সাগৈগী মৈহৌরোল খুদিংগী, অপোক লোন খুদিংগী লাইরেম্মা অমগী মমিং হান্না পিবম্বা, লৈমা কাংখল, লৈমা লাইনৌ তাবী, লৈমা লাই সৱাং (লাইসরা) নচিংবগী মতমগী, তেংবান অসিদা মীওইবদা তকপী তম্বীরকখিবা পুন্নমক অমাইবীসিং

অসিননি হায়না থাজনদুনা লৈখিবা, খ্বায়দগী লিরবা লাইরোন অমা, মপোক কায়দনা লাইবৌ সাবা অসিদা কায়দনা হাপ্তুনা থম্বা উই। অসুম্মা সারিবা লাইবৌ অসি মতম অমদা লাংদে পুণ্ডজাও য়েদুনা, জগোয় সাদুনা য়াওরিবা অমদি য়েংলিবা পুম্নমক অমাই-তেংবান অমদা পুলপ্পা চংমীন্নদুনা থবায় পুম্নমক, থবায়গী তিং অদুগা সম্নবগী, অপেনবা নুংঙায়বা ফিভম অমদা থম্বা ঙমহল্লমী। মবমদি সাহজিয়া স্কুলগী মতুংইন্নসু অসিগুম্বা কলাগী অপেনবা নুংঙায়বা অসিনা মীওইববু অবান খুবম ফংবা ঙমহল্লি হায়না থাজরম্মী-

"অপেনবগী অবোইবা ঙমখে (সহজ) ফংলবদা তিনখি আত্মাদো অহাংবদা (অতিংকোক্তা)।"

লাংদে পুণ্ডজাও অসি হৌজিকসু লাই হবাওবগীদমক অয়াম্বা চকপাসিংনা চেকসিন্না লাইবুংদা লাৎতুনা থমলি।

লমদম অসিগী মীওইনা অঙনবা মতমদা লাইগীদমক তোঙান্না লাইসঙ সাবকতে। থবায়না লৈবিবা হকচাং অসি লাইসঙনি। মীওইবগী অহানবা অমদি অবোইবা ময়ুমদি মমাগী সিযোমনি। য়ুম অসি মমাগী মসক ওইববা লাইসঙনি। তাইবংমীনা মমাগী সিযোমনুংদা লৈবিঙে খোইদৌ অসিদগী মমাদগী চানবা ফংঙি। খোইদৌ অসি থবায়গী লৈফমনি। য়ুম অমগী মযাই চপ চানা, য়ুমগী খোইদৌগী, মফমদা ফুঙ্গা লাইরু ওইনা মৈ হৌদুনা লাইবেম্মবু লাৎলি। মমা লাইবেম্মগী মীপোক মীসেম্বগী মতিক মঙন্দা সাগৎলিবা লাইবোন অসিগা বৌদ্ধ তন্ত্রদা জ্ঞানগী মসক ওইনা, মীওইবগী হকচাংগী খোইদৌ অসিদা লৈবা মণিপুর হায়বা চক্র অসিদা লৈ হায়না থাজনবা প্রাজনা হায়বা লাইবেম্বী অদুগা চাংদমনবা য়াই। মসি হান্না ঐখোয়গী লৈজবম্বা অমাইবোন অদুগা চান্নবা, নক্লবা, ইবাই লায়না লৌবা ঙম্বা অদুনা মবম ওইদুনা লৌখিবনি হাযবা য়াই। ঐখোয়গী অমাইবোন্দা লবায লেম্ফু অমদি খোইদৌ অসি য়াম্না মক ওই। হিন্দু তন্ত্রদা যাম্না মকওইবিবা, য়াংগী অবোইবা সকক্তা লৈবিবা মুলাধরদা, লিন অমগী মসক্তা কুন্দুনা লৈবা কুন্দলিনী অসি নুপীগী মীপোক-মীসেম্বগী সক্তি অসিনি। হিন্দু তন্ত্র অসি ঐখোয়না চপ চানা লৌখিদে। অদুবু মসিনা মৈহৌবোন্দগী লাৎলকলবা পাখংবগী মসক অসিদা অনৌবা মসক অমদি মহাও হাপকৎলকখি। প্রাজননা পান তুবি পানখোইবী ওইনা অনৌবা মসক মচুদা হৌগৎলকখি। বৌদ্ধ তন্ত্রদা য়াম্না মকওইরিবা জ্ঞানগী মসক ওইরিবী লাইবেম্মা প্রাজনা অমদি হিন্দু তন্ত্রদা য়াম্না মরু ওইবিবা নুপীগী মীপোক মীসেম্বগী সক্তি- তেংবান অসিবু ওইহল্লিবা তিংগী মসক ওইরিবা কুন্দলিনী

অসিনা হান্নগী থিং কোক লাইরেম্মগী মসক অদু অমুক হন্না হিংগৎহনখি। তন্ত্রীক বৌদ্ধীজমদা সহজ নংত্রগা সুন্য ওইনা লৈবিবা মিস্তীক বুধগী মসকপু অতিংকোক কুরু সিদবা ওইনা থোরকপগা লোয়ননা থিং কোক লাইবেম্মসু লৈমরেন সিদবী ওইনা থোরকখি। অতিংকোক অমদি লৈমবেন অনি অসি অমতনি। তেংবান অসিবু ওইল্লিবা পি অমদি পাগী মসক অদুগী অপুনবা মসকনি-

লুমাং সমবুন লৈবগা
পল্টৌ কৌবদা হাও হায়না
খুন্না।।

লুতুং সম্বুন লৈবগা
পলেম কৌবদা হাও হাযনা
খুন্না।।

লরাই সম্বুন লৈবগা
কুক হায়না কৌবদা
হাও হায়না খুন্না ।।০।।

কুরু অসিদি অহাংবনি, সুন্যনি। অমবোমদা তেংবান পুন্না, লেংলি-পাল্লিবা পুন্না পোকহল্লিবা সুন্য অসি সিয়োমনি। অতিংকোক কুক সিদবা অসি মাগী মিস্তীক ওইবা মসক, সুন্যগী অহাংবা মসক অদু কাযহন্দনা থমদুনা, মাগী ফুবা মুর্ত্তি সাদুনা হৈখিদে। অদুগা লৈমবেন সিদবী অসিনা অতিংকোক্কী মপানথোংগী মসক ওইনা মুর্ত্তি হৈদুনা মথন্তা নাইতোম ফমদেংহন্দুনা থমখিবা মুর্ত্তি অদু ঙসি ঐথোয়না হয়িং খোংবানগী ফুরা মনুংদা উবা ফংলি। সিদবী অসি কুরুগী মতৌগুম্না উমংলাই ওইনা খুবম য়াদুনা উমং লাই হরাওবগী লাইথৌসু পাংথোকহনদে। লাই কাসা, লাই-ব্রা হায়বা . তাইবং খায়বা সনামহি অসি অতিয়া সিদবা অসিবা হায়বা মিংথোন পিদুনা অতিংকোক কুরু সিদবগা অমতনি হায়বা উৎতুনা মহাক্কী মতিক-মগুন হাপকৎতুনা **লৈথক লৈথাবোনন**চিংবা লাইরিক খরদা ইদুনা হোৎনরবসু, লাই হরাউবগী লাইবুংদা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা অনিমক চপ মান্ননা কোমায় হাপতুনা, চপ মান্নবা ফিজ্জেৎ লৈতেংদা, চপ মান্নবা লাইসোন· 'লাইনিংথৌনসু হেন্দে লাইরেম্বীনসু হেন্দে' হায়দুনা থমলবসু লাইনিংথৌ সনামহি অসি লৈমরেনগা পুন্না ফম্বাল অমতদা থাংগৎতুনা ফমদেংহন্দুনদি থনমদে।

খ্বাই নোংচেংবমগী নাইচা তম্বা নুপা অমনা তাও হুই রেং অহনবাবু খোইচু তেন্না থাদুনা হাংপ্রবদা তাও য়োই নাই অতোনববু মম্নানুংদা লোৎতুনা থম্বীখিবা তুবি থিং কোক লাইরেম্মা, অতিংকোক কুরু সিদবগী অথুপ্পা পুন্নমক তাকথোক্তুনা পাথংববু ফম্বাল কাহন্দুনা লাইগী নিংথৌ ওইহনখিবী লৈমরেন: হয়িং খোংবানগী লাইনিংথৌ সনামহিগী ফুরা মনুংদা মথন্তা তোঙান্না ফমদেংহন্দুনা, মুর্তি ওইনা হৈদুনা লেংশিল্লিবী লৈমরেন সিদবী অসিনি, নুপীবু য়াংনা থমজে হায়দুনা পোংজরিবা তম্পাক্কী নাৎকী য়ুমফমদি। লুহোংবা নুমিৎতা মচানুপাগী মঙ্গলগীদমক্তা মচাগী মাং থাদুনা চৎলিবী মমা, কংলৈ লাই হরাওবগী লাই লৌখৎপদা অমাইবীনা সরিক পায়দুনা খ্বাইগী মাং থাবা, চকপা ফয়েংগী লাই লম থোকপদা য়াওসোক পুবীনা সম নমদা পোদুনা মাং থাবা, তাংখুলগী তরুং য়ুংবা হায়বদি উক্রোং-হোংবদা য়ুম্বু ওইন্নিবী নুপীনা সম নমদা পোদুনা খ্বাইগী মাং থাবা, কবুইগী তলংকাই নৎত্রগা অহোংয়ুম সঙ কাবদা য়ুম্বুগী নুপীনা সম পোদুনা অহানবা ওইনা মাং থাদুনা (সঙ কাবা), মচানুপানা মপুংয়াই মন্দালা নৎত্রগা মান্দপ মনুংদা চংদুনা ফমপ্রবদা, মীনা খুকমদুনা পোৎয়েং পিবদা ঙক ফাওবা লেংদনা, হৌগৎ-কাংখৎপা তৌদনা হিবি কোন্দুনা ফমলিবা মমা অসিনা লুহোংবগী চাউববা থৌবম অসিগী থৌবুরেলনি। নুপী ময়ুমনা ঙাই-সেন ওইবগী মরি উৎতুনা, ফি অমা ফনেক অমা তমদুনা কুজববিবা অসি মমাদনি, মৌ ওকপা, ময়া ওকপা, ক্বা লান্নবা, ঙা থাবা, যাত্রা পুবা, ফিরুক-নুংসাং কায়বা, কুথি লৌনবা অসি খিবিক মমাগী থবক ঙাক্তনি। অঙাং পোকপগী য়ুপান থাবসু মাইবী অমদি মবেনগী থবকনি। সিবগী থৌবমদা, মতম অমদা অসৈবী অমা নেকলগা, লৈখিদ্রবা মীদুগী মতিক-মগুন সৈথাদুনা তেংথানহলম্মী। চকপা ফয়েংগী সিবগী থৌবমগী অরোইবা, খ্বাইগী মরু ওইবা থৌবম অসি মীসুবীগী থবকনি। চকপা লমলাং অমাইবীবু অসৈ য়াংপী লাই হায়না সৈথারিবা অসিনা অঙনবা মতমগী খুন্নাই অমদা ঈসৈ সক্তুনা লাইগা তায়নরিবা অমাইবী অসি য়াং হায়বদি খুলগী লৈমা ওইনা লাইগী থাক্তা হায়বদি লাইয়িংথৌ ওইরম্মী হায়বনি। মসিগী য়াফম অসিনা য়াক ওইদুনা লৈখিবা খুন্নাইগী সক্তম অমদা য়ুমফম ওইদুনা হৌজিক্কী খুন্নাই অসি মথং মথং পাকথোক চাউখৎলকপনি হায়বা য়াই। অদুম ওইনমক মৈদিংগু চিংথংখোম্বগী মতমদা উ মঙ লাই লাংপগী নাৎতা য়ুমফম ওইদুনা লিংখৎখিবা শ্রীগোবীন্দ (ইবেমহল ২০০০) গী মুর্তি অসি অহানবদা বাসেশ্বোবী য়াওখিদে। শ্রীগোবীন্দ অসি মপা মপু পোকপা পুকোক লাই ওইনা উক্রোং হোংদুনা লৌখৎখিবনি। অমরোমদা হায়বগা কাসা লাই, লাই-বা হায়বা সনামহিগুম্বনি। কোন্না হাপকৎখিবা বাসেশ্বেবী অসি শ্রীগোবীন্দদা কংখিবী মজাইবেম্মগী মুর্তিনি।

লাইদা নুপী কংপা, অমদি লাই হবাউবদা লাই নুপী থিবা অসি ফুরা লাই চাওখৎলকপগা লোয়ন লোয়ননা চৈথাবোল কুম্বাবাদা য়াম্না মরাং কায়না ফংই। মসি করিনো হায়বদু মতাং অসিদা নৈন্নজদ্রে। মৈদিংঙু চীংথংখোম্বনা মণিপুরবু মপুংফাবা হিন্দু লৈবাক অমা সেমগৎলকপগা লোযননা হিন্দুগী লাইসিংগী লাইসংদা ব্রাহ্মন পুজারি নুপাতমক চংহন্দুনা, হান্নগী ইরাৎ-থৌনি মখল খুদিংমক্তা বামোন পুজারি হাপচিন্দুনা অমদি সতী ফাওবা হৌদোক্তুনা য়াম্না কন্না হোৎনবমগ্রে। মসি লৈদুনসু মণিপুরদা মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা পুসিলকখিবা লাইনিং অসি বৈষ্ণব ধর্ম্মগী খ্বাইদগী বাংবা মিস্তীক ওইবা মসক অদুনি। বৈষ্ণব খুদিংমক্তা সিবা মতমদা রাধা ভাপ ওইনা, নামৈ য়াওদবা লম্বোইবগী ফি সেৎতুনা মসামক নুপী ওইনা, বাধা ওইনা লৌজবগা শ্রীকৃষ্ণদা অমত ওইনা তিনজবনি। তান্ত্রীক বৌদ্ধিজম নৎত্রগা হিন্দুদা প্রাজনা অমদি কুন্দলিনীবু নুপী ওইনা, নুপীগী লৈসেম সক্তি ওইনা লৌরগা, লন্নায় য়ৌনা কাখৎলক্তুনা লান্নাইদা লৈবা সহারসেষ চক্রদা লৈবা বৌদ্ধদা সুন্য অহাংবা, অদুগা হিন্দুদা শিব মহাদেবগা অমতা ওইনা পুনখিবগী বাংঙুবোল অদুগা, অবিবা অমাইলোন্দা অমাইবীনা তিংগী হৌরকফম তান্না থন্নায়গী খোংচৎ অমদা চৎতুনা তিং অদুগা অমত ওইনা তীন্নকুবগা কান্নরবা পাউ লৌরকপা অসি পুম্নমক অমতনি খেনবা লৈতে।

তন্ত্রদা তিংগা অমতা ওইকবা মওং অসি নুপা নুপীগী মবিদা মসক তাকলিবা অসি সামানিজমদসু লৈবকখ্রবনি। অমাইবীসিংনা লাইগা সম্নবা ফাওনবা অসিসু মওং অসিদনি। কেলতকী অমাইলোন্দা অমাইবী নৎত্রগা অমাইবনা মশক ওন্দুনা চৎপা থন্নাযগী খোংচৎতা মতেং পাংলিবা থন্নায অদুনা মসক লৌবগা লাকলিবা সা নৎত্রগা উচেক অদুমক্কী মসক্তা, লাবা অমোম অদুগী মতুং ইন্না হাযবদি লাবা ওইরগা অমোম, অমোম ওইবগা লাবা ওইবগা পাদিন্নদুনা অমত ওইনা নক্না লোযনবগা পাউ লৌই। কৈলাস চীংগী চীংদোন্দা শিব মহাদেবগী মফমদগী পাববতীনা লুর লুববা ন্নাহং হংদুনা ফমম্মীনবিবা অসিনি। কনাগুম্বা অমদগী থাঙ্গৈসেংবা অথুপ্পা জ্ঞান ফংনবগী লম্বীদি অসিখক্তনি। অদুবু মসি থন্নাযগী ওইনা তিন্নবনি, নুংগি য়ানি, মিস্তীক এক্সপবিবেন্সনি।

মসিগুম্বগী পুম্নী মওং অমদা ভাপ তানা লৈতানা চংদুনা মিস্তীক এক্সপরিয়েন্স অসি ফংনবগী লম্বী, য়েলহৌঙৈদগী হৌনা সমাজনা অমাইবীসিংদা পীদুনা লাকখি।

"হিমালয় চীংগী চীংসা নাপোমসিংদা খুন্দাবিবা কাংবু, মরুওইনা অস্ত্রীকসিং অসি মতম সাংনা মমানা মকোক থোংবা, লুহোংলবা মতুংদা নুপীনা নুপী ময়ুমদা লেংদনা লৈবগী চংনবী, মেত্রিয়ার্কেল সোসাইতিদা য়াম্না সাংনা লৈরম্মী। তৈরেইন

দি লাকৌপেরৈ (Terrain De Lacoupeie) গী মোৎ মতুংইন্না চীনাগী খা নোংচুপ লোমদা তিব্বতগীনা মণিপুর চিতাগোং অসি ব্রাইগী মফমসিং অসিদা খৃ: কুম ৭৪২ গী মতম ফাওবা নুপীনা ঙাকপা লৈমা (নিংথৌ) ওইবা লৈবাকসিং সন্দোক্লুনা লৈরম্মী (in A R Colacohoun, 1985 XXXIX-XI) মেঘলায়া ষ্টেটতা হৌজিকসু মেত্রিয়ার্কেল সোসাইতিদা লৈবা কাংলুপ অনি লৈরি। মৈতৈগী লাইনিং লাইসোনগী থবক্তা নুপীনা মাইবী ওইনা লাইগা হকথেংননা লাইগা ফাওনদুনা লাইবাউ হায়বগী চংনবী অসিনা অঙনবা মতমদা মৈতৈসু মেত্রিয়ার্কেল সোসাইতিদা লৈবম্মী হায়বা তাকলি। অঙনবা খুন্নাইদা লাইগা ফাওনবা লাইবাউ হায়বা অদুনা লাইনিং লম্বীগী (খানিং মিকোনগী) লুচিংবা অমদি কাংবু অদুগী মকোক ওইনরম্মী। নোংদা লাইবেন পাখংবনা মপানা মকোক ওইবা, মপাগী মিংদা মচাগী মসক তাকপা পেত্রিয়ার্কেল খুন্নাই লিংখৎতুনা মপা লাইগী সক্তম সাগৎপ্রবসু, লাইগা ফাওনবা সমনবা মাইবীগী থবক অমদি ইন্সটিটিউসন অদুদি হোংবা লৈতনা চৎথরক্লি।

লৈবাক অসিদা মাইবীগী কাংলুপ অসি সমাজদা মসক নাইনা থাক ব্রাংনা লৈবকলি। মখোয়না লাইবোন তিনলোন (তিংলোন) অমদি ঈশৈ জগোয় সুদুনা লৈবাক্কী ইবাৎ থৌনিগী থবক পুদুনা লৈবনা নুপীশিংনা ইমুং মনুংদা কতীন ওইনা হোংবা কায়বা অমদি লেপ্পা লৈতনা নোমলিবা থৌসিং অসিনা মখোয়বু পুনদে। মখোয়না কলাগী জগৎ অমদা মপুং ফানা লুপতুনা মসাবু ফোংদোকচনবগী খুদোংচাবা লৈবাক খুন্নাইনা পী অমদি মহাক্কী শিনফম অদুনা মসাবু থাকচদুনা মীপাল তাংদনা হিংবা ঙমজে। মসিগা লোয়নননা মাইবীগী পুক্লীং অমদি হকচাং অনিমক যুমগী নুপাগী মখা পোনবী ওইনা হিংদে। মাইবীনা মসাগী সিনফমগা মরি লৈনননা ব্রারেপ লৌরকপা মতমদা মহাক্না তৌবিবা থবক অদুগী অমদি ফিভমগী মতুংইন্না মসানা লৌজে। নুপা নুপী যুম পান্দুনা ফমদিন্নবদা মাইবীনা য়েংথংবদা হিপ্লি। লাইগা হকথেংনবী ওইবনা মাগী যুমগী নুপাগা লৈনবিবা মবি অদুনা মাবু পুনদে। অমরোমদা হায়রগা অমাইবীগী সেক্সুয়েল লাইফ অসি কনাগী মখা পোন্দনা মনিং তম্না হিংই। কনাগুম্বা ক্রিয়েতিভ আর্টিস অমনা কলাগী খোংচৎ অমদা মসাবু মপুং ফানা ফোংদোকচবদা য়াম্না মক ওইরিবা, মথন্তুগী নুংগী তাইবং অমদা মথন্তা মপুংফানা (অতোপ্পদা তাংদনা) হিংবা ঙমজবা পুক্লীংগী ফিভম অমসুং মসিগী খুদোংচাবসিং অসি মাইবীনা কুইরবা মতমদগী ফংজদুনা লাকলি। লাই হরাউবদা মাইবীনা সারিবা জগোয় অসি লাইনিংথৌ অমবু ইকায়খুম্নবা উৎতুনা, মাগী মতিক মগুন লৈথাদুনা নৎত্রগা হকচাংগী থেকখোয়বা নিংথিবা সাওং সাথেক উৎতুনা, নিংথিবা মুর্তি ময়াম নিংথিনা সেমগৎ সাগৎতুনা,

**অমাইবীঃ মণিপুরদা সামানিজম**

**জগৎকী মপুবু ইখৌ লাংজবগী নৎত্রগা মত্তোন্দা তীনজনিংদুনা সাবা কৎথোকপগী জগোয় নত্তে। পুন্নক অসি নৎত্রগা লাইনিংথৌ অমগী ইংলীৎত্তা মাগী অনিংবা মতুংইন্না সাবা জগোয়সু নত্তে। মণিপুরগী অমাইবীনা সারিবা জগোয় অসিদি নুপীগী লৈসেম সক্তিগী মতিক মগুন ফোংদোক্তুনা, তেংবান অসিগী হৌরকফম অমদি হঞ্জীকফম ওইরিবা মমাগী অথূপ্পা সক্তিগী, মপান নাইদ্রবা ময়াই অদুগী অঙকপা অথুপ্পা পুংলোন্দা, অদু ওন্থা মযাই অদু ফোংদোক্তুনা সাবা জগোয়নি। জগোয় অসি ইরাৎ থৌনিগী সরুক অমা ওইনা মী অমসুং লাই অনি ফাওনবগী মাইবী থক্কা থেংনবা অথুপ্পা এক্সপরিযেন্স অমা ফোংদোক্তুনা সাবনি। (মেমচৌবী ১৯৯৯)।**

মণিপুব তম্পাক্কী অমাইলোন্দা মাইবী লাই তোংবা হায়বা বাহে অসি হৌজিক লৈবিবা ফুবা অমাইলোন অসিগী চপ চাবা ৰাহৈনি। অমাইবীনা সবিক অমা খিং খিংদুনা ঈসৈ সক্লগা, থায়নদগী চৎনরক্লবা তেক্লীক অমা সিজিন্নদুনা সোব অসি সান্নবগা অমদি হকচাং অসি নিকপগী তেক্লীক অমদা নিকপা হৌবগা কুন্দলিনী কাখৎহন্দুনা সান্নবনি (OSHO MEDITATION)। যাংগী অবোইবদা লৈবা মুলাধব চক্রদগী কুন্দলিনীনা থক্তা হায়গৎলক্তুনা লব্রায লুতোন্দা লৈবা সহাবসেষ চক্র অসি যৌবকপা মতমদা ফংবা, থৈনা পেঞ্জবা নুংঙাযবা মীৎকুপ অদুদা, পানগী অমদি মীওইবগী পুক্লীংগী ঙমখৈ নাইবা মীৎযেংগী ৱাংমদা লৈবা, নুংগি অহুমসুবা মীৎ অনচি (Anjana) অসি পাংথোবকই। মীৎ অসি পাংথোবকপা মীকুপ অদুদা হৌখ্রবা, হৌজিক অমদি লাক্কদৌবা অমতা ওইবক্তুনা তুংগী ৱাফম কয়া উবা ঙমলকই। মতাং অসিনি মাইবী লাই তোংবা হাযদুনা লৈবিবা অসি। লাই তোংবা লোযবগা লাই কাখ্রবা মতুংদা মাইবীনা সরিক থাদোক্তুনা, নিকপা লোযবগা, হুমাং হন্দোকলবা মতুংদা ঙসাই মহাক্লা থেংনখিবা অদু অমুক নিংসিঙবা ঙমদনা কাওখিবা, (এমনেসিয়া) অসিগী মওংনি। হৌজিক্কী অনৌবা মতমগী সামানিজমদা নৌনা থিজিলকপা কাংবুনা অমুক হাযবিবনা লাই অদুনা তোংলবা ওইববদি অসেংবা সামানিজম নত্তে। থাঙ্গৈংসেংবা সামানিজমদি লাই অদু সান্নগদবনি অসিনি। মীৎয়েং অসিদা যেংলবদি নেত্তিপ আমেবিকানশিংগী সামানিজমসু অসেংবা সামানিজম নত্তে হাযনা হাযবিবনি। অদুম ওইনমক মণিপুব তম্পাক্তা কুইরবগী মতমদগী হৌনা সামানিজম মওং অনি হায়বদি লাই সান্নবা অমদি লাই তোংবা অনিমক লৈরমলে। চকপা লম্লাং অমাইবীগী একাদেমী, সঙলেন্দা লাই সান্নবগী কলা অসি চৎথবম্মী। লাই তোংবা অসিনা ফুরাদা উবি। লাই সান্নবা অসিদি হৌজিক অমাইবসিংগী ওইখ্রে। মসি মখোয়না করম্না তেক্লীক হাযবদি হান্না য়েলহৌঙেদগী লৈজরক্লবা অমদি তান্ত্রীক্কী স্কুলসিং চংলকপদগী হাপচিলকপা

অমদি অনি অদুগী অপুনবা অদুনা করি করম্বা সকওং ওল্লকপা অসিনচিংবা অসি নৌনা থিজিল্লুবগী মথৌ তারি। হৌজিক্কী মতমদা মক ওইনা আমেরিকা, য়ুরোপতগী হৌরগা ইন্দিয়াদা তন্ত্র অসি অমুক নৌনা য়াকাইরক্লুনা মওং মওংগী নিংসাগী অমদি হকচাংগী তোঙান তোঙাম্বা ফিথুপ কয়া অমা অমুক পুথোক্লবক্লুনা য়াম্না সাইন্টীফিক ওইবা মওন্দা লুর লুরবা পুক্লীং অমদি হকচাংগী অনাবা কয়া লায়েংনরক্লে।

চীনাদা, জাপান্দা তান্ত্রীক বৌদ্ধিজম অসি চংলকপা মতমদা হান্নগী মখোয়গী মরুওইনা তাউগী খানিং মিকোনগা পুন্নীন্দুনা স্যান নৎত্রগা জেন হায়দুনা থবায়গী পুন্নীবোল অমা মসক থোক্লা চাউখৎখিবা মতমদা অচৌবা হুয়েল লাংলোনগী হায়বদি পানগী হকচাং অসিসু নাদ য়েক্তনা নিংথিনা থমদুনা য়েক্লবদগী ঙাকথোক্লবা কলা অনিমক চপ মান্ননা চাউখৎখি। ঐখোয়গীসু চপ চানা থবায অমদি হকচাং অনিমক তিং লৈনা হিংনবগী কলা অসি চাউখৎখিবনি। লাইবোই লাই হবাওবগী নুমিৎকী নোংঙানবদা লমজেন, সগোল কাংজৈনচিংবা সান্নখোৎনবগী মতাং অমা কায়ফদ্রবা লাইগী থৌবম ওইনসু থনমলি। কাঙবা নিংথৌ লৈমা কাংখলনা পানখি হায়না থাজনবিবা কাংঙমুং অমদি হৈক্রুজম খুলদা হৌজিকসু মহৌসা যেলহৌঙৈগী মতৌগুম লাইবোই নোং ভানবগী মুক্না, কাংজৈ, লমজেননচিংবা অসি কায়বা লৈতনা পাংথোকলি। মৈদিংগু চীংথংখোম্বগী মতমদা কুম্বাবাগী মতাং অমদা লমজেন্দা য়াংনা চেনখিবী নুপী অমগী মমিং ফাওবা লা চন্দুনা থম্বীবম্মী-

'লমদা থা থাঙজনা হল্লে। ২৭ নি সগোলসেন্দা হৈক্রুজমগা কাংঙম্মংগা কাঙজৈ সান্নেএ। হৈক্রজমনা ঙমএ। নুপী মসেন লমজেন তানএ। কাংঙমুং নুপীনা নায়এ। রাইখোম নাউসেক্কী কুর্মদি সক ১৭১০। সজিবুগী ১১ নি যুমজকৈশদা হৈক্রুজমগা কাংঙমোংগা নিংথেম মমাঙদা কাঙজৈ সান্নহনএ হৈক্রুজমনা ঙমএ। নুপী মসেল লমজেল নাহল্লে। কাংঙমোংগী লৈহাউনা থোইএ'।

হৌজিক্কী মতমদা থবাগী লম্বী থিবকপদা জপানগী জেন বৌদ্ধিজম অসি মক ওইনা নোংচুপকী লৈবাক্কী মীওইশিংনা কন্না থিবক্তুনা লাইবিক কযা অমা থোবক্লি। ঐখোয়সু ঐখোয়গী রাংনা লৈজখিবা থবায়গী অমদি হকচাংগী পুন্নীরোল নৌনা অমুক থিগৎপগী মতম থেংমল্লবনি। মসাগী নুংগী থবাযগী অকনবা পুন্নীবোল লৈজদবা জাতিনা কৈদৌনুন্দা মতমগী য়াওন্দা থৌনা ফনা মায়য়োক্লদুনা হিংবা ঙমলোয়।

ঐখোয়গী লাই হবাউবা অসি অচৌবা ইরাং থৌনিগী থিযেতর অমা ওইনসু য়েংবা য়াই। রিচার্দ সাউথবননা ইবা দি **সভেন এজেস ওফ থিযেতব** (১৯৬৪)

গুল্মা লাইরিক্তা মালেমগী অচৌ-অচৌবা ইরাং-থৌনিগী থিয়েতর সিং সিংথারকপদা খা ভারতকী কথাকালি, জপানগী নো, তিব্বতকী হরাউবা নচিংবসিংগী মরক্তা ঐখোয়গী লাই হরাউবা য়াওখিদবা অসি লাই হরাউবনা মগুন হন্থবনা নত্তে। মীনা খংবিদবননি। খ্বাইদগী হেন্না সাথিবদি মীনা খংবীদবা নত্তে, ঐখোয় ইসানা খঙলক্তবা অসিনি।

১২

# হৌজিক্কী মতমদা অমাইবী

অমাইবীগী নাৎ অসি মতম সাংনা ওরেল ওইনা, ৱাহৈ ওইনা চিন্দা পুথদুনা লাকপা অমদি অমাইবীসিংদা ইবা অমসুং পাবগী হক পিবমদবা অসিনা হৌজিক্কী ২২ সুবা চহিচাগী অঙনবা তাংক্কক অসি য়ৌবকপা মতম অসিদা অমাইবীগী ইতিহাস অসি ইমুৎ মুৎপগুম তৌবে। মতম মতমগী মতুংইন্না অমাইবসিংনা ইদুনা থমলকলিবা, সেমলিবা পুয়া অমদি লাইবিকসিং অসিদা কবি ইবিবগে অমদি কবি হায়বিবগে হাযবদু মখোয়না খঙবা নৎত্রে। মখোযগী খঙজবদা সঙলেন, লংমাই, ফুবা হাযদুনা লৈবিবা অসিদা সঙলেননা অহন, লংমাইনা য়াইমা অমদি ফুবানা অতোম্বনি। অমাইবী পুম্নমক্কী পুকোক্তি চকপা লল্লাং অমাইবীনি হায়দুনা লৈবিবা অসি নত্তনা চিন্দা পুথবকপা ৱাবী অসিদা অতৈ থোয়না তাবা অমদি খঙবা ঙমদ্রে, অমদি ৱাবী ৱাখোং অযাম্বা কাওনখ্রে অমদি নিংশিঙবা ঙমনদ্রে। হৌজিক স্না কোনুংদা অসুপ্পী ওইনা লৈবিবা ইমা বাক্নী অমাইবী অসি সঙলেননি হাযদুনা মসাবু মসানা সক তাকচৈ। ইমানা সঙলেন ওইকবগী মবমদি ইমাগী ইপা গুরু অমাইবী অদু সঙলেন ওইখিবননি। অসুম্না হৌজিক লৈরিবা মওং অসি মখোয় মখোযগী মমা গুরু নত্রগা মপা গুরু অদুনা সংলেন, লংমাই নৎত্রগা ফুবা ওইবম্বগী মতুংইন্না মখোয মখোযনা অমুক চৎথবকপা ওইনা লৈ। মখোযনদি অহুম অসি তোঙান-তোঙানবনি হাযদুনা সেংনা হায়জববসু কবম্না কবিনা কমদৌনা খেনবিবনো হায়বদু মযেক সেংনা তাকপদি ঙমদবগু উই। হবাউবা মতমদা, লাংথ্রৈ লৈপোপ হুনবা মতমদা খেনৈ হাযনদি তাকপি অদুবু মদু চুম্মী লাল্লী হায়দুনা মযেক শেংনা তাকপিবা ঙম্বা অইবা লাইবিক অমা লৈবা নৎতবনা অমদি হৌজিক্কী সমাজগী অনৌবা, নোংপোক্কী মহৈ খুতম্বীদা মিৎ পাংথোরক্কবা মীযাম অসিনসু অমতা সেংনা খংনদ্রবনিনা কনাসু চুম্মী লাল্লি হাযবীনবা লৈত্রে।

মতম অমদা লাই হবাওবগী অচুম-অবান লেপ্পা লাইরিক অসি **পাহোইবী খোজুলনা** ওইরম্মী। লাইবিক অসিগী তুংদা মণিপুরদা প্রেস লাক্কুনা বেঙ্গালি মযেক চংনববা মতুংদা পুথোবকখিবা লাইবিক্তি মতম অমগী স্না কোনুংগী পণ্ডিদ অচৌবা

ওইরম্বা, মাইবা ওইনা মতম সাংনা কোয়না চৎতুনা লাই হরাওবগী থৌ পুবীরম্বা শ্রীঙারিয়ানবম কুলচন্দ্র সিংহনা ইবা মৈতে লাই হরাওবা ১৯৬৩, অসিনা অহানবনি। মতুং তারকপদি মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী অমদি সঙ্গীত কলা সঙ্গম, খুরাইনা পাংথোকখিবা লাই হরাওবগী ফেষ্টীবেলসিং অমদি সেমিনারগী চেসিং অসিগা লোয়নলোয়ননা শ্রী রাহেংবম লুখোয়গী লাই হরাওবা ১৯৮৯, ফোংলকপদা তম্পাক্তা ফংবা হরাওবা মখল অয়াম্বা সুনা হাপ্তুনা পুথোবকলে। মথক্তা পনখ্রিবা লাইরিকসিং অমদি সেমিনারগী চেসিং অসিনা মপুং ওইনা যেংলিবা অসিদি লাই হরাওবনি। অমাইবী অমদি অমাইবীগী তোঙান-তোঙানবা স্কুলশিংদা তোঙানবা মীৎয়েং পিদুনা পুথোবকপা অহানবা লাইরিক্তি মাইবী লোয়সঙগী অসুপ্পী ওইবম্বা কাংবম কুমাব মাইবীনা পুথোরকপা কংলৈ উমংলাই হবাউবা ১৯৮৮, নি। লাইরিক অসিদা ওবেল ওইনা চিহ্নাং য়ৈনা পুথরকপদা, অমাইবীগী ইতিহাস খোঙ্গুল লিবকপদা য়াম্না মরু ওইবা মায়কৈ তাকপা ৱাফম খবা থেংনৈ। লাইবিক অসিদা পিবিবা সঙলেন, লংমাই অমদি ফুবাগী লাইহৌবোল লাইবোল অসি ৱাহৈ-ৱাতা খবা খেনবগী ৱানি, মপুং ওইনা থোয়না খেনবা থেংনদে। লৈহৌরোল অসিদা হৌদোকচবিবা অসি মালেম তাইবংপান অসিবু পোকপিদুনা, সেম্বীদুনা ৱায়েল থৌদাদুনা ঙাকপিবিবী তুবি থিংকোক লাইবেম্মনি। কোন্না লৈমরেন সিদবীগী মসক ওইনা সেমগৎলকখিবী লাইবেম্মা অসি অমাইবীগীসু পুকোক্লী। মখাদা লাইহৌ লাইরোন অহুমক মথং মনাও নাইনা থমলি -

সঙলেনগী লাইহৌরোল

হুম ... হুম ... হুম ...
লৈহৌরোল লোন মঙামক
লৈমরোলদি-ই লোন তরুকমক
য়োইবু খোইরা আ আ মকনুংগী
তোংনিংদনা লৈসংপানগী
থমনা-লাইর পান
চমুনা চঙৌপানগী
হুপলাং নরান নুংগী
হারানা লৈয়েং নুংগী
হাউনা আ ...

লিরি লিরি লিরি ।
মাইকৈদনা মরিমক
সীংদাইনা ৬১ মক্তগী
খুৎলৌনা কাইবী সনা ৩০ মক্তগী
হাউনা আ .
মরু লুরু উ
মরু লুরু উ ।

মালেম লৈখাবোল তবেৎমক্তগী
পলেম ইমা তেকখৎপীরক্রো ও
লৈখাবেল নিপালমক্তগী
মপু ইবুংঙো তেথবীবকলো -ও,
লৈবাকপু ফা ইমা হায়না তাইবমগে
নোংথৌবু খুং ইপা হাযনা
তাইরমগে আ . .
খুং সোবোন লৈরোন
নোংলোন অহুম্মক্তগী
মপু সিদবনা উং উং
চীংঙুনা নারাকচীং অবাংবা
মী লাইমা কনানা কাওমদবা
পোংনাইবনা কাওমদবা পুংময়োন
খাবীনা ইরাই লুক্রা কাজরকই
ইপান্না থারুক অসৈবা
থাবানা ঙাংখোমনরিবা
অয়ুক্রা য়েন্দা অঙনবা
পেনা থাদা পমলদুনা
সমৈ অনি কারন্না
চৈজিংনা য়েৎলোম পায়না
ইনুংবা সীংখোং লুরু য়াগা
কৈবক্লেদো আ আ
ইপলদনা মদোম কারমদে

খাবী ঐসু ইপন্না হৈনা
নতুং ইঞ্জরকইনা আ আ
সনানা ল্যাংজেং মমৈ
য়াইজরকই আ আ
থাকল থারাক লৈ
হাইগংচরকই আ আ
নিংথম ফৈজুপ ফিজিতোন
মপল য়াইনা কাওজবকই।
চোম্লাং মনা কাউবিহনবনা
পাউয়োকপিযু উং উং
সীংঙেল লৈবাং অমনবনা
পাউযোক্লবীগনো উং উং
সীঙেন ঐবু লৈহৌলোযনে
খাবী ঐদি লাথাবোইনে
পলেম ইবেম্মা লোইসঙ ফালুনুং
হীরুদনা তেংমাই থীল্লিবী
চেগপনা মরু নুংদা ফমফমনা
ব্র্যাযেনবীবিবী পলেমগী কোলোই
মযাথং অথুম্ববু কৌবৌ নোংদা কাওমদনা
মালেম লৈদা তাওমদবগী
তাংজ ঐবু লুদা থোংজবকই
সবেন বোইনা খঞ্জবকইনা
সবিক ঐবু পাওখোল্লোইনে
নুংসিৎ চরৈ ফিবাল কাংজবকই
কোরৌ ঐবু সুংদাবোইনে

পলেম ইমা ইবেম্মা
মালেম লৈবেনহম্বীসু
অহিংনা কাংবী হুমাইবোইনে
পলেম ইমা ইবেম্মা

মালেম লৈবেনহন্বীসু
খোয়দৌনা লেমফু মরু নুংদা
ফমফম বায়েনবীরো
খাবী লৈয়েং থক্তা
ফমফম্নবিররো ...
তাংজা লৈতোন খুরৌ
চেলহনবীগনো ...
হা নবুরেল খোইয়ুম শিদবা
ঐবু লৈয়ে
চীংভু ঐদি (লাইগী মমিং)
তাইবঙ মীবারেল খাইরমগে
হা তাইবঙ ইনুং য়াই ।

লংমাইগী লৈহৌবোন

হুম ..
উম ..
মালেমদনা চনিং লৈখারোল
আ . উং আ
লৈখাবোলদা তবাতবেৎতগী
লৈহৌবোল লোনদি মঙামক
লৈমুরোল লোনদি তক্কমক
লোইবুদনা খোইরা লপাননুং
হারাদনা লৈয়েং নুংদগী
তৌনিংদনা লৈসংপান
থম্না লাকোনুং চমু চঙৌপান
হুপ্লাংদনা নবাননুং
তয়ুমনা হৌনা রি রি বি হৈয়া
মাইকৈদনা মরিমক সুংদাই নিপালমক
পোইরৈ সিংগাই হুমফু মাথোইমক্তগী
অবাংদনা কোবৌ নোংমদোন মাপলমক্তগী

তয়ুমনা হৌনা রু রু রু হৈয়া
লৈপাকসু ফা ইমা
য়াগা কৈরক্লে
খুং সোরো মারাদি হবে
লৈরোল নোংলোন অহুম্মক্তগী
দিললে (তিললে) দিললেনা হৈয়া।
থোইয়ুমদনা মৈ ঈশিং-নুংশিৎ
অহুম্মক তিল্লক্লে .. হৈয়ুম
অয়ুক্কীনা য়েন্দা অঙনবদা
পেনা থাদা পম
চৈজিং য়েৎলোমদা পায়
সামৈ অনি কাবননবদনা
ইনুংবা সিংখোঙ য়াগা কৈবক্লে
...
লোইসঙ ঐগী ফালুনুং
চেগপ মরু ইন্না
ফমফম ব্রায়েল্লকলিবী
কার ঐদি সুংদারোইনি
অহিং কাংবী হুমাইরোইনি
সরিক ঐনা পাখোল লোই
নুংথিল ঐনা চরৈ ফীবাল ওইবীনে
পলেম ইমা ইবেম্মগী
খাবী চাম্মা লোন্দম্বী
অমাই চাম্মা শিন্দাকপী
পলেমগী নদাইরেন ওইবীনি
লাইজ নৌনা ইল্লকপীনি
চার পৌবোল হাংজবক্লে
থোংজি নাতৈ কাংজবক্লে
থাকল লৈনা কাংজরক্লে।

## ফুরাগী লাইহৌরোল

আ লিবি লিরি লিরি
এ ইং এ
হুম .
নহালনোং মালেম চনিং লৈখৈবোন
লৈমুরোন লোন্দী তরুকমক
লৈহৌবোল লোন্দী মঙামক
মায়কৈ এ ইং এ মবিমক।
মালেমদনা চিথেক ৮ মক
পোইবৈ এ ইং এ
সীংখাই ৬১ মক্তগী
এ এ হুম
সনা খুৎলৌলোন কাইবী ৩০ মক
৩০০ দনা য়াইবী মবোলনুং
খোইরা আ উং আ
খোইবা লপানুংদগী এ
লিবি এ হুম।
থমনা লাকোনুং ইরাংলেন
কোরৌ নোংমদোন ৯ মক্তগী
আ উং আ
লৈখারোল ১৭ মক্তগী এ .
খোইযুমদনা মৈ ঈসিং নুংসিৎ
৩ মক্লা য়াইগা ওইবিবা
ও রাংলেন পুংজা খেন্দোং নুংঙায়বা
এ ইং এ নঙগী নদাইবেম
নুমিৎনা নঙনা নথোইলম
ইপল লৈনুং থরুক অসৈবা ও
থবা নাই খোমনবনা
অয়ুক য়েন্দা মাঙদা

ইনুংবা সিংখোঙ য়াগা
লুরু য়াগা কৈরকলেদো
ইপলদনা মাসু মদোমদে
ই এ ...
নদাইরেম ওইবী ঐসু
ও উং ও ...
ইপনদনগী হৈনা মতুং
ইনজরক্লিদো
খাবী ইথৌ খনবু
খঙ্গরক্লে
এ ইং এ ..
অমাই ইরাললুপ্পু কাজরক্লে
হুম .
চবৈ ঐবু থাংজ অমনবনা পাউওকনবীগনু
নুংনাংদনা কাওবী সীংমনা অমনবনা
খোকইয়ুম ওইনা পাউকনবীগনু
ও . উং . . ও .
পলেমদনা ইমা ইবেম্মা
খাবীদনা য়ুরেন-হম্বী
অমাই নোংলেন হম্বী
ও . উং . ও ...
হিকদনা তেংমাই লৈনা থীল্লিবী
লোইসং ফালুপ চেগপ মরুং ইন্না
ফমফম রায়েন তল্লীবী
পলেম ইমা ইবেম্মগী মদাইরেমনে
.
পলেম ইবেম্মগী কোলোই মপাউ অথুম্ববু
কোরৌ নোংদা তাফরোই
মালেম লৈদা তাফদবনা
আ উং .. আ ...

পল্লেমগী খোমলাং অনৌববু
তোইনরিবী নদাইরেমনি
লৈপাকপু ফা ইমা
হায়না কৌরমলগা
খুং সোরোন লৈরোন
নোংলোন অহুম্মক্তগী
তয়ুমদনা আ উং আ
লিরি লিরি লিরি

(কংলৈ উমংলাই হবাওবা, লা ২০১-২০২৩)

কুমাব মাইবীনা, ফুবা, সঙলেন, লংমাই হাযদুনা ফুবানা মকোক থোংহন্দুনা অমদি পাখংবনা নুপা মাইবীগী পুকোক ওইনা ইদুনা পিবিবা অসি অমাইবীসিংগী চিন্দা লৈবা ওবেল লিঙবেচব অমদি অমাইবাসিংনা ইবন্না লাইবিকসিন্দা থেংনদে। মহাক্না ফুবা অমদি নুপা মাইবীদা হেন্না মরুওইবা মীংযেং পিদুনা অনৌবা সিথ অমা নৌনা সেম্নবা হোৎনবা উই।

সংলেন, লংমাই, ফুবা হাযদুনা লৈবিবা অহুম অসিগী তোঙান তোঙানবা খেনবা লাইহৌ লাইবোন লৈ গায়দুনা অমাইবীশিংনা থাজনববসু হৌজিক হৌজিক ফর্গলবা লাইহৌ লাইবোন অসিদি অমতনি। চিন্দা পুথবকপা সাহিত্য ওযবগী হৌনবা তোঙানবা ৰাহৈ-ৰাতা, মকোক মথং খবা হোংদোক হোংজিন লৈজবগী ৰানি। মসিদা লৈবিবা লাইহৌ অসি মবি থোক্লা খায়দোক্তুনা যেংবা য়াই-

ক - আ, লিবি লিরি লিবি, এ, ইং, এ, হুম অমদি উম হাযনা হৌবকপগী মতাং।

খ - নহালনোং (অতিংকোক সিদবনা) লৈসেম নোংসেমখিবগী মতাং অমা, মাযকৈ মবি, মালেম চিথেক নিপান, মালেম চনিং লৈখৈবোন, লৈমুবোন তরুক, লৈহৌরোন মঙা সীংখায় হুমফুমাথোই, মৈ, ঈশিং, নুংসিৎ, নুমিৎ, থা সেমলকপগী ৰারী মতাং।

গ - অহুমসুবদা লাকলিবসি 'ইপন লৈনুং থরুক অসৈবা' হাযদুনা পেনা থাদা পম, চৈজিং যেৎলোমদা পাযবিবা, পেনা খোংবা অসৈবা অমাইববু সৈথাদুনা, মতুং ইঞ্জরক্কে হাযনা হাযজবগী মতাং।

ঘ - অবোইবগী সরুক অসিদি অমাইবী পুম্নমক্কী পুকোক ওইবী, অমাইবীগী মসক ওইবী 'খাবী য়ুরেন হনবী, অমাই নোংলেন হনবী', তাইবংপান অসিবু পোকপিদুনা, সোয়দনবা তাদনবা 'হিরু তেংমাই লৈনা থীন্দুনা' সেনবীরিবী, অচুম-অবান খায়না 'লোইসঙ ফালুপ চেগপ মরু ইন্না, ফমফম ব্রায়েন তমলিবী', 'খাবী চাম্মা লোন্দগী অমাই চাম্মা শিন্দাক্লকপী' তেংবানগী তিং পুম্নমক্কী হৌবকফম ওইবী থিং কোক লাইরেম্মা (সিদবী)বু হৌদোকচবনি। লংমাই অমদি ফুরাগী লাইহৌ লাইরোনদি লৈমরেনবু হৌদোকচবা অসিদা লোয়শিনখ্রে। অদুগা লোইসংগী লাইহৌদা 'খোয়দৌনা লেমফু মকন্নুংদা, ফমফম ব্রায়েনবীবো, খাবী লৈয়েংথক্তা ফমফম্নবিবো, তাংজ লৈতোন খুবৌ-চেল হনবীগনো হায়দুনা হায়জবা অসি য়ৌনা সমথরকই। মসি খেনবা নত্তে, চিংথবনি হাযবা য়াই। চিঙ্খাং য়ৈনা পুথরকপগী অমদি মখোয মখোযগী মমা নৎত্রগা মপা গুরু অদুনা পাবা ব্রাৎপগী দোসনি। অদুবু লাইহৌদা যাম্না মক ওইবিবদি মপানথোংগী ব্রাহৈসিংসি ঙাক নত্তে, অমাইবীগী ঈসৈগী সুব অমদি পুক্লীংগী ফিবেপ অদুনি।

অমাইবীনা লাইবাও পিবমদাইগী, লাই হৌদোকপা লাইহৌগী অহানবা সরুক ওইনা লৈবিবা আ, লিবি লিবি লিবি, এ ইং এ, হুম, উম অসি যাম্না মরু ওইবা মন্ত্র ঙাক্তনি। খমনুংদগী তাইবংদা খুঙ্খোবকপদা লৈমা লাইনৌ তাবীগী অমাইবী তরুক অদুগী মনুংদা লিবি লিবি লিফোঙবী লৈনুং য়িমাবী (অমাইবী) অমা য়াওই। আ হায়বা খোঙ্খোক, অসি অমাইবীবু মপানগী তেংবান অসিগী ব্রাংমদা মঙ-হাগী তাইবং অমদা চংলকপগী, ইংলিসতা হায়বগা অলটব ষ্টেট অমদা চংনবা হোৎনবকপা, চংলকপগী থোং হাংদোকপদা সিজিন্নবা খোঙ্খোক অমনি। লিবি লিবি লিফোংবী হাযদুনা অমাইবীগী কলা অদু তাকলি। এ ইং এ হাযবা খোঙ্খোক, ঈসৈগী সুব অসিনা মপাল নাইদ্রবা কোস্মীক সক্তি অদু থেংনরকপগী মসক তাকলি। খোঙ্খোক অহুম অসি হান্না চকপা লন্নাং অমাইবীনা খৃ. না পোকত্রিঙৈ মমাংদগী পুথবকখিবনি হায়বা যাই। অদুগা হুম নৎত্রগা হূং অসিদি তান্ত্রীক বৌদ্ধিজমগী মন্ত্রনি। য়াংগী অবোইবা সরুক্তা লৈবা মূলাধব চক্রদা লিনগী মসক ওইনা তুমদুনা লৈবা নুপীগী লৈসেম সক্তি কুন্দলিনীবু হৌদোকপগী মন্ত্রনি। অমাইবীনা হকচাং নিকলিবা অসিসু কুন্দলিনী হৌগৎলক্লবনি। কুন্দলিনী অসি হৌগৎলক্নুনা লৱাই কোকলেনথক য়ৌনা কাখৎলকপা মতমদা মীওইবগী পুক্লীং ব্রাখল অসি হেন্না ব্রাংনা কাখৎলক্নুনা তুংগী মাংগী থৌদোকশিং উবা ঙমলকই। উম অসি ওমদগী থৈথরকপা ওইগনি। মসিনা থম্মোয় মপাদা লৈ হায়না থাজনবা চক্র অদু হাংদোক্লবনি।

মণিপুরগী লাইরোল্দ লৈসেম-নোংসেম্বগী থাখনলোন চংলকপা অসি তান্ত্রীক বৌদ্ধীজমগী খুদোলনি। ফুরা অমাইলোনবু পুথরকখিবী পান তুবী পানথোইবীগী লাইরোল, তান্ত্রীক বৌদ্ধিজম অসি করম্বা মসক মওংদা লৈবাক অসিদা কমদৌনা চংখিবগে হায়বদু নৈন্নবগা খঙবা ঙমগনি। (মখা তানা মথংগী ফুবা অমাই লোন্দা য়েংবীযু) তান্ত্রীক বৌদ্ধিজমদা খোইদৌ মপাদা লৈবা মণিপুর হায়না কৌবা চক্র অসিদা লৈবিবা জ্ঞ্যানগী মসক ওইনা লৈবিবা য়াম্না মকওইবা লাইবেম্বী অসি প্রাজনানি। অদুগা হিন্দু তন্ত্রগী মতুংইন্না খোইদৌ মখা যাংগী অবোইবা সরুক অসিদা লিনগী মসক ওইনা তুমদুনা কুন্দুনা লৈবিবা কুন্দলিনী সক্তি অসিনা অবোয়বনি। ঐখোয়গী পানতুবী পানথোইবী অসিদি অনিমকনি।

অমাইবী লাইহৌদা লৈনুং থরুক পেনা খোংবগী মতাং অসি মীৎয়েং কয়াদগী নৈন্নবা যাগনি। অদুম ওইনমক নুমিৎ কাপ্পা অমদি থব্রান থাবা হিবানদা চকপা লম্নাং অমাইবীনা মঙ চঙবদা পেনা খোংবা য়াওবা থেংনদে। পোইরৈতোন খুম্হোকতা খুং খোংবা চকবিবা চকবিবী মতে মনাও অনিগী ব্রা য়াওবি। পোইরৈতোন্না খমনুংগী সুকং লানখোবক্তুনা তাইবংপান য়ৌববা মতমদা ময়ুম খমনুং থাদোকলগা অমদি লমশাং লাকপগী থাববদা খুং খোংববু কৌদুনা অব্রা পোথানবা খুং খোংলো হায়দুনা থৌদাবা উই। অদুগা থিং নাও তাউবীনা (তুবি) মবুং থিং লাইবেনপাদগা জগোয তম্বা মতমদা মবুং থিং লাইবেনপানা পেনা খোংবসু থেংনদে। লুব্রাং সলাইনা নুমিৎ ময়াম্বা তাউগুইবেং অহনবনা তুখিবা মফমদা য়োইময়াই তাউদনববু হোঙনেম্বা অমদি নাউথিংখোংনা লুব্রাং মকুবী চীংদা উক্রোং হোঙবা হোঙনেম্বদা সুক্কী মতোন্দা সবিক য়ানসিন্দুনা ফৌ সুবা অমদি মযাম চামিন্নদুনা জগোয় সামিন্নবা হোঙনেম্বগী মতাং অসিদসু পেনা খোংবা থেংনদে। অদুগা হুম হুম হুম খোইয়ম লাই নিংথৌ, অতিযা উংলৈনুংগী অমমবা, য়াইপী মতোমমাকি অথুপ্পা, পোকলেন য়াইপীলেন খমথোইপা, অব্রাং নোংফু মহুমনুংকী অমমপা হুমলেন যাইপীরেন সিতাপা, চীংঙু নতিক অকপাবু হোংনেমকে হায়না সৈথাদুনা অসিগুম্বা অতিংকোক সিদবগী মসক অমা তম্পাক্কী লাইবোন্দা থোবকপগা লোযননা, লুমলেন যাইপীবেন সিতাপা অসিগী হোঙনেম্বা, উক্রোং হোংবা, অসিগুম্বা হোঙনেম্বা অসিদা নুমিৎসু য়াওসিলক্লে অমদি নোংদা লাইরেন পাখংবসু যাওনা পুনসিন্দুনা পাংথোকপা অসিগুম্বা হোঙনেম্বা অসিদা পেনা খোংবা অমাইবা অসিসু য়াওবক্লে -

তুবি য়োইনোংদা
নোংদা লাইরেন পাখংবগী
নিংথৌ পোংবা তরামা
কংলা মাইয়োক - লেপ
পুন্থন নোংথোন মণ্ডাইরোই
চক থাঙ য়ারেং পান
মৈবুল হাই চাউ থান
তরেৎ সেললুং খাউ য়াইগা
চীংপুরোই তম্বুরোই খুনফাংথৌ
লোইচীং লোইয়া হুপনা লেংনা
তযুম নাইফংথৌ লেংনা তিন
কংলৈ সুমখোং মনিন নাইবেদা
মদাইবেম লৈনুং থারুক অসৈবা
পোইবৈ সৈসকপা ব্রাংঙম তেংথাবা
কংলৈ পুমনা হুপনা তিনবদি
অয়ুক্কী য়েনদা অঙনবা
লফুৎ ফমতিং লাংদা ফম
পেন্য নুংওনববু থাদ পম
চৈচিং য়েৎতা পায়না
সবিক চোমতাউ খিং খিং খিংনা
সমলাং অনি কাবননানা
ক ক রি বৈ য়াকাইরকলেদো
কাবোং খোকলাং মিতম যুং
. .
লাইবেন মতিক থানা সৈসকলেদো
হুম উম য়াইবিবেন সিদবা

মতাং অসিদা পঞ্জনিংবদি পেনা কয়া যাম্না লিববনো হায়বা ব্রাফম অদু নত্তে। পেনা অসি মরুওইনা ফুবা অমাইলোন্দা য়াম্না মরুওইনা য়াওরকপদু পঞ্জবনি। চকপা অমদি লংমাইনা কোন্না মৈতৈ ওইবকপা মতমদা অমাইলোনগী ইতিহাস অসি সঙলেন

লংমাই ফুরা হায়দুনা পুনসিলকখিবনি। পেনা অসি মহৌসা য়েলহৌগৈদগী প্রোতো মৈতৈ নংত্রগা পাখংবগী কাংবু নংত্রগা লৈনাও তাবীগী কাংবুনা সিজিন্নরিবা খুং অসি নংত্রগসু কনানো কনানো কাংবু খরগী ওইনা সিজিন্নরম্বসু য়াই। মতাং অসিদা পঞ্জনিংবা বাফম অমনা পেনাদা সকলিবা ঈসৈগী সৈসক হায়বদি পেনাগী সৈসক সুর অদু নত্তবা পেনা খোংবা অদুনা সকলিবা ঈসৈগী সৈসক অসিগী মপুং ওইবা মসক অদুদি চকপা নোংবানগী সৌবোল লাইরেম্বী লৌতারোনগী সৈসক অসিদা য়ুমফম ওইদুনা লৈবগুম উই। মতাং অসিদি ঈসৈগী অখং-অহৈশিংনা লেম্নীরসনু।

হুম উম য়াইবিরেল সিদবগী লাইরোলবু নোংদা লাইরেন পাখংবগী মতমদা ওইনা পুখংতুনা সেমগ্রিবা বারী অসি লাইরোননি, মিথনি, ইতিহাস নত্তে। ইতিহাসকী ওইবা মীৎয়েংদদি ৮-১২ সুবা চহি চাদা মপান ফখিবা বৌদ্ধ তন্ত্রগী সাহমদগী অমুক ইনৌ নৌনা মণিপুরগী লাইরোন সেমগৎলকপা মতমগী পোথোকনি। ফুরাগী লাইরোনগী য়াম্না মরু ওইবা সরুক অমনি। ভসি ফংলিবা লাইহৌগী লাইরোন অসি ফুরাগী মতমগী পোৎথোকনি। তন্ত্রগী বৌদ্ধদনা জ্ঞানগী মসক ওইনা লাৎপা প্রাজনা, হিন্দু তন্ত্রদনা সক্তীগী মসক ওইনা লাৎপা লাইরেম্বী, অনি অদুনা চকপাগী মতমগী তিংকোক লাইরেম্মবু সিদবী ওইনা অমুক হিংগৎহলকপনি। পাজ্ৰোইবীবু সিদবী ওইনা সং সংবা লাইরেম্বী ওইনা সেমগৎলকপনি। লাৎচরিবা লাইদি পাখংবনি। ফুরা অমাইবী পানথোইবীদি পাখংবগী অমাইবীনি। ঐখোয়না সেমজবা ঐখোয়গী লাইরোম্নি।

কুমার মাইবীগী লাইবিক অসিদা য়াওরিবা লাইহৌ লাইরোল অসিদা হৌজিক হৌজিক স্না কোনুংদা অমাইবী অসুম্নী ওইনা লৈবীরিবী ইমা বাকনী অমাইবীগী সঙলেন অমাইবীগী লাইবোন লাইহৌ (লা ১৩) অসিগা চাংদমননা য়েংবা মতমদসু বাহৈ খুদিংমক চপ মান্নবা নত্তে। চিঙ্গাং য়ৈনা পুথরকপগী অমদি ফোক লিতরেচয় ওইবগী হৌনবা মরমচৎ ওইনা, মপুং ওইবা বাখললোন অমদি মীৎয়েংদা মান্নবা অদু নত্তনা অতৈ ফোংদোকপা মওং, বাহৈ-বাতাসিং অসিদি মান্নদনা ফংই। মীৎয়েং অসিদা য়েংলবদি সঙলেন, লংমাই অমদি ফুরাগী লাইহৌ লাইরোন অসি অমতনি। হায়বদি মখোয়না হৌদোকচরিবা লাই অসি ইমা লৈমরেন সিদবীনি। অতোপ্পা চপ মান্নবা বাফম অমনা অমাইবীসিং অসি পেনা খোংবা অমাইবসিং অসিগী মতুং ইন্নরকপনি হায়বা বাফম অমসু য়াওরি। অতোপ্পা মান্নবা অমনা 'তরাদনা ঐবু চাকমাং চানকপীনে, লৈকাইদনা খাম্বী মৈমাং তোয়নরকপীনি' হায়বা অসিসুনি। বাকম অনি অসি স্না কোনুং অমাইবী লোইসঙগী অসুম্নী অমাইবী বাকনীগী লৈহৌরোন্দদি থেংনদে। মতাং অসিগা মরি লৈন্ননা কুমার মাইবীনা মতাং অমদা অসুম্না ইরি -

**অমাইবীঃ মণিপুরদা সামানিজম**

"খাবি থীরেলগী বাবু খাবি মাইবী চংলে হায়রবদি লাইমাং অসোইনা মীৎকুপ খুদিং য়েৎকনি। নচিল নপুকপু লিনথুপ নাইবনে, নমু মী-থাদবনে। খাবি মাদি পুক্লীং লৈনম হুরানবনে, লোন্না মীৎয়েং পাম্বনে, চীংঙু লাইরমলেন নমু মীরমলেনসু নমু পুক্লীং ফমহোংবু তোয়বনে। য়ুমপাল বাপাল নাইদবনে। লাইনা তোংলবসু মীপোক লম্বীদা ওক্তা-পেন্দা লমচৎনা ভম্বনে। পুক্লীং-চাকচা কাম্বনে। ঐগী মীবু থৌওইদে। লৈকাই লৈনম পামগনি য়াহিপ খোয়দারোই। পোইরৈ অতাম চৎনা খোঙনা চৎনা ইপোৎ-মীরক মীয়ুমনা হাজন, ইকি-ইকাবু পল লান্না পুন্সী য়েন্নিং য়োলবনে ..।

খৃ: কুম ১৯৮৮ দা ফোংত্রবা কুমার মাইবীগী লাইবিক অসিদা ইবিবা বাফম অসি ঙসি ফাওবদা অমাইবী অমতনা চুম্মী লাল্লি হায়দুনা বাফংনবা লৈখিদ্রি অমদি অপাবা মখৈনসু চুম্লোই করিবোই খন্দুনা লৈনবগুম তৌই। মসিগী মরু ওইবা মবমদি অমাইবী অমতা লাইরিক হৈতে, মখোয়গী তাইবং অসি চিন্দা পুথবকপা সাহিত্যদা লৈবি। অতোপ্পা অমনা অয়াম্বা মীনা অমাইবীগী পুন্সী অসি মুন্না খঙনদে।

মাইবীগী পুন্সী অমদি মোবেলদা য়াম্না সাথিবা, মীনা মখোয়বু লান্না উরকপা অমদি মখোয় মসানসু মখোয়গী মসক অমদি সমাজদা লৈরম্বা থাক অদু খঙজরক্তবা অমদি মীয়ামনসু থৌওইবীরক্তবা মওং অসিদি মরুওইনা অনিসুবা লাপ্পাও মতুংদা মণিপুরদা নিংথৌ পাল্লকখিদবা, নোংপোক্কী মহৈ খুতম্বীদা হেন্না থবায় য়াওনবকখিবা অসিনচিংবা মরমসিং কয়া অসিননি। নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদদি মাইবীগী পুন্সী নিংথৌগী অকনবা মীৎয়েং খাদা লৈবকখি। চুরাচান্দ মহারাজ পাল্লিঙৈগী মতমদা মাইবী অমা ফনেক মপাল নাইবা সেৎতুনা চৎলম্বগীদমক মরু কোকথোক্তুনা খুঙ্গোয়নখিবগী বারী অমা ইমা অসুম্বী বারুনী অমাইবীনা ঐঙোন্দা লিবীবকখি। ইমা ধনী অমাইবীনা লীবা বারীদা অমাইবা, পেনাখোংবসিং অসিনা অমাইবীসিংগী ফিজেৎ-চাকচা, বাঙাং, ওই-য়েৎতা য়াম্না কন্না, কুপ্পা য়েংসিন্দুনা, অকনবা থকসী-খাসী অমদা মখোয়বু লোযনবকখিবগী বারী তাবা ফংই। অদুম ওইনমক অমাইবীগী পুন্সী, মখোয়গী খুদোং চাদবা অমদি অবাৎ-অপা য়েংসিনবীনবা লৈরক্তবা অসিনা অমাইবী অমদি অমাইবীগী কলচর অসি তপ্না তপ্না তপ্না সিথরক্লি। স্রা কোনুংদা পিক্লবা য়ুম মচা অমখক, কা অপিকপা অনিখক্তা, চাকখুম পাকথন মচা অমগা, ইমা অসুম্বীগীদমক শ্রী শ্রী গৌবীন্দদগী চাক চাকলুক অমখক অসিনা কবম্না মণিপুরগী অমাইবীবু ঙাক্তুনা থমগনি। মখোয়দা মতিক চাবা ব্যাভার পিবিদবগুম তৌরি। অয়াম্বনা লাই হরাওববু মণিপুরগী কলচরগী ইফুৎনি হায়দুনা য়াম্না পাক চাউনা পুখৎতুনা, নৈনদুনা, অখং-অহৈসিংনা পুক্লীং পিরবসু অমাইবীশিংদদি নুংসিনা পুক্লীং পিবীদ্রি।

## বিব্লিয়োগ্রাফি ঃ


| | | | |
|---|---|---|---|
| অশাংবম মীনকেতন সিংহ | - | ১৯৫০, | মৈতৈ লাইরোন |
| | - | ১৯৭১, | ঙাজোম পরেং |
| অসেম ইবোমচা | - | ১৯৯৩, | নোংসাবা খুনগোইরোল<br>অইবা, চীংঙামখা লিবা লন্নী, ইম্ফাল |
| ইবোম অমুবী সিংহ | - | ১৯৮১, | লৈহৌ নাউফমলোন<br>অইবা, খাগেমপল্লি পম্ভক |
| এন জী কাংজীয়া | - | ১৯৯৬. | পুন্নীরোলগী চীংখেরোল সাজেলসিং<br>কংলৈ পব্লিসিং হাউস |
| এন মনিজাও | - | ১৯৮৬, | পোম্বীলাং<br>অইবা |
| নোংথোনবমচা মচে লুবাং | - | ১৯৭৬, | নিংথৌ কাঙবলোন<br>অম্মা পব্লিকেসন্স |
| দা এম কির্ত্তি সিংহ | - | ১৯৭৭, | মণিপুরী সমাজ হৌগৎলকপা<br>অমসুং চাউখৎলকপা<br>এ মুক্তা সিংহ |
| এম মোশিল | - | ১৯৯১, | কন্না মিলনা (মরিং ফুজা রান্নী)<br>এম তোম্ভৌ, খোংঙাইফম |
| এলাংবম নীলকান্ত সিংহ | - | ১৯৯১, | সংস্কৃতিগী রারোল<br>থৌনাওজম সুরোখোনি দেবী |
| এলাংবম রজনীকান্ত | - | ১৯৫১, | খাইনগী মনি-মুক্তা<br>টি ঐচ গুনিন্দ্র সিংহ সেগা রোদ |
| এল অশোককুমার সিংহ | - | ১৯৯২, | অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী পরিং<br>যুমনাম ইবেমশিশক দেবী |

অমাইবীঃ মণিপুরদা সামানিজম

| | | | |
|---|---|---|---|
| এস থম্বাল সিংহ | - | ১৯৯৫, | অন্দ্রো<br>শ্রীমতি সলাম মেমচা দেবী<br>অন্দ্রো বজার |
| ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ | - | ১৯৭০, | লৈমরেল মিংখৈ<br>ও কে স্টোর |
| | - | ১৯৭১, | য়ুমজাও লাইরেম্বী<br>আর কে বীরচন্দ্র সিংহ |
| | - | ১৯৭২, | সনামহি লাইকন<br>লাইশোম ললিত সিংহ |
| | - | ১৯৭৮, | নুমিৎ কাপ্পা<br>য়ুনিভর্সেল লিটরেরি এসোসিয়েসন |
| | - | ১৯৮৪, | ভোরৈরোল লম্বুবা<br>মণিপুব স্টেট কলা একাদমী |
| | - | ১৯৬৭, | খাগেম্বা লাঙজৈ<br>তাম্না পব্লিকেসন্স |
| | - | ১৯৮৫, | মণিপুরী লোক সাহিত্য<br>মণিপুর স্টেট কলা একাদমী |
| ওইনাম (দাঃ) ইবোচৌবা সিংহ | - | ১৯৯৩, | ফোক লোর বিজ্ঞান (১)<br>ইন্সটিটুট ওফ মণিপুরী ফোক লোর<br>নাগামপাল |
| ওইনাম কেলচন্দ্র সিংহ | - | ১৯৯৬, | লক্ষী চরিত্র<br>অইবা, শগোলবন্দ সয়াং বোদ<br>কোনখৌজম লৈকাই, ইম্ফাল |
| কোঙ্গেংবম ধন সিংহ | - | ১৯৭৪, | মৈতৈ পুবা য়ারী মচং |
| খাইদেম প্রমোদিনী | - | ১৯৮৪, | লোইহজি লোয়া শৈরেংলৈ<br>নবা থারিকথা |
| খুমন্থেম য়াইমা সিংহ | - | ১৯৫৮, | নোংপোক লৈহৌচিং |
| খুমন্থেম য়াইমা সিংহ<br>অমসুং ইয়োম অমুবী সিংহ | - | ১৯৫৮, | মোইরাং থাংজিং চিংগোইরোল |

খুমন্‌থেম য়াইমা সিংহ - ১৯৬৭, *পাখংবা ফম্মাল*

- ১৯৭১, পোইরেতোন খুন্থোক
অইবা

- ১৯৭৩, মৈতৈ জগোয (অনোইরোল) ১
ইরোম অমুবী সিংহ
খাগেমপল্লি পন্থক, ইম্ফাল

- ১৯৭৫, মৈতৈ জগোয (অনোইরোল) ২
অইবা

- ১৯৭৫, মৈতৈ জগোয (অনোইরোল) ৩
অইবা

খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ - ১৯৭৫, লোযন্থা শিনযেন

- ১৯৯৪ ইনাৎকী হরাও কুম্মৈ

জি কৈবাওসনা শর্ম্মা - ১৯৮১, মৈতৈ থাংগী থাংলোন

মোইবাংথেম ইবোতোম্বী - ১৯৮২, লাই হরাওবা লাইশোন
মৈতৈ মযেক ওর্গেনাইজিং কমিতি
এন্দ রিসার্চ্ এসোসিয়েসন
নাওবেমথোং লাইশ্রম লৈকাই, ইম্ফাল

- ১৯৮৪, ইরাৎ লাইশোল
মথক্কী লাইবিক্কা মান্নবা

- ১৯৯২, শকোক লমলেন অহানবা
ওল মণিপুর উমং লাই হরাওবা
কমিতি নাওরেম থোং, ইম্ফাল

- ১৯৯৪, ইনাৎকী হরাও-কুম্মৈ
মৈতৈ ময়েক ওর্গেনাইজিং কমিতি
এন্দ রিসার্চ্ এসোসিয়েসন নাওবেমথোং

ঙাবিয়াম্বম কুলচন্দ্র সিংহ - ১৯৬৩, ফৌওইবী থুরুন্থা

- ১৯৬৩, মৈতৈ লাই হরাওবা
অইবা

| | | | |
|---|---|---|---|
| | - | ১৯৬৯, | **লৈমরেন নাউযোম**<br>পণ্ডিত লোইশঙ, সনাকোনূং ইম্ফাল |
| ঙাবিয়াম্বম চনু মেমচা | - | ১৯৮০, | **লাই হরাওবগী হৌরকফম** |
| | - | ১৯৮৮, | **কংলৈ উমং লাই হরাওবা**<br>থম্বালঙৌ দেবী<br>শিংজমৈ লৈশাংথেম লৈকাই, ইম্ফাল |
| তেজকুমার | - | ১৯৭৭, | **খোঙ্গুল লিরকপা**<br>বাজকুমাব মনি |
| পাউনম দা  গুনিন্দ্রো | - | ২০০০, | **মণিপুবী কলচবদা মীৎযেং অমা**<br>পোক্রফম পব্লিকেসন্স। |
| থোকচোম বাজো (মাইবী) | - | ১৯৮০, | **লংদাই (১)**<br>অইবা মশা |
| থোকচোম ববাজাওবা সিংহ | - | ১৯৮৪, | **থাঙলোন-তাবোন**<br>লমযানবা পাখং, কোনূং লম্পাক। |
| থৌনাওজম চনু ইবেমহল | - | ২০০০, | **মণিপুরগী লাই-ভীনগী ব্রাবী**<br>**শীংবুন্দা লাইরেম্বী**<br>ফোংদ্রিবা থিসিস, মণিপুব<br>যুনিভর্সিতি, কাঞ্চিপুব |
| | - | ১৯৯৫, | **ব্রাকমা মাইবী**<br>অবাম্বম সমরেন্দ্রা<br>সগোলবন্দ মৈনো লৈবক ইম্ফাল। |
| নাওবেম ইন্দ্রমনি সিংহ | - | ১৯৯৫, | **পাথংবা লাইহুই**<br>নাওরেম ওংবী মেধাপতি<br>সগোলবন্দ নাওরেমথোং খুমন্থেম<br>লৈকাই, ইম্ফাল |
| নাওরেম অমুয়াইমা সিংহ | - | ১৯৮০, | **খুনুং ইরাৎলোন**<br>অইবা, কক্‌চিং |
| | - | ১৯৮১, | **যাবীরোক**<br>এন জি ব্রদর্স প্লাবিশিং, প্রিন্টিং, স্টেনরি<br>কোঃ কক্‌চিং |

| | | | |
|---|---|---|---|
| | - | ১৯৮৯, | *মণিপুরদা ফুরা সাবা হৌদোকপা* |
| | - | ১৯৮২, | **শৌবোল য়াইরেল চনু**<br>অইবা, ককচিং |
| | - | ১৯৮৬, | **অমন শিকুমলোন অমসুং পাছোইবী নাহেরোল**<br>অইবা, ককচিং |
| | - | ১৯৮৭, | **তিনথুম**<br>অইবা, ককচিং |
| নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ | - | ১৯৬৯, | **মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস**<br>চিবোম য়াইমবী দেবী<br>হাওবম মবক কৈশাম লৈকাই, ইম্ফাল। |
| | | ১৯৭৮, | **অবিবা মণিপুবী লোনগী**<br>মণিপুব ষ্টেট কলা একাদমী, ইম্ফাল। |
| | - | ১৯৮০, | **নুংবান পোম্বী লুবাউবা**<br>মণিপুব স্টেট কলা একাদমী, ইম্ফাল |
| | - | ১৯৮২, | **চীঙ্গোযরোল**<br>মণিপুব স্টেট কলা একাদমী |
| | - | ১৯৮৭, | **ফমলোন**<br>মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফাল |
| নোংমাইথেম মনাওযাইমা সিংহ | - | ১৯৮৮, | **ভূতেংলোন**<br>এনঃ চন্দ্রশখি দেবী |
| | - | ১৯৯৫, | **লাই কাও**<br>অইবা, মোইবাংথেম লৈকাই, ককচিং খুনেন |
| বি কুঞ্জচন্দ্র শর্ম্মা | - | ১৯৮৯, | **সনামহি পুযা**<br>য়ুনিভর্সিয়েল লিটবেবি<br>এসোসিয়েসন খুরাই লমলোং |
| বিরিঞ্চিকুমার বরুয়া | - | ১৯৯৫, | **অসমীযা সাহিত্যগী ইতিহাস**<br>(হন্দোকপা) সাহিত্য একাদমী |

**অমাইবীঃ মণিপুরদা সামানিজম**

| | | | |
|---|---|---|---|
| মোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ | - | ১৯৭২, | **পাছোইবী খোদুন**<br>মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল |
| | - | ১৯৭৫, | **পোইরৈতোন খুন্থোক**<br>মৈতৈ ইনাৎ |
| | - | ১৯৭২, | **অমাই লাইনিং-খুদা পুনসিরোল** |
| | - | ১৯৭১, | **চকপরোল**<br>অঙোম মেবা সিংহ, চকপা ফয়েং |
| মোইবাংথেম নবেন্দ্র সিংহ | - | ১৯৬৫, | **খোংচোমনুবী নোংকারোল**<br>মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল |
| মাইবম নন্দো সিংহ | - | ১৯৯৫, | **অসিথোং থিংবা অমসুং চুকসারোন** |
| মুতুবা বহাদুর | - | ১৯৭৩, | **মণিপুরী আর্টকী ব্রাবী-শীংবুন (১)**<br>মুতুবা ম্যুজিয়ম |
| ময়াংলম্বম তোম্বা মৈতৈ | - | ১৯৭৬, | **ককচিং খুন্থোকলোন**<br>কুঞ্জো সিংহ পুখ্রম্বম |
| ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র | - | ১৯৭৫, | **লৈমরেন শেকনিং অমসুং থমমোই যাংমোই**<br>নাওরেম ইবোবী |
| | - | ১৯৭৮, | **শল কাও**<br>পিপলস মুজিযম, ককচিং |
| | - | ১৯৮০, | **নোংব্রং**<br>অইবা |
| | - | ১৯৮১, | **অরিবা মৈতৈগী শৈথা**<br>অইবা |
| | - | ১৯৮২, | **সনামহি লাইহুই**<br>অইবা |
| | - | ১৯৮৮, | **ইরাৎ থৌনিরোল**<br>পিপলস ম্যুজিয়ম, ককচিং |

| | | | |
|---|---|---|---|
| য়েংখোম ভৈগা | - | ১৯৬৭, | **লৈথক-লৈখারোল**<br>মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল |
| য়ুমনাম ডা মহেন্দ্রা সিংহ<br>নুঙলেপ্পম স্যামকন্যাই সিংহ | - | ১৯৯৫, | **মণিপুর রিসাচ সোসাইতি** |
| য়ুমনামচা বুধিচন্দ্র | - | ১৯৮১, | **ইমোইনু অহোংবীগী ভুনফম**<br>নিংথেমচা মনিগ্না |
| লাইরেলময়ুম ইবুংঙোলহল সিংহ<br>অমসুং<br>নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ | - | ১৯৬৭, | **চৈথারোল কুম্বাবা**<br>মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফাল |
| ৰাহেংবম লুখোই সিংহ | - | ১৯৮৯, | **লাই হবাওবা**<br>এল অশোককুমাব,<br>মণিপুব স্টেট কলা একাদমী |
| ৰাহেংবম মাধববাম সিংহ | - | ১৯৬৬, | **লাংলোন**<br>মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ |
| ৰাহেংবম য়ুমজাও সিংহ | - | ১৯৪২, | **মণিপুবী ইতিহাস** |
| ৰাংখেম চাজয় | - | ১৯৭১, | **লিকশঙনু শাফবী**<br>ৰাহেংবম ওংবী নিংথৌজম থোংগী<br>লাইবিকয়েংবম লৈকাই, ময়াই লৈবক |
| হিজম অঙাংহল সিং | - | ১৯৮৬, | **খম্বা-থোইবী শৈরেং**<br>হিজম বাজু সিংহ, যাইস্কুল<br>হিকহনবা লৈকাই, ইম্ফাল |
| হিজম মনি সিংহ | - | ১৯৬০, | **ঙমদাই লৈতাই শুন্দাই পুযা (১)**<br>হিজম গুনচন্দ্র সিংহ, শিংজমৈ ওইনাম<br>থিঙেল, ইম্ফাল |
| হিজম ইবোপিশক মৈতৈ | - | | **খুমুংপোনজেং কোন**<br>থিংবাইজম অবুংথোই |
| সুকুমার সেন | - | ১৯৮৯, | **বাংলা সাহিত্যগী ইতিহাস**<br>সাহিত্য একাদেমী দিল্লি,<br>(হন্দোকপা) হিজম গুণ |

সুন্দর মোইরাংথানবা - ১৯৯১, পিদোংনু
ইবোহল থাইদেম

সৌগাইজম রুহিনিকুমার সিংহ - উমংলাই, উমং লাই লাইকোল
মালেম শিন্নায় সগুলেন লুপ

ডা সৌবাম কুমার সিংহ - ১৯৯৭, মাইবি অমসুং মাইবিগী সংস্কৃতি
মণিপুরী সাহিত্য প্রচারক সভা, বাংজিং

সরাংথেম বরমনি সিংহ - ১৯৮৪, মনি পরেং
অইবা

- ১৯৮৫, চীং-ভমগী ফুঙ্গা ৱারী, অইবা

- ১৯৮৮, মোইরাং শাইওন (১)

- ১৯৯৩, মোইরাং শাইওন (২)

- ১৯৯৫, মোইরাং শাইওন (৩)

- ১৯৯৬, মোইরাং শাইওন (৪)

রাজকুমার শ্রী সনাহল সিংহ - ১৯৭০, শ্রীগোবীন্দ নিরুপন
রাজকুমার পব্লিকেসন্স

বাংখেমচা জয় - ১৯৯৫, লৌভারোল
প্রেমীয়র পব্লিকেসন্স, ময়াং লাংজীং

বাহেংবম যুমজাও - ১৯৬৬, কমলোন
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ

Afanasive, Alexander, 1985, **The Three Kingdoms Russian Folk Tales**
Raduga Publishers, Moscow

Amos, Dan-Ben, 1982, **Folklore In Context Essays**
South Asian Publishers, New Delhi

Annd, Uma, 1969, **The Romance of Theatre**
National Council of Educational Research and Training, Delhi

| | | |
|---|---|---|
| Angou, S Thokchom, | 1987, | ***Quaternary Studies in The Manipur Valley***<br>Unpublished Ph d. Thesis,<br>Poona University |
| Augusta, Pavel and Honzak, Frantisuek, | 1988, | **Fasinating Facts Living in the Past,**<br>Hamlyn, London |
| Babloyan, R and | 1986, | **Folk Tales From the Soviet Union**<br>Raduga Publishers, Moscow |
| Bahadur, Mutua, | 1989, | **Tribal Art of Manipur**<br>Mutuwa Museum, Imphal |
| Bapat, P V (Ed ) | 1971, | **2500 Years of Buddhism**<br>Ministry of Information and Broadcasting,<br>Goverment of India |
| Barun, B K , | 1969, | **A Cultural History of Assam (Early Period)**<br>Sri B N Dutta Borooah, Lawyers<br>Book Stall, Gauhati |
| Bascom, William R , | 1984, | **Contribution to Floklonstics**<br>Archana Publications, Meerut |
| Becker, Udo, | 1996, | **The Element Encycolpedia of Symbols**<br>Element |
| Berggren Karan, | 1998, | **Circle of Shaman**<br>Destiny Books<br>Roshester Vermont |
| Benedict, Ruth, | 1961, | **Patterns of Culture**<br>Routledge, London |
| Bhattacharya, B , | | **Saivism and the Phallic World**<br>Oxford & IBH Publishers Co |
| Bhattacharya, D C , | 1972, | **Prehistoric Archeaology**<br>Hindustan Publishing<br>Corporation, Delhi - 7 |

| | | |
|---|---|---|
| Briffault, Robert, | 1959, | **The Mothers** |
| Bulfiench, | 1962, | **Mythology, The Age of Fable** Penguin Books, Mentor |
| Cambell, Joseph, | 1991, | **The Masks of God** **Primitive Mythology** Vol -I **Oriental Mythology** Vol II **Occidental Mythology** Vol III **Creative Mythology** Vol IV Penguin Group, Arkana |
| Carring Richard, | 1963, | **A Million Years of Man** |
| Ching, Ban | 1985, | **Art and Prehistory of North-east Thailand** Bowers Museum Santa Ana, California |
| Chopra, P N (Ed) | 1983, | **Contribution of Buddhism to World Civilization and Culture** S Chand S Co Ltd, New Delhi |
| Colquhoun, A R , | 1985, | **Ethnic History of the Shans** Manas Publications, Delhi |
| Conze, Edward, | 1981, | **A Short History of Buddhism** George Allaen & Unwin (Publishers) Ltd Buddhist Wisdom Books |
| Crooke, William, | 1925, | **Religion and Folklore of Northern India** S N Chand & Co Delhi |
| Dandekar, R N | 1979, | **Insights Into Hinduism** Ajanta Publications, Delhi |
| | 1977, | **Vaisnavism and Saivism** A Fresh look, Atombapu Reaserch center |
| Daweewarn, Dawee, | 1982, | **Brahmanism in Sourth-East Asia** Sterling Publishers Pvt Ltd |

*Durkheim, Emile,* *1969,* ***Primitive Classification***
*Cohen & West, London*

Dutta, Nalinaksha, 1960, **Early Monastic Buddhism**
Oriental Book Agency, Calcutta

1985, **Buddhism in Kashmir**
Eastern Books

Dutta, P N , **Glimpses Into The History of Assam**
Vidyolaya Library
Pvt Ltd , Calcutta

Engels, F 1977, **The Origin of the Family Private Property and the State**
Progress Publishers, Moscow

Flaherty, Wendy Doniger O, 1981, **Sexual Metaphors and Animal Symbols in Indian Mythology**
Motilal Banarsidass

Gait, Edward, 1967, **A History of Assam**
Thacker Spink & Co (1933)
P Ltd, Calcutta

Garge, Balwant, 1991, **Folk Theater of India**
Rupas co

Geden, Alfred C 1983, **Studies in Eastern Religion**
Sri Satguru Publications

Gibson, Michael, 1994, **Discovering the Ancient Past**
Black Cat

Gordon, R L 1981, **Myth, Religion and Society**
Cambridge University Press

Govinda, Lama Anagarika 1993, **Foundation of Tibtan Mysticism**
B I Publications, Pvt Ltd

Haviland William 1975, **Cultural Anthropology**
University of Vermont

Hamlyn, Paul 1969, **The Oriental World**

Hazara, Kanai Lal, 1982, **History of Theravada Buddhism in South-East Asia**
Munshiram Monoharilal

| | | |
|---|---|---|
| Higgins, J C | 1998, | **Natas on Meitei (Manipuri) Belibes and Custums**<br>Manipur State Archires |
| Hillebrandt, Alfred, | 1961, | **The Religion of Tibet**<br>George Allen & Unwin Ltd, London |
| Hope, Jane, | 2003, | **The Language of the Spirit**<br>Dumcan Baird Publishers, London |
| Hopkins, | 1974, | **Epic Mythology**<br>E Washburn, Motilal Banarsidass |
| Hoskin, John, | 1991, | **Introduction to Thailand**<br>Odyssey, Guides, Hongkong |
| Howard, Michael C , | 1983, | **Contemporary Cultural Anthropology**<br>The University of the South Pacific |
| 1 Hu, C N | 1988, | **Zen A Semantic Approach**<br>Victory Press, Monterey, CA |
| 2 Humphreys, Christmas | 1936, | **ZEN Buddhism**<br>Diamond Books |
| 3 Hutton, J P , | 1928, | **Pre-history of Assam**<br>Man in India, Vol 8 |
| | 1969, | **The Angamy Naga**<br>Oxford University Press |
| International Bible Society, | 1984, | **The Holy Bible** |
| Ions, Veronica, | 1988, | **Indian Mythology**<br>Hamlyn |
| Irning, Darrel, | 2004, | **Kundalini**<br>Jaico Publication House |
| Jay, Roni | 1996, | **Mythology** |
| Jevons, Frank Byron, | 1985, | **The History of Religion**<br>Orient Publications, Delhi |
| Jhalajit, R.K , | 1964, | **A History of Manipur**<br>Manipur University, Imphal |

| | | |
|---|---|---|
| Jung, Carl | 1964, | **Man and his Symbols**<br>*Picador* |
| Kabui, Gangumei, | 1987, | **The Koirengs of Manipur**<br>Koren Histrical Resarch Committee, Imphal |
| Kakati, Bani Kanta | 1961, | **The Mother Goddess Kamakhya**<br>Lawyer's Book Stall, Gauhati |
| Kirk, G S , | 1971, | **Myths**<br>Cambridge University Press |
| Kosambi, D D , | 1983, | **Myth and Reality**<br>Popular Prakashan Pvt Ltd |
| | 1965, | **The Culture and Civilization of Ancient India in Historical Outline**<br>Routledge & Kegan Paul, London |
| Krappe, Alexander Haggerty, | 1929, | **The Science of Folk-Lore**<br>Metheun & Co Ltd 36 Essex Street W C London |
| Kumar, Pushpendra, | 1974, | **Sakti Cult in Ancient India**<br>Bharatiya Publishing House, Varanasi |
| Lahiri, Nayanjot, | 1991, | **Pre-Ahom Assam,** Munshiram Monolearlal Publication Pvt. Ltd |
| Lanpo, Jia, | 1980, | **Early Man In China**<br>Foreign Language Press, Beijing China |
| Leach, Edmund, | 1966, | **Rethinking Anthropology**<br>The Athlone Press, London |
| | 1967, | **The Structural Study of Myth and Totemism**<br>Tanistoc Publications Ltd London |
| Leach Edmund | 1983, | **Structuralist Interpretation of Biblical Myths**<br>Cambridge University Press |

Mair, Lucy, 1984, **An Introduction to Social Anthropology** Oxford University Press

Majumdar, 1984, **Buddhism in Ancient Bengal** Gayatri Sen, Navana, Culcutta

Malinowski, B , 1982, **Magic, Science and Religion and Other Essays** New York

Mathew, Caltlin & John 2001, **The Encyclopaedia of Celtic Wisdom** Rider

Meadows, Gilbert, 1978, **An Illustrted Dictionary of Classical Mythology** Bloomsbury Books, London

Miller, C O , 1978, **A Scientific System of Mythology** Arono Press, New York

Moffman, Helmut 1956, **The Religion of Tibet** Rustin House Gearge Allens Unwind Ltd London

Nakamura, Hajime 1964, **Ways of Thingking of Eastern People** Malilasi Banarsidass

Neog, Maheswar, 1984, **Religion of the North-East** Munshiram Monoharlall Publishers Pvt Ltd

Palmer, Martin, 1991, **The Element of Taoism** Element

Pandey, Lalta Prashad, 1971, **Sun Worship in Ancient India** Motilal Banardidass

Pandey, S N (E d ), 1985, **Sources of the History of Manipur** Manipur University, Imphal

Pandey, M P , 1988, **Studies in the Tantras and Veda** Starling Publishers Pvt Ltd

| | | |
|---|---|---|
| *Papini, Giorgio,* | *1986,* | ***The Children's History of Civilization*** <br> *Hamlyn, London* |
| Parrat, Saroj Nalini, | 1980, | **The Religion of Manipur** <br> Firma KLM Pvt Ltd |
| Patrick, Rihard | 1987, | **Classic Ancient Mythology** <br> Croft, Peter, Galley Press |
| Perton, James J, | 1980, | **Cult of the Goddess** <br> Vikas Publishing House Pvt Ltd |
| Rampa, Lobsond, | 1969, | **The Third Eye** <br> Corgi Books |
| Reader's Digest, | 1984, | **Quest of the Past** <br> The Reader's Digest Association Inc <br> Pleasantville, New York |
| Riencourt, Amaury, | 1989, | **Women and Power** <br> Sterling Publishers Pvt Ltd |
| Rodrigue, Yues | 1992, | **Nat-Pwe-Burma Supernatural Sub-culture** <br> Kiscadala Publication |
| Sangermano, Vicenliu | 1984, | **The Burmese Empire** <br> B R Publishing Corp, Delhi |
| Sen, Modhu, | 1983, | **Studies in Religion and Change** <br> Books and Books, <br> New Delhi |
| Shastri, I, I, | 1981, | **Ancient Indian Tradition and Mythology** <br> (Shiva Puran), <br> Vol II, Motilal Banarasidass |
| Shulman, David Dean, | 1980, | **Tamil Temple Myths** <br> Princeton University Press |
| Simpson, Sanitri | 2004, | **Chakras For Starters** <br> Socio Publication House |
| Sinha, B C, | 1979, | **Serpant Worship in Ancient India** <br> East-West Publications, <br> London |

| | | |
|---|---|---|
| | 1983, | **Hinduism and Symbol Worship**<br>Angam Kala Prakashan, Delhi |
| Singh, K B , (Ed ) | 1976, | **An Introduction to Tribal Language and Culture of Manipur**<br>(7 Tribes) Manipur<br>State Kala Ackademi, Imphal |
| Singh, O K , | 1983, | **Archeology in Manipur**<br>Napachink |
| | | **A Stone Age Site in the Manipur Valley**<br>State Archaeology, Govt of Manipur |
| | 1986, | **Prehistory Archaeology of Nongpok Keithelmanbi**<br>Amusana Institute of Anti Quarian Studies, Imphal, Manipur |
| | 1988, | **Archeology of Manipur**<br>State Archaeology Department, Arts and Culture, Department, Govt of Manipur |
| Singh, W Yumjao, | 1966, | **Religious Beliefs in Ancient Manipur**<br>Imphal |
| Spencer, Sidney | 1989, | **Mysticism in World Religion**<br>George Allen Unwing Ltd London |
| Spiro, Melford E | 1967, | **Burmese Supermatural**<br>Prentice Hall, The Englewood Chlles, New Jerssy |
| Southern, Richard | 1964, | **The Seven Ages of the Theater**<br>faber and faber, London |
| Suzuki, D T , | 1970, | **In Introduction to Zen Buddhism**<br>Rider & Company |

## Journals and Bulletins


| | | |
|---|---|---|
| **Assam State Museum Bulletin No IX** | 1986, | (Ed ) R D Choudhury<br>Directorate of Museum<br>Assam, Guwahati |
| **China Pictorial 5/** | 1984, | China Pictorial<br>Huayuancum, Beijing 28<br>China Cable Address Chinapic |
| **Indo-Pacific Prehistory Association Bulletin No 7-8** | 1988, | (Ed ) Peter Bellwood<br>Canberra Australian National University |
| **Indo Pacific Prehistory Vol I-II** | 1990, | (Ed ) Peter Bellwood<br>Proceeding of the 14th congress of the Indo-Pacific Prehistory Association, Canberra |
| **Know Your Manipur** | 1997, | (Ed ) Salam Rajesh,<br>Tribal Museum Research Center, Imphal |
| **Man and Enviroment** | | Indian Society for Prehistoric and Quaternary Studies<br>Dept of Archaeology, Decan College, Pune, India |
| **Manipur Rock Carvings** | 1981, | Bulletin No 4 December,<br>Mutuwa Museum Keisampat, Imphal |
| **Megalithic Monuments and Inscription** | 1989, | Mutuwa Museum Keisampat<br>Imphal |
| **The Aboriginal Tribe of Manipur, Journal of the Anthropological Institute Vol XVI 1887** | 1487, | George Watt |
| **Women of China 1-7** | 1981, | Women of China 50 Deng Shi Kou Beijing, China |
| **উমংলাই খুন্দা** | | (সম্পাদক) খুলেম চন্দ্রশেখর<br>ওল মণিপুর উমং লাইহরাওবা কমিতি<br>উরিপোক নাওরেমথোঙ। |

| | |
|---|---|
| ঋতু ৪৪ সুবা মশিং, ১৯৭২ | (সম্পাদক) সি ঐচ মনিহার<br>দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর বি তি রোদ ইম্ফাল। |
| কংলা | অতোমবাপু রিছার্স সেন্টর<br>সগোলবন্দ মৈনো লৈরক, ইম্ফাল। |
| কংলা লানপুং | (ইদিটর) কোনুং সনাতোম্বা<br>দি মণিপুরি নেসনেল ফেদেরেসন, ইম্ফাল। |
| গোলদন জুবিলি নিংশিঙ চেফোঙ | মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল।<br>এপ্রিল ২৩ দগী মে ১, ১৯৮৫, |
| চকপা হরাওবা | সঙ্গীত কলা সঙ্গম খুরাই লমলোং। |
| মণিপুরী লাই হরাউবগী ফেস্টীবেল<br>১৯৭৩ | মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী। |
| মতমগী খোংথাং | ইউনিভর্সেল লিতরেরী এসোসিয়েসনল,<br>খুরাই লমলোং, ইম্ফাল। |
| থাইনগী নিংসিঙ খুদম অমসুং<br>সারম্বগী মওং-মতৌ ১৯৮২ | ইউনিভর্সেল লিতরেরী এসোসিয়েসনল,<br>খুরাই লমলোং, ইম্ফাল। |
| লৈবাক রা<br>মশিং ১ ওক্তোবর-নভেম্বর,১৯৯৭, | কৈসামপাৎ অহৈবম লৈকাই, ইম্ফাল। |
| হয়েন লানপাও<br>অথম্বা মশিং, মার্চ, ১৯৯৩, | (ইদিতর) সলাম ভারতভুসন<br>সগোলবন্দ মৈনো লৈরক, ইম্ফাল |
| সনথোঙ | (ইদিতর) মনিন্দ্র কোনসম<br>মোধু ভবন, কৈসামপাৎ, ইম্ফাল। |
| মচা লৈমা<br>১৫ সুবা খুকোং<br>২০০১, দিসেম্বর | (ইদিতর) থোকচোম মুহিনী<br>মণিপুরী চনুরা লৈসেম মরুপ<br>কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল। |

অবাম্বম ওংবী মেমচৌবী (ইবেমহল) ১৯৫৫ দা কাকচৈথেল মোইবাং পুবেল লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। সগোলবন্দ মৈনো লৈবক, ইম্ফালদা ওংই। মণিপুব য়ুনিভর্সিতিদগী এম এ , পিএচ দি দিগ্রী লৌই। হৌজিক হৌজিক সি সি হাযযব সেকেন্দবী স্কুলদা ওজা ওইদুনা লৈ। হৌজিক ফাওবদা সৈবেং, ব্রাবেং অমদি সাহিত্যগী নৈনবা য়াওনা লাইবিক তবামাথোই ফোংলে - নোংগৌবী (১৯৮৪), অন্দ্রোগী মৈ (১৯৯০), লৈতেং (১৯৯২), সন্দ্রেম্বী চাইশ্রা (১৯৯৩), ফৌ চবোং (১৯৯৫), ঐগী পলেম নুংসিবী (১৯৯৮), ব্রাকমা মাইবী (১৯৯৯), হাওরৈমা সম্বুবী (২০০০), য়ুরোপ্পাগী মপাউ (২০০১), মণিপুরী সাহিত্যদা নুপীগী খোঞ্জেল সাহিত্য অকাদেমী নিউ দিল্লিগী ইদিতব ওইখি (২০০৩), ইদু নিংথৌ (২০০৫), অমদি **অমাইবীঃ মণিপুবদা সামানিজম (২০০৬)** লোযননা খাইদেম প্রামোদিনী গোল্দ মেদল ফোব লিতবেচব ১৯৯৫, জুনিযব রিছার্স ফেল্লোসিপ (H R D , Deptt of Culture, Govt of India) ১৯৮০, য়ুনেস্কো অসচর্বগ ফেল্লোসিপ (Paris) ১৯৯৮ ফংদুনা ইজরেলদা মতম খবা, য়ুবোপ্তা পোইত্রি তুব অমা ওক্তোববদগী দিসেম্বব ফাওবা ২০০০ দা চংলুবে অমদি সেবাম মুক্তা মনা ২০০৩ অমসুং মণিপুব ষ্টেট কলা একাদেমী এব্রার্দ ফোব লিতেবেচব ২০০৪ ফংখ্রে। বোবিস পেস্ট্রনাক্কী, নোভেল প্রাইজ ফংখ্রবা লাইবিক দাক্তব জিভাগোবু, মৈতৈলোন্দা বেদিও দ্রামা ওইনা তাংকক ১৩দা ইথোক্তুনা, অল ইন্দিযা বেদিও ইম্ফালনা ২০০৫ দা সন্দোকখ্রে। সাহিত্য অমদি সমাজগা মবি লৈনননা মীফম কয়া ইন্দিযাগী মনুং অমদি মপান্দা যাওকবে। মণিপুবী লেঙগোইজ এদভাইজবি বোর্দ সাহিত্য একাদেমীগী মেম্ববসু ওইকবে। ইংলিস, জর্মন, ইতালিযান, কর্নড, বেঙ্গালি, হিন্দী যাওনা লোন কয়াদা হন্দোকলবা কবিনি।



**অমাইবী ঃ**
**মণিপুবদা সামানিজম**

**মমল লুপা ঃ ৭৫ /-**